মণিপুর এডুকেশন ডাইরেক্টর, মহৈ লোইশংগী শেলগী মতেংনা ফোংবা।

প্রেমচন্দ

# গবন

## ( উপন্যাস )





ভারত সরকার, শিক্ষা অমদি সংস্কৃতি মন্ত্রালয় ( মহৈ লোইশং ) না হিন্দীনা মমালোন লৈতদবা লমশিংদগী হিন্দীগী অচৌবশিং হায়না মশক থাঙলবা অমদি মনা ফংলবা অচৌবা অমা।

সা. ঐইচ নিশান/নিংতম

মণিপুর এডুকেশন ডাইরেক্টর, মহৈ লোইশংগী শেলগী মতেংনা কোংবা।

প্রেমচন্দ

# গবন

## ( উপন্যাস )





ভারত সরকার, শিক্ষা অমদি সংস্কৃতি মন্ত্রালয় ( মহৈ লোইশং ) না হিন্দীমা মমালোল অহৈদবা লমশিংদগী হিন্দীগী অহৈবশি হান্দনা মশক শাঙলবা অমদি মনা ফংলবা অহৈবা অমা।

সা. ঐইচ নিশান/নিংতম

অহানবা নম্বা ১৯৮০

কোপী মশীং ৬০০

অক্টোবর ২

ত্রোফকী লাইয়েকপা
এ০ চিত্রেশ্বর শর্মা।

লাইরিক কংফম :—
কংলা বুক হাউস
লক্ষ্মী বাজার, ইম্ফাল।

মমল ২০.০০

নম্ফম :—ওরিয়েণ্টেল প্রিন্টিং হোম, যাইস্কুল পুলিসলেন

# "গবন"

## ১

নোংজু মতমনি, থানা ইতেল থানি। অতিয়া মকোয়দা নোংজাবীনা শিঙ্গুংনা শন্দোক্লমই। পুমহো-পুমহৌ নোং চুরমই। হৌজিক অহুমশুবা মুথকনি, অতুয় যাচংবা মাল্লমই। হৈনো উকোলদা থৌরী হাইবী য়াল্লম্মী। নুপীমচাশিং থৌরী হাইহুনা শাম্নরম্মী অমসুং মথোঁয় মকোয়শী মমাশিংন্ন। কনানা "নোং-ঙ চূরো, মহৈ-মরোং মরিক চুমহল্লো" অসিনচিংবা থা তরানিথোইগী চৎনবী ঐশৈ শক্লম্মী। অসিগুম্বা কুমজা অসিদা নুপীশিংগী কুইনা ফুমলূববা অঙাং ওইরিবৈগী অনিঙ্বা কয়া নোংহৌনা ঐহৌবক্লম্মী। হায়রিবা ইরাংশিং অসিনা মুংনাংবা থম্মোইদু কোকহল্লম্মী। পথরবা পুক্লীংবু তেকথৎহল্লম্মী। মথোয়গী থম্মোই নুঙাইবনা মথ্ম-মরাং হৌরম্মী। উনা মচুগী ফনেক (সারি) শা মহৌশাগী শংবানবগা লাংদাইনরম্মী।

মতম অসিদা পোৎ হাবা মুপা অমা থৌরি হাইরিয়া অতুগী মনাক্তা লাক্নরম্মী। মাবু উবমক্তদা থৌরী হাইবা লেপ্লম্মী। নহা, অহল পুম্নমক্না মাবু পুমকোই কোয়শিল্লম্মী। পোৎ হাবনা মহাকী উপু হাংদোক্না অরং-অয়াকী পোৎশিং লৌথোক্লহুনা য়েংলম্মী। চরিকী লীক, অক্নপ-অতাওগী লিক, পুহাম অমদি ময়ান ভুয়ানগী মনিমুক্তা মচু মচুগী লীকপরেং অমসুং ফজরবা লাইফদিবীশিং, থরনা লাইফদিবীগী নৈতেং থয়না অঙাংশিংগী খুং অমসুং জিং-জিং লাওবা শাম্নপোৎ, যানা মান্না শাম্না পোৎ নৈলম্মী। মমিৎ কোয়রাওনবী নুপীমচা অমনা নৈরিবা পোৎশিং অতুদগী থবাইদগী হেন্না নংবা অমসুং ফজব অমা থম্মী। মচু চৌক্লনবা মচুগী চুম্রহার শগেংনি। মমাদা হায়রকই, "ইমা! ঐহাক লীক অমি শামই, নৈবীয়ু"। মমানা পোৎ হাবা অতুদা হংলম্মী," অসিদি কয়া লৌগনি?"

পোৎ হাবাদা লিক অমা ফিজিনা থৈগোক্লদুনা হায়রকই, পৈশা মরিগী কুনথুক তৌবা যাখিনদা হায়রকখবদি, অদুবু ইবেম্মা পীবিনিঙ্ বা তাকপিদু রাগনি।

মমানা হায়রকই—হাইমা! য়ামা তাঙইনা, লংসি-লাক্লৌবা মচুসিদি সুমিৎ মরিরিগী মথুংদা কোকথরগদবনি।

পোৎহাবনা মরো লৈবা মঙংদা মকোক হাইরগদুনা হায়রকই, "মেমা-গী মমা! সুমিৎ মরিনিদদি ইচাগু অশেংবা মগ্রহার ফংলগনি। মমাগী খঙ্গোইদা হায়রিবা পুকচেল চাউবনা থম্বা বাসিনা সুঙাইহল্লমদে।

সুপীমচাদুগী সুঙাইবগী ঙমথৈ লৈরমদে। হৌরাগী লীকপরেং ফংলবমু অদুক ম মা মাহাক সুঙাইরম্লোই। লীক অদু শিরদুনা মহাক মুমথোঙ খুদিংগী অপোর শাম্বনা কোইনা চৎলম্মী। অঙৌবা ফজরবা অমমুং পুন-মঙ্গী মমল য়াম্রবা মহাকী চমলবা অঙাং ওইবগী অথম্বা অপাখা ওইরম্মী। সুপীমচাগী মমিংনা 'জালপা' কোয়ম্মী, মমানা মানকী — — — —।

(২)

মহাশয় দীনদয়ান প্রয়াগকী পিকতক তৌবা খুল অমদা লৈরম্মী মহাক লৌমীদি নত্তে তৌইওয়মুং লৌদি উরমই। মহাক জমিন্দারদি মহাক লৌমীদি নত্তে তৌইঙবমুং জমিন্দারগী থবকতি তৌরমই—থানেদারদি নত্তে অদুবু থানেদারগী থবক্তি তৌরম্মী। মহাক্না ওইরিবদি জমিন্দারগী মকোক্তা লৈরিবা ফমনাইবনি, খুল অদুদা মহাক্কী মচিল চৎলমই। মহাকী মনাক্তা চন্দ্রাসী মরি লৈরমই, অদুদা নত্তনা শগোল অমা যণ, ইরোই কয়া, ডলবনা লুপা মঙাদমক ফংলমই। মথুন মহাকী হিদাকী থরচ কাওবা কোয়বা নত্তে। মহাকী শেল থোক্নব অতোপ্পা শেল-খুল অমা পেরেঙম লৈবগে? মচুদি কনাব থঙগনি! জালপা মহাকী মচানুপীনি। অদুবু চাদা-মাউদানা মহাক্না ইতোম মথক্তা মমুং অহম হোৎখ্রে।

—নীবমলাম্না কব্রিওমবা প্রমাগ চৎপদা তাঁনপাগীদমক্তা কব্রিওম্রা, পোত্‌. অমদা নত্রগা কবিওম্বা লিকপরেং ওয়রি পোম্বদবা লৈরক্লমই। লাইফদিবী অমদি শাম্নপোং অত্তাংগীদমক কায়দবপোংনি হায়না থন্দুনা মহাক্লা থক লৈরক্তে। অদুনা লিক লৈতেংতনা জালপাগী শাম্নপোং ওইরমই। পোং হাবদগী লৈবকপা নুঙাই লিকপরেং অদু হৌজিক মহাকী থবাইদগী মথবাইনা তাকবা, পামজবা শাম্নপোং ওইরম্মী।

নোংমা হুমিং অমা দীনদয়ালনা চৎথোক্লবদগী হক্লকপদা মহাকীদমক্তা চন্দ্রহার অমা লৈরক্লমই। মহাকীম্ন মসি মতম কুইনদগী মিঙক্লবনি। মহু কংবদা মহাক ওক্লংথরে।

হৌজিক জালপা মপাগী লিক অদু পামলক্তরে। মপাদা হায়রকই, পাবুং, ঐগীম্ন অসিগুম্বা লিক অমতা লৈবিয়ুবা।

দীনদয়ালনা মোমোম নোক্ত্‌না হায়রকই,—লৈবীগনি ইচাগীম্ব।

"কৈদৌডৈ লৈবিগদৌরিবা"—?

"নোংমা কোক হেক লৈরকলগা লোইরেদনা"।

মপাগী বাসিনদি মাগী পুক্লিং পেনসমদে। মহাক্লা মমাদা চৎতুনা হায়রকই—ইমা, ঐগীম্ব নহাকী লিক অসিগুম্বা অমতা শাহনদুবা।

মমা—মসিদি শেল যাম্না যাবা পোংনি ইবেম্মা—।

জালপা—ইমাগীদি শাবক্লগা ঐগীদি কবিগী শাহনত্রিবনো?

মমানা নোকক্কেং তৌদুনা হায়রকই,—মত্তগীম্ন হয়েং নংগী হুপা ময়ুমদগী পুরকদবনি। জালপা ইকাইদুনা চেনথরে তৌইগুম্বমুং হায়বিবা বাহৈসিদি মহাকী থম্মোয়মুংদা য়েত্ত্‌না লৈথিরমই। হুপা ময়ুমদগী চন্দ্রহার পুরক্লনি, মকম অদুগী মীনা করম্না মমা মপাদগী হেম্না মুংশি লুনা তৌগনি। পোং অসি মথোয়না শাবা ওমদবনিনা মফম অদুদগী শাবকদবনি। মাগী মমাংদা হুপী অহম লুহোংখিরম্মী। মথোয়গী হুপা-হুপী ময়ুমদগী চন্দ্রহার অমতা পুরকখিরমদে। কবিওম্বা মহাকী হুপারোমদগী পুরক্তবা থোক্লবদি—?

মহাক্লা থম্নমই,—মতাং অদু য়োম্নবদা ইমানা মাগী লিক চন্দ্রহার অদুপীরকলোইদমনে, পোম্নদনা পীবকবিক্লা।

মতৌ অমুনা তৌবা তোংব-ক্বা, খোঙ-তেনা, চহি তরেং হৌখদে। মহাক্না মতম লুইনা খৌরাংনা ভাইজমখ্রবা অপাম্বা মপুং ফাগদৌবহ নম্বুং-শিন্নকদে।

(৩)

দীনদয়ালবগী য়াম্না চাম্নরবা মরূপ-মপাংশিংগী মধ্যুংদা মহাশয় দয়ানাথন্ত অমনি। য়াম্না পুকচেল চাওবা অমসুং মীয়ুংশি চাওবা মীনি। চৈবাঙ্গা (কচহাম্রি) খবক তৌরম্মী অমুগা তলবনা লুপা য়াংথৈ। দীনদয়াল চৈয়াপকী চম্পা সীনি। দয়ানাথ খুবক হাওদনা মহাক খবক কয়া য়াম্না মথুক্তা ভায়ম্মী। চোপথগে, ওইজবা থিগে হায়রবদি হাইনীঙাই লৈতবা লৈখ্রবনি। অমুবু অমুঙম্ব তাঙ্গা অমতা লাকখিদে। দীনদয়াল-দগী অময় তৌবা নত্তে, মসি য়াম্না হৈনবী লমচৎনি। অদুবু মধুমক্তা মহাক অমাংবা থাক্তী মীয়া অমুম নত্তে, তৌইগুম্বসুং শেলজা থুমজা অমদি হুমাং মমল মঙবা লেল, অমাঙবনি হায়বা থম্মই।

অঙাংশিংবা মরোল-অমা অফবা অনৌবা কিরোল লেৎকে চাগে থক্তে হুপীনা মরোল অমা কে-মোগে, লিক কোল শিগে, চাগে হায়না তকশিল-লক্লিবা। দয়ানাথ অমু করিমতা লাচুংলমদে। মচা অহল অনু থা অনিথক কলেজ তমলুরগা তোকথোক্লনা ফমহুনা লৈরম্মী। মপানা তংশেংনা ফেক্তা চায়রম্মী—ঐহাক নঙগী ডিগ্রি ফংননবগীদমক্তা লৈরিবা নচন নচাশিংবু চরা হেলহন্দুনা মকি-মরোল মচেৎ অমতা শেংহন্দনা থম্বদি ভম্নবোই। মখা তানা তমনীংলগা মথৌমা-নরোশিংনা তমলে। নমাম্নবা কয়াসু তমলি, অমুম্না তবউ। অদুবু দয়ানাথ অমুক য়াম্না লাইরিক্তা থবায় য়াওবা ওই-রমদে। চহি অনিদগী মহাক করিমক্তা তৌদনা মীরেম ওইহুনা লাক্লবনি। শত্রং শাম্নবা, কোয়বা অমুগা অক্লুগী মথক্তা, মমা অমসুং মথাগী মনাওশিং-বুনা ভুহংপা। মরূপ-মপীজাশিংগী মতেংদগী মহাক্তী মনিং থংলম্মী। কনাগী ক্রেকেট বায়রগ সুমিদাংবাই কোয়বা চৎলি। কনাগী শম্নাহুব খোংউল উম্রহুনা, কনাগী থুদাং ঘড়ি শীজিন্নহুনা চৎলি। করিঙবদা মক্লৌগী কিকেং লৈতেং শেঙ্গুনা চৎলি। মরূপ তমাক্তা শিং অমমরু

তুরবদি ফি মুট ওন-ওননা শেংপা মারে। মরুপ মপিজাশিংগী মসি অমত্তা ঙায়রবা মত্তেং পাঙনবগী অনৌবা পাথৈ অমনি। হায়রিবা পাথং অসিবু দীনয়ালনা জালপাগীদমক থম্মী। দয়ানাথ লুহোংলো হায়বা যায়মদে। মহাক শেল পায়রমদে অতুন' অনৌবা শাগৈদা চাদা-নাউদা শম্দোক্লবগী অরুবা পুনবগী পাঙল অসি লৈবমদে অদুবু জাগেশ্বরী মমা ওইবীনা মুপী ওইবীগী হৌনবী নিংঙাই তৌরম্মী। মসিগী মমাংদা মুপা থৌনা চনবা তারম্মী। জাগেশ্বরী চহি করামুক্তগী মচাগী মথৌগীদমক্তা নিংদোন পোম-তুনা লৈরম্মী। যাগী মতুংদা ময়ুম পানখিবা মশুং-মমানবীশিং ওসি মজিক্তা মশু উরে, শামবা ফংখরে, অদুমা মুংশা থীগনবা মহাক্কদি কবক্কা পুক্নিং ফাগদৌরিবা? মহাক্কা নীংবা কায়বনা ময়ম ওইদুনা ঈশ্বর থুকনমই। করিগুম্বা মসিগী মতাংদা বা ঙাংন-শয়বকসবদি হায়না শীওদুনা লৈরমই। দীনদয়ালনা পাউ থারকপা অদুদদি মহাক হয়াওবনা লুত্তোন কাথরে। অদুবু করিগুম্বা বাফম অসি কায়নবা থোকলবদি হায়দুনা মপুক্লিবদা মুংলাং-রম্মী, করিবু য়েংদুনা মীগী মচা অদুনা মফম অসিদা লাকনিংঙদৌরিবা। য়ুম-কৈ, লন-থুম হায়রা কদাই। ইচামুপাসিবু কনানা কোইতান আমরিবা! হৌজিক মতমদদি লন-থুম য়েংনরবনি অদুবু মহাক্কা তাক্কা চাম্বিকৈলিদা কোইচেন চেন্দুনা পোপ তুবমথৈ হোৎনবম্মী অমম্বুং মমাইদু পাকলমই।

দয়ানাথনা হায়রকই—মপুক থম্বা হোৎনবা ওমত্রিবা মীবু লুহোংবীবা হায়বসি ঐদি ধর্ম থোক্তমাক্লে হায়না খল্লি অদুগা শেনগীদু থনবা য়াবা নত্তে। মীগী মচাবু হৈনি, লৈনি হায়দুনা শপৎ হেক থত্তুনা পুরকপা য়াবা নত্তে। লুপা লিশিং অমদি ঙৌরোক ঙৌনা চংবা তারিবনি অদুগী মথক্তা লীক কোল হায়বা অমম্ব লৈরিবনি চৎনবী মতুংইন্না।

জাগেশ্বরীনা হায়রকই—মথোয়দু থয়দি শীয়কনিদনা?

"ঐহাক চৎলোই পীয়ু-থোৎলু হায়বা।"

নহাক্কা পীয়ু করিগী হায়ফম থোকই। মথোয়না শোয়দনা পীয়কনি। মচামুপাগী থাজ-য়োক্কবদা কনানা শেল য়েংনবগে? হোই, লাইবকী হায়বদু লৈ অদুগা দীনদয়াল নীওবা কনবা মীনি হায়ননবা শোক্লবা মী নত্তে। অদুগীদু মথক্তা মাগী অমত্তা ঙায়জরবী 'মচানি। লৈরিবা লন-থুম অদু থাকলুরবদু কায়গদবা নত্তে।

দয়ানাথ হুজিক করিমত্তা হায়বা ওমলমদে, সুপ্নগী মসিথক্তং হায়রম্মী, ঐহাক পীয়ুম্থ হায়রোই, পীরক্কহুম্থ হায়রোই। পীরক্লে করে, পীরক্তে করে, শেল মীঙোন্দগী পুক্কবা-থোংলুবা হায়বহুম ঐহাক তৌরোই।

জাগেশ্বরীনা অক্কবা বাকম অসি ইরাই লাইথোকহন্দুনা হায়রকই, ঐনা থাজবদি বারোয়পোৎ হুমিৎ অহুদা শোয়দনা লুপা লিশিংদগী তাদনা পুরক্কনি হায়না থল্লি। মসিনা নহাক্কা শিল লাংলবদি য়াম্না থাম্লবনি। নীক-কোলগী থৌরাংনা নীক য়োনবা অমদগী তৌবিরো। লুহোংবা বার্তন হুমিত্তা লুপা লিশিং অমা পীনরিবনি, পীরকলোইদরনে? মহুনা নীক য়োনবা অহুদা শীংদোকখ্রে। লুপা চনি-অমা চহুম-অমা বাংপা অহুনা থয় থয় শিংদোকশিংলগা লোইরে। ইচাগীদি পোক্ল-থোক্লবা লাক্কনি।

দয়ানাথনা থওইদবা মওংদা হায়রকই, হুম! লাক্করগনি। থোক্ল-থোক্লবা। অক্সং শায়বা, কোইনা চংপা লমহেন্দবা নচাদো মশানা তাবনি, মানা তৌবা মশানা কংজবা, থোং পুম্নমক থিংজরেদনা।

জাগেশ্বরীনা হায়রকই—ইমৌ লাক্কগা মরাইনা মমিৎ পাওজগনি, য়েংউনা ঐনা হায়রিবসি শোয়বয়া হায়না। মাই-পাবুংস্থ থয়া নীঙশিংউদনা, পোংপু মস্তকশমদা থোংক্রিমথৈদি লামচা ওইবনি। থবক শুনিংদবা অতন-বদগীদি মসিদগী হেন্না ফবা পাম্বৈ লৈতে।

## (৪)

মুনশী দীনদয়াল অহুওবা মীওইশিংগী মহুংদা অমনি ফয়গনা ফবা অহুগা ফত্রগনা শিয়বা ফাওবা মন্নানা য়ুবা। দয়ানাথনা বাজাউ ওাওলবা, লুপা লাথকী বা ওাওলবা অহু ওইরবদি দীনদয়ালনা মহাকপু মপুম্নি চুপ্পা নীংশিংবা য়ানবা লাক্করম্মী। দয়ানাথনা পূকচেল ফবনা মাবু থুম্নম চল্লম্মী। মহাক্কা থল্লবদি লুপা লীশিং অমা পীরকলবা অহুবু লিশিং অমদি লুহোংবা বার্তন মস্তদা পীরমলে। মামকীনা হায়রম্মী "লুহোংবা বাতনমস্তদা লুপা লিশিং অমা পীরম্লবদি মহুনম্থ অতৈ অচোই-অপাদস্থ শিজিন্নবা তারিবা? কদায়দগী লাক্লুনা পীগনি?

দীনদয়ালনা অফিং-অকাইরদুনা হায়রকই—ঈশ্বর হায়বসি লৈতবা নত্তে। মথোয়না মপুকচেল তিংনা মচাহুপা ঐঙোন্দা শিন্নথোকলে, মসিদা ঐহ্ন উংপা পাম্মী, ঐথোয়দু অফবা মীনি, ফজথোকপা পুকচেল চাউবগী মমল থঙই।

দীনদয়ালনা লুপা লিশিং অমদি পীরমলে তৌইগুম্নহুং দয়ানাথকী অবাবা থর শাফগদবা হায়বম্ন অমুক হেন্না বাহল্লে। মহাক মীগী মশেল তোনশিনবদি হুকপাম পামজদে, মহুদগী য়াম্না থাপ্না লৈরম্মী। লুহোংবসি মহাক্না থঙ্গরম্বনা লেমতক্না, পিকতক্না হোংগে অহুব্র দীনদয়ালগী লেমথোকপা মলেমথোক অসিনা মাগী নীঙবা কায়রম্মী। হৌনবী চাউনা নীংথিনা হোংলগে থল্লে। হাম্না নীংদোল পোমলম্বা কম্বি তৌফগবনো হায়না থল্লম্বা অহু হৌজিক মরু ওইবা ওইবকলে। অথেনপোংদু লাকলিবশিংনা মিং থুম্না, অমা উবদা অস লায়নবা অমা। অদুম্না লিশিং অহুম লে'মগী অথেন পোং শেম শারে। লীকয়োনবদু লিশিং অমা চয়োল অমগী মতম থানবদু য়ারে, অসি ফাওবদদু চন্দ্রহারদি অহুম য়াংলি। মনিমুক্তা থিনবা চন্দ্র-হারদি পুপা লিশিং অমগী মথানদি অফবা ফংলমদে। দয়ানাথদি অদুম্না ইথক-ইয়াং হৌরমই মহুদি থবক থোকলিঙৈসিদা শেল পুবা, মীনা পীনিং-লিঙৈদা, অদুম্ন পাঙথোকহৌরসি, হয়েং কোম্না নাথোং অমুক শাদনবা হায়রম্মী অহুবু জাগেশ্বরী অহু য়ারমদে।

শীল্লম্বা থল্লম্বা পোম্বা অহু কায়রম্মী, দয়ানাথনা ফিংগৎলতুম্না হায়-রম্মী, নংনা কম্বি তৌবীরদনা, নহাক্কি য়ুমদগী মচি লেংলোইদবনি। থবক পুম্নমকসি ঐঙোন্দা তারিবনি, শিবা তারবদু ঐতনি, থজিক মনিং থুংদবদা মমিং শুকলক্কদবনি।

জাগেশ্বরী—কদায়দগী লাকলগা পীগদৌরিবনো বাথল থম্বীরবা ?

দয়ানাথ—য়ামত্রবদা লুপা লিশিং অমদি লাক্কনিদনা ?

জাগেশ্বরী—চানিংলবদি লেক্কুনা তোকই হায়বা য়া লৈবনিকো।

দয়ানাথনা ইকাইরদুনা হায়রকই—নত্তেদা, নত্তেদা, অহুবু থরদি ফংলকলরোইদরনে ?

জাগেশ্বরী—ফংলরবদু কয়া কুইনা লৈগনি অহুম চংথিগনি। মতৌ অহুম তৌনা চন্দ্রহারগী বাফম পনথিরমদে। অহুবু মপানগী মিংকী ওইনা

ইয়াংবু জরেম্বা ওইনা থরুবগু রামনাথ তত্তাই ফদবনি হায়না লৌরম্মী। লুহোংবা চংপগু অশুমনা ইয়াংদা চংকদোৱনি, মীনা কাইনথদা ডাঙন-হৌদবা। হায়দি বর দোলাইদা চংপা হায়না থরুমই। রমানাথনা কায়দা চংননবা হায়রম্মী। মাগী মরুপশিংনগু বাকম অসি থাগৎলম্মী। অতুনা বাকম অতু য়ারম্মী। দয়ানাথ অচিকপা পাবা মীওইনি, কনা অরুপা মরুপ শায়রমদে। মী অমত্তগা হকচিম্না তিময়রমদে। রমানাথ রাম্না মী ৱবা নহানি। মাগী মরুপশিংনা মতমসিদা থবক থুদিংমক মায়পুনরম্মী। মৈকাপপী কাপসি, অহাংবা থাকী জগোইগী থৌরাং তৌনবা। দয়ানাথনা মাগী বা তাম্নবা য়াদবা অতু উবদা মথৱাই বারম্মী; অতুবু বাদি মচেৎ অমত্তা হায়বদি ওমদে, কয়িদি হায়গনি।

## ( ৫ )

নাটক পাস তৌবা হায়বসি নাটকতা থরাই লুপ্লীবা থুমায়না মায়থবা মতম অমুক্তা, অদুগী মতৌগুম্বা লুহোংবা লাকপগী নাটক মতম অদুদা পাস তৌই অদুদি লম্বীচংপা মীওইশিংনা ফজ্জৈ হায়ৱবা মতমদা। দয়ানাথকী কুমৈ পাস তৌরে। সহরগী মফুংদদি অহমগুবা থাক্তা তারে। থুল, লৈকাই অদুদদি মকোক ওইরে। কনানা যন্ত্র মখোলগী পীঃ পীঃ পাঃ পাঃ তারগা হয়াও মথোই কাবম্মী। কনানা কায়দা মমিৎ লাও-থোক্লদুনা য়েংলম্মী, মৈকাপপীনা পুম্নমকী মুত্তাইনবগী শরুক ওইরম্মী। কনাগুম্বদি মৈরিনা প্রোক প্রোক কাপপা উবদ মপুক্লি তিংলম্মী। মৈকাপ-পীগী মৈরি পুম্নপ ওইনা পাইথত্তুনা অতিয়াদা অত্তাংবা, অলংবা নাপুগী কুমকুমগুম্বা শন্দোকলম্মী, কোইয়ক-কোইয়ক কোইবা মৈকাপপী কাপ্পা মহুনা জগোয় শাহুনা বাহোং শানা থোক্লম্মী, অদু উবদা মীয়াম ওক্লরম্মী।

জায়রপা, হায়রিবা পোৎশিং অসি কয়িমত্তা য়েংনিংলমদে। হোয়, মহাক্না বর মুপা অহুবু মমিৎনা হহুনা লোয়না য়েংবা পামলম্মী। ৱায়চায়গী মতমদা মাগী মতায়োইশিংনা মাবু মুৱথক্তা চিংহুনা পুথংপীরম্মী, মতম অদুদা মহাক্না রমানাথপু মিংচিন্না কলপনা য়েংহৌরমই। মাগী নিংবা

কায়ব, নুংনাংবা পুম্নমক খাই লাওনা য়াঙখিবগুম তোরম্মী। মাইথোংদা তঙাং তঙাংবা অমা ফাওবম্মী। অপাম্বা, নুংশিবা হায়বসি ইচংথোবগী লনগৈগনি।

অথেনপোং হেক থোরকলবদা ইমুংদা ইরাং লাঙলম্মী। নুপা-নুপী, নহ-অহল পুম্নমক অথেনপোং য়েংনবগীদমক লাংতক্লবম্মী, কোইনোম নোমললমই। অথেনপোং ময়াম মাঙবতা হেক থোবকপদা ময়াম মশাগী থবক থাদোক্তুনা য়েংবা চম্নরম্মী। অতুদা অমগা অমগা গোং-গোং থেংনবম্মী। মানকী শাথীনা ঈশিং কোয়াংলম্মী। মথনাও চয়ম কংলমই। অদুবু অথেনপোং হেক থোরকপদা ঈশিং থৌবাংবকা পুংকাউ কাওখিরম্মী। দীনদয়াল চবাম-চদংনমনা হাপোই হাপোই তোরম্মী। অতুবু পাউ অসি তাবদা মশা চৈনুক কল্লগী অতুম থবক কোইনোম নোমলম্মী। মানকীনা পোং অমংম পায়দং পায়থংদুনা য়েংলম্মী অমসুং অরাং অপাশিংদো য়েংনিংলম্মী। মতম অতুদা চেনলিবশিংদে হায়বিবা হীবম সিদা মুক্তা তৈরবা তাঙনি। নুপানা লীক শাবিবা নুপীনা শিবা, মসিগুম্বা অসিদা রেং-ক্রা খোক্রা বাগী শাবম্মী। চুহেন্তী অসি কয়াদা ফজরিবা, য়াম-ড্রবদা তুলা অমদগী পাক তাবমলোই। ওম, মসিমক্তু তুলা তবা নিথোইদগী থাপক ফাওবা তায়রবদি ঐন ক লৈতুম লৈথ্রোই। শেবশাহবু অসি য়েংউ! কয়াদা ঠৈনা শারিবা। য়েংউনে, খুংজিসে কয়াদা খুং চংনা হল্লুনা শারিবা! মশক নাইবা পোং হায়ববদি গুলাববন্দ অসিনি, কয়াদি ফজথববা লৈনোনেসে।

মতৌ অমুম তোমা পোং অমমমগী অফ ফজ্জা মশক লাক্তুনা লৈন-রম্মী। ইথঙ হেক থঙথোদনা কনানো অমনা হায়রকই—চন্দ্রহাব য়াঙ-বক্তুবগন অসিবো?

মানকীনা কাপ্নংবা মায়থোংদা হায়রকই—য়াওদে-য়াওদে চন্দ্রহাসগা য়াও-লাক্তে।

নুপী অমনা হায়রকই, ইসে! চন্দ্রহাবদি য়াওরমদেনা।

দীনদয়ালনা চীং-লেম্না হায়রকই—পোং অতৈ গুনা য়াওরিদমা, য়াও-রিবদি চন্দ্রহারদনি।

মুপী অতুনা মচিল পোমথোক্লতুনা—চন্দ্রহাবদবু হাযদবনি।

মানকীনা অথেনপোৎশিংদো হায়দোকলতুনা হাযবকই—মরাইবক থীদা চন্দ্রহাব অমত্তা মরাইবক্তা তমলমক্রমাল্লে।

মীযাম্না লৈবিবা অসিগী তুং ওইপ্পা অমম্বদা আশা অমম্নুং অপাম্বগী শক্তমগুম জালপা লেপ্তুনা লৈবম্মী। লৌক অযাম্বগী মমিংদি মনাকোংদা তাবা ফংলম্মী, চন্দ্রহাবদদি তারমদে। মহাক্কী নিংদোল চোংলম্মী। চন্দ্রহার যাওব্রববা? অতৈগী মথাদা যাওবম্বা য়াই। অশুম্না মপুক্লিংথেন্নম্মী। মহাক বাম্বগদোবগুম তৌবম্মী। মহাক্কী থম্মোযদা চহি তরেংতগী মযোল চোংলক্লবা অপাম্বা ওসিদি লৈনা লৈশক শম্লক্লবসিদা উপেন তাবমই! ওাস হুমিৎসিনা মহাক্কী নিঙজবা অপাম্বগী ভৃংনফম ওইবম্মী। নোংদম খিবা খোঘুম লাইনা তুংনফম অতুম্নু মুনথবে। নীংবা কাযবা অসিগী ইহুলসিদা মহাক মশাগী মাইথোংবু নোইতংনীঙলম্মী। অথেনপোৎশিংাস মৈত্নু দা লংথোকসিন্না হ ন্নবা যোৗম্মী। কা অতুগী কৈথাদা শিবগী মুত্তি অমা লৈবম্মী, মহাক্না মতু অসুম্না পাযতুনা লংথোকলম্মী, মতু মাগা অনিংবশিংগী মতৌগুম্না মচেৎ মচেৎ তাবম্মী। ঐহাক কবিগুম্ব, লৈতেং সনা, লাক-কোল অমত্তা শিথ্রোই হাযনা চপযুংনা নীঙলম্মী।

মহাক শাওতুনা ফমলমই, অতুদা মহাক্কী মপাবোই অহম লাক্তুনা লেপ্লম্মী। গৌজিক ফাওবা জালপা অথেনপোংকী মবমদা কাবম্ব থঙদার হায়না মখোযনা থল্লম্মী। জালপানা মখোযবু উবদা মপী লৈথোকলম্মী অতুগা নোকলম্মী।

রাধানা মোমোন নোক্তুনা হায়বম্মী, জালপা। নহাক নহালমুক্কী মপোক্তা লাইনিঙজবকমাল্লে, অউনপোৎসিদি অমুক্তবু উতু উদবি। হৌজিকতি নহাক্না নীঙবা থুঙলম্লনি। জালপানা চোৎলবা মমিৎ অতু হাইগৎলতুনা মত্তোনলোমদা নীঙবা যাম্না কাযববদোনা যেংলম্মী। হোই, ইচেম। য়াম্না নীঙবা থুংলে। হায়রিবা বাহৈাসদা মপাল লাইব্রবা থম্মোই শোক্লবা চৈনানা পল্লম্মী। মতু লাকলিবা মৌ অহম অতুনা থঙলমদে।

বসন্তীনা হাযরম্মী, নহাক্কী ননেম অসি য়াম্না তৈশিংবা মাল্লি, পোৎ পোৎ অমত্তা বাৎলত্তে। জালপানা লৈথোকত্তুনা হায়রকই, হোয়! অওইবমকনি।

রাধা—য়াওবা হৌনবা লোইনা য়াওরে, রাংলিবা হায়ববু চন্দ্রহারদা মঙাইরে।

শাহজাদী—চন্দ্রহার অমা যাওরগা কবি তৌই হায়বগে ইনাও! অতুগী মহুত্তা গুলাপবন্দ যাওরিদন.।

জালপানা করেম্নবা মওংদা হাযবকই—হোযদা, মিং নাম্মা শোয়ববু শোযবা কৌই হায়রব? অতৈদি তেক্ত-কাযদনা যাওরিদনা, মিং পাক্সি, পান্দে হাযদুনা কৈদোই হায়বগে?

বাধা অমসুং বাসন্তী মশা মশাগী নোক্লিংবা থিংবা ঙম্রমদে, শাহজাদাদ নোক্লমদে। লাক কোলগী অপাশ্বাসনদি মাগীদমক্তদি নোক্লিংবগী রা ওইবমদ, কপনিংবগী মশক ওইবম্মা। তেবিমল উংপা শাশিন্দুনা হায়বকই—কদাইদগী ইতো ইচু থঙদবা ঙাক্তনো? অতৈ পুম্নক্ত যাওরকলে, চন্দ্রহারদং অথরনা পুরাক্ত, লৈকাশংদগী অথোইবদি অদুদনি।

বাবা—নহাক্লদি থঙদরি, জালপাগীদমক চন্দ্রহার শারক্লরোই হায়রিবসিবো।

শাহজাদী—শারক্লা মতমদা শাবকলেদনা, হৌজিক্তবু যাওরক্তে তাযবনি। মঙা তবাগী নত্তেদা, শানিংই, যাওহননিংই হায়দুনা হেক শাগদবস্ত, লিশংগী পোৎনিনা ঙম্বা নত্তে।

শাহজাদীনা হাযখির, রাশিংনা জালপাগী কাযববা থম্মোয হিংগৎহন-নদোনা তৌরম্মী। মহাক্না মথোলজেন মেঙনা হাযবম্মী—ঐস্নু অদুম থক্লিবনি ইচেম, ঙসি য়াওদ্রবদি কবম্বা মতমদা অমুক ফংগনি।

শাহজাদী—অদুম্না হাযগনু ইবেম্মা। কবিগী ফংলোইদগে? কম্না হার্যশিল-তকশিল্লগী থোকদব ঙাক্তনি। ননেম-নকুদা তোযনা নিঙশিংঙু, ইপরা অদুদা তোযনা হাযমু, নুমিৎ নিনি মবিনিদং ওইনবগী শোয়দনা থোক্তনি। কাওবোইদবা হায়ববু ইমুং-মনুংদা লৈবিবশিংদো নাকোং রাই চিলহনবা, শবৈ কল্ল, রাযথুমিৎ থোকপদোনা নংনা পামলিবা অদু নিংশিংহল্ল। চন্দ্রহার শাদ্রিমথৈ যাবোইদৌবনিদনা, মতু থক কাওহনগনু, লাইর নি।

রাধানা নোক্লিংমনথ্রুনা মবুক পায়দুনা হায়রম্মী—মানা হায়বদা থোক্তগনা নঙবু কৌহক্কপা হায়বদুনি, নশানা য়ারেদনা?

শাহজাদী উম, নিংশিংলবলে অদুগা হায়রকই, জালপা! জালপা! নখোয়গী ইমাগী য়াম্না ফজবা চন্দ্ৰহার পবেং অমা লৈখিবদায, ঙসৈাদা পীয়ু হায়বা যাবোইব্রা ?

জালপানা নুংশাখৎ হোল্লদুনা হায়রম্মী- কবয়া হায়গদগে ইচেম ?

শাহাজাদী—অমুক্কংদি হায়দুনা মখেৎউ. হৌজিক মখোয় অদুগুম্বা লীক শিনবগী মতম লৈরিব্রা ?

জালপা— ঐদি হায়বা ঙমজবোই।

শাহজাদী—ঐনা হায়রগা লোই.ব।

জালপা—হায়বিরগনু। যাগনি, যাগনি। লাম্না অদুক ইমানা ঐবু কয়াম সুংশিবগে হায়বদু যেংলগে।

বাসন্তী শাহজাদীগী মখুং পায়রদুনা হায়রম্মী, নহাকপু অসিগা অমম পাওনাক পীদুনা লৈহৌবগে হায়বগা, চৎকনিকা নিংশিংখিদবানে।

শাহজাদী হৌগৎলম্মী, জালপানা নম্বী খিংলদুনা হায়রম্মী—পাইগো, কৈদৌবগে ঙহাকসু মফমখোবা ইচমা।

শাহাজাদী—যেংউ, হিংচাবীসিনা যমিশি যাবিববসে। নহোদা করি লাইবা তাকসিবা ইবেম্মা। চৎলগে মখোয অনিনা ঐবু শাগুরে।

তাঙ্গা অসিমক্তা মানকীনা চৎলদুনা হায়রম্মী, নখোয অহুম মফম অসিদা করি তৌবম্মীবনো ? চৎসি মীযাম চাক চাব. লাক্লোবে।

মৌ অহুম চৎখিরম্মী। জালপানা মমাগী মঙকশমদা চন্দ্ৰহারনা কজনা লৈতেংবা উবদা মপুক্কিদা থক্লবম্মী—লীক শি হায়বগী অপেনবা লৈতেদকে।

# ( ৬ )

মহাশয় দযানাথ অদুক্কী মতিক হবাগ-মখোই কানা লুহোংবা চৎলুবা অমুক্কী মতিক নিঙবা কায়না হম্ম কলমই। দীনদয়ালনা য়াম্না পোৎ উম্মকলমই, তৌইগুমসুং ফৎলকলিব', উম্মকলিবা থরা অদু জগোই ঈশৈ অচাওরম কাবদা লোইখিরমই। মশাগী শোযখিবা অদুদা হম্মা হম্মা নিঙ- ঙমদবা পোকলম্মী। করিনুংগী অচাওরম কাদুনা কুম্মৈ কিয়োংদা অদুক

য়াম্না লুপা তিংলুবা ? অহুনা কবি কান্নরিবা, মীনা তাংনবিববদা অসি মচাইদনা মহাশয অসি যাম্না লীকই। মসি তাবদা করি অমাংবা লৈ, ঐনা খুল্লকী মীশিংবু কুমৈ যেংহনবগী ঠীকা লৌবদি নত্তেদনা। মীগী অশাবা শেল অতৈদি হুমিং মঙ-তবানিদস্থু হাইদোক-হাইজিন তৌবা যাই। তৌ-ইগুম্বনুং লিক যোম্নবগীদি কবিগুম্বা মওং অমতস্থু যারোই। লুহোংবগী তবেংনি চনবা হুমিংতা মঙোন্দ লুপা লিশিং অমা শিগে হায়না বাশকখি-বম্মী, হায়বিবা হুমিং অতুদ' লিক যোনবা লাকশিল্লে অতুদদি শেলদি কদাই-দগী লৈগনি ?

দযানাথ ঙসি হযেং হায়বা হৈবা মী নত্তে, অতুবু ঙসিগীসিদি কবিগুম্বা ফিভম অমা তৌহুনা মথোযদু গুঞ্জবনবা কন্না হোৎনবম্মী। শেন্দোই শিরগা শেলেপ অহু থা তরুক গুবগা শিংগে হায়না বাশকলম্মী অহুগদি থা অহুমদা লিক য়োনণ্ডু লাকশিল্লে, লিক য়োনবস্থু অনম কনবা মী ওইবম্মী। থানবা হুমিং অহু ফাওবদা তাইবে। দযানাথনা হুমনি চনবদা লেমহৌবিবা শেলগী পোৎশিং হন্নবগী বাশকপা মসিস্থু মাগী পুকচেল চাওবগী মওং ওইবম্মী। থানবা হুমিং হুমনি অহুস্থু যৌবকলে অহুনা হৌজিক দয়ানাথ মশাগী ইকাইবা তাক্কনবগী কবিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তা থনক্ম থোকলমদে। কনাগুম্বা তেনপাল্লবা মী ফাওবা অম্মুক য়াম্না লাংতক্করমদবা যাই, হাইজ খোৎচহুনা মহাজনবু থা কপা য়েথোকনবা অহুবু দয়ানাথ থৌদোক অসিদা পংজবম্মী।

জাগেশ্বরীনা চংলক্‌না হায়রমই—চাক ইংবা কুইবে। দযানাথ মকোক অহু মন কয়ানা ননবদোনা মঙক হাইগৎলম্মী। হায়রকই—নথোয় চারো, ঐহাক চাক লামদে।

জাগেশ্বরী—চাক কবিগী লামজ্রিবনো ? ঙরাং অহিংস্থু কম্নিমত্তা চাদে। হতৌ অস্নুমা চাক চাদবগা মীগী শেল শিংবা তমগদৌরিব্রা ?

দয়ানাথ—ঐনা খল্লিবদি ঙসি মঙোন্দা কবি হায়না থুমসিগে ? ঐহাক্তি ইচা লুহোংবগী অরাবগী কোমদা পুথরে। লিক থরা হনথিসি হায়বহু য়াগ-দৌরিবরা ? য়ারবদি ফৈদা।

জাগেশ্বরী—মৌগী মরাদি তাবে, অহু ফাওবা মঙোন্দগী আশা তৌরিবা। মহাক্না বাশক্রি চন্দ্রহাব হেক শাদ্রিবা ফাওবা করিগুম্বা লিক অমত্তা শিরোই। লিকপুম্বা উপুদা শো লোনশিন্দুনা থমখরে। শিদবা

য়াদবগী রিলৌবিগী লিক অমথক মঙকশমদা য়াল্লি। কয়াদি ফজরোইদা ঙরাংদা লাক্লিবা মোদগী লিক হেক মুনবা হায়বসি।

দয়'নাথনা শাঙবতুনা হায়নকই– নহাক্কি খুবাই অশোকপদা থাংতেক্কা য়াল্লি, যক্কে হায়না থল্লগা লাউ, পুবকউ লুপা লিশিং অমা, মহাক্না পিখিগে।

জাগেশ্বরী—নচা মুপাগী লুহোংবনি। লুহোংবা হায়রা পিকশিনবা য়াবিবরা? মীপুম তিংনা লুহোং-কৈহোংবা থোদোক্কা শেল পুনবা লোনবা ঙাক্কনি। নহাক্কা অনৌবা অমুক হৌদোকপা নত্তে। চান-থক্কবগীদমক কনানা শেল পুবা যাঙবগে? মতম কুইববসু কুইনা নহাক্কা শিংগেনু নিংল-বদি থা তক্কী মমুংদা শিংদোকথিবা কবিস্থ লৈবা নক্কে।

দয়ানাথনা শিংশুম শুকং লতুনা হায়নকই—অসুক কুইনা শৌবক্ক বা থবক অতু কবি হৌজিক শিবমদাই মতমদা তৌগনি। লাকলিবা নমৌ অসিদা তশেং-তশেংনা হেক্কা হায়যুগবা। হৌজিক অসুক অৱাবা তাববা মতম অসিদা ইমুং মমুংগী লৈত পাহনা পুপল্লতুনা কবি তৌগনি। খঙহন-নিংদে হায়তুনা কযা কুইনা লোক্কনা পমগান? লৈরিবা পোং অচুম-মরিদং হেক হন্দোকখিবদা মীরা-মীশা থরদি শাফগনি। নহাক মঙোম্মা অমুক্কং হায়তুনা ময়েংউদনা?

জাগেশ্বরীনা—মফি করং-ফনং কল্লতুনা হায়রম্মী—হো, হায়গে হায়-রগা নহাক হায়মু, ঐদি ঙমজরোই।

থুদক অতুদা রামানাথ টেনিস-বিকেট মখুৎতা পাযত্না চংলাকলম্মী। অঙৌবা টেনিসকী ফুরিৎ (শার্ট) লিংলম্মী, অঙৌবা লোংপেন শেংলম্মী। কোনবসকী খোংউপ, কুচু অঙৌবা অমসুং ফদাবা মায়পোক্ত অতুদা য়াম্না পকচরম্মী। হাযরিবা (ফিজোন) ফিজেৎসিনা ইনাক খুনবগী মতৌঙম্মা চিং লেম্লম্মী। লৈরোং যেকপা রুমাল অমা পাগরম্মা, মনমস্থ মুংশিরম্মী। মমা-মপা উহন্দনা মহাক মথক্কা কাবা পামলম্মী। মবক অতুদা জ্ঞানেশ্বরীনা হায়রকই—তু, লাকলিবা অসিগা কবি লৈবাগে হায়বদো থম্মৌ, নহাক্কা অরেম্বদা জগোই ঈশৈদা লিশিং অমা হাম্নবা হায়হৎলে, লিকয়োনবা অতুদা করি হায়না পাউথুমগনি? য়েংউ, ইকাই ইকি হুন্দোক্কনা হায়বা য়াবা হায়রে, কাইনথংদা লিক থরা হনবা হায়না য়ানরে অতুবু করম্মা মোগী লিক

পিন্নু হাযগদবদি কনানো ? অসি পুন্নমক অসি নওনা থোকহল্লিবা ঙাঙ্কনি। রামানাথনা মথক্কা শিজিনলিবা মবাল অসি লৌথোক্লুনা হাযবম্মী—ঐনা কবি হেন্না খরচ তৌববগে ? তৌবিবা পুন্নমক নখোযনা তৌজবনি। রামানাথনা হায়বিবদো অযাম্বনা অচুম্বনি। মপানা যাদনা মচানা কবি তৌবা ঙমগনি ? হাযবম্মী—ইপানা নংবু মবাল শিবা নঙ্কেনে, ইবুংঙো! মসি পুন্নমকসি ইপাননি অতুদা খাবিবসি করম্মা মীগী মীরাংমিশা কোকনি অসিনি। লাকদৌবিবা মীতুদা কবি হাযনা পাউখুমগনি ? ঐনা খনবদি শোংলিবা শেল অতুগী লিক ওইনা মঙোন্দা হন্দোকখিসি। মসিদা নঙনা কবি খনলিবা ?

রমানাথনা ইকাইখতুনা হাযবম্মী—মতাংসিদা ঐনা কবি হাযবা ঙমগনি ? অতুগা রাফম অসি হনাও-হবাংনা যানকনি থাজদে, মসিমদি ঐনা হায়জহৌগে। ইমানা হেন্না খঙলিবনি, চন্দ্রহাব লিক যাওবক্কবগী মবোল অমা রাক-থুংজ থোক্লিবসি। চন্দ্রহাব লৈজ্রিমথৈ লিক্কা শিবোই হায়দুনা বাশক্লুনা লৈবি।

জাগেশ্বরীনা মাগী মিচং চংলকপা অতুদা হরাওদুনা হায়রম্মী—ঐনম্ভু মতু হান্না হায়নমলিবনি।

রমানাথ—হায়বু হাযবিবসিনি শোইদনা কপ-লাওরকনি। ইমুং-মনুং মহি লাংগান। মপান থোক্লা বা বা লাওনবকনি।

দয়ানাথনা মমিৎ শুকদুনা হাযবম্মী—ইমুং-মনুংগী অরোনবা লৈত-লাইববা মঙোন্দা অমুক থুম্নংদুনা কাব লোগান ? হৌজিক মরাক ইমুংগী মী অমা ওইদে। মশানা কনেংবা ষিদম অতু অতুক্কী মতিক নিংথিনা খঙ-বনা হেন্না কৈফ।

রমানাথনা মথোক কারকপাগা হৌনবা জালপাদা ওইদবা কযা হায়-জিলম্মী—যাম্না কামজাও হনবা বা কয়া হাযবম্মী। জমীন্দারি লৈরিবনি। অতুগা লুপা লিশিং কয়া লাক্লিবনি। বেঙ্কতা শেল থমলিবনি, মতুগী শেন্দোইম্ম লাক্লি, জালপাদা হৌজিক লিক্কী বা হায়ববা ভারবদি রমানাথপু মহাক্কা ওইদবা ভাংবনি খনখিগনি, হায়রকই—কয়াম কুইনা লোৎকনি। নোংমদি শোইদনা অরোনবসি যোংদোক্লকদবা লৈরবনি অতুনা হৌজিক থুম্না হায়দোক্লুবা থোক্লবদি মহাক্কা ঐথোয়বু হম্বনা খনখরগনি। মপামগী

মীশিংদা ফাওবা ইত্থনা থাখিবা য়াই। মাইকৈ মরিমক্তা মিংচৎ খিবা ফংগনি।

দয়ানাথ—ঐখোয় লাক্ষপতিনি হায়বসি দীনদয়ালদা হায়বা থোই-দোকপা নৈতেনা।

রমা—পাজিনদি করম্বা মতমদা ঐখোয় লিক লোত্তুনা পুবক্কনি হায়-বিথিবগে অত্থুগা নোংমা নিনিদা অমুক হনাথগনিদি হায়বিথিবগে?

দয়ানাথ—অত্থু ওইরবস্থ অতোপ্পা পাম্বৈ অমনা লিক লৌবা, অত্থু নত্র-বদি থবক ওইরোইদৌরি। হয়েংমকসি শেল পিথিবা নত্রগনা লিক হনখিবা তাই। অত্থুগা সনাগী মহক্তা অরুপ্পা শিরবদি করিগনি? মত্থুঙ্গ য়াবোই খুদক্কনা থঙগনি, মসি পুন্নমকসি অশোয়বা য়ানি। মশানা মশাগী বা ককথৎলত্থুনা হায়বক্কী—হোয়নে, কোম্না মচু অত্থু শিগরকুগদি য়াম্না ইকাই-নিংঙাইনি। পেং চোইরেদা, থনকম-লাকক্কম থোক্কুরে। ঐদি ফিভম পুন্নমক অসি মঙোন্দা ঐগী মী ওইনা তাকপা, থম্বা কৈ থক্কি।

জ্ঞানপাদি থরা কপ লাওয়গা তোকচশিগান হায়বসি দয়ানাথকী বাথলনি অত্থুনা রমাগীদি অমুম্না তৌবসি ইকাইনিংঙাইনি। অমুক মাই উৎপা ওক্করোই। মহাক্কা মঙোন্দা নহাকী জমীন্দারীগী থবক্কা কদাই, বেক্কতা নৈবা শেলনা করি তৌরি, মসি করি হাগনা পাওথুমগনি? য়াম্নবনি তায়ত্থুনা গুকথনা হায়কুবত্থ ইকাইবা নংবা নত্তনা করিম্ব ওইরমদে। পাজিনা লিক য়োনবত্থু থা অনি, মরি মঙাদং য়েথোকখিবা ওমলরোইত্রা? পাজিনা পিগে নিংলবদি করিবু নৈবা পোৎনে। মুমৎ মরিনিগী মনুংদা লিশিং অমা-অনিদি য়াম্না লায়না পিবা ওম্বা পোৎনি।

দয়ানাথনা হংলকই—করম্না?

রমা—পাবগী পোকমিম্নবা ইতোনশিংদা তৌবা অমুগুম্না!

দয়ানাথ—অত্থু ঐহাক ওমলরোই।

মখোয় অহুম মীকুপ অমুক বা মচেৎ অমত্তা তাংদনা ফমত্থুনা নৈরমই।

দয়ানাথনা মশাগী বাকম শেংদোক্কমী। জাগেশ্বরী মমা-মচানা হায়রিবা বাকম অত্থ য়ানিংলমদে। মরম অসিনা হৌজিক অরুবা বাফমসি মখোয় অনিনা থম্নব তারে। দয়ানাথদি মশ লিংননবা অত্থুম হোৎনখিগনি। মসি হৌনবা বারা, অবাবা তারবা মতমদা ঐদি ইশাগী চৎনবী পথাপ

ফাইবা মাদে তায়ন্থুনা লৈথোকপা ? বমা মতৌ থিম্না থৌদা গী কোমদা পুংখবম্মী। পাক্সিদাতৌথিদ্রিবা থবক অসি ঙসি হাযবস্থ নত্তে। মহাক মপাগী ফিভম নিংথিনা থঙলম্মী মহাক নিংঙমল্লমদে, কবি মু'গী জাল-পাদা বা পুখরুরিবনো ? কবিগীস্থ অচাওবম কারুবনো ? হৌজিক মশানা ঙাংথোকথিবা বা ঙাক্লবগী অরুম্বা পুম্নমক মঙোন্দা তাবম্মী। জালপাগী নিংথিজরবা শক্তম অহানবা মুমিৎমক্তুদা মাবু শুক্ষৎলম্মী। মহাক মশাগী লাইবক ফবা অতুদা হরাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মুম অসি ঙসিগুম্বী তোম-থিন ঙানবী শকাহনবীগী মতিক চাবা ওইবিগবা ? জালপাগী মপাব লুপা মঙাদা শলব চাই অতুবু জালপা অমুকী মতিক কে মৌনা লৈরম্মী, মমুমদা শুমজিৎ ফাওবা ফং শিংহন্দে। কৈদোক্তৈদস্থ মশানা শেংপা ফনেক থুপং-লক্তে, মশাগী ফমুং শং-লাওনা নারক্তে। দয়ানাথনা লুপা যাঙ্খৈ চাই অতুবু স্বপ্নগী চাকথুনগী থবক-ইথাংগীদমক মীনাই মুপী অমথক থম্নমই ! লেমতৌবিবা থবক পুম্নমক মশা মশানা তৌবা তারম্মী জালপা শহব অংমুং খুঙংগী খেন্নবা কবি থঙগনি। সহবদা লৈবগী মহাক তাঞ্জা ফংলক্তে। মহাক্না শাকপগা হান্না মপুনোইবা অমমুং মনেমদা ঙক্না হংলম্মী, মফম অসিদা মীনাইকা থমনদবা ? জালপাগী মমুমদা খী, শঙ্গোমগী অবাং-অপা লৈবমদে। মফম অসিদদি শিক্লিবা অঙাং ফাঙবা শঙ্গোমগী কম্নকপা উদে। হায়বিবা অবাংপা অমদি নিংবা কাযবা অসিগী মহুৎতা রমাগী থোইথুম্নবা বাক্তাওঙাংবা নক্তুনা অতোপ্পা কবিবু লৈগনি ?

মহাক্না লম্বী কয়া, পাম্বৈ কয়া যেংলমই তৌইগুম্বমুং থোইবাংবা নত্তনা মহাক্না কবিমু যংলমদে। ইথং থংহৌদনা মহাক্না বাথল অমা লাম্বা ফংলম্মী। মহাক্নী থম্মোই হরাওনা চোংলম্মী তৌইগুম্বমুং বা অসি লৈয়েংনা থংপা ঙমলমদে।

দযানাথনা হংলম্মী—কবি বাখল থক্লে।
ঐদি কমিমতবু থমযম থোক্তে।
কবিগুম্বা পাম্বৈ অমদি হন্দবা য়াম্নবনি।
অতুম থনবিরো, ঐদি হায়ফম থনফম থোক্তরে।

কৈদোই, মঙোন্দগী লিক অমা অনি লৌথোকপদি ? মহাক্না লৌ-থোক্কে থম্নমদি কম্বিমু লৈত্তবনি।

ঐহাক ইকাইনে। নহাক অসি ওষ্টোকপা মী হায়বনো ওইয়ে, নখ'না লৌরু হায়, ঐনা লৌগে হাযবন্ন থিংই, অদু ওইরবদি থবকসি করম্না পাং-থোক্লনি ? ঐগীদি হ'য়রিবসিনি অমুক্তা নত্তে, লিশিংলক বাকম অসিদা ঐবু পুংথহনবিগনু, হায়জবন্ন ওমদে। ঐহাক ইশাগী অরোইবা মতম অসিদা জেল চংবা ওমলরোই।

জাগেশ্বরীনা বা পাংশিন্নওন্নী করিগুম্বা থুদোং থিবদগী কন্ত-হুংদা থোক্লো করি থাজনিংঙাই ওইগনি। করিন্ন লৈজবা লিকৌদমক্তা কোক শাবা হায়বন্ন মীন হুংশিরোই। লৈরম্ব পুন্নমক ইকোক কোকলে ভাকলে, অমা চংখি, অনি চংখি খরা খরা চেন্নখিবদা করিবু লৈহৌরি। যুম অসিদা লাকপদ লিশিং মঙাদগী তানা অউনপোব পুজরক্তপা নত্তে অদুবু চহি মঙাদা পুন্নতুম।

দয়ানাথনা তকশিন্নুনা হায়রম্মী হৌজিক্তি ইকাইবগী মতম নত্তে, লৌরক্তবা য়াত্রবনি।

রমানাথনা ইকাইনা হায়রম্মী পিয়ু হায়বদি ওমলোই। তাপ হেক লাকলগা পুরকউ হায়রগনা পুরক্তে। মসি হায়না হায়না মশাগী অতোনবা ফিভম খল্লুরগা মপী ইরা চেনলমই।

দয়ানাথনা থংলহুনা হায়রম্মী—হায়! নংগী অসিবু লোম্না পুরক্তে হায়রিবরা ?

রমানাথনা অয়াকপা থোক্তেলদা হায়রকই—ঐবু করিনে হায়না থনবগে ?

দয়ানাথনা মরাইবক্তা মখুৎ থমলহুনা অমুক্তা মিকুপ অমগী মতুংদা থরাই শোকপা থোনফমদা হায়রম্মী—য়াদে, অহুম্না তৌবা য়াদে। মতুং-মবাও চাদা-বাউদা ফাওবদা শোম্নহৌগদবা থবকপু করিগী তৌগদৌরিবনো ? কৈদৌঙৈদন্ন নমথাক তৌকরোই। ইস, ইচা ইমৌদবু অচা! অচা! চুমনা সেনি-মাইনি হায়নরগা ভাম্নরগা য়াবা থবকপু করিগী নমথাক তৌগ-দৌরি ?

রমা—ইমাখোয়না মসি থোক্তনি থনবিদবননি। অদুক য়ান্না লিক বায়কবগী করি কান্নরি ? অরেম্বদা ইখোং থোংনা ইমং থিবা তারেদো

হৌজিক্তি। অঙম্বা থরা য়াংনা পুন্থনা চৎলবদি পোৎতম্ যাংলে অদুগী মথক্তা মীগী মীবা-মীশাগী অবাবম্ কোকলমগদবা।

দয়ানাথনা থজিক ইকাইনা হায়রম্মী—চন্দ্রহায় থক য়াওদে হায়বগী ত্তেংথা-নাওইরিবৈত্তসিদা অদুমগা তৌরমলবদি করি থোক্লগবা?

য়মা—থরা ত্তেংথা-নাওইজবদুনদি করি ঐথোয়গী অমাংবা লৈ? হৌনবী অদুক যান্না য়াওবা হৌনবা য়াওরে, অসি ফাওবদা মুংঙাইতবা কোংদোক্লবদি হায়মল্লবা হায়বন্তুনি। সোমদা মিংচৎ থিরে, অসোমদনা থুদো থিবসি মাকোক্তা নত্তে। ঐথোয়গী·ক্ষিভম কত্তে হায়বসি ঐহাক উৎপা পামদে। হয়ানবা তারবম্ থঙশিন্নদবা তারিবনি!

দয়ানাথ তুমিন্না লৈথরে। য়মানা শাওনিংনা মাবু নত্ত-নত্তবা হায়থিবা অদুদগী মহাক তুমিন্না তাদুনা লৈরে। তাবা ঙমলক্তবদা মহাক হৌগৎতুনা লাইরিক লোইশংদা চংথরে! মসি মহাকী মুংতিগী ওইবা হৌনবী ওইরম্মী।

য়মাগ্ন মফম অদুদগী হৌগক্তনা জালপাগী মনাক্তা চৎথিরমই। মোয়াদা ফমলদুনা গোপীনাথত্তা হায়রম্মী—মহাক গঙ্গা য়োনফম থঙইদনা?

গোপীনাথনা হবাওনা হায়রম্মী—উম থঙই, করিগী থঙদনি।

চেন্দুনা পৈশা মরিগী হিদাক শেমনবা লৈদুনা পুরকউ। চেন্দুনা লাক-উকো। অদুগনে, মিঠাই য়োনফমদগীনে মিঠাই সের মথাই অমগম্ য়াও-রকউ। সে, লুপাসে পুথো।

* * * * *

( ৭ )

মুমিদাংগী পুং তরা তাথিরম্মী, জালপা য়ুমথক্তা হিপদুনা লৈরম্মী। কালেন থাগী নিংথিজবা ফিত্তৌ কৌনা সনা অহিংবা মচু মান্নবা থাবলদা, মমাংদা উরিবা সহরগী চমপোতারা ( ময়ুর ) অমদি হৌরিবা উপাম্বী মংগী অয়েকপা মানলম্মী। জালপ থাজয়োমদা মিৎকম হোংদনা য়েংদুনা লৈরম্মী। মহাক মথক্তা থনজয়ম্মী, মহাক থাজয়োমদা পাইশিনবঙম। ইথঙ-থঙহৌদনা

রমানাথ মথুন্তা পোৎয়োম অমা পায়রতুনা থোইরুম মোমোন নোরুহুনা লারুম্মী, অহুগা ফমুংদা কেক যম্মী। জালপানা হৌগত্তুনা হায়রকই— করিনো অহুদি ?

রমা— খত্তবরা, য়েৎসি হায়ু ?

জালপা— গোল গলপা। ( নোকলমই )

রমা- উম হুম—উম হুম, নত্তে।

জালপা অহুদি তুংনিংনবগী পোৎযোম ওইরিনি ?

রমা – লাল্লি।

জালপা—অহু ওইবদি মুংশিবগী লুবাক ওইবিনি।

রমা—চুমলে, ঙসিদি ঐনা নংবু লৈরাংগী লাইবেম্বী লেমগনি।

জালপা – হরাওবনা থম্মোই মকা লামলমই। রমানা য়াম্না মুংশিনা মাবু লৈগী লৈ পবেংদা লৈকেংবা হৌবম্মী। লৈরাংগী অহৈংবা অমেংবনা লোকপদ। জালপাগী নোংবা হকচাংদা শোবিং শোবিং লাওবগুম তোবম্মী। লৈরাংগী মতোগুম্না মাগী তুবুম-তুবুম খুদিংদা হরাও নংথোই কাপম্মী।

মতম অসিদা রমা মশানা ৎোখিবা লৌনমগীদমক্তা য়াম্না মুংনাংলম্মী। জালপানা মুংশি 'হরাও-মিনোক্না মক্তোরলোমদা' য়েংলম্মী। অহুগা মমাই-লৈথোরুম্মী। অহুগুম্বা চমলবা থাজবনা থল্লবা মিৎয়েংগী মমাংদা মহাক কুইনা থাওবা ওমলমদে। মহাক্না থল্লম্মী—ঐহাক অসি কয়াদা কিগল্লিবা! ঐহাক্না তশেং তশেংবা পাজিগী মমাংদা হাযবন্থ ওমদবনিকো। ঐনা জালপাদা ইমুং-মমুংগী ফিভম শেংনা হায়দোকতৌবনা ফরোইদরা ? মাগী মমিৎ ইরা চেল্লম্মী। হৌগৎতুনা ফমুংগী মনাক্তা লেপ্পম্মী। মুংশিবগী অহু-গুম্বা মক্তুবা নোংমদোন থক্তা মহাকী পুক্কিংনা মাবু করিগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা পোৎ অমগী মতোগুম্না য়েংবগুম নিংলম্মী। মহাক মশানা মশাবু অহুকী মতিক তুকৎচরম্মী। নমথাক লৌনমগী খুজিল থৌবাংশিংসি হায়দোকসিন্না হায়না মগুল-মগুল থল্লরমই। অহুবু অমুক হুম, হায়না হন্থ-রম্মী। কযাদা অকিবগী মশক ওইবিবা ? জালপানা হন্থনা থনখিগনি থল্লবদা মক্তোঙ্গা থাংওমদবা অমা পোক্রম্মী। জালপানা মুংশিবনা থল্লবা মিৎয়েংনা য়েংলহুন্না হায়রকই—ঐথোয়গী পাবুংনা নহাকপু ইমাদা য়াম্না থাগৎখি অহুন্দ্য ঐহাক্না নহাক করম তৌরমগনি, করম্বা মীওং ওইরমগনি থল্লম্মী।

রমানাথনা—নিংশা শাংনা হোনলম্মী, কবিমন্তা পাওথুমলমদে।

জালপা—ওসিদি নহাক কৈথেলদা চৎলুত্রবরা ?

রমানা মকোক লুকথরদুনা হায়রকই—ওসিদি মতম কৎলমদে।

জালপা—চৎথোকউ ননিং তৌনা। ঐহাকপু থন্দে হায়বগী বাকা ঙাংজরোই। লুংতিগী ওসি হয়েংদা মহায়।

রমানাথকী থম্মোয় কাথেক্লম্মী। মসি চন্দ্রহারগীদমক্তা অমুক য়ান্না শাংতক্লবিসে। লাইবক থিবনা মাগী সেবা পুন্নমক মাংনবা মচাক ওইগদৌরি হায়বসি মহাকনদি কবি খঙগনি ?

অহিং তৎথাই চনশিনখিবম্মী। থাজনা হুরানবগী মতৌগুম্না উপাখীগী মক্কমদগী হুনা য়েংলক্লম্মী। জালপা মপুবোইবগী মরেংবান্দা মথুৎ থম্নদুনা তুমথুল তানলম্মী। রমানা মপুক্কিংদা অকিবা কৎলবা অনিংবা অমগা লোইননা ভম্না হৌগৎলম্মী। মিৎকুপমুক লেপদুনা শুদ্ধৎলবা মিৎয়েংনা জালপাগী তুমথুল হুন্না নোক্লিবা মাইথোংবু য়েংদুনা লৈরম্মী। হৌগৎদুনা কাদা চৎপগী থৌনা লৈরমদে।

জালপানা থংগ্রেক থৎলদুনা হংলকই—কদাইদা চৎলিবনো ? নোংঙানলববা ?

রমা—হৌজিক্তা অহিং নোংমাইদমক ওইরক্লি।

জালপা—অতুগা নহাক করিগী কমলি ?

রমা—করিস্ন তৌদে, ঈশিং থক্কে হৌগৎলুবনি।

জালপানা মুৎশিমনখিদুনা রমাগী মঙকশমদা কোনশিন্নম্মী। অদুগা মহাকপু শুমলদুনা হায়রকই-নহাক অদুম তৌনা মিত্রং তৌরবদি ঐহাক চেনখিগনি।

রমানা শুক শুক নৈবা থোনকমদা হায়রকই—মিত্রং তৌবা নত্তে, মিৎকী অরাম-খৌরাংবা কোকহনবনি। মথোয় অনি অমুক তুমথরে অমনা লুংঙাইবদা ঈরোইনদুনা, অমনা বাথল তুরৈ চন্না।

পুং অহুম অমুক হৌজিনথরে। থাঙশী থাজনা মশাগী তাইবং থাওমৈ মুৎথৎখিরম্মী। অমুকী ইংলবা মুংশিংনা মহোশাবু মুগী থুজোক ইন্দুনা জোইনা শিংলম্মী। রমাগী মপুক্কিংদা বাথলনা মঙল-মঙল ঈহোরকপনা

হন্না-হন্না মিকপ থোকলম্মী অমম্থং অমুক অমুকন্ন হিপথবম্মী। মমৈথংদা পুং মরি তাবগী মখোল তাবদা মহাক মিপাইহুনা হৌগত্তুনা ফমলম্মী অদুগা মহাক মথা তন্না কুমথবম্মী। আলমারিদা লিক হাপ্পা উপু লৈরম্মী। রমানা অদু লৌথোকলম্মী। অদুগা থক থক লিক্কা মথাদা কুমথরম্মী। লিক অম-অনিদং লৌথোকনি হায়বসি ক'ওবম্মী।

দয়ানাথ মথাগী মাঙ্গোলদা ভুমলম্মী। রমানা তুমিন্না মশা নোমহুনা হৌদোকলম্মী। মপানা থংবোক্ত লাকপোই হংলকলমই—কনাগো?

রমানা মচিনবান্দা থুদোখী থমলদুনা হায়রকই—ঐদি উপু হায়বদু পুরকলে।

দয়ানাথ তুমিন্না শোং-পেক লাওহন্দনা হৌগত্তুনা ফমলম্মী। রমানা মতম অদুদা লিক পুরকনি হায়বগী বা মঙোন্দা হায়খিদে। অদুগা মহাক্কা থন্নমই, অমম্মা পকহায়-হায়জদিবনি থন্নমই। রমানা হায়বিবা অদুম্মা তৌথোরকনি হায়বদু থাজবমদে। হংলকলমই—অসিদি করিগী অসি লাম্না পুরকপিবনো?

রমানা করিন্থ নাচুংদনা হায়রকই—পাজৌনা য়াথং পিথিবদাই?

দয়া—মীনম্বা নত্রা?

রমা—অদু ওইববদি থমলুবগে?

রমানা হংলকপিবা বাহং অসিনা দয়ানাথ অন্নাবা অমা ওইবম্মী। ইকাইবপ তৌনা হায়রকই—হৌজিক কদাইদা থমলুগে হায়রিবনো? মাঙলে-মাঙলে, উথি লাকখিবা থোকলবদি। মীনা থুবাক থুডনা লোক-থিগনিকো। করিগী হৌজিক ফাওবা লেপলি, উপু অদু ঐগী আলমারীদা থমজিন্নু, চংলুচো।

মাঙ্গোলগী নাকন্দা দয়ানাথকী কা অদুম লৈবমই। অদুদা চীংগুগী কুইরবা আলমারী অমা থিন্নমই। রমানা উপু অদু মদুদা হাপচিনলম্মী। অদুগা যাম্না যাংনা মথক্কা কাথিবম্মী। মথক হেক যৌবদা মহাক নে তারম্মী। জালপা নোংঙাক্লমদাইগী অকনবা ভুমথুল তানলম্মী।

রমানা ফমুদা হেক ফমবদা জালপা থংপ্রেক থংলম্মী অদুগা মঙোন্দা চেজেংনা-ঙো-শিনলম্মী। রমানা হ লম্মী—করি তোরে, নঙনা থংলিবনো?

জালপানা মাকল য়েংলোমদা মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি য়েংলদুনা হায়রম্মী—কবিদু নত্তে, মং অমা মংলম্মী। নহাক করিগী ফমলিবনো, হৌজিক অহিং কয়াম থোংগদ্রে ?

য়মানা হিপথবদুনা হায়বম্মী—নোংঙাননদ্রে মংদি কবিনিনা ?

জালপা—কনাগুম্বা হয়াংবা অমনা ঐগী লিকী উপুদো লাকুনা পুথি-খদৌনা তৌবম্মী।

নমাগী নিংদোল অমুক শন্না থক-থক চোংলমই, মঙোন্দা মীনা হুংথনা শুবকপদা চেল্লম্বা ঈগী ঈচেল চপ লেপখিবদৌনা। মানা ঐবু উখিবমগদবা ? মরাক্তা কন্না লাওবম্মী—হুযানবা, হুযানবা।

মথাদস্ত লাওবক্লমই—হুযানবা। হুযানবা। থৎলো।

জালপা মিপাইবম্মী, চেন্দুনা কাদা চংলম্মী। থুনা আনমিরা হাং-দোক্লম্মী। উপু যাওবমদ্রে। রাস্তদুনা লৈমায়দা তাবম্মী।

*  *  *  *  *

# (৮)

লাং চেক চানবগা দয়ানাথ লিক পুদুনা লিক যোনবগী মরাক্তা যৌবম্মী অদুগা চংখিবা পুম্নমক পাম্নবম্মী। লিক যোনবগী পিগদবা লুপা ১৫০০/- থোকলম্মী, অদুবু হুম্নগী লুপা ১৫০০/- গী লিক লৌবগা লোইনবসি হায়বসি য়ারমদে। লিকী মথক্তা শেন্দোং-শেন্দোই থবদু পাম্লম্মী। যোন-খিবা লিকনিনা হাম্না লেপথবা মমল অদু মাংলগাদি য়াবম্মী। পামজ্রগা অমুক হনলক্লে হায়দুনা লৌনা-পিনখিবা ওইনবদি রাফম অমানি।

মহাক্তা লোনবগী চংনবী ওইবা রাফম থবা হায়বম্মী, মদু তাবদা দয়া-নাথ অরাফম তাবে, চুমই চুমই হায়বা নক্তনা কবিমক্তা হায়রমদে। অফিসকী বাবুনা হৈ-শিংলবা হুকান্দার অমদগী করিদি লৌথোকপা ঙমগনি ? ১৫০০/- গী ওইবসিদা ২৫০০ গী লিকসু চংথবে, অদুগী মথক্তা লুপা ৫০/- রাংলি হায়রি। রাফমসিগী মরমদা মপা মচা মুংং কয়ানিমুক নিংঙাই-শাংদানরম্মী তোইঙম্সুং হুয়ানবা অসিগী রাফম অসিদি অদুমক নমশিন্দুনা থমলম্মী। পুলিসনা মসি ফংখিবা থোকলবদি য়াম্না চাওরবা রাথোক, অমা ওইথিগনি।

হায়রা ফিরম্মী, জালপাদা অসি হায়না হায়রে। সনা হায়রা কংগদোবা লৈতরে, মহুগীদমক্তা হোৎনরুবা পুন্নমক অরেম্বদা বাননবা হোৎনবা তাগনিু।

জালপা লিক অহুক্কী মতিক পামজরম্মী। তাইবংগী করিগুম্বা পোৎ অমতবু পামলমদে, মহুদা করি ঙকনিংঙাই বা লৈ? মহাক্কা ঃহি অহুম গুরকপগী অপংবী মুপীমচা ওইরিঙৈদা মাগীদমক্তা মবেমপোক্কা সনাগী খুংজি শাখিরম্মী। অহুগা ইগুগীদি ইগুম্বপা য়াম্না যজবা লিক শারক্কনি। ইগুনা কেনা লিক শিহুনা নোমহৌ নোমহৌ চৎকনি।

চাউরবদা মথকথোংবা অহলশিংগী মনাক্তা কমহুনা লিকী বারী শাবা তারম্মী। মুপীশিংগী পিকলবা তাইবংদা অসি নত্তনা করি বারী অমুক লৈ। করম্বা মওংগী লিক শারকপা, মমল কয়াম য়াম্বা, অরুম্বা-অতাওবগী, খুৎ-চংনা শাবরা নত্রগা চৎদবরা, করম্বা মচামুপী মুহোংবদা উনলকপা অউনপোৎনা হেনগা, হায়বিবা মরু ওইবা হিলমশিংদা মুমিৎ খুদিংগী ভাংনশামবা অসিনি।

অসিগুম্বা লিক-কোন লৈত্তেংনা থনলবা অকে-অমৌগা তাইবংদা য়োকলকলবী জালপানা লিক-কোনবু মথম্বাইনা তাবা মহৌশানি। থা ফাজিলকলে তৌইগুম্বমুং মাগী ফিভম হায়গী মতাংগুম্না লৈরম্মী। মগুং-মমায়বী কনাগম্ব হৈরা চামিন্নবমদে। হি-হি নোকমিন্নবমদে। কমুং মথক্তা অহুম হিগ্রুনা অকাংবদা য়েংহুনা লৈরম্মী।

ইমুং অপুম্বনা থেমবদা তনলম্মী, কৈরোই-লৈকাইনা থেম্বদা নিংবা কাইহুনা তোকলম্মী। মপা লাক্তুনা থেমলবে, হায়ববে, অহু ফাওবদা জালপানা কম্মুং থাদোকলমদে। ইমুং অহুদা মহাক্কা কনাবু থাজরমদে। রমা ফাওবম্ব কৌনিং-ঙাংনিংদবগুম তৌবমই। ইমুং অসিনা মাবু থওইবীদে হায়না মানা থলম্মী। লৈরিবা ইমুং-মমুংগী মীনা ঐগী থম্বাই লৌগে শেমে হায়না থলমই। শেল অহুক য়াম্না পায়ববা ফাওবদা মথোয় ঐগী লিক করিগী শাদরি? ঐনা থম্বাইদগী থম্বায়না পামজবা পোৎপু মথোয়না করিমক্তা পুক্কিং চংবিদে। জালপানা থম্বাইদগী শাওনিংবদি রমানাথপুন্নি। মহাক্ক মাগী মমা-মপাদা কন্না তকশিল্লবদি, হায়ববদি মাগী বা মথোয়না করিগী হিকতোক্কনি অহুবু মানা হাযবিবগনিদনা? মাগী মচিনদি শঙ্গোম কমজিলথরে। ঐবু মুংশিরবদি অমুম্না থওইদনা কমহুনা লৈরোইদবনি।

মহাক্না য়মাবু মুপগী শাওবদা নত্তে, করিগুম্বা বা অমত্তং মঙোন্দা হংলুর-ৰদি তথি তথি থুম্লকই। অদুদদি বমা তিংঙক-তিংঙক য়েংহুনা লৈরম্মী। অদু ভাবদা মশানা থাজবা মৈদা চাক্তুনা লৈরম্মী। মশানা তৌরিবসিনা অহুম থোক্কনি-খঙলমলবদি মগাক থা-ক্রেক চিক্তুনা লৈরমগদবা, অমুত্তগী হুমিদাং ফাওবা নোক খেদুনা কোইহুনা চা থক্তুনা লেনবা মতম কদাইদগী লৈগনি। হৌজিক্না থবক ফংদনা কোইনা চত্তুনা লেনলি। হয়া হয়া মমা-মপাবু শাওনংলম্মী। মখোযনা শিহন চাহননিংলিবদি থা অনি-অহুমদা লুপা পুম্নমকাস শিংদোকখিবা যাবা পোংনি। অদুবু মখোযনা কবিগী থৌশাদ্রি? ঐনা শিথনা থোকলবস্ত মখোয কবিস্ত নাচুংলোইদৌরি। জালপাগী ভুকথরবা মাইথাং উবদা বমানাথ নিংশা চনিং-চমাং শমনবমদে। মুং-ভাইরবা মুংশিবগী মওং অদো অমুক থুনা কাইবৰনিকো, হৌহিবা অদুবু অমুক নাকথিগদবা? লুপা লিশিং অহুমগী সনা কবম্না শাগনি? থবক তৌববস্ত কবম্বা অচৌবা যম ফংগনি। মপোক অহুমলক্তস্তু লিশিং অহুম শানবা ফংদবা যাই। মহাক্না থুনা শেল পায়নবগী পাম্বৈ অমা পুথোকপা পামলম্মী। মাগী মমিংদা লোটবী ফাওবক্লবদি? অদু ওইরবদি জালপাবু সনানা হেক্তা থোমলগে। ইহান হায়া চন্দ্রহার শাগনি। মহুদা ভীবাস্ত থিনগে। মতম অসিদা ভালি নোটকা শাবা ওমলবদি মহাক্না মনিংথুংনা শাগদবা সনা মযামসে অঙকপনি।

নোংমা মুমিং অমা মহাক মুমিদাংবাই-ফাওবা থবক থিবা কোইচং চংলম্মী। শত্রং শাম্নবা হৈবনা মহাক অচৌ-অচৌবা মীগা থঙনবম্মী। ইকাইবনা মবন ওইহুনা মহাক মশাগী ফিবম কনা অমদা হায়দোক্লমদে। মীগী মমাংদা মশানা ইজং য়োম্হোকনিংলমদে। মীনা মাবু অমুক বাংনা থক্লগা করম কবম্বা মীগী মমাংদা মথুং তিংথোক্কনি। অদু ফাওবদি মহাক ভাকনা চংকনি খঙলম্মী। মহাক কনা অমদা মশাগী মুংভাইতবা ফোং-দোকপা হেক ওমলমদে। অদুগা পুক্নিংগী মুংভাইতবা নিংশাগী মতৌগুম্না মমুংদা মুনহুনা থাংবা ওমলমদে। মযুমদা হনলকলগা মমাই মক্না ফমলম্মী।

জাগেশ্বরীনা ঈশিং পুবক্তুনা মমাংদা থমলম্মী অদুগা হংলমই—ওসি মুমিং চুপ্না কদাইদা চংলুরে, নমিং-নমাই অদু তাথোকউসে।

রমানা খুজাই পাম্নথৎলকপদা জালপানা অশাওবনা থম্নবা ভমথিবা খোনকমদা হায়রকই—ঐবু য়ুমদা থিনবিরো। হৌজিকমক থিনগদবনি। রমানা খুজাই থমলগা মঙোনলোমদা অহুম্না য়েংলম্মী অহুদি মহাক্না হায়-রিবদো করিনো থঙদে হায়বা মতাঙম।

জাগেশ্বরীনা হায়রকই—ইচা-ইমৌবু অমুম্না ভমাই-ভমাইনা হেক্তা থিনগদবা নত্তে।

জালপা—ঐদি মীগী মচা-মমৌগা মায়দে। চৎনিংবা মতমদা চৎকনি, লাকনিংবা মতমদা লাকনি! ঐহাক কনাবুম্ন কিদে, ঐগী ইনিংনি। মকম অসিদা ঐবু হম্না য়েংবিরবদা ঐনা কনাবু হম্না য়েংগনি। হুমিৎচুম্না কনা লৈতব, অয়ো তাবা অমগী মতৌওম্না পকথমদা থম্মী, মিৎচিনা কৎ কাওবা য়েংবীদে। ঐহাক হৌজিক মিৎকুপ অমা কাওবা লৈরোই। ঐবু থিনবা ভমলোই হায়রগনা ইথোং পান্নি ইতোমক্তা চৎখিগনি।

রমানা—ইহা-হাদনা হায়রম্মী—করি ভৌরবগে?

জালপা—করিমু ভৌদে। ঐ চৎনিংই। মকম অসিদা ঐহাক লৈনিংদ্রে।

রমানাথ—অমুক্তা য়েংউ, বা-লাল অমতমু .চায়দনা চৎলবদি নবোম্নগী অহল নমম্না করি হায়না হায়গনি? মহুম্ন থম্না থদ্রো।

জালপা—মহু পুম্নমক থমবনি। অমুক থলনিংঙাই লৈত্রবনি। থম্নবমু পামদরে, ঐহাক পোৎ য়োম্বা চৎলে। হৌজিক্তী গাড়ীদা চৎখিগনি।

মসি হায়রমলগা জালপা চৎখিরম্মী। রমামু মসি করম্না ইংহবগনি হায়হুনা মতুং ইম্নরম্মী। জালপানা কাদা চৎহুনা ফি-য়োল য়োমলম্মী। মতম অহুদা মহাক্না মাগী মথুং পামহুনা হায়রকই—নং চৎলোই হায়মু, নং পম্মুনা হায়রিবসিনি, ঐদি মায়োইদবনি।

জালপানা পিওম ভম্নহুনা হায়রকই—মহাক্না হামবগা নাদা হান্না ভমজরোই।

মহাক্না মথুং অহু কহোম্নহুনা অমুক হম্না ফি-য়োল থ.পচিনলম্মী। রমা ইকাই-হুংশি য়াম্নরা মচি অমদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। জালপানা মফি-ময়োল য়োমলহুনা অমুক ভরং ঊপু অহু নংনোম্নম্মী অমুমু হাকচী মতৌওম্না জাক্না

তাচাবদি তৌরমদে। অসুম উপু লোইশিন্দুনা, অমুক লাংদোক্তুনা হঙৎহন্দা তৌহুনা লৈরম্মী।

মনৈথংদা য়োমলিবা ফি অহুগী মথক্তা কমলম্মী অহুগা হায়রকই—নহাক্কা কম্বিগী ঐ পন্দুনা বাশক্লিষদি ?

রমা হয়াওবনা লুতোন কারম্মী, হায়রম্মী—মসি নত্তনা নংবু থাম্নবা পাম্বৈ ঐঙোন্দো লৈরমদে।

জালপা—নহাক ঐবু মফম অসিদা কংশি শিহনগে শেন্নেদনা ?

রমা—করিগী অহুগুম্বা পনহৈদবা যাবু হায়রি ? ঐদি থিনগে থম্নবনি য়াত্রবদি। চৎলো লাইনা তম্বা লাক্লগনি। ইমা-পাবদদি তাকলমউ, তাকলমত্রবদি কজদে।

মুৎলবা মৈদা থাও তাথরে। ডালপানা চাকথেক্তুনা হায়রকই—মথোয় ঐগী করি থোকউ হায়হুনা তাকনুগদৌরিবনো ?

রমা—করিমত্তা থোক্কত্রবরা ?

জালপা—করি থোক্করি ? থোক্করবদি অমুম্না ঐবু থাদোকলোইদবনি। শেল পায়না পামনা ইমুং-মমুংগী মীনা ঐবু বানা মুংঙাইতনা লৈবা য়েংবা ঙমলোইদবনি। হৌজিক ঐহাক মথোয়দগী করিগুম্বা অমত্তা পামজদয়ে। মচা অনিমু লৈরিদনা শেমগদবমু। মথোয়গীদমক্তা থনগদরা ? নহাকপু য়েংগদরা মসিমম্থনবিয়ু।

রমা বাজাও ঙাংবগী মতম ফংলে, মহাকপু থেমজিম্নবগী তাঙ্গা ফংলে অহুনা মহাক্কা হয়াওরম্মী। হায়রকই—মুংশিবী চংথোনবী। চুমইবে নংনা হায়রিবদো ! শোইদবা বাকম্নি হায়রিবদো। অহুনদনদি লিশিং অনি অহমবু মথোয়দা শেল ওইনা থাবা য়াবা নত্তে। লিশিং য়াথৈ-য়াথৈ বেক্কতা থমলিবনি। থবক তৌরিবসিদি চুম্না মুম্নগী মতম লেনবা চৎলিবনি।

জালপা—লিকপু য়াম্না লিকথয়েদা হায়নিংঙাই লৈত্তনা।

রমা—লিক্তুবদি অমুক য়াম্বা লনথুম মমামসি কদাইদগী লাকনি ?

জালপা—ঐদি অসিগুম্বসিদি করিমু ওইনা থানবা নত্তে, ঐথোয়গী মুমদা কম্নিবু বাৎপগে ? অতৈমক নত্রবমু চাবদি বাক্তেদনা !

রমা—নং চৎথুবদি ঐদি করম্না লৈহোগনি অহুদি থনবমা ? লেপশিংশিগদৌরিবনি। ইমুং অসিদা হুরানবা চংখিবদগী ঐমী গুইরিবা ফিজম

ঐগী থম্মোয়তনা থওই। ইমা-পাবদা কয়ারক হন্না পেবে-পেনা থোক্না হায়-বনি। য়ামদ্রবদা লিক অনি অহুমদংদি শাবীসি। মীগী মমাংদা ফজদে হায়বনি, হায়রে হাযবত্রু মঙাই ঐগী-ঐগীনা কল্লি হাযবত্নি মনাদা হাণ্ডে।

জালপা—সে থঙলে, নহাক্না থবক তৌরগা ঐবু কৌরকউ।

রমা—মতুম্ থিবিবনি, য়াম্না থুনা ফংলবা যাই, অচৌবা মী কযা উয়্রে। তৌববদি থজিক ফবা থবক য়েংহৌবা ফৈদনা।

জালপা—ঐসু মথোয়গী মওং থঙলিবনি। মথক্তা নেত্তুনা পানথিগে, থবক-ইংথাংগী বা পল্লক্ত্রবরা ?

রমা—ইকাইদা অতুক যাম্না হাযজবা।

জালপা—মসিদা কাবিগা ইকাইনিংঙাই লৈ ? হাযবা ইকাইবগনা চিঠী ওইনা ইয়ুদনা ?

রমা ফন লাওনা চোংলমই। কযাদা ফবব পাষ্বেনোনেসে। তৌজিক ফাওবা, অতুক যাম্না ফববা বাসি মানা বাখলনা লাম্বা ফংলমদে হায়নমই—হয়েং শোয়দনা ইরগে।

জালপা—ঐবু থিনলম্নগা ইয়ু। ঙসি হযেংনক হংলগদবা লৈতে।

রমা—হাযরিবসিবু নহাক অঙইবমক চংকদৌবিববা ? অতু ওইরবদি ঐহাক থবক ফংলগনি। অদুগা চিঠিসু ইবগনি। যেংউ থন্দুনা, কাইন-থসিগী মৈচাক থাংহুনা কপকদবা, থবকপু ফংনবা হোৎনগদরা ? ফত্তে, চৎপগী বা অসি থাদোকাস, নত্ত্রবদি নৈবু ফত্তে হাযগনু। ঐদি য়ুম থা-দোক্তুনা কদাইদনো অমা চৎখিগনি, সে-থবা হন্দোকউ, পোৎযোম অতু থোককে।

জালপা ফমলিবা পোৎয়োম অতুদগী থজিক হন্দোক্লমই, অমস্তুং হায়-রকই—ঐহাক যাম্না থুনা হল্লকনি। নহাক্না চৎখোকখিদ্রবৈঙদা ঐহাক হল্লক্লমগনি।

রমানা পোৎয়োম হাংদোক্তুনা হাযবকই—য়েংউকো, ঐঙোন্দা অতু-ঙনা তাৎকা চংবা নত্তে।

জালপানা তৌবীমল উৎলতুনা হায়রকই—ইসে, ইসে ঐনা বারেমথৈ যোমজবা ফিয়োম হাংদোকপিরেদে। অতুক য়াম্না বাবিক্তত্রবসু য়াগনিএ। ঙস্না নুমদা যৌজরগদবনিসে কাদোক ফাজিন তৌবিত্রবদি ? হয়েং

শোইদনা চিঠি ইগদববা অমুক্তা হাযযু হায়বা। হৌজিক মতম অসিদা অমনি-অমনি থবক তৌদনা লৈবা য়াঃরিবরা হায়বা ?

বমা—হযেং মস্তে, ঙসিমক ইগেনে।

জালপ—তপাখিগে কা চাবিখো।

বমানাথ না চাবে অদুগা কাদা ফমদুনা চিঠি ইবমই। অদুবু করিগুম্বা থরা থম্মদুনা হোগত্তুনা লেপ্লমই অদুগা মাইকৈ অমরোমদা চৎলমই। মুপীনা মুংশিনা হাযববদা মুপানা তৌবা ঙমলোইদবসি কবি লৈরি।

* * * * *

(৯)

বমাগী থঙন-চাম্নবশিংগী মনুংদা বমেশবাবু মিউনিসিপাল বোর্ডকী হেদক্লার্ক ওইরম্মী। চহিদি নিফুগী মথকনি তৌইগুম্বমুং য়াম্না কোইবা, ঙাওজবা মশানা পামজবা মীতানি। শত্রং শাম্নবদা নোং ঙান্দুনা অফিস ফাওবা কাবা কাওরম্মী। মাংদা চিংবিনবা, তুংদা হোইবিনবা কনাম্ন লৈরমদে। নৌনা মুপী শিখিবম্মী। মুপী অমমুক থিবস্থ তৌবমদে।

অসিগুম্বা নাইতোম ঙাইববা পুন্সিদা নুংঙাইথোকপা নত্তনা কবিগুম্বা পোগ্গানিংঙাই লৈবমদে। থবক অচৌবা পাম্ন অদুবু অবেম্বদা লাকপা শেলদি অমাংবনি হাযদুনা থুজিং অমা ফাওব লোবমদে, রমাবু যাম্না চাম্না লুনা তৌরম্মী। অদু নত্রবদি কনম্বা মীবেমনা অহিং-অহিং কনানা মহাক্কা শত্রং শাম্নবীগনি। ঙসি তুমিৎ থবনিসিদি মহাক গাম্ন' শৌফম থঙদনা লাংতক্লনা লৈবম্মী। শত্রংগী লম্বাম্ন অমত্তা লৈবমদে। থববু কযাম কুইনা পাদুনা লৈগনি। বমা মোংমদা অমুক অনিবক্কি শোইদনা লাকলম্মী। অদুবু হম্দক মরক শত্রংগী লাইয়ুম তিংথোকলমদে। সিনিমাদা মহাক অদুক যাম্না থরাই যাওবমদে। অদুবু মতম অসিদা সিনেমা নত্তনা কবি পাম্বে অমা লৈরমদে। ফি শেত্তুনা চৎথোক্কে হেক তৌবিঙৈদা রমা কোক হেক চংলম্মী।

রমেশনা মাবু উবদা বাগোম্না কোনবগুম্না খোংম্না তাম্না লাম্লম্মী। অদুদগী মাগী মথুং পায়দুনা হায়রকই—লেংশিল্লকউ বাবু রমানাথ, নহাক্কি

বহুবা অসিবুদি পুমকাও কাওথোক্লেদনা ? হৌনবগী পাওদি করি কয়ম তৌরে ?

রমা—করিমত্তা তাদে

রমেশ—মৌদি মথবাই য়াম্মক মুংঙাইরমলোইদা ?

রমা—করি অমুক হায়রগনি। মুমিং অহুদগী হৌজিক কাওবা চাক মক অমা ময়াদা তাথিদরে। ঐদি তনলবনি, কদাইদনো হেক চেনখিসিরা মৌরবনি। ঐথোয়গী অহলনা মরোল অমা রাগা ঙাংনবা য়াবা লৈতে।

রমেশ—পাবগী মনাক্তা কাক্কংগী পুংকৈ শোত্তুনা লৈবরা ?

রমা—ঐদি খুদোংথিবদা তারে। হৌজিক থবক-ইংথাং অমা তৌবা মথৌ ওইরে। করম-কবদা থবক-ইংথাং অমা লৈবগে তাবি লাকপিবরা ?

রমেশনা লাইয়ুম পো লোথোক্তুনা হায়রকই—লাওনে, পাক্লন অমতং য়েংশি অহুগা রাকম অহু শম্নসি।

রমা—মতম অসিদা ঐদি শান্নিংদেদা। থবক অসিগী মরোল অমতং খঙদনদি, ঐহাক চমমনরি।

রমেশনা শত্রংগী পো হাপ্লহুনা হায়বকই নত্তে, ফম্‌লাও। অমুক্তংদি শান্নসি অহুদগী খন্নসি করি ওইবা য়াবগে হায়বদো।

রমা—করিমতা হৈনিংদে।

রমেশ—হেরা, পোরম অমুক অনিরক্তং চংতুনা য়েংউ। অহুদগী অমুক মরনাই হৈনিংজরক্কনি। শান্নবা হৌরে, রমেশ বাবুনা রথ চারে।

রমা—ইসে, ওহোক্লা শাবিনা শোইংরেদা।

রমেশ বাবুগী মমিংতা নিশা কারম্মী। শত্রং মাগীদমক্তদি য়ুগী নিশা-দগী রাংনা ময়াই কারমদে, হায়বমই—খুংলাংখা কৈদা, নংগীদমক্তা ঐনা অফবা থবক অমা থনলি। অহুদা তনবদি য়ামদেনে, মুম্নগী মুপা খুমানি। মতিক চাবা থবক্তি নংতে, পামলবদি তৌবা য়াগনি। মসি হায়না হায়না রমাগী শামু চারে।

রমানা শামু অমুকহম্ম হিংগংহম্মবা হোংনরহুনা হায়রকই—অদোম্না রারীদা মুলহনলপা ঐগী খোংমী লাম্মী য়াম্না হাইহংলে। মহুগী মতিক লৈতে। কদাই ঐগী শামু।

রমেশ—য়েংউ অহুগুম্না নাতৈ চাদবা তৌগনুকো। মহাক্তী শাবু ঐনা নমহুনা চাবা নংতে—শোইদনা পামলেদনা নহাক থবক ?

রমা—অদোমনা শিনবিরবফি তৌগেনে।

রমেশ—থবক্তি শেল কোমনি। অদুগনে, নিংথিমা মঙম মোক্না তৌদবনি।

রমা—অচায়মগীদি থক্লেদা, শেল চাবা অফবা নত্তেদা।

রমেশ—উম, চুম্মী ফত্তে অহুবু মতু মচা লৈরবা মীনা করিদি তৌহুনা লৈগনি। লুপা কুহনদি হিংবা য়াবা নত্তে, ঐগীদি, ঐহাক ইথত্তনি। ফংলক্লিবা য়াৎথৈ অসিমকসু য়ামনথরবনি। লেমসু লেমলিবনি। তৌইংগুমসুং ইমুং-মচুং য়াম্বা মাগীদি অত্তাংগী লাইরিক লাইগুতম্বা, মচানুপীশিংগী লুহোং-খোংদোংবা হায়বা কয়া লৈরি। অহুনা মহাক্না তৌগদবসিবু করিনো ? অপিকপা, তলব য়াম্না চাদবা মীশিংনা অফবা মী অমা ওইনা হিংবা লেনবা ত্তমত্রিবমথৈ শেলজা-থ্মজাগী থবকসি কোকপা থিংবা ত্তমলোই। মগোযসু ময়াম্না চানরিবা চেং, হবাই, ঘী, শঙ্গোম চানরিবনি অহুগদি অমনা লুপা কুহ্না অহুগা অমনা পুম্না চহুম করিগী পিরি ?

রমাগী মত্রী থাংদোকখরে। রমেশ বাবুনা কয়া ফাক, ফাক নোক্লম্মী।

রমানা শাওনা হায়রকই—শান্নসি হায়রগা তুমিন্না শান্নসি নত্রবদি ঐহাক চংলে। ঐবু ৰারীদা মুনহন্দুনা ঐগী পো কয়া চাথোক্লেদনা।

রমেশ—তোকলে সাহেব! অমুক ত্তাংলবদি লৈয়েং অসি হেক্তা কাবোকো। সে, সে চংলে (থোরে) হয়েং দরখাস্ত থারকউকো। পুক্লিং য়াম্না লুমইকো থবক অসি ফংবদা অহুগনে থবক হেক ফংবা মুমিং অহুদগী ঐগা লোয়ননা অহিং চুপ্পা শান্নবা তাই।

রমা—পাক্লনগা অনিরক হেক্তা নমকা কাথরেনা ত্তসিদি।

রমেশ—নহালমথৈ অদোম্না কারম্বা অহুদি।

রমা—পাক্লন অমতং হন্দোলমসিরা থনবনি অহুদা মতম অসি থেংথুমাগে।

রমেশ—কদাইদগী থেংগদগেনে। হৌজিক্তা পুং মাপল তাবদা ত্তাইরি।

রমা—ফরে, হয়েং অমুক শান্নরসি, হয়েংবু পাক্লন নমকা মত্তায়ক কান্নংবদি য়েংলসি হাযবা।

রমেশ—হেয়া, তানিংদবা নহাক্না ঐবু কাগনি হায়বা ? যেংবা তারে চৌজিকন্থ নবিংজেল অদু।

রমা—যরে, চংকে হায়ববু অদোম যাম্নমক মন্থুংঙাইগৌবরোই, অদু-গনে ঐহাক পাঞ্জল মঙাদগী ভাদনা শান্নগনি।

রমেশ—মঙাদা নত্তেদা, ত্তবাবক শান্নসি। অহিং ওইববন্থ ওইসন্থু, হনগে-হনলোই ইশা-নশাদা লৈবসিবো।

অহানবগী পাঞ্জনদা পুং তরামাথোই ত্তাথবে। রমেশ বাবুনা থোই-রমই। মথংগী পাঞ্জনন্থ মহাক্না থোইবম্মী। অহুমশুবা পাঞ্জনদা পুং অনি ভাথিরম্মী।

রমা—তুমবু তুমনিংলেদা ঐদি।

রমেশ—নমাই ভাথোকউ। ববক লৈবনি। পাঞ্জন মঙাবক শুনা শাম্নদ্রিবমথৈ ঐহাক নহাকপু তুমহল্লোই।

রমেশ বাবুনা ঐদি ঙসিদি দাউ যাম্না যাববনি হায়না খনজবম্মী। অদু নত্রবদি ঐনা রমাবু থোইবা অবাইব নত্তে। অদুগ মবিবক শুবদা থাজবদি মাংখিরম্মী। ওম্ন তৈননা মথং মথং মাইথিবগদব হায়না অমুক কিরম্মী। হায়রকই—চৌজিক্তি তুমলসিদনা।

রমা—কবি তৌবে পাঞ্জন মঙাবক কাবেবোইদবা ?

রমেশ—হযেং অফিস কাগদোনি।

রমানা অমুক কম্না ভকশিল্লমদরে। মথোয অনি তুমলে।

রমা পুং নিপালদগী তানা হৌগৎলমদে। ঙসিদি পুং অহুমদা তুম্লনই। ঙসিদি ময়েঙৌদি মহাক পুং শনা ফাওবা তুমগদৌবনি। রমেশ চাং নাইনা পুং মঙাদা হৌগৎলম্মী। ঈরুজ থাক্লে, ধুপ-থাউমৈ থাবে। ঙহাক চৎ-থোকউবে। অদুনু অদু যাওবা রমা তুমদুনা লৈবম্মী। পুং মাপল তাশিল-লক্লে, অদুনা মাবু হৌদোক্লম্মী।

রমানা হাযবকই—তান চাদনা হৌদোকলকলেদা।

রমেশনা শাওরদুনা হায—নহাকপু দবথাস্ত হাযবদে থাগদৌরিবরা ?

রমা - অদোম্না খরা থাবিবকউদনা ?

রমেশ—অফিসারনা কৌরক্লগা ঐনা নহুংশিন্দুনা চৎপা ম্নাবা হৌনব্রা ?

রমা অমুক হিপথরম্মী, রমেশ চাক চাবে ফি শেংলে। অদুগা আফিস চৎনবা খোৱাং তৌরে। মতম অদুদা রমানাথ মিপাইবতুনা হৌগৎলমই অমসুং মমিং নোইবতুনা হায়রকই—ঐস্ম চৎকনি।

রমেশ—ঐ ঙাইথিগে। নমাই নমিং অমুক্তা তাথোকখোনা।

রমা—অদোমদি চৎকদোবিবা অদুদি।

রমেশ—চংলোনে, মিনিট ১৫-২০ অমদি ঙাইথিবা যারি। চৎলো, পৰপ-পৰপতুম লোইশিল্লুবো।

রমানা মিকুপ অমগী মমাই তাবে। মিনিট মঙাদা চাক চারে, অদুগা পা না যাংনা রমেশকা আফিসতা চৎলম্মী।

# (১০)

রমানা আফিসতা লৈরিবৈদা নোং মংশিনলক্লম্মী, তৌইগুম্বসুং রমা মথুম যেংনিংবনা যাম্না লাংতক্লবম্মী অদুনা অমুক পত্থবা হমলমদে। অফিস-তগী খোং থাংদোকপদা মঙাইবম্মী অদুদা নোং থংহৈ হেক্ত হৈথবক্লম্মী, অদু ওইরবসু মচি অমদা ঙহাক পনলমদবে। থবক যংবগী মুংঙাইব পাও ফক্লিংলিবৈদা অসিগুম্বা ঊচি নোংজুনা কবি তৌগনি? তলব লুপা কুম্ন্থানি হায়বগী য়াদনি, যাম্না অচাবম লৈবা মফমনি। মতাক্লা মপুক্লিংদা থল্লমই—পা কযা তুংশিল্লকপা শেলনা ঙালপাগী চক্লগাব শাবা ঙমলনি। মযুম য়োৰগা ফি লোংদোকত্তুনা ইংচাং চোংনা জালপাগী কাদা চংলম্মী। জালপানা মাবু ইবদা হায়রকই—ইচোং চোংনা কদাইদা চৎজুরে তৌবিবতুদি! অহিংনা কদাইদা মাংলুববা?

রমা—থবক অসিগীদমক কোকপু ঙাওরববনি। ঐনা লাক্লিবসি অফিসতগীনি। ঐহাক নিউমিলিপিলাফিটিদা থবক অমা যংলে।

জালপানা যন, কম চোংলতুনা হাযবম্মী—অচুম্বরনে! তলবনা কয়া?

রমা—তলেং-তলেংনা হাযদোকপা ঙমলমদে, হৈকাইরম্মী—লুপা কুম্ন্থা ফংই হায়বসি চোম্নগী য়ানি। মপীগী মমাংদা কনানা চোম্নদি পামগনি? কয়াদা হুম্বনা, তোম্না থনথিগদবা থল্লুবদা হায়দোকপা ঙম্মদে অদুবু

হায়রম্মী—অহানবদদি লুপা লিকু-ফংগনি অহুবু মাম্না থ্না চাওখৎলকনিদা। মকম অসি শেলগী কোমনি।

জালপা মাগীদমক অচৌবা মফম অমা খঞ্জরম্মী, হায়রম্মী—নিঙ্কুনদি করি তৌগনি ? হুমঙ্কু হুমঙ্কুতরারোমদন্ন ওইরবদি ফগদবা।

রমা—ফংববুদি মাই চামন্ন, অহুন। মফম অসিদনা থরা লেমই, থবকন্ন কোমই অহুননি। মাংথৈ হুমফুগী মথক্তা ফংলকনিদা।

জালপা—শেল চাগে হায়রিবরা ? লাইরবশিংগী মথৌরী মেৎকে শিল্লিমালেনে।

রনামা নোক্ত্না হায়রকই—নত্তে ইবেম্মা, মফম অসিদদি নংনা থল্লিবা লাইরবশিংগী মথৌরী মেৎকম নত্তেনে। মহাজনশিংদগী শেল ফংগনি, হরাওনা লেংগেম্নগা পীরকদবনি।

জালপা হরাওরম্মী, হায়রকই—হোই, ফরে অহু ওইরবদি। লায়-রবশিংগীদি অহুম হেক্তা পন্দনা থবক তৌবিখো।

রমা—অহুবুদি তৌখিনিদা।

জলপা—ইমাদদি ঙাকলোইদরা? হুন্মুরোলাউদনা। ঐনা থবাই-দগী লুক্তাইজবদি মথোয়না মফম অসিদা ঐগীন্ন অধিকার থম্নদি লৈবোইরে থনবীরনি।

রমা—হোই, চংলো অহুগনে, মথোয়দদি কুন্দা ফংই হায়গনি

জালপানা হরাওনা হায়রকই—হোইদা, ঐমগী তবামরিদ হায়মুদা অতৈ ফংগদবা অচাবমহুদি হায়রুহুনা কাম্নদবা বানি থবাইদগী হাম্না ঐগী চন্দ্রহার শাহোগে।

মতম অসিমক্তদা চিঠি য়েনবনা কৌরমই। রমানা থো' হাং'দোক্ত্না য়েংবদা মাগী মমিংদা পার্সেল লাক্লম্মী। দীনদয়ালনা থারকপনি মথুৎনা পায়রহুনা হরাও হয়াওনা ইমুংদা চংলক্লম্মী। অহুগা হায়রকই—নথোয়গী মুমেদগী লাকপনি য়েংউ, করি য়াওবগে ?

রমানা থ্না কাটিন, ককথত্না হাংদোকলম্মী। অহুদা চিংশুগী উপু মচা অমা য়াওরম্মী, মহুগী মহুংদা চন্দ্রহার অমা হাপ্লম্মী। রমানা মহু লৌ-থোকলগা য়েংলম্মী অহুগা নোকলহুনা হায়রকই—লাইনা নত্তনা নীঙবা থুংহল্লে।

জালপানা থম্ভিক ইকাইরণ তৌনা হায়রকই - ইমানা করি থম্মুর-বনো ? মসিদি মাগী লিকনি । ঐদি মসি লৌরোই, হৌজিক হনবা মায়বদি থরা থ্‌না হনবিথো ।

রমানা ইঙক ঙক্লহ্না হায়রকই—মহাক্না শাওরোইদরা ? করি হায়না থনগনি ?

জালপানা মনাতোন শুগৎলহ্না হায়রকই— ঐগী ইনিং, মবেম্মনি মবেম্মা, তৌনিংবতা তৌগনি । ঐ মথোয়না থৌজালবিক্রবস্থ লৈবা ঙমগনি । নহাক্না মাইফরগা ঐহাক অসিগুম্বা লিক কোকথোং অমা সি-চারকনি ।

রমানা থেমলহ্না হায়রকই—ঐনা থনবদি নহাক লিক অসি থমহৌবা কৈ । থম্মুনা য়েংউদো মথোয় কয়াম য়াম্না হুংঙাইরোইদ্রবনো ।

জালপা—মসি পুম্বা অরেম্বনি, ঐহাক সিররোই ।

রমা করিনো হায়রিবদো ?

জালপানা মথোল মেঙনা হায়রকই - ইমানা পিনিঙনা পিরকপা নত্তে । হকচাংগা মথৱাইগা থায়নদে থাক্তে হায়বমথৈ থাকলমগনি । মসি হনথি-বদা মহাক হরাওজগনি । মচা অমদা পিনিঙনা থুদোলপোৎ ওইনা পিরক-লবদি ঐহাক হুঙাইগদবা ।

মমা মচাগী মক্ষমদা জালপাগী য়েক্লবসি উবদা রমা করিমতা হায়বা ঙমলমদে য়েক্লব কায়বসি হর্ক অমদি প্রমান য়েংদে । রমানা লিক পায়-রহ্না হায়রকই— ইমা বাবাদস্থ তমগুসিদনা ।

জালপানা লিক মথুঙগী মুৎহ্না হায়রকই—মথোমগা ঐগা করি থোক্রহন কবি ৎাকদৌরিবনো ?

মসি হায়হ্না মহাক্না লিক অহু উপুদা হাপচিল্লম্মী, অহুগা ফিনা অমুক তৃশিল্লম্মী । রমানা কিনা কিনা অমুকুং হায়রকই—অহুক য়াম্না তাহা তাহা করিগী য়োমশিল্লি, কোরা হুমিৎ মঙা তরানিগী মতুংদস্থ পিথিবা য়াবহ্নবু, মহ্না মথোয় মমায় য়েংবস্থ থোকনি ।

মসিদা জালপানা মমিৎ থানা য়েংহ্না হায়রকই - মসি হেক থাদোক-খিত্রিমথৈ থোইদৌ ইংলরোই ।

মিংকুপ অমগী মহুংদা তুশিনবা লোইরে । রমা অহু পায়রহ্না বাথল তৌনা মথাদা কুমথরম্মী ।

মহাশয় দয়ানাথ মচানুপা থবক ফংবগী পাও তাবদা যাম্না হরাওবে। লুহোংবগা অমুক থ্না জ্ঞান তাগনি হায়বসি মহাক্না নীঙলমদে, হায়রকই —থবক্তি ফনা ফবা থবক্তি। পুকচেল শেংনা তৌববদি মযম চাওখৎলকনি। ঐনা হাযগদৌবা অমনা মীগী শেল পাম্দ্রদন, অবেম্বনি হুমাং মমল নত্তে থনবা।

রমানা মপুক্তিং শেংনা হেক্তা হায়রিসবা পদ্মী—পানুংগী পাউতাক অতু পানুংগী ওইনা থমজিনবিয়ু। মতু ঐগদি চানদে অতুবু অমুক রা থও-দবদি নত্তেদা।

দয়ানাথনা অমুক হায়রকই—কলবদি কুম্ত্রানি নহাক্না কবিগী কুম্না ফংলিবা ?

রমা—অনৌবা মীত্তু কবয়া কলপ শুনা পিগনি ? থা তরুক-পারক্তা মরম্নাইনা হেন্না পাল্লরনি। থবক যাম্না নৈ।

দযানাথ—নহাক নহানি, থবক পৌবদা কিরেহৈদৌবনি।

রমানা স্যুট অনৌবা ভুরেং অকে-অমৌগী মচাক কযামুক লাওলম্মী। মকু মযুমদগী পীরকপা শেল থবা লেম্লম্মী। থরনা মরুপ-মপাদগী পুরম্মী। সাহেবকী কিজেলে, শেলনা অথিসবী মমির থংপহনগে থল্লম্মী। কনানদি তঙবু হংগদৌবদি খঙেদো। মহাক নশিংনা মানা নানবা উবগা হক্তোইগনি। মশা নানন ভু হেন্না নৈবগা শেল লাকপা হেনলি হায়বসি মতাক খঙলম্মী।

হুমনি চনব শুমিত্ত রমা কোর্ট-পেন্ট শেক্লনা অমসু টুপি উপ্তুনা চৎপদি কেম্বন মকা অম পৌথরবা। চপ্রাসিনা সলাম তৌরম্মী রমেশ বাবু উম্নকবগা মহাক চাত পৌবা লাকপদা মাঙেল মচি অমদা শেগাইরবা দবী অমা থারহুনা বিবা সাহেব অমনা উপু অমদি রেজিষ্টার ময়াম চাই-থোক্লনা ফম্বা উবম্মী মতুগা লৌনবা মযাম্না মাবু কোইশিন্দুনা লেম্লম্মী। মমাংদা বেশগাড়ী অমসুং শগোল গাড়ীশিংনা কৈথেল কম্মী। পুম্নমক্তা মশা মশাগী থবক থ্না লোইনবা লাওরম্মী। শেগাযবব দবীদা যম্ব রমা ইকাইবম্মী। মহাক্না চুমদ্রিং রমেশ বাবুগী মনাক্তা চৎলগা হায়রকই—ঐহাক অসিগুম্বা অমোৎপা দবীদা ফমহনগদরা ? অফবা মেজ অতুগা

চৌকি কয়ামুক থাহনবিয়কউ। অতুগা চম্পাসিশিংদা যাথং পীবিয়ু, মী অমদগী হেন্না ঐগী ইনাক্তা লাকহনবিগনু। রমেশ বাবুনা মোমোন নোক-লহুনা মেজ চৌকিশিং পীরম্মী। রমানা শেম-শাহুনা চৌকিদা ফমলহুন্না পিয়োন অমদা হায়রকই ময়ামদো মাঙ্গোলদা লৈয়ু হায়য়ু। অমমম নম্বরগী মতুংইন্না লাকউ হায়য়ু। চে অমদা ময়ামগী মমিং মথং মনাও নাইনা ইয়ু। হৌক্তিক ফাওবা করি তৌবি?

লল্লোনবা অমা পুং অনিদগী লেপ্লম্মী; হন্নাওরহুনা হায়বকই—হোয় সাহেব! অহুম তৌবিবনা ফৈএ।

রমা—হান্না লাকপগী থবক হান্না তৌজগনি। লেংবিবকপশিংনা মাগী মাগী নম্বর ঙাইবা ওইন। মপান্দ লৈবিয়ু।

নিযম থবসিনা মথোয ময়ামগী মমিং থ্পুবা লাম্বা তৌবি। লল্লোন-ইংলিক সমাজদা ঙসি মাগী মগুং মতৌ অসি ঙাক্তনরম্মী, থাগৎনবম্মী। হুমিং নিনি থবক তৌরুববগী মতুংদা রমা অরু-অহেনগী হৌনবী পুন্নমক থগুলে। পোং-চৈ গুনবা, মীশিং থিবা, যেংথোক য়েংশিন তৌরমলিবা অতু কয়ামুক হেনবা মুন্না থগুজিল্লে। অসিগুম্বা শরক থজিক হোথ অসিদা কল্লোন বশিংনা হাযনিংঙাই লৈংনা শেল কযা হায়হংপা। অসিগুম্বা অমোংপা অসিদা রমানা বিল অমদ আনা লৌবগা করম্না পেনগনি? অতুদম্ভ তং-থায় অমদি চম্প্রাসিশিংগী শরুকনি। শোং (মাল) ওনবদা নিয়ম কম্ন-শিলবা, মহাক শেল অমদি মিংচৎ অনিমক ফানবা পামলম্মী। রমেশ বাবু অনৌবা রংগরুট অসিগী থবক চৈশিংবা অসিদা ঙকলম্মী। মাগী মনঙ্গলদা থুবাক্লা শেং থারদুনা হাযরকই—নিযমগী মতুংদা লৈরগা তৌনিংবতা তৌ। নওগী মতু নামা তংকদোবা লৈতে।

রমাগী শেলগী ফিবম থ্না ফগৎলম্মী। শেলগা লোয়ননা গুণম্ভ হেন-গৎলে। মুক য়াওদবা কলমনা তকপা অফিসকী বাবুশিং ফাওবা চুরুট, কা, চা থকনিংলবদি রমাগী মনাক্তা লাকলম্মী। অচেনবা গঙ্গাদা পুন্নমক মখুং হামনরম্মী। অফিস মতুংদা রমাদবু থাগৎলম্মী। পৈশাবু চেগাই ওইনা থম্মিবা করম্বা থম্মোইনো? থম্মোইদা নত্তে, বাঙাং শাঙাং, মীকৌ-লাককৌনা মযামবু তরান-তর াম তৌরম্মী। থম্মোই চাওবগী মতিক বাঙাংম্ভ

হৈজে অসিনিদো মীরক থিল্লকপা হায়নদো। বাবুশিংগী ফিবম অসি ওই-রবদি চম্প্রাসিশিং অমম্মুং মোহরীগীদি করি ওইগনি ?

অচুবু জালপাগী অনিঙবা হৌজিক ফাওবা অমতা থংলমদে। থবালদা জন্মাষ্টমী লাকলম্মী। লৈকাইদা য়াম্না চাউবা কুম্মৈ তৌরম্মী। মচুদা জগেশ্বরী যেংবা চংলম্মী, জালপাদি চংদি য়ারম্দে। হায়বিবা থা অহুম-সিগী মমুংদা মহাক্না রমাদা নোংমতম্ন লিঙ্কী বা হৌদোকলমদে; মহাক মা-লান ঙাংদনা মতোমতা পকলৈদা লৈবা মাগী হৈনবী ওইরম্মী। মসিদা মাগী মথৎমায় তাবম্মী মসিনা মাগী লমচৎ ওইবম্মী হায়রিবা অসিদগী হেল্লা মথৎই তাবা অমনা নোংমা রমানা পুবকপা মমাংগী চুটীপত্র অচুনি। মচুদা মথল-মথলগী ফজনবা লিঙ্কী মওং শকুম য়েংলম্মী। মমলম্মু থানম্মী। মথক্তা চাইরবা মতমদা মহাক্না (লিষ্ট) চুটিপত্র অসি মুন্না য়েংজলম্মী।

রমা অহিং-নোংমাই মতুংদা হল্লকপদা জালপা ফমুং মথক্তা তুমদনা হিপ্তুন লৈবম্মী। নোকলগা হায়রকই—ঈশৈ য়াম্না শকতৌই। নহাক চংলুবদি করি তৌই ?

জালপা—মমাই লৈথোকলম্মী, কবিমঙ শুমলনদে।

রমানা হায়রম্মী—ইমুং মমুংদা অহুম লৈবগা নহাক্কী থম্মোয় মিপাই-রমগনি ?

জালপানা কল্না হায়রকই—মীঙোন্দা অমুক মরাল শিবিবা ফত্তে। ঐদি ঐনা তৌরিবসি চুমই, অফবনি হায়না থল্লি। চংলুরগা মীনা থিনা ঙাং-মযোইগ্রা ? নহাক্কী নমাই য়েংচুনা চঙবান।

রমানা ইকাইরদুনা হায়রকই—থিনা কবিগী ঙাংনগদৌরিবনো ? হরানথিবনি হায়বাসি মীপুম তিংনা থঙনবিবনি। হরানবা হায়বা বাহৈ অসি মচিন্দা শনবদা রমাগী থম্মোয় চোংলম্মা। জালপানা রমাগী মিৎয়েং-সিদা হবানবা মশক থঙলিগদরা নিংলম্মী। তুম্নগী চিংনবগী মরমনা মঙোন্দা ফোংদোকপা ঙমদচুনা তৌবনি নিংলম্মী। মশাগী পুক্নিংগী চিংনবা কোক্নবা অমমুং জালপাগী মীতিক মীয়ো থঙগে হায়বগী মতাঙমনা মাগী মথম্মোয়-মুংদা কুমথবমই। লোলায়দগী হেক কুমথবগা খুদোংথিবসি নহাকপু ঙাই-চুনা লৈরমগনি হায়বসি কনানদি থঙবা ঙমগনি ?

জালপানা মমিৎ ঈয়া চেন্নহুনা 'হায়রকই—ঐহাক্না নঙোন্দা লিক্লী-দমক্তা কপ্তুনা ননাকোং বাই চিলহন্নবা নয়াইবক্তা ঊমলম্বনা মসি থোক্লি-বনি ; মতুংদগী অম্নমা কয়া ননাকোং বাই চিল্লকপা য়াই। লিক শিদবা, সনা য়াম্নবা মুপী মথোয় অদুদি হিংবা ঙমদবরা ?

বাহৈ অসিনা রমাগী চিংনবা কোকহল্লম্মী। তৌইগুম্বন্নং মহুদা ফুম-হুনা লৈবি মৈচাক অদুদি মঙোন্দা লোক্নুনা, থপ্তুনা লৈবা য়ারমদে। হায়রিবা থা অহুম অসিদা য়াম্না কম্না নোমহুনম্ন মহাক্না চাম্মদগী হেন্না তানবা ঙমলমদে। মথক থোংবা বাবুশিংবুম্ন য়াননবা চৎপা তারম্মী। অবেম্বদা লাকপা শেলদি অরেম্বতা লোইশিনবা-লোইবা ঙমদবনি, থেম-জিন্নক্নুনা হায়রকই—লাইনা চানলবদি থা অম নিগী মন্নুংদা মশক নাইবা পোৎ অমদি শেপ্পা ঙমগনিদা!

জালপা সনা সিন চাবদা থবাই পাবী অদুগুম্বা মুপী ঐহাক নৎচ-দেদা। অমুক হাকনা হোন্না থনবীগনু। মীগী মমুমদা ঙক অসি হাংনা চৎপা ইকাইবগী বানদা।

বমাগী পুক্নিং হুংনাংবনা মিপাইরম্মী। জালপাগী বাহৈ অমমমদা নিংবা কাইবা ঈবোইশিনা চেম্ববক্রম্মী। মপাল নাইত্রবা চৈনাসিগী মরমদি কনা ওই-বম্মী? মসিম্ন মশাগী মবাল নত্রা? হায়বিবা থা অহুম অসিদা মহাক্ন কবিগুম্বদম্ন লিক্নী বারম পল্লক্তে। ইকাইবদবগী বাকম অসি পনত্রবম্ন বমানা মাগী মপী লৈথোক্লবগীদমক্তা তুমিন লৈবা নঙনা অতোম্না পাম্নৈ অমা লৈত্রববা ?

ইথৎ থংহৌদনা মাগী পুক্নিংদা জালপাগী পুক্নিং থঙদোকনিংবা বাথল অমা ফাওরক্রম্মী। মহাক্না পামলবদি কনাগুম্বা সনাশাবা অমদা হায়নরগা শাবা ঙমই। জালপাবু পেম্নবা অমদি মঙোনদা লিক্নী বাথল অসি কয়াম লৈবিবা থঙগে মতাগুম হায়রকই—নঙোন্দা বা অমতং তাম্নগে লাক্লিবনি।

জালপা তুমনিংলম্মী, মমিৎ উইবি-উইরি তৌহুনা হায়বকই—তুম-নিংলে, অমুকম্ন ঙম্না হোগদৌম্নিবনি।

বমা—লিক্নী তুকান অমদগী লিক শোংকে হায়না থল্লি। নংমা কবি হায়রি? ঐদি মতু কবিম্ন অকাইবা লৈতে হায়না ৎনিংই। জালপাগী মমিৎ পাংথোকলম্মী। কয়াদা লুথ্রবা বাহংমো? কনাগুম্বা মু থকলবা

অমনা হংবা বাহংঙমখ্রে, অদোমগী চাক হাপলগগে হায়বনু চানিংলোই-দখসিনা, কয়াদা হৌনখঙখিদরবা বানো ? রমারোমদা থাজবা মিংমেংনা য়েংলদুনা হায়রকই—ঐহাক সনাদা অতুক য়াম্না মিহৌবা নত্তেদা।

রমা—নত্তে, অতুগী বা নত্তে, ঙসিদা করি অকায়বা লৈবগে ? কনা-গুম্বা চুকান খঙন-চানবা অমদগী লৌরগা লোইরে। মখোয়গী শেল তম্না-শিংদোকপিখরগা লোইরে।

জালপানা কর্নিমত্তা শকক্ষম কায়দনা হায়রকই—পামজদে, ঐগীদমক্তা শেল তোনশিল্লবনু য়াগনি। ঐহাক লমকেৎ-লমহাইবীমক্তি নত্তেদনা, য়ুমগী মীশিংবু নৈতুনা ইনিং থ্‌ংনবা সনা য়ানবী অতুমক্তি। ঐত্তোন্দা মহাকপু হায়বদায়নে, থবক অসি অচারম য়াম্না লৈ, ঐদি অতুনা য়াম্না লাক্ক-দৌবদি উদে।

রমা—করিগী লৈরোইদৌরিবা, যাম্না লাকপা পোৎনি। অসুম মীৎশিং-বাশিংলক্কনি।

জালপা—ফরেনে অতুবুদ্ধি হৌজিক শাদবা য়াদে হায়বা করি লৈবগে ? তম্না তম্না শারক্কনিদা। শাবিগে নিংলিবদি যাম্না লাইবক ফখরবনি।

রমা—মুংক্তাইবেদা নংনা তম্না শাসি হায়রবনিনা থা মুক য়েংখিসি। খুৎজি হাম্না শাগেকো।

জালপানা হরাওমনখ্রুনা হায়রকই—মহাকপু অতুক য়াম্বা শেনদি কদাইদগী লৌক্রগদৌরিবা ?

রমা—ঐনা থোকপা শাগনি। লোইনা শিন্দুনা থমলবনি। করম্বা মণ্ডংগী খুৎজি পামই নংদি ?

পামশিন্নদবা অতু মতম কুইনা মহাক লোৎপা ঙমলমদে। আলমারী-দগী লিক শাবগী মণ্ডংগী লাইরিক লৌথোকউবে অতুগা রমাদা পিরম্মী। মহাক্না ডিজাইন অনিথক থরম্মী। অনি অতু য়াম্নমক ফজরম্মী অতুবু মতুগী মমল উবদা রমাগী মশাদা ঈ চেনখিদরে। লিশিংগী পোৎনি, অমনা চানি-পাল তারম্মী।

রমা—অসিগুম্বা মণ্ডংসিদি শাবা ঙমত্রবনু য়াই। খুৎ য়াম্না চংবা মাল্লি। অতুবু লিক্কী চুকান্দা কোইথোকলুখিগে।

জালপানা পুক্কিং চুংশিনা হায়রকই—অসুক য়াম্বা শেলসিবু কয়বা মতংদা পায়রকদবা, উম ! শাগনিদা কনানা সনা সিদে হায়না শিথিবা য়াওরগে ?

রমা চবাংনবসিনা অহিং অথেংবা ফাওবা ভুম্বা য়ারমদে। তন্দা খিনব থুংজিসি ভৌরি-ভৌরিবা থুজেংদা কয়াদা ফজথ দবা !

(১২)

মথংগী নুমিত্তা রমা, রমেশ বাবুখোয়বোমদা চংখোক্লমই। রমাবু উরগা হাযবকই—চংলকখোনে, মতম শংলবদি পাঞ্জন অমুক অনিরক্তং তৌসিদনা।

রমা—লাক্লিবসি করিগী ওইগনি, অহুবু ঙসিদি অদোম পককুই কুইদনা লিক্কী চুকানলোমদা চংথোকমিন্নরুবা তাই।

রমেশ—চংমিন্নরুসি হাযবগীদি চংসি অতুগনে ঐদি হিরম অহুদা করি-মত্তা খঙদেকে। নংনা খঙলিবহুনি লিক অমা, করি অমা, শাহনবনু, লৈরুবনু তৌদে। নহাকপু করি লৈগে হায়রিবনো ?

রমা—লৈবগী রা নত্তে, মমল অমুক্তা হংগে।

রমেশ—য়ুমদা নিংঙাইতৌবা মাল্লিদা ?

রমা—হুম, কদাইদগী তৌদে, মহাক্তি লিক্কী মমিং ফাওবা পন্দে, ঐনা কারিগুম্বা হংলুববদসু মাই, পামজদে হায়বিবনি। ঐসু থরদি থোনফম থোকপরা ইথোদাং থবদি লৈবরা অহুগী রানিদা।

রমেশ—থাও থরা থোক্লমাল্লে, করিগীসু থোক্লোই, শেল তানবা হৈবা মীনি। কয়াম য়াম্নদি তুংশিনজরবা ?

রমা—শেলবু কনানা পায় হায়বগে ? অসিদি মীদগী পুগে হায়বিবনি।

রমেশ—অঙাওবহু থিং তৌরকনু। নথুত্তা শেল পায়দনা হৈকথেল-লোমদগা চংলুগনু। হনুবশিংনা সনাব লৈশাবী, মৌনুবীশিংগী থম্মোয় হয়াওহল্লিবনি। পাথংগীদি শো-শাবমথৈ লৈরিবনি—তরেং-তরেং থূলগা নপচোবা অমা হাপইবু হায়নরিবনি। ঐসু ঙমই লিশিং মরিগী পোং শোংপা, অহুবু মরূপ। মীগী শেল তোনবা হৈজদবা কৈ।

রমা—ঐহাক থা অহুমদা লোইনবা শিংদোকচগে। শিংবা শুমলোই-দবা বাদা ঐমু থোনা কনা হায়রোইদা।

রমেশ—কৈদোই থা অনি অহুম লৈরগা শাবদি? শেল পুবা থঙবা নশাগী মাংনবনি খল্‌। শেল তোনবা হৈনবা থুদোংথিবা অমা-অমুক লৈত্রবনি। অমুক্তং খুংমা হোৎরবা অহু ওইরবদি মথংগী হুমিত্তা লিক য়োনবা নংগী নয়ুমদা লেপলবা উরগনি। মসি হায় হায়হুনা নং শাওগ-নুকো। মহাক শেল থোকই হায়বা ঐহাক থঙই লৌইশুঙমুং ভুংদা থোকল-থোকলবা অহু তৌবা ভাই। অড়গনে শেল থক পুবা থঙবা তমলক্লু। সনা-লুপাগী লায়নাসি লাইবা লৈবাক অসিদা করম্না শন্দোক-থিবনো থঙদেদা। চারম-থকলম থঙদবা মীওই কয়া সনাদা মথরাই থাথরে। চহি খুদিংগী লুপা ক্রোর তরা, কয়া কম্না ক্লপগী সনা-লুপা লৈবদা মুথনরি। চাওথংলবা লৈবাকশিংদা শক্লোন-ইতিক চৎনরি অমশুং তিংনরি। শেল চাদথোক্লবা হোৎনরি। মক্ষম অসিদনা অকে-অমৌদা শিজিন্নরি।

রমা—ঐনা থঙবদদি হুপীনা সনা লিক কোপ শিদবা লম লৈরমলোই। ইউরোপতবু সনা যাম্নদবরা?

রমেশ বাবু বারী অসিদা শত্রং শাংগনি হায়বা কাওথরে। ছুটিগী হুমিৎনিনা মক্কপ মপিজা অমা অনিমু শাক্লদোবা লৈবতুমু লাক্লম্মী। অহুনা রমা ভুমিন্না লৈথোক্ল্‌না লাক্লম্মী। ময়ুমদা চনলকলম্মী। শানখিবা বারী অমা মাগী থম্মোইদা মমি তারম্মী। শোৎপা, মীগী শেল তোনবগী বাথল মানা পাদোকলম্মী। মহাক থ্‌না শিংদোকপা ক্রমদবা থোকলবদি কযাদা ইকাইনিংঙাইবা মায়থিবা ওইরিবা।

মহাক্না ময়ুম য়োবা মতমদদি পুং মাপল তাখিরম্মী। দয়ালাথনা বাবু উবদা হায়রকই—ওসি অমুক অভুনবদা কদাইদা চৎলুই?

রমা—হেদ-ক্লাক উম্নবা চৎলুই।

দয়া—পুং অমা, পুংথাই-অমা লাইব্রেরীদা লাইরিক পাবা চৎপা যাদরা? হৌজিক নথোয়গী চহি মতাংসি লাইবিক তম্বা ইবগী চহি মতাংনি। পরিক্ষা থাত্রবমু নশাগী বুদ্ধি-লৌশিং ওইনবা য়াইদনা। ইচম চম্না চিঠি অমা পাবদমু উরা-হুমদাং য়েংলে। অশেংবা মহৈদি লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা হৌবনি অহুনা ঐথোয়গী পুনসিগী অপনবা লখাদা

চৈগু ওইৰনি। মীগী মচিন্দগী কবিনো য়াম্না তাইকো। মতাং অসিদা নংবু ৱারকহৌবনা ঐগী ইথৌনি। অবেম্বা শেল ঐগী মমদা পুশিনবিরক্তুকো, মকপু পুশিল্লকপা যাদেকো—অসিগুম্বসি কদাইদগীবু তমলুরিবনো ?

রমানা শাওশিন্দুনা হায়রকই—কনানা পাবুংদা হায়রকপা য়াওবগে ?

দয়া—চুমই চুমদে হায়ু।

রমা—মীগী মীৱা থক থাজবিরুগনু।

দয়া—নহাক শেল থম্মা হৌরেদনা ?

রমা—শেল থম্মা, শেল চাব নত্তে, হৈজ শিংজবগী তৌবনি। ফোংনা লৌই। শিয়ু হায়দনা মশানা শিরকপনি ঐনা অমুক হায়রবা নত্তে।

দয়া—মীপুম শিংনা ফোংনা ফোংনা লৌবা ওহাকনি, মতুম্ শেল চাবা অমনি অতুনা হায়বগা তৌরগা শেল চাবগী ফত্তবা লমচৎ কোকপা নত্তেদনা ?

রমা—শেল থম্ম অমদি চাবা, ঐনা থিংবা ওম্বা নত্তে। ঐনা চাত্রগনু চম্পাসি, মোকবীনা লৌবি। মথোয়বু কনানা থাম্বা ওমগনি। হৌজিক্তি শেল চাদ্রবদি অপংবা মীরক তিন্দব তারবনি। নিপাল মাপল ফংবা মীনদি কনি চারগা হিংগনি ?

দয়ানা নিংবা কাইবা মওংদা হায়রকই—মপা ওইবগী তাকফম তোকপা থোক্লে, ইনবা ইন্দবদি নত্তোন্দা লৈরে।

মসি হায়বতুনা দয়ানাথ আফিস কাৎবে।

রমানা মমুমদা চংলকপদা মমানা হায়রকই—ওসি কদাইদা চৎলুই ইবুংঙো ? নপানা মতম চাদনা চৎথোকই হায়তুনা য়াম্না ওাংবনিকো।

রমা—চৎথোকই হায়বগীদি শাওবু শাওরমদে। হোই, শেল চাবগী ওাংলম্মী। পুকচেল শিকপা, মিংচৎ থিবা ওইরক্কনি হায়রম্মী।

জাগে—নহাক্তি হায়হৌবদি কৈদৌই, পাবুংনা পুকচেল শেংনা থবক তৌবগী কবম্বা ফিরাল মুংলবগে ? পুক্কিদা তোৎনবদা পুন্সি লোইবে।

রমা—হায়বগীদি পাম্বনি অতুদা শাওরক্কনি কিবদগী হায়হৌদবে। হায়নিংবনি ঐসু পাবুংদোমা লাইরবা চুদৎনবা ওইয়ু হায়বরা ? লৌশনবগী থবক্তি হৈতে অতুগা থজিক রাৎলকপদা লম্মোইতুনা চেল্লি।

জাগে—কয়ে, কয়ে ইবুংঙো। লৌবা হৈবনা লৌবা হায়বত্থনি। মপাবুংদি মাঙ্গোলদা চাওবা, মমদা আইন থিবা অসিদগী হেন্না মীমাং থোক্লা বা ভাংবা ঙম্বা নত্তে। মীওোন্দগী শেল লৌবা হৈবা নত্তে।

য়মানা আফিসতা চৎকে হায়দুনা কি শেংলগা মপাল থোকলকপদা জালপানা চিঠী অহুমথক জেবতা হাপচিল্লম্মী তৌইগুবম্বুং লম্বীদা মহু হাং-দোক্লূনা পারম্মী। চিঠি অহুদা ইরমলিবদি অরাবা মুংঙাইতবনা পিক থম্মী। মহু মপাবোইশিংদা ইরম্মী। অহুমক্লী মায়াল চপ মান্নবম্মী, মুপ্পগী রাথলদা থেন্নরম্মী। পুম্নিসি হিজাও ওইরে, অহিংদা তুম্বা যাদে। মুং-থিলদম্ব পোথাবা কংদে। ইপুরোইবা মুংঙাইখিরোই হায়বগী নোক্লিংদনা নোকশিন্না, ভাংনিংদনা ভাংশিন্না মতম লেপ্লি। অতুন্ন থম্মোয় অসি মতম পুদিংদা ইরোইননা কপলি। মীগী মযুমদা থোংকাপ অমতম্ব চৎলুদে। ইমাইসি মীওোন্দ' উৎলুদে। মুংঙাইতবা অসিনা ঐগী থবায় অসি লোই-রিবমথৈ থাদোক্লরোইদবনি।

রমানা চিঠি অহুম অহু জেবদা হাপচিল্লম্মী। ডাকঘর হন্দোক্লূনা লাকলে তৌইগুবম্বুং মহাক্লা মহু থাদরমদ্রে। থৌরম-থৌরাং অহুনা মসি মোনা ওইরকনি থওলমন্নবদি ওইদবা কয়া তৌবিবসি তৌরম্মোইদবা অমম্বুং কোংদোকলোইদবা। জালপানা অবা মৈচাক থক্লা তারবা তানফম অসি মোরবা কাওবদা রমানা শেল পুবদা চিংনথিগদবা? মাগী থম্মোয় বাবনা কাহৎলে। মহাক্লা অচানবদা অশেংবা থম্মোয়না লাইদা থৌনিজরম্মী। হে তেংবানবগী মপু, ঐনু চৈয়াক পিবিয়ু তৌইগুবম্বুং ঐগী জালপাবু ঐওোন্দগী মুনবিগন্থ। মাগী থবাই লৌত্রিবৈঙগী মমাংদা ঐবু হান্না লৌশিন-বিয়ু। অহুগা মসিগা লোয়ননা মহাক জালপাবু শাওনিংলক্লম্মী। জালপা বাফম অসি করিগী ঐওোন্দা হায়দোক্লে? ঐবু করিগী হুলাননা থমলি? ঐওোন্দনা হায়দোক্লূগনা মতাবোইদা করিগী তেংথারি?

বরামদদা পোৎ ওম্মী। মেজদা শেল থমলম্মী। অহুগা রমানা রাথলদা লুপ্লূনা লৈরম্মী। কনাগা বা তানসিবা? মহাক্লা করিম্বুংগী লুহোংলুরিবা? মরাল পুম্নমক মশাগী ওইরম্মী। মহাক্লা মুমগী ফিভম থওল-থওনা করিগী লুহোংলুরিবা? ঙসি মহাক থবক্লা পুক্লিং চৎলমদে। মতম মৌত্রিবৈঙদা লোপক্লূনা চৎলম্মী।

জালপানা মাবু উবদা হায়রকই—ঐগী চিঠি থাদবিরমলব্রা ?

রমানা লক্সরমই—ইসে, কাওরমলে ফুরিৎথাউদা অহুম মাওরমলগনি।

জালপা—য়ারে থাদবিব্রবস্থ। নহাক্না থাদবিরমলবদি ঐহাক কয়াম মুংঙাইরোইদবা ! ঐনা নহাকপু হন্দুনা ইথিরম্মী। মসি হায়দুনা নোক্লম্মী।

রমা—ফত্তবা, নমথাক তৌবা মীবুদি থিনা হায়বা মহোশানি।

জালপানা অফিং খুফাই ওইনা হায়রকই—নহাক চিঠি অহু ফাক-তোকলুরবরা ?

রমানা চিংনবা লৈতনা হায়রকই—হোই, চিঠি পাবগু কয়াম চাওবা মরালনো ?

জালপানা পেহৌবা খোঞ্জেলনা হায়রকই—নহাক ঐবু শাওনিংলমগনি।

শিগী মহৌনা জালপা বা ঙাংবা থোকলমদে। মাগী মকোক নোক্লম্মী, মমিত্তগী মপি চহুম-চহুম তারম্মী। মিৎকুপ অমগী মহুৎদা মহাক্না কায়রবা খোঞ্জেল শেমলদুনা হায়রকই—ঐহাক নহাকী নকমদা য়াম্না লানথরে। পিবিনিংবা চৈরাক পিবিয়ু, তৌইগুবস্থং ঐবু মুংঙাইতবা তৌগস্থ। নহাক্না চৎথরবা মতুংদা ঐহাক কয়াম মুংঙাইতবগে হায়বদো তেংপানবা মপুনা উরিবনি ! করি নিংলুবদগী করম্না ইথি্রবনো থঙদে।

রমানা মপি তৈথোকপিদুনা হায়রকই ঐনা নঙোন্দা শাওবা। শাও-নিংঙাই বা। করি লৈ ? নিংবা থ্ংদববু নিংবা কাইবা কোই। ঐহাকপু মসি ফাওবা থঙলোইদরনে ? নহাক্না শাগস্থ হায়বগী সনা শাদবনি অহু-মক নত্রবদি নহাক্না অমা অনিদি শোয়দনা শারমগনি। লাইনা তমলবদি পক্ ইমক-কুইদনা শারগনি।

জালপানা চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংলদুনা হায়রকই—হায়রিবসিবু শোৎ-তুনা পুবকদৌরিবরা ?

রমা—হোই, শোৎলবস্থ-লংলবস্থ করি কাইবা লৈ ? শেন্দোইবু পিত্র-বদি, থুৎশোৎ-থুৎশোৎনা পুরে। পুন-লোনবা, অরৈ-লৈতা হৎবনা তাইবং অসি চৎনরিবনি। কনানা পুদবা শোক্তবা য়াওবগে ? তৌবদবু মীশিংসি মথুক্তা শেল পায়রবদি লিং-মাং .য়েংদনা থরচ তৌরিবনি। শেন্দোলনা মকোক্তা মলবদি মতুগী বাথল থুৎনা থিংবা ঙমই-ঙমদে থঙনগদবনি।

জালপা—ঐহাক মহাকপু নকোক শাহন্নবা পামদে। ঐহাক কাওহ্নন্নু করিগুম্বদা নঙোন্দা লিক শাও হায়থ্রোই।

রমা—মমিংবুদি নংনা থক পন্দেনে তৌইগুম্বন্নং নংনা হায়দে হায়দুনন্নু ঐগী ইথৌদাং লোইবা নত্তে। নহাক শেল কোনববু অরেম্বদা কিরি। পৈশা পুম্না লাকপা ঙাইদুনা লৈরবদি শাবা ঙমদবন্ন য়াই।

জালপা—তৌবদনু অহানবদা পিকতক তৌবা পোৎ শাসি।

রমা—হোই, হোই, অদুম্ন থম্নসি।

( ১৩ )

সনাগী দুকানগী মন্নুংদা গংগুগী মমিং চৎলম্মী। গংগু ব্রাহ্মণনি অদুবু লম্রোনবা হৈদম্মী। নমাবু উবদা মোমোন নোক্নুনা হায়রকই—লেংশিনবিরকউ বাবু, লেংশিনবিরকসি য়াম্না থোঙানগী মশক্কি, কা-কা লৈহনলুচো। করি তাকপিগদবা, তাকপিসি বাবু! বাবুথোয়দি অসোমদাকাদি মকলেং লেংথোক্লক্তে। নুংঙাইহবনু করি য়াওবনো? লাইরবশিংবুন্নু করি কারিগুম্বদন্ন নুংশিবিয়ু, চানবিয়ু।

গংগুগী মাহৈ থোনফম ফজবদুনা বমাগী থৌনা তাপ্লম্মী। মহাক্না অন্নুম্না কমযক কৌশিলমদ্রবদি রমা দুকান চংবা ঙম্বগী বা লৈতে। মশাগী মিংচৎ হৌজিক ফাওবা মশানা শঙজরমদে। দুকান্দা চংদুনা হায়রকই—ঐথোয়গুম্বগী করি ইতিক লৈরদনা? চরৈ কি থম্বা তাগনি।

গংগু—করিনো অদোম্না তাকপিরিবদো বাবু সাহেব! অদোমগী দুকাননি, পুবিনিংবত্তা পুবিথো। মমল মতিক্কীদি কোম্না থর থর পিবিরকলগন্নু য়াইদা। ঐথোয় মীশক থঙ্কৈজে সাহেব। অদুগী বা লৈতে। মগুং তাবা, থুৎচংবা পোৎ থবা পুথোকচরক্কে।

রমা—মমল য়ামদবা লিক য়েংসিকো।

গংগু—চাতরেং চানিপালনা য়াবোইদবো?

রমা—কদাইদগী য়ামলবদা চামরি ফাওবগী।

গংগু—ঐহাক অনিমক য়েংহনজগে, অপাম্বদা লৌবিয়ু। লৈজরে

গংগুনা লিক লোথোক লোথোকলহুনা য়েংহনবা হৌরম্মী। রমা মমিৎ পাংলে, থম্মোয় তযাং-তশোইরম্মী। কয়াদি লুথরবা! মণি মুক্তানা ফজনা লৈতেংথরবা! কয়াদা ইরং-লংথরবা। লুপা চামদগী হেন্নদি শোংলরোই রমানা থংজরম্মী। অদুবু লুপা চামরি পিবা লিক মমিৎ থুপলমদে। অদুগা ফুরিংথাওদনা পুন্না লুপা চহুমতা য়াওরম্মী। লিক অসি পুরুরগা জালপানা অমুক পামলমদ্রবদি করি কান্নগনি হায়না থল্লম্মী। অদুনা মহাক্না উবদা য়েংবদা মামং ইথক থক্কৎকদবা পোং লৈগে হায়না নিংলে। হীরা থিনবা, লিক অসি মাগী মঙকশমদা কয়াদা ফজগবা? লিক অসি মশিং থিঙমদ্রবা ওমফানা থিনলি। অদুনা মাগী পুক্নিং থুক-লাওবা অমা পোককনি। মহাক মিংথম হোংদনা লিক অদুদা য়েংহুনা লৈবম্মী তৌইগুম্নং মাচম্নদি বা অমত্রা ঙাংলমদে। গংগুনা লুপা চামঙা শোংকে য়াদবা থোকপবানি? গংগুনা মাগী পুক্নিং থঙলহুনা হায়রকই—অদোমগী মতিক চাবদি বাবু পোং অসিনি।

রমা-পাম্বগীদি ঐস্নু মাসনি অদুদা ঐগী হৌজিক থুঙা য়াওরিবা শেলদি চহুমদনি। মসিনা থন্দুনা লৈববনি। ইকাইবনা রমা মমাই ঙাংলম্মী। মহাক্না নিংদোল চোংনা গংগুরোমদা য়েংলম্মী।

গংগুনা হায়বকই—বাবু সাহেব। শেলগী বা থনবিগনু। লুপা লিশিং তরাগী মাল থাজারকউ হায়রিবরা থাজরক্কে। পোং অমা অনি অমুক উংচগিগে। শীশফুল অমা লোইহনা পুরক্নি, কয়াদি ফজথরবা গুলাপকী লিক অসি শাংপদোনা হেক নিংইদা। মুনীমজী! শীশফুলদো অমুক্তা সাহেবতা উংলসে অদুগা মমলম্নু অদুক যাম্না হকপা নত্তে, অদোমদদি চমায়াংথৈদা পিজগনি।

শীশফুল যৌবক্লে, তশেংনমক গুলাপকী লৈ মান্নম্মী অদুদা হীরাগী লৈ অপোম্বশিং লিকলাগী মবিকশিংগা মান্নমা ইরং-লংলম্মী। রমাগী মিংথম হোংথিদবে, কবিগুম্বা অমুক্তা উত্রিবা, অঙকপা পোং অমা মমাংদা লাকপদোনা তৌরম্মী।

বমা—হোই, য়াম্নমক ফজথরে। অদুবু অশেংবদি হায়নহৌদবা যাদে। হয়েংমক শেল পিবদি ঙমদে। ইশানা থঙনা য়াম্না থুনা পিরক্নবা তৌগনি।

গংগুমা পোং অমি ফজয়বা লেমসোনবী কেথ অনিদা হাপলহুমা য়মাদা পিরম্মী। অহুদগী মুনিমদা মমিং থংলমই অমমুং কা লায়রগা কাইনরম্মী।

য়মা—হয়াওবগী ঙমথৈ নৈরংদে তৌইঙমমুং থবাই-মকা লামনা হয়াওবদি নংলম'দ, মসিদা চিংনবা অমা য়াওবম্মী। লুপা চাতরুক য়াংথৈ শিংন-বগী মহাক অংক য়াম্না লুনা থল্লমদে। হাঙ্গা চারবদি থা তরুঙা শিংদোকথিবমু ঙমগনি। কিরিবনা মপা তাথরবদি শোইদনমক শাওগনি। অহুম্না মমুম নকশিন্নকপমথৈ পিক অসি জালপাদা কয়া ফজথরনিদা হায়-বসিনা মাগী চিংনবা অহু কোকপিরম্মী। য়ুম যৌগিবগা মহাক্না লম্বী লম-জাও থাদোক্লে। নৈরক অমদা শমজিন্নকল্লমই।

মহাক মমুম যৌরে। জালপা থোংজিন্দা লেপ্লুনা' মাবু ঙাইহুমা নৈ-রম্মী। পমা দোলাম্মা কাবম্মী। মহাক্না মাগী তুং ইন্নকদনা থলম্মী তৌই-ঙমমুং মহাক্তি মথাদা অহুম ফমদুনা মনাওহুপাশিংগা বারী শাহুনা নৈরম্মী। লিকী বা মুকনিং নিংশিংদবঙম, য়মা হুকাম্মগী লাকপনি হায়-বসি মহাক কাওথোকথিরম্মী।

য়মা—মপুক্কিংদা য়াম্না শাওনিংনা মথাদা কুমথরকলম্মী। মতম অসিদা দমানাথ চাক চাবা চংলকলম্মী। ঙমমক চাক চাবা ফমথরে। লিকী বাসি জালপা কাওবদি কাওশিন্নরম্মী, তৌইঙমমুং থোইয়াং-থোইশাওবমা মহাক ঙসি চাক চারমদে। মহাক্না কাথংলকপদদি মহাক হিদানদা হিপ-তুনা নৈরম্মী। মাবু উবদা মত্তৌ য়েংনিংনা হায়বকই—ঙসিদি থবক অয়েবা তারে। সনা শাবা চংথোকথিরমদে। শাবিমুদি হায়রমলে।

জালপাগী মমাই মায়থোং থোক হঙ্গিনথিরম্মী। হায়রকই—ঐদি ঙসাইনা থঙলবনি। শারে শারে হায়না থা তরুক্তি চংথিগনি।

য়মা—অহুগুমনগা তৌরোইদা, য়াম্না থুনা লোইবকুনি। বামু বাশক-লিবনি।

জালপা—হোইদা, লোইনিংবা মতমদা লোইসমু।

য়াম্না পামশিন্নবগী অবোইবা ঙমথৈদি নিংবা কাইবনি। জালপা মমাই নৈথোক্তনা চংলম্মী অহুদা য়মানা কম্না ফাক ফাক নোক্লম্মী।

জালপা থংগ্রেক থংলম্মী। রমানা করেমনরিবনি হায়বসি থঙলে। মোমোন নোক্তুনা হায়রকই—মতামনিনা নহাক য়াম্না থংলিনা।

রমা—উরেদনা ঙক্লিনি মিত্রংসে।

জালপা—নুপাগী হৌনবনি, মতু অনৌবা বাফম অমদি নত্তেনা। জালপা লিক অনি অতু উবদা হাযনিংঙাই নৈতনা হরাওবম্মী। থম্মোইদা নুংঙাইবগী ইথক্‌ম হৌবম্মী। হৌনক্লিবা রাখলগী ঈহৌবু ফনা কম্না লোৎ-নবা হোৎনরম্মী। রমানা মশাবু নোক্ক'দনবা হাযত্নুনা হোৎনৈ। তৌই-ঙম্মনুং হকচাং তুবুম-তুবুম খাই পাওনা শাৎকাইবম্মী। মোমোন নোকপা মিনোক্না নাল্লবা শঙাই অমত্তু' থোইরুম তৌরবা চিন্নবাননা মাগী ঙাওন-নবগী মমক ওইরম্মী। মহাক্না লিক অতু মঙকশমদা হুকলম্মী। শমফাবী শমাঙদা থেৎলম্মী, তাংঙা লিল অমামঙম্না মযাই কাবত্নুনা হায়রকই—নহাক নিংবা থুংবা ওইসনু।

ঙসি জালপানা মঙম কুইনা পিক্লিচৈঙদগী চেৎনা নিংজবরবা অতুহনা রাখল ওইনা নং মংজরকলবা, মাগী শাম্নফম ওইবক্নবা অতুগুম্বা অনিংবা মপুং ফারম্মী। মমা মানকী খুদক অসিদা নৈবমলবদি পুম্নমক্কগী মঙোম্দা হাম্না উংকনি, লেম্নকনি। অতুগা হায়গনি—নহাকী লিক নহাকী ওইনা অতুম

রমা হায়নিংঙাই নৈতনা মযাই কাবম্মী। ঙসি মহাকী মশাগী পুন্সি মহৈ যানলবোই নিংলম্মী। মাগী পুন্সিদা ঙসিনা ইহান হাম্না মায় পাকপগী নুংঙাইবা ফংলম্মী।

জালপা—ঙসিদগী ঐহাক নঙোম্দা চত্তিচুম্না কবিঙম্বা পোৎ অমা নৈমু হায়জবগোই। মীগী লেল শিংদোকখবগা ঐহাক ঈরুজবঙম নুংঙাইগনি।

রমানা নাপল লোনা হায়রকই—লেলগী কবি রারি? কয়ামবু যাম্বা পোৎনো অসিনো?

জালপা—ইমাদা লেংহল্লুগে কার হায়না হায়রকপগে যেংগেদো?

রমা—লোৎলকপনিদি হায়রুম্ব।

জালপা চেন্দুনা চৎথরম্মী।

অহিং নোংয়াই হৌজিনখবে। রমা নুংঙাইনা তুমথুল তাম্নম্মী। জালপা মথক্তা কাখৎলক্তুনা নোংমদোনরোমদা য়েংলম্মী। থাজনা

নোংমদোনদা জাল্লম্মী। অহুগুম্বা মেরা থাগী থাবল অহুদা ঈশৈগী অমেংবা অইংবগী থ্মলবা অমম্বং খোয়থ্মনবগী ময়াই কাবা শন্দোকলম্মী। জালং পানা ইমুংদা চংলকলগা মাগী আলমারী হাংদোকলম্মী। অহুগা মহুদগী মহাক্কা মুংগী চন্দ্রহার লৌথোকলম্মী। মতম অমদা মহু শিরগা ময়াইবক থম্বাল শাৎপনি থনজয়ম্বা অহুবু অনৌবা চন্দ্রহারগী মগাংদা মহুগী অরংবা চেগাইগুম্না মকশিনখিরম্মী ইংলবা থাবলগী মমাংদা থবানমিচাক মুৎশি-মুৎশি ডানবগুমনা মহাক্কা শেংদবা লিক অহু থ্গাইরে, থদংলে অহুগা মহুগী মক্ক অহু মথাদা লৈরক্কা হুম্বখিরম্মী।

## (১৪)

হুমিৎ অহুদগী জালপা মপুবোইববু থংম্বুং-ম্বুংশিরম্মী অমম্বুং সেবা তৌনিংবগী রাখল পোকলম্মী। মহাক্কা ঈকজবা চৎপদা সাপোন, বারক-পদা থুদৈ পুথোকলম্মী। শমজেৎ, থাও পুথোক্কনা থমলম্মী। অফিস চংলমদায়দা শেৎনবা ফিরোল পুথোকহুনা মমাংদা থমলম্মী। হান্নদি বা চাগেন্না হ'য়রম্মী। হৌজিক্কি মমহুনা ইনলম্মী। থোকলমদাইদা মাগী মমায় য়েংজবম্মী। অমুক হায়নবা তাক্কবা লৈবমদে। অম্মুক য়ামনা চৎ-নরোল বা থচ্ছলমই মহুদি চাক চাবা ফাওবা হমাই হুমলম্মী। হান্নদি য়ামনা তন্দে-মান্দে চাক থোংলম্মী। থোংবা তারবস্ত থংদোক থংজিন তৌবম্মী অহুগা হৌজিক্কি য়ামনা হৈনিংনা চাকথুম চংলম্মী। অথোংবা পোৎ থুদিং-মক মহাও চেনলম্মী। হৈনিংমা থোংলম্মী। অসিগুম্বা মুংশিবা অসিগী মমাংদা লিক অহু মানা কনিম্ন ওইদনা থল্লম্মী।

রমানা গংগুগী হুকান্দগী লিক থরা লোবা হুমিৎ অহুগী মতুংদগী লিক য়োনবশিংনা লিঙ্কী ডিজাইন শামই ভাষগী পাওসি ফংখিরম্মী। রমানা মাইকৈ অদোমদা লাকপদা হুকান লেংলোম ওইরোমদগী দুকান্দারনা লেপথৎ-লেপথৎলহুনা কৌরমই। লেংশিনবিনকউ—কা হাথিসি। পোৎ অমা য়েংবিগদবা লৈরবস্থ অদোমগী হুকান্দগী লোংবিথো।

নোংমা হুমিৎ অমা পোৎয়োনবা য়াওবা হুপা অমা রমাবোমরোমদা লাকলম্মী অহুগা লৌররোই হায়রবমক্কম মহাক্কা নমহুনা য়োনশিল্লম্মী।

রমানা লৈদনবগী চক্রি তৌদুনা হায়রম্মী—শাওগন্নুকো ঐহাক করি-মন্না লৌরবোই। করিগী নং ঐগী মতম মাংহনলিবনো?

পোৎহাবনা য়াম্না নোক্লক্লা হায়রকই—বাবু, মিংয়েংদদি তাবিথো, থরায় তাবা মাওরগা লৌবিয়ু, মাওরগনা তোকপিয়ু। ইতৈমাদম্ন য়েংহনবিয়ু।

রমা—অতুগীদি অমুক হংত্রবম্ন মাইনে। পোৎপুদি ফরমগনি। উবদা পাম্না পোৎ তাকনি অতুদনে ইনাও, মতমসি শেল নংইনে।

দলালনা হাযরকই—বাবু করিগী অদুক লুনা খনবিরিবনো? লুপা চামথা-চাতকক্তি অদোমগী য়েংদুনা পিজরমগে।

দলালনা উপু হাংদোক্লুনা পোৎ অনিথক পুথোকলম্মী। অমনা অনোবা ফেশনগী মুং থিনবা খুৎজিনি ফদুগা অমনা নারাওবী পোৎ অনি অসি হায়নিংঙাই লৈতনা ফজনম্মী। ইবং লংলমই, মৈঙানদোনা। পুং তবা তাথিরমই। দয়ানাথ অফিস চৎথিবম্মী। মহাকসু চাক চাগদোবম্মী। মতম মুকলৈ-লৈত্রবনি অদুবু পোৎ অনি অসি উবদা মহাক চাগনি, চংকনি লোইন কাওথিরম্মী। কেশ অনি অদো পায়রদুনা ইমুংদা চংলকলম্মী। মাগী মথুত্তা কেশ অনি অদু উবদা মুপী অনি অদু চোং-থোবক্লম্মী অদুগা পোৎ অনি অদু অদমম পায়বদুনা লৌথোক্লনা য়েংলম্মী। খুৎজি অমম্নুং নাইনগী ফজবা অবংবা উবদা মখোয় অনি শুম্নাৎথরে, কৈ-ফত্তে হায়বা ফাওবা ঙমথিদবে।

রমা—হৌজিক থোকলকপা পোৎকী মমাংদা হান্নগী অরিবা পোৎশিং মরিং মরাংবা ওইনা মতা অমা তৌথবে।

জালপা—ঐদি থাইনগী অরিবা মওংশিং উবদা হন্দোকনিংবনা হেক য়োই।

রমানা মোমোন নোক্লনা হায়রকই—পোৎ অনি অসিমক নথবাইমা ঙারনি?

জালপা—ঐদি পাম্বগী বাদি কম্নি হায়রুরনি; ইমা, নহাক লৌরোইদ্রা?

জাগেশ্বরীনা মথবাই মুংঙাইতবা খঙথিনি হায়বগী মতাঙম মরাই লুকথরম্মী। মশাগী পুন্সিচুপ্পা মুম্বানবগী বাথলদা লেনলম্মী। মমাংগী পুন্সিদা অসিগুম্বা লিক শি-চাবগী বাথল থল্লুবা ঙমলিবরা? বাজরবীগী পুন্সিদা মনিং থুংবা লৈত্রবনি। মপুরোইবনা শু-নোমদুনা থোকলকপসু মচাশিং

য়োকপদা লোইখিরম্মী। করিমক্তা লেমলমদে। মহাক্না য়ুমগী মুপী অমা ওইনা য়ুম পুবদগী শুবা-নোঙশিং মথং মথং ওইনা উক্লুলদা তিনলম্মী। মহাক্না লিক অম্ম উবদগী মমাই নৈথোক্লম্মী। লিক অসিগী মতিক-ময়াই লেমন-বিবনা মহাক মতুদা য়েংজবা ঙমলমদে, মশাগী মুংঙাইতবা থক্তখিদনবা হায়-দুনা মহাক্না হায়রকই—ইবুংঙো, তৌজিকপু ঐনা সনা শিহুনা করি তৌগনি, মতুগী মতম হেক্লে। কদাই কদাই, কনানা পুরকপা'না, মমল কয়া কমদৌনা হায়রি ইবুংঙো?

রমা—লিকয়োনবা মুপা অসিনা পুরকপনি। মমলগা হায়নবা নংদরি, মমলস্ম য়ামলমগনি। অদুগা লৌগদবগ্ম নত্তবনিনা মমল হংলুদুনা করি তৌগনি?

জালপা—লৌরোইদবা ওইববদি করিগী লুশিল্লকলিবা? জালপানা বা অসি অক্লক মাথা ফিংগৎনা হায়রমই মদুদি রমা থাকক ইকাইরম্মী অমসুং হায়রম্মী—লৌসি হায়বা'?

জালপা—ইমানা লৌসি য়াদ্রবদি করি তৌগনি?

জাগেশ্বরীনা য়ায়া পামনা—শেলদি তৌজিক-কা হায়নকানাইকো?

জালপা—শোংপা পিনকলবস্ম শেক্লোইদি লৌবগনি।

রমা হন্দোকগননে, বা অমা নৈথাই তাবো।

জালপানা মতম অসিদা অস্নুম্মা বা ফোংনা তাংনবসি য়ায়া তানিং-লমদে। রমাগী মচিন্দগী অসিগুম বা তাংথোকলক্কনি হায়বসি নিংলমদে। য়ানিংদবা উৎপা মাগী মথৌনি, রমানা লৌনবা তর্কশিল্লকপা নৈ। জাগে-শ্বরীলোমদা নৈনিংবা মিৎয়েং উৎলদুনা হাযরকই—হন্দোকখয়ো। নোংমা নোংমগী থোরকপা শেল কনানা খঙবা ঙমগনি কয়াম থোরকপা?

মহাক্না মথুম অদু শুমজিনগে লৌবদা জাগেশ্বরীনা খুংজি পায়থংলদুনা ঙহাক অসি শিহোনবদি মাগী নিংবা পূংনগদবা হায়বা মতাঙুম ঙহক-চক-চিল্লম্মী। অদুগা অমুক মপুক্লিংদা তৌরিবা শিজনিংবা মতাসিদা ইকাইব-দুনা মহাক্না মদু লৌথোক্লে তৌবদা রমানা হায়রকই—ইমানা শিনিংলবদি থমহোয়ো, অদু ঐনা ইমাদা থোননবনি। জাগেশ্বরী মমিত্তগী মপি নাঙ্ক-খিবা থক্তহোদে। ঙসি ফাওবা নিংবা পূংবা ঙমত্রবা অদু মচাগী মুংশিবগী মপালনা পূংলম্মী। অদুবু মাগী মুংশিজরবা মচানা অদুক য়ায়া লমন

তোনশিনবা যেংবা কবয়া ঙমগনি ? পেহৌ-পেহৌনা হায়রকই—ইবুংঙো, ইমানা ঙহাক শিহৃনা য়েংবনি । চায়না লৌগদবা নত্তে, করি কায়গদবনো, হন্দোকথরো ।

মমাগী নিংবা কায়ববা মাইথোং উবদা বমাগী থম্মোয মমা মুংশিংগী ইথিলনা ( মাতৃ প্রেম ) নিকলম্মী । শেল তোনবা কিবগীদমক মহাক মশাগী মুংশিজববী বাজবক্লবী মমাগী সেবা তৌবা তোকলগদবা ? মমাগী মকমদা মচাগী তৌগম থোকপা লৈ, হাযবকই - লুপা য়ায়া ফংগদৌরে, মহুগী চিংনবিক্লগনু ।

জাগেশ্বরীনা মমৌদা য়েংলম্মী, অশ্লমনা হাযবগুমলমই মহুদি রমানা মঙোন্দা কয়াম য়ায়া লাক্লরিব ।

জালপা নিংবা কাযনা ফমলম্মী । মহাকসু চিংবু চিংনবম্মী । ইমাসি খুংজি লৌদ লৌখিগদবোই খল্লম্মী । লৌত্রবদি ফগনিদা । ঐনা খুংজি শিবসি ঐগী ইমৌনা পামলিবোই হাযবসি জাগেশ্বরী মশা মথন্তা চিংনদবা ওলমদে । মহাক্লা তলনা খুংজি লৌথোকলকই অতুগা জালপাদা লানশিল্লমই, হাযবকই—সে, সে. ইমৌদতুম পকচগনি, শিজল্ল । ঐথোয়দি নহা ওইবিবৈদা শিগদবা চাগদবা চাবকলে, শিরকলে । সে, অমুক্তা হুক্তুম হুকচিনলুসে ।

জালপা মনেমগী শেল করিমক্তা বাংতে হাযবসিদা চিংনয়মদে । মহাক্লা খল্লমই—ঙসিদি মহাক মীপুংশি চাওবে অহুনা খুংজিগী শেল শোয়দনা পিরক্লগনি । মিংকুপ থবগী মমাংদা মহাক্লা শেল অসি রমানা পিবা তাগনি হাযনা খল্লম্মী । মবম অহুনা য়ায়া পামলবসু পামশিন্নদবা শায়হুনা হন্দোকহল্লিংলম্মী । মনেমনা পোংকী মমল পিরবদা মহাক্লা করিগী মাই পামদে কবমনা হায়গনি । মপালথোংদা ফজনবা শাবহুমা হায়রকই—শেল লৈত্রবদি তোকপিবো কোয়া লৈবা য়াবহুনু ইমা. কনানা হৌজিক লৈদবা য়াদে হায়বা লৈবগে ?

রমানা খজিক শাওবহুনা হাযরকই—মহাক খুংজি অসি লৌগদৌরিস্বা ?

জালপা—ইমানা য়াত্রবদি ঐনা কয়া লৌগনি ?

রমা—অদুগা মিঙ্গ অসিদি ? মসিবু লৌয়োই হায়রিবসা ?

জালপা—মমলত্থম অমুক্তং হংবিরকউ।

রমানা হায়বকই-নহাক পোৎশিংসি পুশিনখরো। নহাক্না মমল খঙলগা করি তৌগদৌরিবনো ?

রমানা মপালদা থোক্লকলগা মমল হংজুবদদি লরাই ঈশিং চায়রম্মী। খুংজিন লুপা চাতবেৎকীনি অত্থুগা বিঙ্গনা চামা-য়াংথৈ, মহাক্না খল্লম্বনা খুংজিনা য়াল্লবদা লুপা চহুম অত্থুগা বিঙ্গনা নিকু য়াংথৈ মঙাই। মহাক্না খল্লম্বগা য়াম্না থেম্ররে। হাম্রনা মমল হংলম্বদি অমুক হঙ্গৎ হন্দা চৎনবোই-দবা হাযব' নিংঙমলমদে। দলালদা হাযনকই—মমল য়াম্না যামইদা, ঐনা খনবদি লুপা চামঙাগী মহুংদা ওইবমগদবা হাযনা। দলালগী মমিং চরনদাস কৌরম্মী। হায়বকই—মমল থোইদিং মথায অমতং থেম্রববদি ব'বু, ইমাই অসি অমুক হন্না ওল্লবোই।

বমা—মমল অসিগী পোৎশিংদি ঐখোয় অমুক লৌররোই।

চরন—অত্থুম্না তাকপিগনু বাবু। অদোমদবু অসিগুম্বা শেল করি লৈবা পোৎনো, অদোমদগী চেম্না শেৎপা, চাবদা কনা লৈবিবগে ?

রমা—চানিপাল য়াংথৈ য়াম্বা শেলনি।

চরন—শেলদা অত্থুক য়াম্না কুপশিনবিগনু বাবু।

রমা লিক্নী মমল তাবদা জালপা মবাইনা তোকচখরগনি খল্লমই। দলালদগা বা য়ামনা ঙাংলমদে। মহুংদা চংলগা য়ামনা কন্না নোকলত্থনা হায়রকই—লিক্নী মমল কযাম পিবমগনি হায়না খল্লি ইমা ?

জাগেশ্বরী করিগুম্বা পাওখুম অমা পিত্থনা অপংবা ওইবা পামলমদে—খুং-চংব', অহৎপা পোৎকী মমল অসি ঙইরে হায়বা অরেম্না লৈতে।

রমা—নহাক অত্থুক হায়মুদনা খুংজি অসি কয়া হনবা য়াই ?

জালপা—চাতক্লঙ্গী তারমলোই।

রমানা শাম্নবম্বা থৌরাং পুন্নমক অরেম্বদা তারে। মমলগী অকিম্বা উত্থুনা জালপাবু কিহনবা অরেম্বনি অত্থুবু, তক্লক অমদি তরেৎ অত্থুক য়ামনা খেম্নবা নত্রে। মত্থুনা চরনদাসনু মসিদা য়াবা য়াই। খজিক মমাই ঙাংনা হায়রকই—অত্থুগা রিঙ্গদি ?

জালপা—য়ামগে য়ামলবদা চামা মঙাই।

রমা –মহাক্না চানিপাল য়াংখৈদগী পায় মতেক অমা তায়োই হায়রি। তাও হায়বা য়াম্ন য়ারোই।

জালপা—অদু ওইরবদি পিথোকথরো।

রমা –ঐদি হনবা ইকাইদা! ইমা, মহাক দলালদা চাতরেংতগী হেন্না পীবা ওমলোই হাযবিবমউ।

জাগে—মুংঙাইরেদা করিগী ঐনা নঙোন্দা বা হায়জরগনি ?

জালপা—মহাক হায়রবা য়াদরা, মসিদা করি ইকাইনিংঙাই লৈবগে ?

রমা—ঐঙোন্দদি অশেংবা হায়বকলোই। মহাক্না হেক ওন্নমখৈ তাং তৌবকনি—হা বাবু, সাহেবনি, নিংথৌনি, রাহৈগী লাং থাকলকনি।

জালপা—ফৈ, ঐহাক হাযরুরগে।

রমা—বা। অদু ওইববদি থবক ওইরে।

রমা মতুংদ তুমিন্না থ,পচিন্দুনা লৈবম্মী। জালপা দলাল মথক্তা লাকলগা হাযরকই—ও-সোমদা লাকউ লিকয়োনবা! পোৎ য়োনবা লাকলিবরা নত্রগা লুট তৌবা লাকলিবরা ?

চবনদাস—হৌগত্তুনা থোংজিন্দা লাক্লম্মী। হায়বকই—করি য়াথংনো ইতৈমা।

জালপা—পোৎ য়োনবা লাকলিববা নত্রগা উৎ চাইবা লাকলিবরা ? খুংজিদা রুপা চাতরেং লোগে হায়রিবরা ?

চরন—চাতরেংতি অদুক শোনবা হায়বহুনি।

জালপা—ফবে, অদু ওইরবদি পীবা ওম্বা অদুদা চৎলুবো। রিক্সগী মমলনা চামা-য়াংখৈ শোনলিবা নত্রা ? অদুগা অনিসিদা চাতরুক কাওবদি ঐহাক পিনিংই। অদুদগী হেন্নবদি ওমলয়োই।

চরন—মাইবো, অদোমনা তাকপিবিবহুদি শোইরে, মাংলে।

জালপা—মহাক্না পাম্বা মফমদা চৎখরো, পুখরো য়ারগনি নপোৎ অদু।

চবন—অমুক চাওবা, মুংঙাইবা ইমুংদা লাকলগা পোৎ হন্দুনা চৎখিবা চংশি শিগনি। রুপা মঙা তরাগী বা ওইরবদি ঐহাক মথা তায়োইদবনি, অদুমক নত্তবনিনা।

জালপা—কানদেসে বা য়ামা ঙাংনহুনা চাতরুক্তা য়ানরে হায়খ্রগেকো ?

চরম্মা মচিল পেথোক্লম্লনা অস্লম্না হায়বকই—অদুক যাম্না ভাবদি হাক-মমথরে, অদুবু অদোমগী বা হিক্তোকপা ঙমদে। শেলদি কৈদৌঙৈ ফংগনি ?

জালপা য়ামনা থূনা পিগনি। জালপানা ইমুংলোমদা চংলক্লগা হায়রকই উচিন-নাচিম্না চাওকঙা যাদি য়াবে। চাম য়াংথৈকা শোইদনা হাইগংনা হায়রমগনি। মখোয়শিংসি অস্লমনা পোৎ লৈবশিংবু হিংনম মমগল্লি।

বমা ঙমজরোই হায়না চেঙ্গবম্বনি অদুগু মতমগী থোইনশিম্না অসিগুম্বা ফিভম অমা লাকহল্লম্মী, অদুদি চেন্দুনা হিংবা য়ারমদে।

জালপানা হবাওবনা থূঙ্কংশিদুনা পোৎ অনি অদু পুদুনা দলানদা কাথংলমই অদুবু রমা মকোক নোংলনা বাথল তৌদুনা ফমথবম্মী। জাল-পানা মাগী ফিভম থগুন থগুনা কবিগী পোংশিংসি লৌশিনলুবিবনো, প.মদে হায়দুনা করিগী কপ্পোক্তুনা হাযদবিবা, ঐহাক লৌনিংদে, লুপা চামঙা য়াংথৈ ফাওবম্ব শিংদোকপা ঙমদবিদৈঙৈসিদা, কবিগী অম্লক য়াম্বা অসি কবমনা পু-থাংবা ঙমগনি ?

মদুবু মহাক্কা মপুক্কিং থেমজিনজবম্মী। মসি মশাগী তৌরুবা পাপনা ফংবনি। অদুগা মীনা তানবিবা শেল 'অসি কবিগীনো ? মসিগীদমক্তনি, চাবদা নমশিনবগীদমক্তদি নত্তে।

চাক চাবগা রমানা দলান মথক্তা ফি শেংপা কাথংলকপদা জালপা মিং-শেলগী মমাংদা লেপলদুনা নারাওবী যান্দুনা লৈরম্মী। রমাবু উবদা হায়রকই —ঙসিদি য়াহৌরকপদা লাইবক অফবা কনাগী মমাম্ন উক্লরবনো ? অমত্তা নত্তনা পোৎ অনিগু লেমনা ফংইদা।

রমানা ঙকনা হাযবকই—লেমনা কবমনা, শেল পিরোইদরা ?

জালপা—শেলদি ইমানা ( ইনেম ) পিগনি।

রমা—পিগনি হায়না হাযবরা ?

রমানা মাগী অপংবা অদুদা মোমোন নোকলদুনা হায়রকই—মদু থন্দুনা পোৎশিং অদু লৌহৌরিবরা ? ইমানা পিগদৌবা ঙইরবদি লিক মাংথিবা মতমদা পিয়কলমগদবনি।

জালপানা ইঙক ঙক্লা হায়রকই—ঐমা কয়মনা থঙগনি ? হৌজিকয় হন্দোকথিবা য়াগনি। মাগীমক্তা লৌবনি অমুবু পামজদে হায়রে হায়রগা লোইয়েদনা। করি নৈবা বানো পামদবা পোৎপো।

মর্সি হায়তুনা মহাক্না থ্‌না নাইন অহু মনাদগী লোথোক্লমই। খুৎজিয় লোথোকলমই। অহুগা মতো অম্বমা কেসতা হাপচিনলহুনা মঙোনলোমদা লানশিনলগী—মহুদি হৌদোংনা ফারিবা উচি অহু মথুঙগী নাম্বোকনিংহন্দবা অহুমা, থাদোকলবয় নাম্বোকহল্লমদে। মথুও অনি অম্ব তিংথোকনিং-তিংথোকনিংদা তৌরমই।

যমাগী মথুৎনা কেস অহু পায়বা ঙম্বগী থোনা নৈরমদে। মহাক্না শেল থোয়বা ইকাইবা নংবা, মমাই লোৎপা, বাথল মুংঙাইতবগী নৈদা কাহৎপা পুন্নমক থাংবা পামলগী। তৌইঙমসুং জালপাগী থম্মোই কায়বা অসিঙমবা য়ানিংদবা, লাইবক থিবীনি থনথিগদবা অমম্তা তৌনিংলমদে। মহাক্না মোমোন নোক্তুনা হায়রকই—ফরেদা, লৌকয়বা পোৎপু অমুক করমনা হনগনি।

জালপানা মোমোন নোকশিন্নরহুনা হায়রকই—উচেকতয় পিকলবয় পিকনা, চাওবগীয় চাওনা মতিক মপা চানা মহুম শাই। হয়া তুং-মাং য়েং-দনা পকনৈ নৈ, পকচা-চারবদি অমুক থুদোংথিবা নংগনিকো।

ঙৈশিংদা তাবদোনা যমানা হায়রকই—মপু নৈরিদনা, মানা ঙম্বা লাক্লনি।

ঐথোয়না ঙহাকী অপাম্বা-চিংনবগীদমক্তা ইশাগী পুন্সিগী মুংঙাই-মাইফবা, অইংববু করমনা কংথোক্লনি। অহুদগী জালপানা অপাম্বগী অসি-ঙম্বা ঙৈহো অসিদা মশাবু লেংদনা থম্বা ঙমলবদি যমা চিংনবগী মমাংদা মকোক নোনলমলোইদবনি। মথোয় অনিগী থম্মোয়দা মুংশিংগী অশেংবা মঙাল ফাওরবদি মথোয় লম্বী লম্নুকনহুনা অমাংবরোমদা চংশিন্নমলোইদবা।

*   *   *   *   *

জালপা হৌজিক মুমিৎ চুপ্পা মমাই খুনজিন্দুনা নিংবা কাইথুনা মতোমতা পকনৈদা লৈবী মুপী অম ওইদরে। হৌজিক যুমদা ফমথুনা লৈবা হৈনবক্করে। মহালমথৈদি নিংবা কাগথুনা লৈবম্মী, কবিগুম্বা মফমদসু চৎথোকলমদে হৌজিক লাইগী থোজ্জালদগী লিকসু লৈরে, অদুনা মহাক চৎনিংঙন কবিগী চত্তনা মযুমদ ফমথুনা লৈগনি? ফিরোল লৈতেং হায়বসি অথুম্বা পোৎতি নত্তেদো, মথুদগী মহাক মথন্তা লৌবা যাত্রা? কৈরোলনৈকাইদ কবিগুম্বা চত্তবা য়াদবা অমা লাকপদা মনেমগা লোয়ননা মহাক শোইদনা চৎলে। মতম থবগী মতুংদদি মনেম য়াওদনা চৎলম্মী। মহাক মতোমত অপনবা লৈতনা চৎথোক চৎশিন তৌরম্মী। অদুনা থবকইংথাংগীসু অপনবা লৈবমদে। মাগী লৈশি লৈথোন লৈবী মশকনে, ফিজেৎনে ফিদোননে, মীকৌ মীনাক যজবনে। মহাক কৈরোল-লৈকায়গী মুপীশিংগী মমুংদা য়ায়া থুনা ইকাই খুম্নবগী থাক্তা য়ৌথিরম্মী। মাগী মথোক্সেল অমুক নৌরমই, বাঙাং অমুক মুংশিনমই, শক্তম নিংথিজরম্মী, মথুদি মুপী কাংলুপকী অথোইবী মানলম্মী। মহাকনা থোকলকপদগী লৈকাইগী মুপীগী পুন্সিদা থবাই হাপ্পগুমলম্মী। মুংতি মুমিংকী মফম অম নত্রগা অমদা মথোয় পুনলম্মী। জালপা মশক ফজবগুমনা থম্মোয়সু চাওরম্মী। রু, হিদাক্কী থবচ অয়াম্বা মতমদা মশাক্কী মবাইবক্তা তমলম্মী। কবি কবিগুম্বা মতমদা মহাক মমাম্নবী মশারোইশিংগা গঙ্গা স্নান তৌবা চৎলম্মী। তাঙ্গাগী ভাবা অদুগা গঙ্গা মপালগী অচা অথক্কী থরচসু মত্তোনদগী তৌরম্মী। মতৌ অমুমনা নোংমদা মাগী লুপা অনি-অহুমদি হাইহৎলমই। রমা পুকফবা মপুবোইবনি (আদর্শপত্তিনি)। জালপাগীদমক্তা মথরাই ফাওবা মথোংয়া—থম্বালদা শম্বদা চিংনরোই।

নোংমা মুমিৎ অমা মুপী কাংলুপ অসি সিনেমা য়েংনিংবনা থোইরেনমশা পাইরমই। অদুদগীদি লাক্লিবা মুমিৎ অদুদা সিনেমা থোরম পাংথোকলে। রমাদি হৌজিক ফাওবা সিনেমা পামলমদে। হৌজিক মখুত্তা শেল থোকলে, অমুগী মথক্তা জালপানা য়েংসি হায়না তকপিল্লকপা অদুদদি ——দি করবনা চৎলোই? সিনেমা হোলদা মমাই হাংদোক্লুনা চিংনদনা

নোক-খেত্না য়ারী শাবা গুম্বী অসিগুম্বী নুপী কয়াম্ থেংনরম্মী। মখোয়না মনিংতমনা লৈবা অতুগা অরোনবা মওংগী মমি জালপাদম্ তারম্মী। মহাকম্ ময়ুমদগী মপাল থোকলকপদা মমাই হাংদোকলম্মী। তৌইগুম্বমুং ইকাইবন মমাই খুম্বী নুপীশিংগী মরক্তা ফমলম্মী। য়মাম্ মনাক্তা ফমহন-নিংলমই, ফেশন্দা হাবম্মী। নুপীশিংদগী মহাক্না করি য়াৎলদনা? রমা যাম্নমক লাইবিক হৈত্রবম্ মতম ইবাংগী মতাংদদি পুকচেল চাওরম্মী। অহানবদদি মহাক পার্দাগী চৎনবী অমত্তা ভাইরবা ওইরম্মী। মমানা কবি-গুম্বদা গঙ্গা স্নান তৌবা চৎপদা লোযনরম্মী। অতুদা মহাক্না পাণ্ডা ফাওবা য়া ভাংনহনলমদে। অদুবু মতম থোংলৈগ লোয়ননা বমাগী চৎনবী অতু মাং-খিরম্মী। মতুদা জালপাগী মশক মতোন মাগী থৌনাবু অমুক হেন্না থৌ-জিন্নম্মী। জালপান মশক খিবী মতৌ লৈতবী, ময়াইপোংবী অমা ওই-য়মলবদি মহাক অতুম মরুমদা ফমগদৌবা। মহাক্তা লোযননা কোইমিন্নবা অতুদি ফমমিন্নবা ইকাইগদবা। জালপা গুম্বী নাইতোম ভানবী, শকহেন-নীগা লোযননা কোইমিন্নবদি নুংঙাইবগা লোয়ননা লেমনিংঙাইনু ওইবম্মী। মফম অতুদা চাওখৎলবা সমাজগী কনাগুম্বী অমত্তনা কেরকপা-মোয়কপদা জালপাগা মান্নবা উরমদে। বাংলবা হায়ববু ইংলিস এডুকেসন, মতুম্ য়মানা মপুং ফাহন্নম্মী।

অদুবু পার্দাগী চৎনবী অথিংবা করম্না থুগাইগনি? হোলদা য়মাগী মরুপ কয়া ফম্বা উবম্মী। মখোযনা জালপাগা যম্মিন্নবা উরগা কয়াদা নোক্ত-য়মগবা অদুবু নোংমদি মহাক্না সমাজগী মমাংদা লেপ্নমক হৈফগন্দা ফমতুনা লৈগে হাযনা চপমুংনা লেপখিরম্মী। জালপাদা হায়রকই—ঙসিদি নহাক ঐগা সিনেমা হোলদা ফমমিন্নবা ঙমগনিদনা?

জালপাগী থম্মোযদা শৌবিং-শৌবিং লাওবম্মী। য়াম্না হরাওবগী মঙাল অমা মাইথোংদা ফাওবম্মী। হায়খকই—লোয়ননা। কদাইদগী, লোয়ন-বিবা ইতাবোইশিংনা লেমনা থাগ্রোই।

রমা—অসুম্না কিরবদি কৈদৌঙৈদম্, করম্ নুপীশিংনা মমাই খুম-জিন্দুনা উত্নুখী হেক শাবত্নুনা পার্দাগী মরুমদা ফমলিবসি কোকনি!

মতৌ অসুম তৌনা য়াফমসিম্ লেপনরে। অহানবা নুমিত্তদি মখোয অনি ইকাই ইকি পোকলম্মী। অহুবু মথংগী নুমিত্তদি মখোয় অনি করিমক্তা

থোশাবিদয়ে হুমিং থয়নিগী মতুংদদি য়মা জালপাগ পার্কতা কোইমিয়বগী ময়মমু লাকলম্মী

হুমিং মঙা-তয়ানিগী মতুংদ জালপানা অনৌবা মহিলা সমাজদা লুপ্লয়ে। মহাক্না অসিগুম্বা থুমায় অসিদা মতৌ অমুম্মা লাক্লম্মী মতুদি কনা-গুম্বা হৈ শিংলবা বক্তা অমনা ইহান হায়া মতা মমাংদা লাকপদা মাইচৌ-শিংনা মাবু থওই-উশিত্রবমু মাগী মতিক মগুণগী মমাংদা মকোক নোনবগুম, মাগী ফজবদা অপ্লগুম্বা মাপল, অতুগুমবা ইচং-থৌনা, অতুগুম্বা চীংলেমদা মতুগুম্বা অঙানবা মাইথোংগী গুণ চেনলম্মী, হায়রিবসি অয়াম্বনা শাগৈ-জাং কবা হুপীশিংগী থুদমনি। অহানবা হুমিংমক্তদা হুপী অমনা জালপাবু চা থক্কবা কৌরম্মী।

মথোয় অনি হনমিন্নরকপদা রমানা বাথল থনবগী মওংদা হায়রকই—হয়েংশিবু পা'টি দা চৎপা তারিববা ? অদু ওইরবদি নহাক্কীদমক্তা অফবা সাড়ী অমা লৈরকউ হায়বরা ?

জালপা—ঐগী সাড়ী লৈতে হায়না থনবিবরা ?

রমা—নংগী সাডী অফবা কদ'ইদা লৈরিবা ? মী অদুগী সাডী অদু উরেদনা মহাক্না ? অদুনা মাগীদা চৎজুররবনিনা ঐথোয়দমু মাবু কৌদবা য়াদবনি।

জালপা—মসিদি ওক্লোক্না থুদোংথিবা অমা লাকশিল্লক্লে।

রমা—থুদোংথিবা কয়িমু মক্তে, ঐনা থনবদি অসিনি, ঐগী য়ুম অসি মী চংলকপদা মতিক চাদে। মেজ, চৌকি, চা-গী সেট যমেশথোয়দগী লৌবা তারিবনি, য়ুম অনৌবা পানবনি—থাংগিবশিংসি উরেদনা। অদুপা য়ুমনা কয়মনা তৌগবা ?

জালপা—ঐথোয়মু মথোয়বু কৌদবা য়াদে হায়বা লৈবরা ?

রমানা অসিগুম্বা তানিংদবা বা অসিগী পাওথুম পীরমদরে। মহাক্না জালপাগী থোংউপ জুরা অমা, ফজরবা থুদাংগী ঘড়ী অমা লৈগে হায়বসি থলম্মী অদুগা লৈতবদি পৎ তৎলম্মী। নোংমা নোংমগী চাদবা-থক্কবা য়াদবা লেলনা অমুম হেনগৎক্লম্মী। হৌজিক ফাওবা লিক য়োনবশিংগী পৈশা অমা ফাওবা শিবা গুম্বা উরমদে। নোংমা হুমিং অমা গংগুনা শোহাংং মরা লেলগী বা পরকপী। অদুব জালপাব চাম্‌চো-চাম্‌চোবা শাগি'শ

করমনা চৎহনগনি ? মহাক জালপাবু অমুক ওৎ-নৈবা পামলমদে। তাঙা অসিদা জালপাগী মশক লেম্বা হেনগনি। সাড়ী অমদি ঘড়ী নৈনব-বগী ইরাংনা পুমনোম নোমথরে। অহিংচুপ্পা মহাক য়ামনা য়ানা থাংলে। নোংঙালগা পোৎ অনি অছু নৈরবদা মহাক নে-হেক তারম্মী।

জালপানা ফ্রিং-ফ্রিং শাঙনা হায়রকই—ঐনা হাযজবত্থনি পোৎশিং অসি কাম্নদে হাগনা।

জালপানা ঘড়ী অছু মথুৎদাংদা শিজিন্নে অতুগা সাড়ী অছু লৌথোক-তুনা গুপ্কংপমথৈ যেংলম্মী।

বমা—নংগী খুদাংদা ঘড়ী অসি কযাদা ফঙরিবা।

জালপা—তশেংনা হায়য়ু কয়া গাম্না তিংলমলবগে?

বমা—তশেংনা হায়রবা? চামগা কুপ্থ্রা মঙানিদা। হঙ্ফ্তরা মঙাগী ঘড়ী, খোংউপ লুপা তবা অতুগা য়াংথৈগী ঘড়া।

জালপা—শেল মথামসি কদাইদগী লৌতুনা শিংগদৌরিবা?

বমাগ য়াগলসিদা লুপলম্মী। তৌইগুম্বসুং মশাগী য়াথল অছু কোং-দোক্ত্না জালপাগী হবাওবদা অপনবা ওইহল্লিংলমদে, লোইনমক শিংগনি।

জালপানা হঙ্গোইবা মঙংদা হায়বকই—কদাইদগী শিংগদৌরিবা? অগুক্তবু তাগেনে? মতেক পাই ফাওবা লেমত্রবা মতাংসিদা কদাইদগী লাক্তুনা শিংগদৌবিবা? পোৎশিংসি হল্লোকপিক্ত্রো যাগনি।

বমানা সুংশিবনা থল্লবা মিংয়েংনা যেংলত্থনা হায়রকই—হায়রিবা পোৎশিংদো চেৎনা থম্মু, ঙসিদগীদি নঙোন্দা য়াহৎ-পাওহংলমদনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা নৈবক্রোই।

নুমিদাংবাই মতমদা জালপানা সাড়ী অহনবা অমসুং খোংউপ অহনবা উপ্তুনা ঘড়ী অহনবা শিবত্থনা মশক মমাই মিংশেলদা য়েংলুবদদি নাপল অমসুং হরাওবনা মাগী মাইথোং মকা লামলম্মী। মহাক্না পোৎশিং অছু হল্লোকথিনবা অশেংবা থম্মোইনা হায়রকই, তৌইগুম্বসুং মতম অসিদদি মহাক পোৎশিংদো হল্লোকহল্লিংবগী য়া নৈয়মদে।

নুমিদাংবাই মতমদা জালপা অমসুং বমা পার্টিদা চৎলমই। নুপী অতুনা নুপগী বঙ্গলাগী নম্বরদা মতাক্লম্মী। বঙ্গলা ইবা বাদনা থিবা ফংলে। থোংদা লাইরবোক্ত্রে থৎলমই—ইংজবর এডভোকেট ডাইকোর্ট। তৌজিল

ৱমানা থওলে মতুদি মুপী অতু পণ্ডিৎ ইন্দুভূষণগী মুপীনি। পণ্ডিৎজী কাশীগী মমিং চৎলবা উকিল ওইরম্মী।

অতৈ মুপা মুপী কয়াম্ভু বার্ত্তন তৌরমগনি হায়না ৱমানা থল্লম্মী। অতু-গদি উকিলগী বাঙ্গলাদা উকিল অমম্ভুং মাগী মুপী ৱত্ন নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈবমদে। ৱত্ন মথোয় অনি উবদা চেম্ৎোকলক্‌না মথোয় অনিগী মথুং শোকলগা ইমুংদা চংমিন্নরম্মী অতুগা মপুনোইবগা শক থঙনহল্লম্মী। পণ্ডিৎনা আরাম চৌক্রিদা হিপ্প' হিপ্পা লাক্লিবা মথোয় অনিগা থুং শোক্লরম্মী অমম্ভুং মোমোন নোক্‌না হায়বকই—ঙাকপিগনি বাবু সাহেব। ঐহাক হকচাং ঙমদরে অতুন তৌগৎপা ঙমদবে, অদোমদি কবি অফিসত' লৈরিব্লা ?

ৱমানা ইকাইরম্মা হায়রকই—অহোই, মিনিউসিপালিলিটিদা লৈজাব। হন্দক্কা চংজবনি। কাম্ভুনলোমদা চৎসিরা থনজবনি অতুদা অনৌবা উকিল-শিংগী ফিভমসি উবদা থনজানতুনা লৈাববনি।

ৱমা মশা অচাওরম কানিংবাদমক্তা মীনম্ব ঙাংবা ঙমলমদে। মতুন-তুম য়াম্না ফরম্মী। মহাক্না লুপা কুনমঙাদা ফংই হায়না তশেংনা হাযববস্ন উকিল সাহেব মাগা ৱারী শাবদা মশা চোপ্পী হায়না হল্লম্মোই। হায়বকই—অদোমনা অসোমদা লেংবিনকপা যাম্না মুংঙাইজবে।

জালপানা ৱত্ন উকিল সাহেবকী মচামুপী ওইরিব্রা নত্রগা তালোই ওইরিব্রা হায়না হৌজিক ফাওবা চিংনরম্মী। উকিল সাহেবকী চহি হুমকুগী মথাদা লৈবমলোই। নাল্লবা, লংলবা, তাংলবা কোক, নাক-যেত্তা অঙৌবা শম্নাংগী মরক্তা বারনিশ তৌরবা উগা মতৌগুম্না লংলম্মী। মকোই হৌবমদে, তৌইগুখমুং মবাইবক্কী অথুইবা অমদি থজাইগী কুরু তাবনা তাকপদি মহাক তাইবং থোংচৎসিদগী চোকথনবা মীনি। আবাম চৌক্রিদা হিপ্পনা তাক-পদি মহাক মতম কুইনা নারকলবা মীওইনি। মহাক্কী ওম্ন তৈননা ৱত্ন কুলৈ-কুচু, শাওং-শাদা ফজবী মুপীনি, যাম্না তিম্নবা নুংঙাইবা মী-থোনবা, নাপল হায়বতু মশাদা মুকশোক শোক্তবগুম। মাগী শকফমদা ফজনগী লৈথোন অমত্তা য়াওরমদে। নাতোন নম্বা, মমাই কোয়দানবা, মমিং পিকত্তক তৌবা, অতু ওইববমু মহাক চাইবী (বাণী) গুমলমই।

চা পুরকলম্মী। উইহে, অথুম অহাও ববফকী কোফি পুম্নমক মেজদা [illegible]লম্মী। ৱত্ন অমস ং জালপাস তোংঙাম্না ফমলম্মী। ৱমাদি [illegible]

মমাংদা ফমলম্মী তৌইগুম্বম্বুং উকিল সাহেব হৌজিক ফাওবা আরাম কুসী´দা হিপলম্মী।

রমানা মোমোন নোক্লহৃনা উকিল সাহেবতা হায়রকই—অদোমম্ম লেংশিননিরকপনা ফগনি।

উকিল সাহেবনা হিপ্না হিপ্না হায়রকই—হৌবিরমলো, ঐম্মু লাক-চরগনি।

ময়াম চা থক্লে, হৈ চারে, তৌইগুম্বম্বুং উকিল সাহেবকী মমাংদা ঙাংবা নোকপ, বমা অমম্বুং জালপা হঙ্গোইবম্মী। থম্মোই চাওবা অহলশিংগা লোয়ননা ভিন্নবগী মুংঙাইবা লৈ তৌইগুম্বম্বুং মসিগুম্বা চগম্নবা, থরাই পান্দবা, ইচং থোদবা মীওই, নহা ওইববম্ন অতোপ্পশিংবু ইচং থৌনা হন্দে। কম্না হাযমনবদগী উকিল সাহেব চা যাউম অনিথক থক্লম্মী। মহু উবদা বত্নানা জালপাদা হাযরকই—চংলো, ঐখোয় হৈকোল লৈকোল্ল য়েংলুসি। মহাশয অনি অসি সমাজ অমম্বুং নীতিগী মবিদা লৈনহল্লমসি। মহুদা জালপা মঙকশমদগী থৌবী থোকপগুম্না মুংঙাইবম্মী।

উকিল সাহেবনা মচিন পৈথোকলহুনা যিভম শেমলহুনা হায়রকই—পুক অসি করি তৌববনো থঙদরে, চাবা থকপা ভূম্বা করিমত্তা লৈখিদবে।

বমানা হাযরকই—তুম্নব' হিদাক কবিমতা থকপিদবরা? উকিল সাহেবনা পামদবা মঙংদা হাযবকই—তিদাক্তা ঐহাক কবিমতা থাজবা লৈতে। মাইব' অনি, ডাঃ অনিগী লাইয়েং কৈদৌঙৈদস, মান্নবোই। লাইয়েং চপ মাম্নবা অতুদা মাইবনা ঈ ফত্তবননি হায়বি, অমনা পিওদোশ। ডাঃ অমনা থবোখীদগী পোকলকপনি হায়গনি. অমনা অমুক থিবিনগী অকাযবনি। তৌবিব' হাযবনু হেক্তা হিদাক থাবি, মহুনা তাকপদি তম-থিনা অনাবশিংগী ওকশমদা থাং থাবগা চপ মান্নে। হায়রিবা ঐমকস, নহালনা ডাঃশিংনা শোবাবেন যৌহল্লমলগদবনি। ঐনা মখোয়দগী থাপনা লৈবগী ফবিবনি। যোগভ্যাসকী মতিক মগুণ তাই, য়াম্না কৈ কান্নে হায়বা অদুবু তম্বা য়াবা মহাত্মা অমত্তা ফংদে।

আরোগ্য শাস্ত্র ফাওবা মখোযগী রাবীদা শাথথরে। অসোমদা মুপী অনি অদো য়াম্না ভংশিননা রারী শাজন' লৈবম্মী।

রত্নানা মোমোন নোকলদুনা হায়রকই—ঐথোয়গী নুপা উবদা মহাক ঙকলিনি ?

জালপা ঙকপদা নত্তনা চম্মনবা অমা ওইরম্মী — উকিল সাহেবকী অনিশুবা লুহোংবা ওইরিনি ?

রত্ন —হোই, হৌজিক চহি মঙাদা মঙাইরি। মাগী হায়গী নুপীনা লৈথিদবা, চহি কুন্থ্রামঙাদা লৈখিদবনি। মতম অদুদা ঐগী চহিনা কুন-মঙাদা মঙাইরমখিগনি। মাগী মী ওইবশিংনা মতোন্দা থ্‌না অমা লুহোং-নব কম হায়বম্মী অদুদা মানা মচানুপা লৈদনা যাবমদে। অদুনা চহি কুন্থ্রাবোম ফাওবা লুহোংদনা লৈবম্মী। তোইগুম্বম্নং ঙসি চহি মঙা শুরে, মাগী মচানুপা অদুনা লৈথিদবদগীদি ঙঙাইফদনা লুহোংলিবানি। ঐগীশু ইম-ইপা অমত্তা লৈথিদরে। ইন্দ্রায়, ঐবু য়োকলকপনি। হায়বদি ঙমদেদো শেল লৌদুনবু তৌবিববা নল্লগা মাগী অফবা অদুদা পামদুদা তৌরিবা ওইরিদরা। ঐনা থনবদি লাইনা ওমলম্বা লাইবক, লাইবক্না ওম-লম্বনি নিংই। অদুবু মসিদা তেক লাকপদগী পকনোইদা নোইথনে, নোই-থনা কামথংলিবসিনি। ডাঃশিংনা ঐতোন্দা নহাক নচা পোকলবোই হায়না হায়বম্মী। ইনাও, ঐসু ইচাগা পোকনিংদে অদুদা ঙসিদি ঙঙাইফদনা ইচা নুপা অমা পামলে, ঈশ্বরনা ইচানুপা অমা পিববদি মানা নারিবা অসি পুমকোক কোক্কনি। হকচাং অসি হায়গী মসিগুম্বা অমুক্তং পারবদিকো হেক য়োই। মসিগী মথক্তা থুদেংদা ঈশিং অশাবা হাপ্পনা ঈরুবিবা মরোল অম, নুমিৎ থুদিংগী থোংনা চৎলিবা, দী শঙোম বাৎনা তানা চারিবা মরোল অমা। চাক ময়েং তানা চাবিবান। তোংনবা যাবা তোংবে অদুবু নোংম নোংমগী নোইবা অসুম তেনগংলি। কবিনু তৌগদবনো থঙশিল-লক্তরে।

জালপা—উকিল সাহেবনা ইচেবু লুনা তৌবমগনি নিংদে ?

রত্না— লুনা তৌদবদি হায়রুদু। কাওদুনা ফাওবা মমিৎনা হয়া যেংবা নত্তে। ঐগী থবাই শোকপা বা অমত্তা ঙসি ফাওবা ঙাংদে। অদুবু ঐনা থঙই বাথলনা মাবু হাংলবনি। ঐনদি ঙম্বা নত্তেদো। মানা নিংলিবদু মনিং থ ংহনবা. করি তৌগনি ? ঐনা শেংনিংবা-চানিংবত্তা শেংপা

চাবদা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংবা নত্তে। মোংমদা ফংলকপা অদু ঐঙে.ন্দা শিন্নরিবনি।

জালপা—অসিগুম্বা মুপা অসিদি লাইনি হায়না থনগদবনি।

রত্ন হোই, ইনাও ইবেম্মা, ওইবগীদি লাই ওইরি'নি, য়ে'বদবু য়াম্না শক্তনবা মাল্লি। অদুগা মনুংদন থম্মোই য়াম্না নোই। লাইরবা অশোন-অনা, মপী-মপা লৈতবা লুখ্রাবীশংগী মতেং য়াম্না পাংই। নংগী খুৎজি-সিদি য়াম্না যজথরেদা ?

জালপা -হোই, ইচে। য়াম্না হৈবা সনা শাবনি।

রত্ন—ঐদি কনাগুম্ব থঙদে। উকিল সাহেবনুম্ব লিকাইদমক নাকোং-ৱাই চিলহল্লিংদে। মীবোল লৈতবসি ৱাইদা। ঐগী ইথক্কী ইচেম অদুগী সনা, সিক য়াম্না লৈ অদুু ঐনা অমত্তা পামদে। নহাক রমা বাবুদা নহাকী অসিগুম্বা ঐগীম্ব খুৎজি অনিদা শাহনবিয়ুবা।

জালপা - হোই, হংখিগে।

রতনা ঙসি নহাক লাকপসি য়ামনা নুংঙাইথবে। নুমিৎচুপ্পা ইংোমতা পকলৈদা লৈবসিনা লৈনিংদবা য়োরে। পুক্কিং থোইরাং-থোই-শাঙনরে। কনাগী মনাক্তা চৎকদবা থঙদরে। মী অমগা তিন্নরুবা থঙন-রুবম্ব লৈদেদো ইনাও, নোংমগী হুহাক্তা ওইরবম্ব কোইথোকলকউ, ঐহাক কাব থাবক্তে।

জালপা—য়াগনিদা। শগোল গাড়ী অম্বক য়ামনা চেল্লিবসিদি।

রতনা—নহাকপু মুকথা থাদোকনিংদবে, কনিনো থঙদে। নহাকপু ফংজবদা রমানাথ বাবু মরাইবক ফৈ হায়জরমগনি।

জালপানা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই- কদাইদগীনোদা অদুমনগা হায়বিবা হায়রুম্ব। থিনা চৈবনা হুকলিবনি।

রতনা—অচুম্বা ? ঐদি থাজদে। মী অচংবগী ৱা ঙাংনগম্ব হায়বা অহনি, আদা লাক্লে-তু ! খুৎজিগী ৱাদো থরা হংউকো।

জালপা—(রমাদা) চরনদাসতা অসিগুম্বা খুৎজি অমা শাহনবদা কম্বা থ্বনা লোইহনবা ঙমগনি ? ইচে রতনাম্ব অসিগুম্বা খুৎজি শাহনবা পাম্মী।

রমা খোংগুন তাদনা হায়রম্মী--হোই, শাবা করিগী ঙমদনি ?

রতনা—মসিগা চপ মান্নবা।

রমা—হোই, শাহনগে।

রতনা—অদুদা হৌজিক্তি ঐহাক শেল পায়দে।

শেল থ,মগী মরমদা নুপাদা নুপীশিংগী মমাংদা লৈ লৈতে করিমত্তা পম্মরমদে। মতমসিদা ঐগী থুংতা শেল লৈতে, মহাক্না করমনা হায়রা ওমগনি? মহাক শিখিগনি তৌইগুম্বসুং শিবদা করিমত্তা মায় হায়রোই। মহাক শেল পুগনি, মীগী মমাংদা তাং-পাং তৌগনি। মদুদা করিমতা চিংনরমদে তৌইগুম্বসুং নুপীগী মমাংদা মশাগী পাওন্বা, অশোনবা কৈদৌ-কৈদম্নু উংলোই। জাদপা মপুরোইবগী শেলগী ফিবম নিংথিজনা থওলম্মী অদুবু মপুরোইবনা মতম অসিদা করিগুম্বা ওৎলৈ পারে তৌরবদি মহাক নুংঙাইরোইদবনি, অদুনা মতম অসিদি রমানা ইচং থোনা হায়রকই—হোই, হোই, শেলগীদমক্তা করিগুম্ব চিংনরুগনু, লৈবা মতমদা পীরক্কবনু মাগনি।

রতন—অদু ওইরবদি করম্বা মতমদা লোইরকনি কনজো হায়বগে?

রমা—ওসিমক ঐহাক সনা শাকমদা হায়রক্লবিগে, নুমিং ওয়ামঙাই-রোম চংগনি।

জাদপা—হন্দকী নোংমাইজিং অসিদি ঐথোয়গী য়ুমদা চা থকপা লেং-থোকপিরম্বা যাদে।

রতন হরাওনা বার্তন অদু লৌরম্মী অদুগা মথোয় অনি কায়নরম্মী, মদুম হেক য়োৎগা মাচংথিরম্মী। রমেশবাবু ফমদুনা ওায়রম্মী। জাদপাদি শগোলগাড়ীদগী কুমথরকপগা অদুম ইমুংলোমদা চংথরে।

রমানা রমেশবাবুদা হায়রকই—কয়া কুইরে লেংবীরকলম্বা?

রমেশ—কুইত্রিদা, হৌজিক্তা ওাইরি। উকিল সাহেবথোইদা চংথোক-লুবরা?

রমা—অহোই, শেল হন্দোকপা চংজুরিবনি।

রমেশ—কৈদৌই হায়বগে, অমুক লাকচবা পোংনি। অচৌ অশাং-শিংগা শকথঙ-মাইথঙনবা ফত্তবা নত্তে; অবা অনা তারবা মতমদা কাম্নবা লাকপনি।

রমা—হন্দকী লাকলিব' নোংমাইজিংদা চা থক্কবা বার্তন তৌরম্মিবনি।

রমেশ—ঐসু লাকউ হায়বরা? থওলিনি উকিল সাহেবকী মনাও ইঞ্জিনিয়ার অমা লৈবনি। ঐগী ইশেল অমা কুইনদগী থবক ফংদনা লৈমে।

উকিল সাহেবনা বা থরা হায়বিরবদি মহাক থবক কংবম্ন য়াই। পার্টিগী থৌরাং তৌরিবসি ঈশ্বরনা চাল্লবদি মেম সাহেব পংহা-হরাওবা য়ারিবনি, চাগী সেট, গমলা কানিচরনচিংবা অদু ঐহাক পুরক্কে। চৌকি মেজনচিংবগী অরাংপা পুন্নমক লোইনা লৈরে। হোন খোংপগী বা অদু নঙোন্দা অমুক হাযররোই। মুসলচন্দ্রদা হেক্তা শিংরগে।

রমা—অদু ওইরবদি য়াম্না হুংঙাইবা পোংনি, অদুগীদমক্তা ঐহাক য়াম্না মুংনাংনা লৈরমলিবনি।

রমেশ—মদুদমক্তা রাক্ষগনু। মুপামচা অদুদা হায়থরগেনে, শোয়র-বোইনে অদুবুদি। থবক পামলবদি নহাক্তা কবা তৌরকলো হায়গ্রা লোইরে। মীবু কযাম য়ামলিবনো?

রমা—মেম সাহেব লাক্কনি অদুগা উকিল সাহেবম্ন য়াওরক্কনিদন।

রমেশ—য়াম্না তাঙ্গা চারে, মদুমক্তি ঐনা পামজবনু। মী য়াম্নবদি চরাংনদুনা তোকনি। মেম সাহেবকদনি হায়গদৌরিবা রাম্ন। মথোয় অনিনা মমিং-মথা শেমলে, মথংগী মুমিক্তা রমেশ বাবুনা পোংচৈ হোলহনবা তৌরম্মী।

কার অমা থোঙ্গালদা থামলম্মী। রতনবাই কুমথরক্না চংলক্লম্মী।

মথোয় অদুম থনা মপালদা থোকলম্মী। রমানা য়াওদা চংশিন্দুনা খুৎ শোকলদুনা হায়রকই—লেংশিনবিরকউ, সোমগীসিনা ঐবু পোকপনি অদুগা সোমগীসিনা ঐগী মরূপ রমেশ বাবুনি। তৌইওম্নমং মীওই অনি-দুনদি মখুৎ তিংথোক্লনা খুৎ শোক্নমদে অদুগা মচিদি লেংদনা লেপ্তুনা ওকচাননা লৈখিরম্মী। রত্নাম্ন মথোয়গা খুৎ শোক্নবগী কান্নবা উরমদে। থাপ্না মথোয়বু নমস্কার তৌরম্মী, অদুগা রমাদা হায়রকই—য়াজরে ফমজর-রোই, অদোমদা বা অমতা হায়জরমগে লাকচবনি। মসি হায়দুনা রমাগা লোয়ননা কার মনাক্তা চংলম্মী। অদুগা তুমিন্না হায়রকই—অদোমনা লিকী রাদো হংবিরবা নত্রা?

রমানা চিংনবা লৈতনা হায়রকই—হোয়, শারে।

রতনা—নহাল শেল থরা খুদোংচাদবগী তৌবনি, অদোম রারমলগনি, অদুগীদমক চেক্লকলবনি।

মচাক্না কার মমুংদগী থাও অমা লৌথোকমই, অহুদগী চামা, চামগী মোট তঙ্কক থক শক্তোক্লম্মী।

রমা কোম্না তৌবা য়াব' পোংনি। কোম্না লোইবগা পিবা য়াগনি।

রত্ন—ঐগী থুত্তা লৈরগা লোইথোকখিগনি অতুনা অদোমদা হেক্তা শিন্নরমলগে লাকলিবনি।

মসি হায়রমলগা মহাক কাব তোংথংখিরম্মী। কার মু'শিংকী মমাং থান পাইখিরম্মী।

(১৬)

চাগী পাটিদা থোক্দোকপা মরুওইবা বানী শান্নখিদরে।

হোজিক ফাওবা রমা পাটিগী থৌরাংদা অম্লক য়াম্না থবক চিনখিরম্মী, তুকান ফাওবা চৎপা শংলমদে। মহাক্না শরুম্মী, গংগুদা লুপা চাঙ্কক শং পিশল্লুরবদি হান্নগী হিসাবতা শকচিন্নল্লগনি। মুপনী লুপা চনিয়াংথৈথক লেমহৌরগনি। মত্তো অম্মমা মহাকপু লেম্না থারোই।

মথংগী লুমিত্তা রমা হরাওনা গংগুগী তুকান্দা য়ৌরম্মী। অতুগা থোল থরা হাইগংনা হায়রকই—করম করম থোরি ঠাকুর, অনৌব পোং অশাবা লৈরবরা ?

রমাগী তাং-পাংনা গংগু অম্লক য়াম্না নিঙবা কায়খিরম্মী। ঙসি শেল থর' ফংগদৌবা লৈবা ফাওবদা মগাক থজিক ফাওবা হরাওবমদে। থাকংপা মওংদা হায়রকই- বাবু। পোং ময়াম অমা শাই, ময়াম অমা য়োন্দুনা লোইখ্রবনি। তুকান্দকা থক লেংথোবকখিদবে অদোমদি, অম্নমদি ঐথোয় তুকান ফমজদে। থা নিপাল শুরে অসি যাঙবদা অদোমগী মমাই উংলবা লৈতে, পৈশা পিরবা তৌদে।

রমা—থুং হাঙনদি চংখোকলকপা ইকাইদো। ঐথোয় য়াম্না শেল থৌনবা মাবা মী নত্তেদা। সে, ঙসি লুপা চাঙ্কক অসি থমজিল্ল, অম্নগা য়াম্না ফজবা থুজি অমা থৌরাং তৌবিয়ু।

গংগুনা লুপা লৌরগা উপুদা থমজিল্লম্মী। অতুগা হায়রকই—শাগনি। লেংহৌবা শেলনা কয়ম্বা মতমদা পিবিগদৌরিবা ?

রমা—য়াম্না থ্‌না পিরক্লগে।

গংগু- হোই, বাবু হৌজিক য়ামগী অহুম্ন শিংদোকপিরমলে।

গংগুনা য়ামন' থ্‌না খুজি শাগনি হায়রম্মী। অহুবু অমুক থুংথিজ্রবা অসিদা পাকনা শেল থৌবা থোকলরোই হায়বসি মহাক থক্লে। গংগু মমৈ লোংথিরম্মী। অহুদগীদি রমা হুমিং খুদিংগী লোইবিরবরা হায়হুনা লাক্ত্‌প কারম্মী। অহুগ' গংগু হুমিং খুদিংগী লোইগদৌরে হায়হুনা তাং তৌহুনা মতম মৈথোক্লম্মী। থা অমা হৌথরে অহু কাওবদা থ্‌ংজি শাবা লোইদরে। রমা, রত্না উনগনি কিবদগী পা'ৰ্কতা চৎপা তোকলে। লুরিবনা মতাক মাগী মযুম থঙলি, চেন্দুনা হিং'গদবা নত্রে। থা অমদা কয়ারক হল্লা লাক্লম্মী। ইঙেল থা যৌশিল্লকলবদা নোংমা হুমিং অমা রত্ন'ন রমাদা হায়-রকই—খুমিং-থ্‌দাংদা হৌবা মহাক্না অহুম তৌরবদি মহাক নত্তবা সনা শাবা অমদা পিবা য়াদবরা ?

রমা—ওহোক্লা তুকুৎচরন মীনিদা হায়বা-হৌনবা হায়রবনি, করিমত্তা কায়বা লৈতে। ঐনা মঙোন্দা য়াম্না শেল পিশিনলুবসি লাল্লবনি। ঐহাক শেল অমুক লৌথোকল্‌থিগে।

রতনা—অমুক্তা হুকান মকম অহু তাকপিয়ু। ঐহাক মপাদগী ফাওবা মরু হুং তক্ল্‌না লৌগে। থবক তৌবিবদগী শেলনা কোম্না লৌগে। অসিগুম্বা মীশক মীমাই য়েংদবশিংগী অমত্তা ঙাইবা থ্‌ংলাইদি পুলিসত্তা পিথোকতুনা মরিল তক্লগদা ফগদবনি।

রমানা মকোক হোংলহুনা হায়রকই- য়েংবগী য়েংবা হুমিং তরাজি অমুক্তা য়েংবিয়ু। ঐহাক ঙসিমক শেল লৌথোকলুরগা অতোপ্পা অমদা অমুক শাহল্লমগে।

রতনা—তৌবা গুম্বা ফংতবা মী অহুগী হুকান অদোমনা হেক তাক্ল-বদি হুংঙাইগদবা।

রমা—হন্দক্তি মুকসোইমক সোইদনা হুমিং তরাজিগী মহুংদা থ্‌ংজি ফংহনজরগনি।

মমৈথংদা য়াম্না বাম্না রতনাবু থাদোকলম্মী। হুমিং অহুগী হুমিদাং-বাইদা মহাক্না গংগুগী মাক্তা চংলুবদগী ফশেংনা হায়রকই—হাম্না তংথাই

অমা পিশিত্রবদি থুংজি শাবা ওমলরোই, হায়গী শেলয়ু শিংদোকপিরমগদবনি হায়না হায়রম্মী।

রমা নো মৈ মরুনা পানবগুম থোকখরে। হায়রকই—ঠাকুর, মহু ফজদেদা। শারিবসি তঙাইফদনা শাদবা য়াদবগী তৌবনি। পিরম্বা শেলহুম্ব ফুপী অমগীনি। খম্মৌদো মহাক্না করি হায়গনি, করম্না মহাক্না উরবা ওমগনি। মহাক, থাজত্রগনা ঐগা চে ইনসি।

গংগু—ইনবা চে অহু খোইহিনে হায়দুনা লেঙ্ক্রুন' লৈগদরা? থা তরেং-তরেং, নিপাল-নিপাল, অরেম্বদা শোংতোক্কুনা লৈবা ওমদরে। থা অম-অনি ফাওবা য়েংলিবসি য়ামন' য়াম্নখরবনি।

রমানা মথা চিকলদুনা হায়রকই—বাফম অহু ওইরগনা করিগী থা অমগী মমাংদা হায়রিবা য়াদর? অহু ওইরবদি অমুক য়ামনা শেলগীদমক বারিবসি বারমলোইদবনি।

গংগু—অদোম অমুক য়াম্না বা শঙলমলোই হায়বদি ঐদি কনানা থঙগনি।

রমা নিংবা কাইদুনা মমুমদা হল্লকলমই। মতাংদা মতম অসিদা বা পুমমমক তশেং হুশেংনা জালপাদা হায়দোকলমলবদি মহাক মুংদি মুংঙাইরোই হায়বমু শিরিবা থুংজি অহু মহাক্না শোইদনা পিরকনি। অদুবু রমাদা অহু য়োনা থৌনা লৈরমদে।

বমা চাম্নদগী হেন্না ফংলে, মসিদি চিংনিংঙাই লৈতে, অদুবু শেল শিজিন্নবা হৈরবদি থা নিপালসিগী মহুংদা দুকানগী য়ামদবদা লুপা তংথাইদি শোয়দনা শিংবা ওমলমগদবনি তৌইগুম্বমুং শেল খোকপগী মতিক খরচ য়ামনা তৌরম্মী। ফংলিবা থবা অহু কোইবা ঙংপদা লোইংথোকমই, অদুগা দুকানগী শেলনা করিগুম্বা শেলবুন অমা লাকপা ঙাইরম্মী। মতেক পাইনা লুপা শাবা হায়বসি ললোনবশিংগী থবকনি। বাবুশিংদি লুপানা থুজিং পাই শাবা ঙাক্কনি।

ফুমিদাং অথেংবদা রমানা অমুকা হন্না লিকী দুকান্দা কোইনা চংপা পামলমই। অমুক্তং কনাগুম্বা দুকান্দা তাং চংবা য়াবরা হায়দুনা থোং নমদুনা য়েংলম্মী তৌইগুম্বমুং তাং অরেম্বদা 'ওাবে, ময়া কুমদুনা তোক্লম্মী। কৈথেলদা তান্না তিংদনা পাও হেক হেক শন্দোকলম্মী।

অহিংচুপ্পা রমা তুম্বা য়ারমদে। ওসি অসি লুপা লিশিং অমগী দলিল ইনরগা কনাগুম্বনা মঙোন্দা লুপা চামগাদং পিরবদি মহাক থুয়া তুশিংনা শিবগুম্না হুংঙাইগনিদা। অদুবু মাগী খঙন-চাম্নবশিংগী মহুংদা কনাগুম্বা অমত্তম্ব উনরমদরে। মাগী তিম্নবা অমদগী হেক্তগী শোইরোই হায়না মহাক্কা থাজরম্মী। পিক্ত পিথকপদা তুংগী থাক্তনা অথিংবা লৈতনা খরচ তৌবা মীনি অদুবু হৌজিকতি করম্বা চিনবান্না মশাগী অরাবা ফোংদোক্কনি? মহাক হায়রিবা বাখলশিং অসি থন্দুনা য়াওনলম্মী। জালপা মিকপ থোক-লকলম্মী। রমা তম্না ফিনা মমাই কুপশিল্লগা য়ান্না কন্না তুম্বা শাবত্নুনা লৈরম্মী। জালপানা তপ্না মমাই হাংদোকতুনা য়েংলম্মী। অতুম্বগা তুমদ-বগা থেম্নব অদু মাগী মমাইদা লোৎলমদে। মহাক্কা তপ্না মশা নোমলহ্নুনা হায়রকই—তাবিববা, করি তৌরে হৌজিক কাওবা তুমিত্রিবসিবো?

রমা—কবিনবো তুম্বা য়াদে।

জালপা—হৈরেদা নহাক্কা ঐবু হুংশিবা বাৎপনা মপুক্কিংদা বা লোং-পনি। তশেংনা হুংশিরবদি করিগুম্বা বা অমত্তা লোৎলোইদবনি। শোই-দনা বা অমা লৈবমগনি।

রমা—মতু নওগী অরানবা বাখলনি। জালপা, ঐনা নঙোন্দা ওসি ফাওবদা করিগুম্বা বা অমত্তা লোৎখিদরি।

জালপা—ইস। ওমলেদা, নহাক ঐবু তশেংনমক থম্মোয় য়াওনা হুংশিকো।

রমা—মতুম্ব চিন অসিন্না অমুক হায়হনখিগেরা?

জালপা—হৌজিক বা অমা হংগে। তশেংনা হায়যুকো, নহাক ঐবু করিগী হুংশিরিবনো? য়েংডকো, তশেংনা হায়রবদি ঐদি য়ারোইদবনি।

রমা—নহাক্কা হায়বসিদি য়ান্না হক্সোইবা বানি। অদুগা মসিমক ঐনা নঙোন্দা হংলবদি নহাক পাওথুম পিগদরা?

জালপা—ঐদি থঙই। ওমমু ওমগনি।

রমা—হায়যুদনা।

জালপা—নহাক হান্না হায়রমখো, ঐম্ম হায়গে।

রমা—ঐদি খঙদেনে। ঐনা খঙবা হায়ববু হুপ্নগী মসিনি নহাক থরায়-হকচাংদগী হেন্না তুবুম-তুবুমদা তিনখবে।

জালপা—মুন্না রাখল খন্দুনা হায়বিরকউ। ঐহাক ফিদমক্ম, ওইবী (আদর্শ) মুপী নত্তে, মসি ঐ নিংথিজনা খঙই। ইপুরোইবগী থোগল ঐনা মমিং ওইনা ফাওবা তৌদরি। ঈশ্বরগী থোজালদগী নহাকীদমক্তা হৌজিক ফাওবা অরাবা মচেৎ খাঙদরি। অদুন নহাক্না ঐবু কররা হুংশিগনি? ঐহাক করমনা রাহং অসি হংলিবনো খঙবিবরা?

রম—করমন খঙগনি, করিমত্তবু খঙদে।

জালপা- নহাকপু চেংনা-চান্না হুংশিবা ঙম্বা হংলিবনি।

রম—ঐহাক করিগ্ন খঙদে। তশে-নমক্না হায়বিবনি। নঙোন্দা অরাৎপা অমা, করিগুম্বা নরাল অমা, নৈখিব ঙসি ফাওবা ঐহাক নিংশিংউদে! নহাকনা ঐঙোন্দা করি উক্ররবাগে? ঐঙোন্দা লল নৈতে, ঈহৈহৈতে, ইশকম্ম ফজদে।

জালপা—হায়মুরা? ঐহাক নহাক্কী পুকচেল ফবা অদুদা শক্কংথরে। হৌজিক নঙোন্দা করিবু লোংকনি। ঐনা মফম অসিদা লাকপদা নহাকপু ইপুরোইবা ওইনদি খল্লম্মী তৌইগুম্বমুং করিগুম্বা র' অমা হায়বা ঙাংবা মতমদা মায় রাখল তৌনা, নহাক শাগুখিগদরা য়েংনা ঙাংলম্মী। তৌবগীদি নহাক নত্তনা অতোপ্পা মুপা অমদা লুহোংলম্নবম্ম মাগা লোয়নম্ম তৌরিবসি অতুম তৌগনি। মসি মপুরোইবা অমদা মুপী অমনা চংকদোবা লমচৎনি, অমম্মুং হৌনবী মরীনি। অদুবু হৌজিক ঐনা নহাকপু গোপীশিংগী কৃষ্ণদদি ওইহল্লরোই। তৌবদবু নহাকী থম্মোয় হৌজিকম্ম শেংদরি। হৌজিকম্ম নহাক্না ঐবু করিগুম্বা মুথল অমা ওইনা খল্লি।

রমা মসি মুপগী নহাক্কী চিংনবনি, জালপা।

জালপা ঐঙোন্নোমদা অমুক্তা য়েংহুনা হায়বিয়ু, মিৎ হম্বনা মরাই লুক্না রা ঙাংবা মুপাগী মথো নত্তে।

রমাগী পুক্কিংদা মশাগী থুদোংথিবশিং হায়দোকনিংলম্মী। তৌইগুম্বমুং ঙহাক থম্বগা নমথাক্কী নাপলনা অমুক মাগী নৈয়েং থৎহল্লমদে।

জালপানা হম্না-হম্না মঙোন্দা লিকী শেল শিংদোকথরবরা হায়না হংলক্লবদা থুমলম্মী-থাগী থর থরদি অম্মম পিরি। তৌইগুম্বমুং ঙসিদি রমাগী অসোনবনা জালপাগী পুক্কিংদা চিংনবা পোকহল্লম্মী। মহাক্না চিংনবা

অদু কোকহনবা পামলম্মী, ঙহাক লৈববা মতুংদা মহাক্ক' হংলম্মী—তুকানগী কয়াম ৱাংলিবা নহাক হিসাব ইশিনবরা ?

রমা—হোই, করিগী ইশন্দনি। চাহরেক্তগী থরদা তারমগনি।

জালপা—অদুদি মপোং অম ফরিদনা। বত্নাগী শেলদি কবম তৌথবে, খুজিনা শাথরবরা ?

রমাগী থম্মোয় লোংলম্মী। জালপানা মথা তানা হংলক্লবদি—হংবস্তু ৱাফম অদুমক হংলক্লম্মী। মতম অসিদা বমানা শিববস্তু চংলবস্তু হায়দুনা অশেংবা ৱা হায়দোকলমলংদি মাগী অৱাবশিং লোইবস্তু য়াই, মথোয় অনি চংদুনা কবিগুম্বা লম্বী অমা নত্রগা অমা য়েংলমগদবা। জালপানা রত্নাদা হায়রিবা অরোনবসি শেংদোকলমলবদি রত্নাস্ত শোযদনা য়াগনি। অদুবু হে নাপল। অৱাবনি। বমানা ৱাফমসি তাবগা অস্তুম্না মমাই লৈথোকলম্মী মতুদি জালপানা মচোন্দা মুংশি হৈতনা থাংনা গানবস্তুম। হায়রকই—কবিগী শেলবু পকপি পিথোকপা য়াববা? ঙসিস্ত ঐনা পুবকে হায়না নিংলবদি লুপা লিশিং-লিশিং তাবা পোং পুবকপা ঙমলিবনি। মথুং-মশা হৈবগী ফক্তবা হৈনবী হায়বনু থবক তৌবদা পন্থবা। সনা শাবশিংগী কক্তবা মিংচংনি, মুমিং তরানিদা লোইদুনা সনা পুবক্লগনি নত্রগনা শেল ওইনা হন্দোকপিখিবা হাযবদুনি।

জালপা—করিস্ত হাযদেদা, ঐনা অমম হংবনিদা। জালপাদি ঙহাক লৈরবগী মতুংদা তুমথরে তৌইগুম্বমুং বমা অমুক হন্না ৱাখল চপ মুংনা থনবা হৌথরে। কদাইদগী শেল লৌক্লগনি।

মহাক্লা অমুক অঙনবদা চাক থবা চারগা আফিস পাংলম্মী। মক্কম অদুদা থোরাং থবসি তৌবা ঙমগনি কদাইদগী থোবাং তৌগদৌবিবা মহাক মসি থঙলমদে। আফিসতা চম্প্রাসি নঙনা কনা অমম্তা লৈবমদে।

রমানা বেজিষ্টার হাংদোকতুনা শেল পানম্মী। মুমিং কযানিমুক্লগী শেলশিং কযাম কারকপা য়েংলমদে, অদুবু হেডক্লার্ককী সোইদি তৌবমত। হৌজিক পাক্ল-তিনশিন্দুনা য়েংজুবদদি লিশিং অমা মথাই তাবম্মী। ইথংথংহৌদনা মহাক্লা ৱা অমা নিংশিংলকলম্মী। লিশিং মথাই অসিদা লিশিং অনি ইশিনসিরা, রসিদ-বোই কনানবু য়েংগনি ? অদুগা হুরানবা ফাবা তারবস্তু তিনশিনবদা শোইথরে হায়রগা লোইরেদনা তৌইগুম্বমুং ৱাথল

অসিদা অমুক হয়া থরদরে। করিগুম্বা পুক্কিং তম্বাং-তশোইদিগদরা কিব-দগী মহাক্কা পেক্সিলনা ইবা মশিংদা মুক্কা ইশিল্লম্মী।

ঠেলা গাড়ী অমা-অনি লাকলমই। গাড়ী ইনবশিংনম্ভ মাবু উরে। বাবু সাহেব লৈরিদৈগসিদা চুঙ্গী (ওক্তোই) থিদোকহৌরসি হায়দুনা থি-দোকলমলগা মথোয় হনখরে। রমানা থোজাল অসিগীদমক্তা চৎনবী (দম্ভু-রীগী) শেল শরুক অসি হেন্না লৌরম্মী অমম্ভং গাড়ী মপুশিংনম্ভ হবাওনা পিরম্মী। মরমদি মতম অসি কৈথেল মতম ওইরম্মী। অদুনা পুং তরা-নিথোই অম তাবা ফাওবা চুঙ্গীগী মকমদগী নাম্বোক্লবা হোৎনবদা পুং কুন-মরিগী মতম মাংলমই। কৈথেলদি পুং তরা-তরামাথোইগী মতুংদা লোই-শিল্লম্মী। মথংগী মুমিৎ অমুক ঙাইবা তারম্মী অদুগা লুপা পীবা পোৎতা পাবা তংথাই হম্বনা ফংলবদি কোক কম্নামুক শাবা। লুপা মঙা-তরাদং চেম্নবদা মথোয়না করিদি তৌবা ঙমগনি। ঙসিদা বমা অনৌবা রাসি থঙ-লম্মী। মুমদা অমুক্তা নহালমথৈ অরেম্বদা ফমইদ হায়বসি মপুক্কিংদা থল্লম্মী। মসিদা ফমলবদি নোংমগী লুপ, মঙা তরাদা ওইববস্ভ তারম্মী। অদু ওইরবদি থা তরাদদি মীরা-মীশা তানরিবসি থরদি কোকনি। রমা লোইশং থিংলমলগা চাক চাবা মমুমদা চৎকে তৌরিদৈদা বিসাতী (ললোনবা) অমগী ঠেলা অমা লাকলম্মী। রমানা হায়রকই—হৌজিক্তি ঙমলরোই, হল্লকলগা চুঙ্গী লৌরগনি। বিসাতীনা হাযজ-নোঞ্জরম্মী। মহাক অমুক থবক অমা লৈরে হায়দুনা য়ারমদে। মমৈথংদা লুঃ তরাদা থবক তৌবা য়ানরে। বমানা চুঙ্গী লৌরে, কুরিংথাওদা লুপা অদু হাপচিন্দুনা মমুমদা চৎলম্মী। লুপা কুনমঙাগদি মুম্নগী কবিগুম্বা অমা অনিদা ফংলম্মী। থা অমতং চাং নাইনা লাকলবদি অবাবা কোক্কদবা।

## (১৭)

মুমিৎ মাপলনি শুজিনখরে। মুমিৎ খুদিংগী অমুক অঙনবদা আফিস চৎলম্মী অদুগা য়াচংলকপদা মমুমদা হল্লকলম্মী। মহাক্কা মুংতিমক্কী অচৌবা শা অমতং থুরবদি হায়না থন্দুনা মমুমদগী থোকলম্মী অদুবু লিংবা থংদনা হল্লকলম্মী। হায়গী মতৌগুম্বা অমুক হয়া লাইবক ফবগী মুমিৎ থোক্লমংরে।

অহু ওইরবহু মহাক নোম্বা তোকলমদে, মহাক নিংহন্নরমদে। হায়রিবা হুমিৎ মাপললিসিদা মহাক্না লুপা চামদি তুংশিনজরম্মী। মহাক পৈশা অমগী কা ফাওবা চারমদে। জালপানা কয়ারক হন্না হায়রম্মী—চৎলো কোইরুসি, মহাক্না য়ারমদে। ওবাংগী হুমিৎনা অমনি, মহু হৌখরে, হয়েংদি রত্না লাক্কুনা খু জি পিয়ু হাযরবদি করি পাওখুম খুমগনি। আক্সিসতগী কুমলকলগা বাখল তৌনা ফমহুনা লৈবম্মী।

মতম অসিদা রত্ন লাকলম্মী। মহাক হরাওবমদে, মহাক্নী মায়থোঙ শুকতোকলম্মী। ওসিদি মহাক খৎনরগে হায়হুনা ময়ুমদগী লাকলম্মী।

জালপানা হায়রম্মী—য়াম্না তোইনা লাকখবে! ওসিদি ঐহু নপাক্না লোয়ননা কোইবা চৎপা তারি। হন্দক মরক মহাকহু থবক্তগী মমাই লৈথোকপা ওমদে।

রত্নানা হুংশি হৈত্না হায়রম্মী - ওসিদি ঐহাক য়াম্না থুনা য়ুমদা হনখরগে। নথোয়গী বাবুদা ওবাংগী বা নিংশিংবা লাকলিবনি।

রমা মাগী শকফম হনজিনবা অহু উবদা মপুক্কিংদা চিংনরম্মী। করিগুম্বা অমা তৌদুনা মাবু হবাওহনবা পাম্মী। য়াম্না ইহা-হাদনা হায়রম্মী—হোই, চৎলুববনি। হৌজিক্তা হুকানদগী লাকলমবদা মঙাইরমলি। অয়ুক হুংথিলগী পুংজা খুদিংগী অশুমল পিহুনা শাহনলিবনি। মী অনিনা শারিবনি অহুবু থা মুক্তি শোইদনা মতম চংলবা য়াই। পোংক্তি মশক থোক্তনি হায়রি। হেক উবদা অস! অমদি কায়রগনি। অহুবু রত্না হৌজিক কাওবা হুংশুক-হুংজাননা লৈসম্মী। কেৎ লাওনা হায়রকই—ফরে, কবি হায়বা হৌজিক থা অমমুক চংগদৌরিবা হাযবা? করম্বা সনা শাবা মীনো? থা অহুম ফারবা কাওবদা লোইবা ওমদবসিবো ইনাও ইবেম্মা, কৈদৌবগে নহাক য়াওনা হায়জিন্দুনা শেল অহু অমুক্তা হন্দোকহনলুগবা?

রমা—থা অমদি কদায়দগী ফারগনোদা, ঐহু লিবিনানা চৎপদা চৎমন্দুনা তনবা অমা য়াওরবগি অহুবু হন্দক্তি শোইররোই। থা অমা হায়বদি অহুক চাওরাক্না হায়বনি। অহু য়ৌররোইদা!

রত্না—ঐহাক খুৎজিগা ওকচরে। ঐগী শেল অহু হন্দোকপিরো। সনা শাবা ফনা য়াম্না থেংনরে, মাশুম্না থবক মোৎপা শেংনদরি।

থবক মোৎপা হায়বা রাহৈ অদু তাবদা ফ্রং লাওনা শাওখিদুনা হায়রম্মী - থবক মোৎপা নত্তে, ঐনা শোইবনি হায়বিয়ু। সনা শাবনা থবক থন্না থংনা লোইরকদরা হায়বগী লুপা অদু চনশিনখিবনি। হৌজিক হাযরিববু শেল ওইনা পামলে অসি নত্রা, শেল হল্লো য়াদবিবা অসিনি লুরিবা অমনা।

রত্না - মমিং চপ য়ুংলদুনা হায়রকই— করিগী শেল হল্লোইদৌরিবা ? .

রমা—করিবা হায়ববু শাদুনা লোইরবা পোৎ অদু কনানা অমুক লৌবিগনি।

রত্নানা পিগুম গুক্লদুনা হায়বম্মী - মদু কনানা থঙজৈ হায়বগে ? মখোয়না হায়নবা শোইরকপনা মদুগী অরাবদি মখোয়স্থু ফংফম থোকই। কৈ, হয়েংসি থুংজি পিগেরা নত্রগা শেলনা অমদি শোযবা যাদে। সোমনা হায়বা হঙ্গোইরগনা মীশক তাকপিযু, মীশক-মিমায় য়েংদনা অদু মতিক থোকপা লাক্লগে। মমিংদা ওইরবস্থু তাকপিযু। ঐহাক খিজক্লগে। দুকান মিলাম তৌহনগে। জেলদা থমগে।

জালপা — অচুম্বনি হায়বিবসি ইচে-ইবেম্মা ওইবগী ভসি ফাওবা য়েংদুনা লৈবনি। লিক য়োনফম অদু তান্না চংমিন্নবদা কবি অকাযবা লৈ ? করম্না শারিবনো হায়বা মমিংনা উজরবদি পুক্লিংস্থু চমজগনি।

বত্না — হৌজিক ঐহাক পোৎ লৌবা পামদবে।

রমান' মশা নিকলদুনা হায়রকই—ফরে, অদোমগী শেল হয়েং ফংলগনি।

রতনা—হযেং করম্বা মতমদা ?

রমা — আফিসতগী কুমলকপা মতমদা পুদুনা লা'কনি।

রতনা — শেলগা মচিং মথাক তৌবিরকনু। লুপা চাম-চনিগা পিবগা মতম য়ৈথোকনবা তৌরকনিকো।

রমা — করিমত্তা তৌরোই, গুনা, লোইনা ফংবিগনি।

রমানা মফি শেৎলদুনা বমেশ বাবুগী মমিংদা চিঠী অতেনবা অমা ইরম্মী, অদুগা গোপীদা হায়রকই—মনি ! রমেশ বাবুদা পিরুচো। কবি হায়রকপগে অদু থঙলকউ।

অদুদগী মহাক্লা অতোপ্পা চিঠি অমা অমুক ইরগা বিশ্বম্ভরদা পিরমই। মাণিক্লাক্লা মসি পিরগা শাওথম পুরকউ।

ঙসি ইহান হাম্না মপুন্সিদা রমানা মরূপ মপাংদগী শেল পুরম্মী। হায়জবা-নোনজবা য়াবগী য়াহৈ মানা হেক হৈজবা পুথোক্লনা ইরম্মী। মাগীদমক্তদি মসি তশেংনা নৌনা ফংবা লাইগু ( অনুজ্ঞপ ) ওইরম্মী।

মথোয় অনি কদাইদা চৎখরে। হৌজিক ফাওবা হনলক্করিবসিবু? শায়হুনা লৈথোকখরবা? লমহেনবদি করি অমুক হ'য়রুনি। লাক্ল-ফানবা ঙম্বা নত্তে। রমেশ বাবুনা শেল পিরকপা থোকলবদি চণ্ডী পূজাগীনি। ঐনা লুপা চনি অবেথদা হায়করে। অদুক য়াম্বা শেল মাগী মথুত্তা লৈবমদবসু য়াই। মনেম মকুনা হোন্‌খিবগা মথুত্তা করিমগা পায়ত্রবনি। মনিকান্তনা পিরক্কে নিংলবদি লুপা লিশিং মঙাদি পিব, ঙমই অদুবু হন্দক মাগী মগুণ য়েংবা তাই। কায়নথংদা বিশ্বম্ভব হল্লকলে। মনিকান্তা ইরকলম্মী— হন্দক মরক অসি শেল য়াম্না নংই। ঐদি নঙোম্দগীদুম পুগে হায়দুনা লাক্কে তৌরমলিবনি।

রমানা চিঠি অদু শেগাইদুনা লংথোক্লম্মী—ওইজবত্তা তানবসিদি। সব ইন্সপেক্টরনা পিয়ু হাযবগা ওইয়্‌দম্বা। চে হেক লানশিনবগা শেল পুদুনা চেল্লক্কদৌবনি। ফৈ থঙগনি।

তাঞ্জা অদুদা গোপীস্ন হল্লক্লম্মী। রমেশ বাবুনা ইবক্লম্মী—ঐনা পুন্সিদা নিয়ম অনি মনি শেমলম্মী। অদ্‌গা য়াম্না কম্না ঙাকলি। মদ্‌গী মক্তুংদা নিয়ম অমনা মসিনি, মরূপ মপীজাদা শেল পুথোক-পুশিন তৌদবা। হৌজিক মসি নহাক থঙলমখিরমলোই। শেল পুথোকপা লুনা তিম্নবা মরূপ কাইনবা হৌববনি। নহাক ঐগী চাম্নববা মরূপনি। নহাক্না কাইনবা মুংঙাইতবা পামদে, মবম অসিনা ঐবু ঙাকপিয়্‌।

রমানা চিঠী অদুম্ত শেগাইদ্‌না লংথোকলম্মী। মদ্‌গা চৌকীদা ফমদ্‌না থাওমৈরোমদা য়ুম্না য়েংলম্মী। থাওমৈ মহাক্না উরমগনি মসি চিংনমিংঙাইনি।

* * * * *

হুন্দিদাং ওইশিল্লকলম্মী। থবক তৌবশিং অমমম ওইনা ময়ুমদা হন্নরকলম্মী তৌইগুম্বমুং রমানা চৌকিদ ফমদুনা বেজিষ্টার গুবম্মী।

ওসিমু মহাক অয়ুক ওন্না লাকলম্মী, তৌইগুম্বমুং ওসিমু কবিগুম্বা শা অমত্তা থুবমদে। লুপা তরামুক অদুক ফংলম্মী। হৌজিক মশাগী ইজ্জৎ কম্নবগী মাগী নাক কবি পাম্বৈ অমুক লৈবি? রমানা বতনাদা নমথাক তৌগে শেনলে। বতনানা অমুক য়াম্না ওাইওমদবিবসি। মহাকনা শেল অদু অতোপ্পদা শিজিন্নবমগনি হায়না নিংবননি। মহাক্না মাগী শেল খুদক্কা ফংগনি থওলমলবদি মহাক ইংথরমগদবনি। রমানা মাবু শেলনা থল্লবা থাউ উত্তুনা মানা চিংনবিবা অদু কোকহনবা পামলম্মী। মহাক কেসিয়ার চংথিবা ওাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্না ওসিদি থেংলে হায়বা থওন-থওনা থেংলম্মী। ওসিগী কারকপা লুপা চানিশাল মাগী মথুক্তা লৈরম্মী। মসি মহাক্না ময়ুমদা পুগে নিংলম্মী। কেসিয়ার পুং মবি হেক তাবদা হৌগংখিরম্মী। মাগা করি য়েক্কবা লৈহুনা ওসি কারকপা শেল রমাদা পিথংলকউ হায়রুনি? শেল মশিং থিবগী বাবদগীদি কোকলেদনা! রমানা কেসিয়ার সাহেব থাপ্না চংথরে উববদা মহাক্না বেজিষ্টার খুমজিন্দুনা চপ্রাসিদা হায়রকই—থাওসি থরা পুথবো।

চপ্রাসীনা হায়রকই—কেসিয়ার বাবুদি চংথরে। রমানা মমিং লাওথোকলদুনা হায়রম্মী—চংথবে হায়বা নংনা কবিগী হায়দবি?

চপ্রাসী—কৌজরকথো হায়বরা?

রমা—ওসাই লৈবিভৈদদি হায়দনা হৌজিক্তি ফনা য়াম্না থাপ্না চংলমলগনি। ফরে, শেল অসিদা থমলগে। মাংলগা নহাক্না দায়নি।

চপ্রাসী—কদায়দগী বাবু, ঐহাক মফম অসিদা শেল থম্বা শুকওম ওমজরোই। মীগী দশা তম্বা ওম্বা নত্তে। শেল অসি মাংথিবা থোকলবদি ঐদি ইয়ান লৈতনা অতুম মোংফম থিবা তাবে।

রমা—অহু ওইরবদি লুপা অসি কদায়দা থমলমগনি?

চপ্রাসী—বাবুনা অতুম লোইনখিবদি করি অকাইবা লৈ?

য়মানা পাম্বস্থ মশিমক্তি। ঈক্কজনিংবগা থোংগ্রা ভেকপগা মাম্নখরে। শগোল গাড়ী অমা কৌরম্মী, মতুদা তোংলহুনা মহাক্কা থল্লম্মী, রতনানা মনাতোন ঙাংলকলবদি কবি হায়না খুমগনি? হায়বা হায়বহুনি, হুমিৎ নিনি-মা করি মা ঙাইথোদা শোইররোই।

ভালপানা থাও উবগা হংলম্মী খুংাজদি করি তৌরে!

বমা—হৌজিক ফাওবা লোইরমদাবি।

জালপা—কবিদি হায়রি!

রমা—কদিনু হাযগনি, ঙসি হংয়ে হানবসি মঙাযদনা? মৈ চুখংনররবা ফাওবা বত্নানা লাঙ্‌বদা বমনা থল্লম্মী! হৌজিক লাকলবোইদমাম্লে। লুপা আলমারীদা থনজিল্লমলগা কে.হবা চ থোকলম্মী। হৌজিক মহাক্কা চৎথিবা ইকুই কুইদনা বত্না যৌবকলে অতুগা য়োরকপগা হায়রম্মী খুংজি পুবিরকলববা!

ভালপা—হোই, পুবক্কে, লৈবে শিজম্নোসে, মতৌগা যেংবা ঙমদরে মানা সনা শাফমদা চৎপসি। মীহুৎাংশিং অহুনা মরোল অমা হোরেন-হয়েং তৌহুনা লৈবেদো।

রত্না—কবম্বা সনা শাবনো, হুমিৎ অম্বক কুইবা ফাওবা ওৎতুনা লৈবি-হুবো। শেল থরা অসিগীদমক ইচোপ চোপনরেদো। অস্থম্না তৌগনি থঙলমলদদি তরাই তবাই শেল লাংম্বোক্কদবদো? বাফম অসি রতনানা করিগুম্বা থাজবা মঙংদা হাযখিবম্মী।

ভালপা চাক থোংলম্মী। নাপল তৌহুনা হায়বকই—অদোমগী শেল থমলমবনি! পাযবিনিংবা মতমদা পাযবিখিবা যাগনি। মীনা পিরক্কদবা পোংনিনা করম্বা মতমদা পিরক্কদবা থঙবা ঙম্বা নত্তেদো। বাবৌবীগম্ব পকম্বা বানরে।

রতনা—অম্বক শোইহুনা তোক্কদবা কৈদোঁউ পিগনিবু হায়হৌবগে?

জালপা—হায়নবা শোইদ্রবদি ফওে হায়বা মতাগুম থোকথরে। মতম থাবগী বা মচিন থোক পকঙাং ঙাংবা হায়বহু তাথরে।

রতনা—খুজিগা থাজরে, শেল ওইনা হেক পুজথরগে।

জালপা জম-জম হৌগৎখিরম্মী, অদুগা আলমারিদগী থাও লৌথোক-লুন: রতনাগী মমাংদা দোম লাওনা থমলম্মী অদুগা হায়রকই—লৈরেসে ইচে-ইবেম্মগী শেল অদু।

থাঙ্গশে·নমক মতনান, তাইওদদবগী মরমদি রমানা খঙ্গবা অদুনি। মখোয়না ঐগী শেল শিজিন্নদুনা লৈরবনি হায়দুনা শেরামনা খল্লম্মী। অদুনা তোইনা মীংকুপ কাংদনা থেংবনি। শেল অদু উবদগীদি মাগী শেরামখা রাখল অদু কোকহৎরে। খরা ইকাইরপ তৌনা হায়রকই—ঙসিং নিনি ছমনিগী মঙ্গংদা পিরক্কে হায়রকলবদি শেল অসি অদুম লৈহোসন্থু।

জালপা—ঐদি অমুক থ্না পিরকনি উদে। মাগনিদা খুৎজি লোই-রগা অদুম হায়জরক্কে। হৌজিকতি পুবিগরো।

রতনা—কনানা থঙগনি অমুক শেল লেবা লৈতবনু। শেল হায়বসিদি লাকপা উই, চংথিবা উবা নত্তে।

জালপা—হায়রিবদু চপ মান্নবা পোৎলে। মীগী মশেল পায়বা পাম-জদে, মীবা তাম্নগনি।

রতনা সরে, থমনিংঙ্গবদি পুজখ্রগে, অদুগনে শেল পুশি হায়দুনা ভুমিন্না লৈবিগন্থু বাবু লাক্লগা খন্না হায়বিয়ু, শাদবা য়াদবনি। রতনা চংখরে, জালপা মকোক্কগী পোংলুম থাংথম্বিবগুম রাই শংলম্মী।

রমা পুং মাপল তারমদাইদা হন্নকলম্মী। জালপা চাক থোংলম্মী। মাবু উবদা হায়রম্মী—রতনা চংখিবদা মঙাইরি। মাগী শেল পিথোকখরে।

রমা খাই লাওরম্মী। মমিং শংদোকতুনা মরাইবক্কা শমনরম্মী। মিপায়না হায়রকই- করি হায়বা? রতনাদা শেল পিথোকখরে হায়বা? নঙোন্দা কনানা শেল পিথো হায়বগে?

জালপা—মীগী মশেলনি, পিয়ু হায়রবদি পিথিবনি! নহাক্কা পুরক্কনা থমলম্বদো ঐদি মঙোন্দা পিগদবা ওইরবোই নিংঙুরে। মাগী রাতা খরদা শাওনিংদুনা ঐনা থাও অদু পিথোকখিবনি।

রমানা মথৱাই শোকনা হায়রকই—মহাক্কা শেল পিয়ুদি হায়কো।

জালপা—করি হায়বা? পিয়ু হায়বরা হায়বা? হোই। লাম্থোক-——ৎজি ইজাইমা তাকনবা তঙাইফদনা হায়রম্মী—করিগী চঞ্চলিবনো

অতুম লৈহৌসনু। অতুদা ঐখু হায়হৌরগে হায়তুনা হায়রম্মী—অসুক চিংনগনবা মীগী শেলগা থমজবা ঙমজরোই।

রমা অসুক থুনা শাওবা হনখিরম্মী মতুদি মহাক জালপাদা শাওবগী মতিক লৈরমদে। কপনিং-শাওনিংনা মথারোমদা কুমথরম্মী। অতুগা হায়বিবা ফিভম অতুদা বাথল তৌবম্মী।

মহাক্না থল্লম্মী—লুববা ফিভমনি। বত্থানা পুখিবা শেল অসি করম্বা মওংদা পুশিন্রবনো। চৎলগা হায়কগদবা? শেল হন্দোকখিবদো অদোম য়াম্না শাওই হায়না তাই। থাঙ্গৎশেংনমক্তি শেল অদো অদোমদা পিথিনবা পুরকপা শেল নত্তে। থৃৎজি অতুগী মরীদা পুরকপা শেলনি। অশেংবা হায়রুরবদি ইকাইহুনা শেল অতু অমুক পিরক্লবস্ল য়াই।

মসি চপমুৎনা লেপ্লহুনা মহাক্না ঘড়ীবোমদা য়েংলকই। পুং নিপাল মতমদদি রত্না মমুমদগী মপাল থোক্লমদে। রমানা সাইকল ইষ্টোকাল অতুগা বত্থাগা উম্নবা চৎলম্মী।

বত্থাগী বাঙ্গলাদা ঙসি যাম্না লাংলম্মী। মফম অসিদা নিতিগী কুম্মৈ অমা নত্রগা অমা পার্টি চাক চা হৈজানবা শোইদনা তৌরম্মী। বত্থাগী মত্তোমতা ঙাইববা কংলবা পুন্সি হাযবিবশিংসিগী চৈঙাক্না হিংলম্মী, মহাক হায়বিবা ত্রিরমখিংলোমদা মতৌ অসুম্না চোংশিল্লম্মী মতুদি ঈশিং থোরাংবনা ঈশিং উবদা ফন চোংশিনবগুম।

মতম অসিদা মফম অসিদা অঙাং ময়াম তিল্লম্মী। হৈনৌ পাম্বী অমদা থৌরী হাইবী যান্দুনা শাম্নবম্মী। মথক্তা বলব ঙাম্না থাম্লম্মী। অঙাংশিং থৌরী হাইবীদা তোংলম্মী অতুগা বত্থানা লৈপ্তুনা হাইরম্মী। বা-বা লাওনা নিল্লম্মী। উকিল সাহেব মতম অসিদসু ওভবকোট লিংলহুনা মাঙ্গোলদা ফমলহুনা চুরুট চিংহুনা লৈবম্মী। রমানা পাম্বদি রত্থাগী মনাক্তা চৎলগা মহাক্না বারী শাবা অতুনু উকিলবু উবদা চিংনবনা অদোমদা থোং থাংজিনবা ঙমলমদে। উকিল সাহেবনা মাবু উবদা মথুৎ তিংথোকলম্মী অতুগা হায়রকই—লাও, বাবু, করম তৌবি, নহাক্কী মিউনিসিপালিটি বোর্ডকী পাওদি কবম তৌরে?

রমানা চৌকিদা ফমলহুনা হায়রকই—অনৌবা বা অমুক লৈত্তে, হায়গী-হায়গী অতুম লৈরি।

রমাগী পুক্নিং থৌরাং হাইবীরোদা লৈরম্মী। কবিগুরুনা অমা তৌদুনা রহনাগা রা ঙাংনবগী তাঙ্গা কংলবদি থন্দুনা লৈবম্মী। মতম অসিদা মসিনা মংগী থবাইদগী হেন্না পাম্বা ওইরম্মী। মমৈথংদা মহাক্না থৌরাং হাইরিবা অদোমদা য়েংলদুনা হায়রকই অঙাং অমুক য়াম্বসিদি কদাইদগী লাক্নিবনো উকিল সাহেব ?

উকিল রত্না কয়াদা অঙাংশিংবু যাম্ন চান্না তৌই। কদাইদগীনো থওদে অঙাং ময়াম অসি পুরক্নিবনি। অদোমসু অঙাংশিংবু সুংশিন্নবদি লেংশিনবিয়ু য়াগনি।

রমানা পামজবসু অদুমকনি। হাকংচবদা খুৎ থাক্নিনবগা মানথরে। থনা মাইকৈ অদোমদা হাইক্নিনখিরম্মী। রংনানা মাবু উবদা মোমোন নোকত্নুনা হায়রকই—চোংলম চাদবা ময়াম মবুক্না লৈদুনা ওহাক ফাওবা পোথাব য়ংবগা বা লৈতে। অমুক যাম্না হাইদুনা শাম্নদবদা পেনবা বা লৈতে। লেংশিনবিবকই, অদোমসু অমুক্না অঙাইফদন মখোয়গী মনিং থংনবা হাইবিরমউসে।

পুংথাই অমমোম অঙাইফদনা হাইদুনা লেম্নবগী মতুংদা মহাকসু তনশিন্নক্নম্মী। মডীদা পুং মাপল মথাইবাম ওংশিনম্মী। হায়গে লাকপা বাদি হায়দদুনা লৈরম্মী। কবম্না তৌদোকপা ওমগনি ?

ইথং থংতৌদনা রমানা থৌরাং হাইরিবা মনাক্তা লাকপগা হায়বম্মী—বাবু ঐসু অমুক্না হাইবিরমদি। মথাদা লেপলগা হাইগদবা নত্তে, তোংমিন্ন-রগা হাইগদবনি কম্না হাইগদবনি।

রমা অঙাং ওইবিবৈত্তদগী থৌরাং হাইবী শাম্নবা কিবম্মী। নোংমা মক্লপশিংনা নমদুনা থৌরাংগী ফমপাক্তা ফমজল্লগা বম্না হাইবম্মী। মহাক মকোক ঙাওরম্মী। হৌজিক্কি হাযনক্লিবসিনা তাকপদি মহাক অঙাইফদনা ফমপাক্ত তোংবা তারম্মী। মশাগী পাংদবা অদুদি ফামনা ফোংদোক্কনি। রত্না অঙাং অসি পমলদুনা ফমথরে অদুগা ঈশৈ শকলকই। কদমগী উশাদা থৌরাং তিংলদুনা রাধারাণীনা থৌরাং হাইবি।

রমা ফমপাক্তা তোংলদুনা লেপলদুনা নাক-থেংকী থৌরাং পায়বদুনা হাইরম্মী। তৌইগুম্বসুং মাগী মথোং নিকলম্মী। নিংদোন চোংলম্মী।

ফমপাক মথক্তগী হাইথরকপদা মচিন থোবা পোৎ অমনা মথবাক্তা থিন-শিল্লকপগুম স্বাই-স্বাই লাওরম্মী।

রতনা—অদোমদি হাইব, হৈজেনা, অয়ুক্তা তোংলক্তবা মানে?

রমানা ইকাইনা হায়রকই—হোই, কুইবে তোংদবা।

রতনা - অদু ওইরবদি অদোম অঙাংশিংসি পত্মনা ফম্মীয়ু। ঐহাক হাযজরক্কে। অদুগা ঐনা হাইবদা উদা অসি থেংত্রবদি থেংদে হাযবিরক্ক-দবনি। রমাগী মথবাই লুতোন কাথরে। হায়রকই—ঙসিদি য়াম্না থেংথবে, নোংমা লাক্কে।

বমা থোরী হাইবম্বদগী কুমথরক্কে, যাম্না ইকাইনা শোক্তি মাক্তি তোর-ঙুনা সাইকল থমলম্বা শঙ্কু ডাম্না চংলম্মী। অদুগা থংনা যাংনা ময়ুম ভাম্না থোবম্মী

ফনা থাম্না লাকলবা ফাওবা জ্ঞান ভাবমদে। মখোংন খুংনেঙা পক-ওংত. ওংলম্মী। লম্বী ওং-লাইমুক চংশিল্লকপদা মহাকনে তাবম্মী। মহাক্তা সাইকল মমাই লৈথোকলম্মী। মথা থাম্না চংলগা অমুক কুমথরঙুনা খাখল তৌবম্মী। ঐসি ইকাইবঙেদা লুপবা পানফম অমা খুক্তগী নাহোক-খাগ, মমম অদুদগা ঙুপিম্না মমাই থংনা লৈথোকলম্মী। অদুগা ময়ুম তাম্না থোবম্মী। ইথক্ত পঙতোদনা মহাক শাক্ত লুপা চানিপাক্ত যাওহিবানি নিং-শিংলকলম্মী। তালশানা শিশি শামতুনা থাঙ মতোন্দা শিল্লথোক-নিবনি। মহাক্তা বম্মানো, কথাম য়ানবিবগে. পিনলবদি শোইদনা অঙ্কক তেনজিল্লকপা শাপনক্কারবনি। মথম মসিদা ইদুনা অহেনবা লুপা লৌথো-ক্সিবা? অদুদা মতমদি থবা থেংথনে। থোইদ লুপা চনিসি ফংলবসু চামঙাদি অদুম তৌ।। লোংবসি পদাইদগী লৌকগনি? ঐথবদনা অম্বাবদি কোমশিনা শমগনি। অযুক্তা যাওবদা কনিমক্তা শেল পৌরাং তৌবা ওমত্রবদি কনি ওইগনি? মসি শঙ্কবদ মহাক মশা শিকলম্মী।

পুন্সিদা নিংবা কাইবম্মী। পান্দাম লোমলকলবদা আশা অমা লাকপা অসিগুম্বা তাঙ্গাম্ভ লাকই। বমানা গংওগী মনাক্তা অমুক্তং চংশিরা হাযনা থল্লম্মী, ঙুকান্দা লৈবম্বস্থ মাই, অদু ওইনবদি মাগী মথোং হেকতা পায়-ক্লরগে। মহাক্তা থবদি থোশানিরকপা বাই মহাক মনা শাফম য়োবম্মী। তৌইগুম্বসুং গংগুগী মুকান থংলম্মী। মহাক্তা অমুক হেক হল্লকপদা

চয়নদাস লাকপা উবে। রমাবু উবদা হায়রকই—বাবু অদোমদি অসোমগী লখীসিদা লেংলকখিদবা কুইরেদা। আ! কৈদৌঙৈকা য়ানগদগে লৈনখিবা অঙ্গুদি ?

রমানা মরাইলুক্না হায়রকই—য়ামনা থ,না ফংগনি, কুইবরোইদ', গংগুগী শেল শিংথরে, হন্দক্তি নহাক্কী অমুক শিংলগনি।

চয়ন—মহুগী বারি পুম্নমক খঙলে। গংগুনা হৈজ-শিংজহৌবগী মাগী শেল লৌজহৌবনি। চহি ফাজিন্নকলে, লুপা-শংবাগী শেন্দোই কাববদি (৪৮) দি ওইরমলগনি। হয়েংমক লেংশিনবিবকউ হিসাব তৌনসি। লোই-নমক নত্রবস্থ তংথাই অমত্তা ওইরবস্থ থরদি পিবিয়ু। মওং অমতং থনবিয়ু।

রমা—ইনাও. হয়েংমক ত্রহাক লূপা পুবকপদি ঙমগোই। অঙ্গা লাকউ চায়বদি লাক্কে। ঙাইথো বা অমতং হংগে, হৌজিক নখোয়গী মহাজন লুপা চামরি-চামঙাগী থৌরাং তৌবা ঙমগদরা? নহাক্কী অরামন অদ্‌ম তৌরক্কে।

চয়ন—কদাইদগী ওইরবোইদনা বা ঙাংলিবনো? মহাজন্না পাই-মতেক অমা পিরক্কদবা লৈতে!

রম' হেনগংলকলে, থরা ওইগদরা থন্দুনা লাকপা, অদ্‌গদি থোহি চাদ্‌না তোকলে।

মতম অসি রমাগী মমিত্তগী মপি তারমদে তৌইগুম্বম্নং ইথং-থংহৌদনা মাগী তুবুমশিং—কায়াংশিং কপলদ্মী। অম্নক য়াম্না পোৎ অসি কোক-থকতা লৈরবদা ঐনা মাং-তুং য়েংনা থজিকতা ফাওবা পৈশা শিজিন্নবদা বাথল তৌত্রিবা? ঐনা য়েংনা শিজিন্নবা ঙমগবদি মহাজন অনি অসিগী পৈশা অসি তংথাই-তংথাইদা ওইরবস্থ শিংলমগদবনি। মফম অসিদদি কোকপি ঙাওবগী বাফম লৈরে। জালপানা লৈকাই পুম্বগী মুপী থোমজিন্দুনা লেঙনা কোইরি মসিনা করি কান্নরিবা? লুপা কয়াদি কান্নদবদা শগোল গাড়ীদা চংথরবনি। মীনা হায়নবদ্‌ চুমবোরে, নশানা নপুমথিংনা ওকত্র-বস্‌ য়ুমগী মুপীদদি থক থঙহনগন্থ। ঙকইদকো হে লৌশিং।

জালপানা হংলকই—কাইদা চংলুবগে, য়াম্না কুইথরেদকো?

রমা—নংগী মরমদগী রত্নাখোয়দা চৎলুইদনা, ইবেম্মনা শেল লোইনা পিথোকখিবদগী ফংলিবোরে ? পিখিবা শেল অদুদা চনি হেনখিবদ্ দি নং থঙহৌবরা ?

জালপা—ঐদি কনানা থঙগনি ? নহাক্কম্ম হায়রমদে। মঙোন্না হেনজিনখিব শেল মাংলোইদা মুংশা থিবিরুগনু।

রমা—মহুম্ম কায়দে অদুদা সরকারগী শেলদি হয়েং থমজিনগদৌরিবা।

জালপা—হয়েং ঐঙোন্দগী লুপা চনি পুরিখো।

রমা থাজরমদে হায়রকই অহুক যাম্বা শেলদি নংদি কদাইদগী লৌরুই ?

জালপা- ইপামদগীনি শেল অদুদি।

রমা—নহাক শেল তুংশিনবা যাম্না হৈনা।

জালপানা মোমোন নেংঙ্না হায়রকই নহাক ফংজবদা হৌজিক ঐহাক শেলগা থৌশাদে।

রমা—নরাইবকপু চৈবা ওইরিনি।

জালপা—লাইবকপু করিগী চৈগদৌবিব ? মরাইবকপু চৈরিবা মখোয় অহুগুম্বা মুপীশিংনা কপ্পনদি কনানা কপকনি। মখোয়গী মপুরোইবদি থবক শুনিংদবা, মুথকপা, লমচৎ ফত্তবা চৎপা, বা ঙাংবদা মচেক্লা ময়ানা ঙাংলহুনা মুপীবু লাক্নবা। মথরাইনা তাবা মুপা থেৎনরবদি মুপীদি চয়া হেল্লবদম্ম নোক্লিবনি, হরাওরিবনি।

রমানা ফাগি ওইনা হায়রকই—ঐদি নঙনা নথরাইনা তাবা ওই-রিদনা ?

জালপানা মুংশিবনা থলবা মওংদা হায়রকই—ঐনা থনবা অহুমক নহাক থোকলে।

রমাগী থম্মোয় মুংশিবনা থমহৎলম্মী। অসিগুম্বা মুংশিবগী শক্তম অহুনা থৌজালগী লাইরেম্বীগা লোয়নবা মহাক্না রমাদা চাওরবা নমথাক তৌরিবা। অমুক যামনা ফত্তবা মওং অসি লৈরবা ফাওবদা মহাক্না ঐবু কয়াদা মুংশিরিবা। ঐনা লৌনম লৌথ্ পা লৈত্রবদি ঐগী পুন্সি কয়াদা মুংশিবনা থলগবা।

• • • •

অয়ুক অঙনবদা য়মানা "য়তনাগী মনাক্তা মী অমা থারম্মী। চিঠিদা ইবম্মী, জালপানা অদোমগী নকমদা তৌখিবা অহুগীদমক্তা ঐহাক য়াম্না হুংঙাইতে, মহাক মতু তৌরোইদবনি। ঐদি অদোমগী শেল অহু হন্দোকখিবগী বাদি সুকথল থল্লমদে, ঐনা সনা শাবা অতুগী নাথোং শাননবগীদ ক্তা মঙোন্দগী শেল লৌথোকললকপনি। থুওজি হুমিং নিনি হুমশিগী মমুংদা শোইদনা থিনজরকনি। শেল অহু থরা চংখিবা হুপা অসিদা পিবিরকউ। অতুগা পুখিবা থাও অতুদা লুপা চনিস্থ হেনথরবনি। মহাক্না মশা ইকাই ইকি খাকতনা হেক নোঙ্ঙবা য়াবা মওংদা নোক্কহুনা ইবম্মী।

পুং মাপল তাবদা চংখিবা মী হল্লকলম্মী। মতনা লুপা চনিদি পিরকলম্মী, তৌইগুমমুং চিঠিদি করিগুম্বা পাংথুম অমত্তা পিরকলমদে।

য়মানা নিংবা কায়রবা মিংনা নোংমদোনলোমদা য়েংলম্মী। থল্লম্মী, করিগী য়তনা চিঠিগী পাওথুম পিরকতবনো?

হৌনবু থঙদবা ওইরিগদরা? কয়াদা মপুক লুথরবা লুপীনোমেসে। শেল অহুগীদমকত্তা মহাক্না তুম্বা চাবা হেক কাওহুনা কোয়থৌ থৌইদা।

য়মানা শেল পুহুনা মমুংদা চংলকপদা জালপানা হায়রম্মী—য়তনাথোইদগী শেল ফংলবা নত্রা, অহু ওইরবদি ঐঙোন্দগী লৌথ্রবস্থ য়ারেদনা?

য়মানা নিংবা কাইবা মওংদা হায়রকই—ঐনা পিরকতবা য়াদে হায়বা নত্তে, সুপগী থাও অহুদা লুপা চনি য়াওথিবনি হায়বদনি। মহাক্না অহুম পিরকপনি।

জালপানা নোকতুনা হায়রকই—ঐগী লুপাসিদি মীপোক-মীহিংনি। মাব-মান্দুনা থমজরিবনি। হনবনা প্রেক-প্রেক লাওরিবনি।

তাঙ্গা অসিমকতদা কনাগুম্বা অমনা লাওরকলম্মী—বাবু সাহেব, মহাজম্না মী অমা থারক্নি।

দয়ানাথ ইক্ন-মাইথজরগা ইমুংদা লাকলম্মী, মহাজনগী মী অহু উবদা হংলকলম্মী—কনাগী মহাজননো? করিগী শেলনো? ঐথোয় কনাগী শেল তোম্দে।

প্যাদা—বাবুমচানা পোং থয়া লৌখি। চহি ফাজিন্নক্লে। হৌজিক —তনা শেল পিরকতে।

দয়ানাথনা রমাবু কৌরমই অতুগা হায়রকই – মহাজন কনাগী মী লাকলিবনো ? হিসাব করিগী শিংদোকউদ্রিবনো ? কয়াম তোনশিল্লুরবনো ?

রমানা থূমলকত্রিদৈঙদা প্যাদানা হায়রকই পুম্না লুপা চাতরেঙনি বাবু।

দয়ানাথকী মমিৎ শুকখিবনা লাইবক য়োথিরমই– চাতরেৎ হায়বা ? চুম্বরনে চাতরেৎ হায়রিবসিবো।

রমানা কনখোকনিংবগী মওংদা হায়রকই– ঐদি মুম্না থঙদে।

প্যাদা– করিগী থঙলোইদবনো ? চে চাং ঐগী নাক্তা লৈ।

রমানা প্যাদাবু কৌহুনা হায়রকই – চৎলমউ ঐহাক ফুকান্দা লাকলগে অহুগ য়েংনরসি।

প্যাদা– সাহেব, ঐদি শেল পুদনাদ চৎলরোই।

রমা তাইবংগী মমাংদা উশিত্তবা থওইদবগী মিংয়েংনা মাবু য়েংবা থাংবা ঙমই তৌইগুম্বমুং মপাগী মমাংদা উশিত্তনা য়েংবা মাগীদমক্তদি শিবগা মান্নবম্মী। মপুন্সিদা কৈদৌঙৈদম্ম অরেম্বা শেলনি হায়রবদি শোকপা ফাওবা শোক্তবা, কনা অমদগা শোক্তুনা চাবগী শক্কপুদি চরা হেন্দুনা শিগে থনবা অহুগুম্বা মুপা অহুগী মচানা অম্মুক য়াম্না ইকাইথঙদবা, চোপথব। ? মাগী মচানা অম্মা মাগী মমিংদা অমুবা তৈহনবসি, মহাক বাফম অসি মথোয়দা ফোংদোকপা পামলমদে। অয়াকপা থোনফমদা পাথোক্লোইদা হায়রকই– নং মতোইনবা, চৎথরো চৎলু হৌজিকমক, করিগী লেপ্তুনা লৈরি ?

পাউথোক্লোই–ঐথোয়গী শেল লাম্হোকপিরকউ, তাম্হোকপিদ্রবম্ম চৎখিগনি।

রমা–নং লম হেক্লেদনা, চৎলু যাদ্রেদনা ? চৎলগা হায়রুচো নংগী মহাজন্দা কেশ তৌরকপা য়াগনি হায়না।

দয়ানাথনা মাবু চৈহৎতুনা হায়রকই–করিগী মী মচাগী বা ঙাংলিবনো, মাই পান্দবা মাল্লিকো। নশেল লৈতনা কবিগী শঙ্গোম চানিংলিবনো ? লৌরুববদি মুপা থোক্লা অমনি-অমনি ঙম্নবা পিথোকখিবা য়াদরা ? নরৈবু থৎপা ঙমইনে, কেশ তৌরকউ হেক্তা হায়রিবহুবো। কেশ তৌরকপা থোকলবদি, নমাইহুবো লুথমদা পানবরনে হে ?

রমা মপানা চৈবা অহু য়াম্না হুংঙাইবমদে। মপানা বাফম অসিদা ঙাংফম থোক্তে হায়না মপুক্লিংদা থম্মী। থৌথাক নাইদনা হায়রকই–

পাজীদি অমেম্বদা য়ায়া শাওবিরি। পাজীদা পিয়ু হায়রবদা হায়বিরক্লবদি কপদবা।

মশাগী মপুক্লিংদা মহাক্না হায়জরমই—মসিদি নশানা তৌবগী নশানা কংলিবনি। পাজীগী পাপকী প্রায়শ্চিত তৌরিবনি।

পাওখোল্লোই মপা-মচা নিংঙাই শাংদানবা উবদা তুমিন্না লৈথোক-খিরমই। মুনশীজী মুকুম মুকুম শোন্দুনা মহুংদা চংখরে। মমা দলান মথক্তা কাখংখরে। মিংচৎ থিবসি থোক্তনবা হায়দুনা উকুম-বাকুম, লৈরক-কোনশাংদা চেনলুবা অতুবু কৈ কিন্ননা চেন্নগা শওম ওক্লরে।

জালপানা হংলমই—নহাক্না মথোয়গী শেল পিগদবা য়ামদরে হায়-বদায়।

মমানা মকোক লুকথরদুনা হায়রকই-অয়ানবনি, মীনম্বনি মহাক্না ঙাংলিবদো।

জালপা—পিরগবু অমুক লাকখিদরা? নশা শেল য়ায়া থোক্তবদি করিগী অতুক মমল য়াম্বা লিক শাহল্লরিবনো? ঐনা নঙোন্দা লিক শারকউ কায়না য়ায়া কন্না হায়খিবনু লৈতে। হোই, ঐনা অমুক-অনিরক্না হায়খিবা থোকলবন্নু নহাক্না বাখল থন্নদনা তৌবদি ফত্তেদনা। লুপানা তাইবং মীমাং মহুং-মপাল খাইবনি। তৌইগুম্বনুং মশাগী মুপীদদি মহুং-মপাল থম্নদবনি, শেগা-মাইগা থনা হংরদোকপা তান্নবনু মফে। হৌজিক করিগুম্বা শাওদুনা কেশ তৌরকলবদি লিশিং তিংগদৌরিবনি। থঙবা ঙম্বা নত্তে, নহাক্না ঐঙোন্দা নমথাক তৌবনু।

মমা মচিন্দা বা মচেৎ অমতা ঙাংলমদে। অফিসগী মতম ওইরমই। চাক চাবগী মতম শংলমদে। মহাক মফি শেংলে অতুগা আফিস কারমই।

রাসেশ্বরীনা হায়রকই—চাক চাদনা চংলবদি কৈদোরে ইবুংঙো?

মমা করিমতা খুমলমদে অমসুং ময়ুমদগী থোকে হেক তৌবদা জালপা কং লাকলম্মী অমগা হায়রকই—ঙসাইগী শেল অদু পুথরো, মীগী শেল পিথোকপিরমলো।

মমা লকক তৌরমই। অতুগা হায়রকই—কৈ, পুরকলো কদাই।

মন্নাক মপালগী কাদা ফমখরে। জালপানা চেন্দুনা দলান মথক্তগী শেল [illegible] মশিং থিব-থিরদুনা মাগী কুরিংখাওদা হাপচিল্লম্মী।

মহাক্না থল্লম্মী, য়মা শেল অহু ফংবদা হয়াওবগী ঙমথৈ লৈয়োই হায়না, তৌইওবম্লুং মাগী নিংবা অহুদি মপুং ফারমদে। হৌজিক মসিগী মথক্ত লুপা চহুম অমুক বাংলম্মী, অহু থিবা তারম্মী। মহু কদাইদগী লৌক্লগনি।

লম্মী য়ৌরবদা মহাক্না শগোল গাড়ী অমা তোংলম্মী। অহুগা জার্জ টাউন চংনবা হায়রম্মী। মতনা উনসিয়া? মহাক্না পিগে হায়রবদি করিছু লৈবা নত্তেসে। ঙসিদি হায়বদা করিমত্তা চিংনয়রোই। ঙহাক লৈয়গা জার্জ টাউন য়ৌরে। য়ঙ্গাথোইগী য়ুমহু য়ৌরে। মহাক মাঙ্গোলদা ফমহুনা লৈরম্মী। য়মানা মাবু উবদা মথুং থাঙ্গংলম্মী। মহাকসু মথুং থাক্ষংলকই, মহাক বঙ্গালা তানা চংবা ঙমলমদে। তাঙ্গা বাঙ্গালা মপা হেন্দোক্তুনা চংলম্মী।

তাঙ্গানা গভর্ণমেণ্ট হাউস য়ৌরকলবদা য়মানা থংলহুনা হায়রকই— চুঙ্গী আফিস তাম্না থৌ। তাঙ্গা বালানা শগোল মমাই লৈরম্মী। পুং তরামাপোই হেক শাবদা য়মা আফিস য়ৌরম্মী। মাগী মমাই লাংশিল্লম্মী। নিংদোল চোংলম্মী। হেডক্লার্কনা শোয়দনা হংলমগনি। চংলুবদা কৌরক-কনি। হায়রকনি অসিদা করিমত্তা নমথাক তৌরোইদবনি। তাঙ্গাদগী হেক কুমথবগা রমেশ বাবুগী কারোমদা চংলম্মী।

রমেশ বাবুনা হংলমই— নহাক্তি কদাইদা চংলুরে, কেসিয়ার সাহেবনা নহাক থিবনি। চপ্রাসীগা উনয়বরা?

রমানা মরক থংলহুনা হায়রকই— ঐহাক য়ুমদগী চংথোকলম্মী। মাম্না অবাবা অমা তারে।

রমেশ— করিগী বাবিবনে', য়ুমদা করি তৌহৌরবগে?

য়মা— অহোই, য়ুমুদি করি থোইদোকপা অবা-অনা লৈতে। ঙয়াংদি চংলমদাই ফাওবা থবক য়াম্না চিনথরে। থবক লোইনবা হোংনরিঙৈদা মতমকা থক্তহৌদরে। থবক লোইরগা হৌপংলকপদদি কেসিয়ার সাহেব চংথিরম্মী। তৌরিবনা ঐঙোন্দা কারকপা শেল চানিপাল অহুম লৈহৌ-রম্মী। থক্ষমগা লৈতবনা কয়া বাথরে। তংাইফদনা য়ুমদা পুরে। শেলহু চামঙাদি চান্দী তাক্তা ওইরম্মী। মহু ঐনা থাওদা হাপচিল্লম্মী, লুপা চহুমা চেগী নোটনি মহুদি ঐনা ফুরিংথাওদা হাপচিল্লম্মী। অহুগা য়ুমদা চংলম্মী।

চোক্কগী ( কৈথেল ) পোৎ অম অনিদং য়েংখিগে হায়দুনা কুমথরম্মী। অদু-গদি মুম য়োবদদি নোট চবুল অদুদি যাওরমদে।

রমেশ—বাবুনা মমিৎ লাওথোক্লদুনা হায়রকই—হ.য়রিবসিবো নোট চবুল অদু মাংহোরে অসিরা ?

রমা—করি হায়গনি ক্রেভক্লার্ক সাহেব। মহুদগী থবায় মুংঙাইতবনা লোইরে। শেল অদু ফংনবা কোইচেন চেনলিবনি।

রমেশ—মথোয়গী পাজীদদি নহাক্না হায়রেদনা ?

রমা—মাগী মওংদি অদোম্না হেম্না শংলিবদুনি।

রমেশ—অদু ওইরবদি করি করম তৌবা তারে ?

রমা—ঙসি মুমিৎ তারমদাইগী মমুংদা অমানি অমনি ফংননবা হোৎ-নগনি।

রমেশনা থম্মোয় কনবা মওংদা হায়রকই—অদু ওইরবদি অদুক যাম্না করিগী চেকশিল্লিবা। মহু ঐহাক থক্কদে। ঐহাক নহাক্কী বাসি থাজবা ঙমদে। নহাকনা করিগী ঐঙোন্দা শেল হংহল্লিরবা ?

রমাগী মমাই মকশিল্লমই, থঙহল্লিংদবা বা লাম্বা ফংবা থোকলবদি। বা শেমলদুন. হায়রমই—সরকারগী শেলবু শিক্কিরবা যাবা বারা ? ঐথোয়গী পাজীগী অচিনবা শেল অমা লৈদুনা অদোমগী নাক্তা থাখিবনি। খুজ্ঞা শেল লৈজদে। অদোমনা পিরকপা চে অদু ঐনা মঙোন্দা তাহনখি। মহু তারগা নোকখিবনা লোইথবে। তৌদবা যাদবনিনা অঙোম্বা থোয়রাং অমুক তৌদরে ! করমনা মাংখিবনো শেল অদু ঐহু হৌজিক ফাওবা ঙকলিবনি।

রমেশ—নহাক্না মথোয়গী পাজীদা হায়বা ইকাইরবম্ভ ঐহাক চিঠী ইদুনা হৌজিক নহাক্না চিল্লিবসি পিহনগেমে।

রমানা মথু অনি মথুংনা পায়রদুনা হায়রকই—কদাইদগী অদুম্না হায়-ফবা যাবা নত্তে। অদুমনা তৌগে নিংলবদি ঐবু নোংমৈনা কাপ্পনা চাংজু।

রমেশনা মিকুপমুক বাথন তৌরগা হায়রকই—মুমিদাংবাই ফাওবগী মমুংদদি শেল শোয়দনা ফংগনিকে।

রমা—হোই, শোইদনা ঙমগনি নিংই।

রমেশ—যাওরিবা শেল অদু থমজিল্লম্মোদনা অদুগা য়েংউ মরুপ ! হয়েং পুং তরা ফাওবগী মমুংদা শেল পুরক্লবদি ঐবু ফত্তে হায়গদু।

নিয়মগী হায়রবদি নহাকপু মতম অসিদা পুলিসকী মথুক্তা শিম্রথোকউ হায়-বনি। অঙ্কু হৌজিক নহানি ঙাকপিরগে। অছু নত্রবদি নহাক্কা থঙলিং-বঙুনি সরকারগী থবক্তা করিগুম্ব' অয়ানবা তৌবদু থাদোক্কে। নহাক ঐগী মরুপনি অদনা ঐনা ঙম্বা ফাওবদি য়েংলিবসিনি নত্রবদি অসিরাইদা অঙ্কম নথুক্তা য়োংহিং চনশনগদবনি।

য়োংহিং। রাহৈ অসিনা তেলগী মতৌগুম্না নমাগী মথবাক্তা য়ুবমই। মহাক থোংদগী কোক শাংবা নিকলমই। থুদোংথিবগী রাথল থঙ্ককবদা, মহাক্কী মপী ঙিরা চেক্লম্মী। মহাক্কা তপ্প-তপ্প মরাই লুকথরগুনা চৈরাক ফংবগী মতৌগুম্ম' চংলগা চৌকিদা ফমলমই তৌইওবন্নং হায়রিবা অকিবগী মশক শঙ্করবা রাহৈ অসি নরক মবক্তা মাগী নাকাংদা ঙাংদুনা লৈরম্মী।

* * * * *

(২০)

হমা তুমিদাংবাই আফিসতগী কুমলক্লে অঙ্কদা রমেশ বাবুম্ব চেন্দুনা লাক্লম্মী। অদুগা কাম্বং শোয়দনা পুরকদবনি হায়রমই।

পম চংলগা মহাক্কা মথম্বা রাথল তৌরমই। অমুক্তু যত্নাথোয়দা চংকুমিবা? মহাক মঙনদি কনা অমদগী শেল ফংবগী আশা উরমদে। মহাক্কা মাগী থাঙ্গলাক্লোমদা মমাই ওলম্মী, মহাক্কা মমুম য়োবদদি মহাক মাংগোলদা কমঙ্কুনা লৈরমই। মাগী মনাক্তা গুজরাতী লিক য়োনবা অমা উপু হাং-দোক্কুনা ফজরবা নিংথিরবা লিক-লৈ কয়া শোথোকতুনা য়েংহলম্মী। রমাবু উবদা মহাক য়ামনা হবাওরমই। লেংশনবিরকউ, বাবু সাহেব! য়েংবি-মুবে সেঠনা কমাদা ফজরবা, নিংথিরব লিক ময়াম পুরক্লিবসি। লিক অসি কয়াদা ফজথরবা।

রমানা লিক অম্ব মথুংনা পায়রঙুনা অমম্বং য়েংলঙুনা হায়রকই—হোইনে, পোত্তি মশক নাইবা মাত্তি।

রত্নানা লিক অছু য়ামা পাম্বা মিংয়েংনা য়েংলঙুনা হায়রকই—মমল ংময়দি য়েংনসিকো সেঠজী।

লিকয়োনবা—তাউ থোংনু হায়বগী বাদি হায়ফিগনু মেম সাহেব, পোং অসি অদোমদা লেমনা কংলবনি হায়না থনথিমু।

রতনানা কাদা চংলগা রমাবু কৌশিন্নমই অদুগা হায়রকই— অদোমহ অমুকতা হায়থিমু পোংসি লৈবা যাবরা যাদবরা হায়না ?

রমা—ঐনা থনবদদি পোংসি লিশিংদগী হেনবা নত্তে।

রতনা—উম ! পিথবুদি পিন্নমগনি অতুদা ঐঙোন্দদি শেল লৈত্রিবা। চাতরুক থক লৈ। অদোমনা চামরিদং থংবিরবদি লৌহৌগে হায়রিবনি। লুপ্পিবন লিক য়োনবসি হৌজিকী গাড়ীদা কাশীদা চংথিগদোরি। শোং-হৌগে হায়বা যারে ইদৌরি। উকিল সাহেবন্না কনিগুম্বা থবক অমা চং-থোকথি, পুং মাপল তরাগী মমাংদদি লাকথিরোইদৌরি।

রমানা ইকাইবা হায়রকই—থাজবিমু ঐদি করিমত্তা যাওদনা লাক-পনি। অদোমদগীগুম যারবদি থরা পিথো—ঐহাক যামনা চিনবা অমা লৈরে। কোম্না ফজবা য়েংহুনা লৈসি। ঐনু অওম্বা হাপচগে, অসিগুম্বা লিক অসিদি চাতরেং-চানিপালদগা ফংবা পোংনি।

রতনা—যাজরে, অদোমনা বাথিত্ৰবন্ন। থা তরুক তরেংতবু থুংজিঅমা ফাওবা শাহনবা ভমদবনা হৌজিক কয়া নোংম-নিনিদা করি শাহনবা ভমগদৌরিবা ?

রমা— হয়েং লাকউ হায়রবদি করি থজি ? মহাক্কা লিক যামনা য়োন-নিংলবদি ভন্দিসি মরাইনা পনজখিগনি।

রতনা—ফরে, য়েংসি করি হায়বগে ?•

মথোয় অসি মপান্দা থোকললকলগা রমানা লিক য়োনবদা হায়রমই—নহাক হয়েং পুং মাপল-তরাদা অমুক লাকপিথো ?

লিকয়োনবা—ভমলয়োই অমুক হন্নকপদি ইনাকখুন্নবা অম-অনি উন-হৌদবা যাদবনি।

রতনা—ঐগী ইনাক্কা লুপা চাতরুকতা মঙাইয়ে, লিক অসি পিরমল্লো, লেমহৌবনা কাশীদগী হন্নকপদা লেংশিনবিরকউ ?

লিকয়োনবা—শেলবুদি মাংলোই থঙৈজ, থা অম অনি লৌত্রবন্ন যাইদা অতদা ঐথোয় লংকৈ মীবু কনানা তম্বা ভমগনি, কোইনা চৎপনিন্না তম্বা

ঙম্বা নত্তে। ফয়ে, ঐবু না অমতং হায়জগে, লিশিং অমদো পিবিয়ো অহুগা চনি অহুন কোয়. পিবিবা য়াগনি।

য়ম —হায়রিবসিদি য়োনবা-লোনবগী না নত্তেদ্রা ?

লিকয়োনবা—অহুদি অদোমনা থনবগী বাদনি। য়োনগে হায়বগীদমু লাক্লিবনি। লিক অসিগুম অসি পংকং কংলোই হায়জদে হায়বিগনু।

য়ম শেলনু লৈরবদি পোৎকী পোৎ ঙাক্তনি।

লিকয়োনবা করি করিগুম্বদমু মমলদা পোৎ ফংবা বাবনি।

অসি হায়রুনা লিকয়োনবা অহুনা লিক অহু কেসতা হাপচিনখ্রে অহুগা ঙহাক্তা পনবা মাত্রে হায়বগী মতাগুম উপু অহু লে.ইশিল্লমী।

রতনাগী তুবম-তুবম নাকোংদোনা মনা চপ যুংলমই। কনাগুম্বা চৈয়াক ফংলবা অমা মরাইবকী অয়োইবা বায়েল ভাগদোবগুম্বা লেপ্লুনা লৈরম্মী। মাগী থম্মোয়গী অপাম্বা-হুংশিবা পুমনমক লিক অহুদা তুংশিন-খিরম্মী। মাগী থবায় লিক অহুগী মরীশিংদা চোংশিন্দুনা নপশিনবগুম-লমই। ইথং-থংহৌদনা কারগী মথোল তারগা রতনানা থোক্লাললোমদা য়েংলম্মী। উকিল সাহেব লাকলমই। রতনা থোকলকতুনা হায়রমই—পুং মাপলদা লেংলক্কনি হায়রম্বদাই, অশোই-অভামদি মাওদেকো।

উকিল--কোয়ম কাদরে ফমহুনা লেহুনা করি তৌগনি ? লিক য়োন-বহু লাকপরা ?

লিকয়োনবা হৌগৎতুনা সলাম তৌরমই।

উকিল সাহেবনা রতনাদা হায়রকই—নহাক্না পাম্বা লিক মাওত্রবরা ?

রতনা - অহোই, অপাম্বা অমদি মাওরে, লিশিং অমা চনি হায়রি।

উকিল—ফরে, অতোপ্প. অমগমু য়েংউদনা নংগী ননাক্তা কোককী করম্বা ফজবা লৈতেং মাওরি ?

রতন —য়ারনি লিক অসিদ' তৌজয়গে।

উকিল সাহেবন রতনাবু তাঁলোই অমদোনা হুংশিয়মদে, মপা অমনা মচাহুপীদ: হুংশিবগুমন. হুংশিরমই কনাগুম্বা হুংশি-চাওবা মপা অমনা মেলাদা মচাশিংদা হংল-হংলগ. শায়পোৎ লৈবগুমনা মহাকমু রতনাদা হংলগ. মনাকতা মাবু হরাওনবা থেমনবগীদমকতদি শেল নত্তনা করি পোৎ লৈগনি ? মহাক মশাগী পুম্নিদা অসিগুম্বা চৈত্তাক অমগী মথোদা ওইরমী—

হক্কচাংগী পাংথক ভাক্লৌ পিবা ওম্বা, মহুগী মতেংনা ফিজম অসিদম্ব পুক্সিগী লানকমদা লেপ্পা ওমনবা. লেপ্পা ওমত্রবা কনাগুম্বা নিংজবা অমনা শক্তম-তবু উজনিংবা পামজবগুমন।

ম্রতনানা কেস মন্নুংদগী লিক লৌথোক্লহুনা উকিল সাহেবতা উংলমই। অহুগা হায়রকই—লিস্লিং অম চনি হায়রিবসি অসিনি।

উকিল সাহেবকী মিৎয়েংদা লেলগা মমলদদি মাগী হুংঙাইজবা অহুনা হেন্না লৌরমই। ম্রতনা লিক পামজবা লোইরে, মমল কয়াম তাগনি, মহু হংবা নত্তে। মহাক্না লৌহুনা লিকয়োনবা অহুদা হংলমই—কয়া ইয়ু হায়বগে অরেপ্পা মমল অমা হায়রো। বাৎলমলবদি মংগা নরনাইনি।

লিকয়োনবনা লিক অহু মথদাং ওনথোক-ওনশিন তৌহুনা য়েংলমই, অহুগা হল্লোইরপ তৌনা হায়রমই—লিশিং অমা চামগা য়াম্নেদি পিবিয়ু। উকিল সাহেবনা চেক ইহুনা মতোন্দা পিরম্মী, মহাক সলাম তৌরমলগা হুরাওনা চৎখিরম্মী।

ম্রতনাগী মাইথোং মতম অসিদা বসন্তগী মহৌশানা য়েম্রিং হল্লকপা শং-থারবগী নিংথিরঙ্গমা নিংথিজরম্মী। অন্নক হরাওবা—পোংজবা মাগী মায়-থোংদ কৈদৌঙৈদম্ম উথিদরি।

লিক অহু মঙ্কশমদা হকচিল্লহুনা ইয়ুংদা চংথরমই। য়মা ওহাক কমলহুনা লৈরমই। মমৈথংদা নিংবা কাইহুনা চৎখিরম্মী।

* * * * *

(২১)

মতম অসিদা কনাগুম্বা অমবু তাইবংপান অসিদা থরাইদগী অরাবা মপুক্সিদা নিংবা কাইবা বাথলগী মৈচাক্তল চাকলিবা মী অমগী শক্তম য়েংবা তারবদি সাইকল তৌংদ্রনা অলফ্রেড পার্ককী মমাংদা চৎলিবা নহা পাথং অসিবু য়েংউ মতম অসিদ করিগুম্বা অমুবা মহ পানব লিল অমা থোক-লল্লবদি, মদ্ মথুং অনি তিংথোক্ক্না কোনশিন্দুনা ওকনি অদ্গা অদ্গী হ অহুবু অথ্বগী পোংশক অমগী মতৌগুমনা থকনি। শিবতনা হৌজিক

মাগী হুংঙাইতবা অমা-মৈচাক কোকপা ঙমগনি। অদুবু শিবনা মাগী মিংচৎ থিবদগী কনবা ঙমগদর? শাগৈদা অমুবা তৈশিল্লগা শিরবগী মতুংদসু মশাবু নোক্ক-করেম্নবা ফংলগা হুংনাংবদগী কোকলুহুনা করি তৌগনি? অদুবু করিদি অমুক পাগৈর লৈরি?

মতম অসিদা মহাক্না জালপাদা ফিভম পুম্নমক তাহল্লবদি মহাক্না মঙোন্দা শোইদনা তৌবিমল উৎকনি। জালপা মশানা হুংঙাইজদ্রবসু মশাগী লিক মঙকশমদগী লৌথোকপদা মিৎকুপ অমা ফাওবা পনলোই। লিক অদু ফাওবা থমলগা মহাক সরকারী শেল শিংদোকপা ঙমই। মশাগী অরোনবা থুপচানবা অম্রদি খোংদোকপা তারি। মসি নত্তনা করি পাগৈর অতোপ্পা লৈরি?

মপুক্কিং চপয়ুংনা লেপ্লহুনা রমা ময়ুমলোমদা চংলমই। অদুবু ময়ুম য়োরগা মহাক্না থল্লমই—ইয়ুমদগী পোৎপু করি তৌই হায়বগে, অপাম্বা মতমদা শোরগা লোইরে অমুক থুগ্রবসু। ঙহাক থরা বাচোই ঙাংহুনা লৈংরে অদুদগী চাক চারগা হিল্লমই। ইথৎ-থংহোদনা মপুক্কিংদা থল্লমই—করিগুম্বা পোং অমা হেক্কা পুহুনা চংলসিরা। ইমুংগী ইকাইবা ঙাক্লনবগী-দমক্কা নোংমসু মহাক্না অস্নুম্না তৌথিরমই। অদুগুম্বা পাগৈরনা মহাক মথবায় কনবা ঙমগদরা?

অপ্লদগী মহাক মথঙা থংচিৎ চিংনরমই, করিগুম্বা থোক-কা জালপা মমিং পাংথোক্লবদি অদুগা থঙথিবা থোক্লবদি মহাকী মিত্তদি ত্রিবেণী (তুরেল) নত্তনা মফম অমা অমুক লৈররোই। অমা ওইগে ওইসনু অমুক্কংদদি হোংনবা যৈ। মহাক্না তপ্না জালপাগী মথুং মথবাক্কগী লৌথোকলম্মী। অদুগা কমু·দগী কুমথহুনা শেপললই। জালপা ;; মথুং লৌথোকপদা মহাক থংবগুম তৌথিরমই, অদুসু মাগী বাথলনি হায়না থল্লমই। হৌজিক মহাক জালপাগী মথবাংগী খিজিদা পুনলিবা শো চবুল লৌথোকপা তারমই অমুক কুইথবগী মতম লৈরমদে তৌইগুম্বসুং মহাক্না শো লৌথোকে হায়দুনা নোম্বকপদা জালপা নোক্কুনা লৈবগুম মাঙ্গম্নী। মহাক থুনা মথুং শং চিংশিল্লমই অদুগা মুংশি মুংশি ঙানলিবা মৈগী মঙালদা জালপাগী মমাইয়োমদা য়েংলমই, মতম অসিদা করম্ব হুংঙাইবা মং অমা মংলিবা—হোই, ঐনা অমুক চমজবী অসিগা লোয়ম্না করম্না নমথাক

তৌগনি ? মাগীদমক্তা ঐনা থবাই ফাওবা কথোকে নিংলিবা অহুগা মাগা লোয়ননা নমথাক অসি ? জালপাগী লেংলবা হুংশিবনা থরবা থম্মোই মাগী মাইথোংদা মমি তাবগুমলম্মী। মতম অসিদা মহাক্কা থগুলবদি মাগী লিক ঐনা হুবনি, করি ফিভম ওইগনি। মানা থরমই, মাবু করিদি হুংঙাই-হল্লি ? করি মনিং থ,ংহাল্ল ? কনাগুম্বা অমদা লুহোংজরমলবদি হৌজিক মনি মুক্তাদন পুংয়োম য়োমহুন লংলগদবা।

রম, অমুক হম কমুংদা হিপলম্মী, মতম অহুদা জালপাগী মমিং পাং-থোকলমই। রমায়োমদা মমাই গুনশিন্দুনা হায়রকই—নহাক কদাইদা চংলুই। মাম্না হুংঙাইথরবা মং অম মংলমই। চাওরবা হৈকোল অমদা এথোয় অনি কোয়মিন্নরম্মী, মতম অহুদা নহাক কদোমদনো থঙহোদনা চংথোকখিরম্মী। অহুগা থংহোদনা সাধু অমা লাক্‌না ঐগী হনাংদা লেপলমই, লাইমক মাল্লি মাগী মশক অহু, মহাক্না এক্তোম্বা, হায়রকই—ইবেম্মা! নক্তোম্বা বর পিবা লাকলিবনি, নিনিংবা নিমু। অহুদা ঐনা মহাকপু কোইথি থিরমই। করি নিসিগে হংগে হায়হুনা, নহাক হেক্তা থিবা থঙখিদরে। তাঞ্জা অহুদ মিকপ থোকলমই। বর নিবা নংহোদরে।

রমানা মোমোন নোক্‌না হায়রমই—করি বরদি নিগনি ?

'নিনিংবা নিগনি, নক্তোম্বা কারিগী তাকদোরবা ?'

'থৈদা তাক্‌রমু, নহাক্না নিরবদা শেল ম,ম পায়জগে অসিমক্তাইদনা।'

'শেল নহাক্না মাম্না লুনা থল্লি। ঐদি থম্মে।

হোই, থম্মি। লাইরন হিংগদোবগী শঙ্ককপুদি শেল মাম্না পায়রগা শিবনা ফবনিদ। ঐন পাম্বাদ মায়হু পাম্বা নক্তেদা, হিংবা মানব, মহুগী মথক্ত থোয়,বনা লৈতবা, হেক নিংবদা হেকতা কংবা, এথোয়গা লাহৌরবা লৈক,ই আসদা ইনাকখুনব সেঠ তাল্‌কদায় কয়, লে, মথোয়দি লাক্ষ মক্তাদি চাহিদ থয়চ তৌরবান। থাদা লাক্ষ মক্তাগা লেংহথোকপ, মাঙার বান ঐহাক মথোয়গা মরকতা মপোক্ত তরেংলক লেনগে হায়রিবান অহুবু মহুক্স কনামন্তন পিদে নহাক্না কার নিবগে হায়মু ? ফজ-ফজরব লক !

জালপান পিগুম গুকলহুন হায়রকই এবু কারিগী লক্লরিবনে ? ঐবু পন লুপাদা অতোম্ম হুপীং দগী হেম্ন থবাই জুল্লবর ! মহুগীদমকতা ঐন নক্তোম্ম কেংগৈতেদমু তকশিনখিব লেতেল ?

রমানা মোমোন নোকতুনা হায়রকই—অহু ওইরবদি করিগী তাক-থোক্করি ?

জালপা—করিবু নিগনি ঐগী ইপুরোইবনা ঐবু চেৎন-চান্না হুংশিবা নিব হায়বত্থনিদনা।

রমানা নোকতুনা হায়রকই—মসিদম্ব নহাক্না ঐবু করি চিংনরিবা ?

'নহাক্না লাই ওইরবস্থ চিংনগনি, নহাক্কি মীনিকো। মপুবোইবগী হু.শি হৈতবদা কগুন লৈব হুপী অমত্তা ঐনা উদরি। চহি অম-অনি নৌ-রিঙৈদা য়ামনা পং হেক তংপা মথৈ হু.শিরমই, অহুদগী অমুক থ.না হুপী-দগী মমাই লৈবদি করিননে। ঐদি থঙদে, মশিং য়ামশিন্নকলে। মতাং অসিদা হুপীগী খুদোংশিবোইদবা করি লৈগনি। হায়রিব খুদোংথিবা অহুদগী কম্নবা করি বব নিগনি ? মসি হায়তুনা জালপা মপুবোইবগী মঙকশমদা কোন-শিন্নমই। অহুগা হুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংলগুনা হায়বকই—তশেংনা অমুক্তা হায়দুনে, নহাক ঐবু হান্নগী মতৌগুম্ন' হুংশিবিবা ?'

রমানা জালপাগী মঙকশমদা কম্না কোনশিন্নদুনা হায়রকই—হান্নদগী শক্লক য়ামনা হেন্না হায়নিংঙাই লৈতনা।

জালপানা নোকতুনা হায়রকই—মিনম্বা ঙাকতনি, অমগী মহুংদা অমা ক্ষাওবা চুমদে।

রমা—নহাক্না নচিন্না থোকপা পকঙাং ঙাংলিবনি। হম কৈ, নহাক্না মসি করমনা খঙলিবা ?

জালপা—মিংনা উবি নহাক্না ঐগী নাক্তা ক্ষমদুনা লৈগনি হায়না বাশক্লি অহুগ অযাম্ব মতমদা তুমিন্নতা লৈ। ঐবু হু'শিরবদি ঐবু থাজ-গদরা। নপুকল অরোনব রা থমলিবা নশাগী ফস্তব বা ঐঙোন্দা হায়-দোকনিংদব অমাদি হায়দোকপা ঙমদবা অহুনদি নহাক ঐবু হুংশিবা ঙম-লোই। হায়রুনে, চুম্ববা-চুমদবরা ? মিং করিগী উইশিন্নিবনো ? নহাক্না চংথোকলুরগা হনজিন্নকপদা মিপাইনা হুংনাংনা লাকপা ঐহাক উদবোই নিংলিবরা ? ব বী শাবা মতমদা নহাকী পুক্লিং অমরোমদা লৈবা উই। চাকমকতা চারবস্থ নহাক নথবাই তামা চাদে। মসি পুমনমক অসি ঐনা উরিবসি করিনো ? ঐহাক উরবস্থ উরগম্থ হায়বরা ? ঐহাক লমহেনবী, ঙথক ঙরাংগী হুপীনি, শকতম অসিদা নহাক্না ঐবু উই। ঐহাকী পুক্লি

অসি অদুমন লেনবা তারবরা ? ঐহাক হুম্নগী নহাক্কী নুংঙাইনবগী পোৎচং ঙইব ঙারবা অদু ঙইরবদি কবিগী ইশানা থঙনা ইশাবু খুদোংথিবদা তাহন-গদোবিবরা ?

জ্বালপানা বমাদা কৈদোউৈঙদসু থম্মে য মকা লাম্না বারী শাথিরমদরি। মহাক অম্বক যামনা বাথল নৈবীনি। মহাক্না থনবা ফাওবা ঙম্নমদে।

মহাকনা মাবু থাৈঙ্গশেংনমক হুপীদা ওইনা হল্লমই। অতোপপা হুপীশিংগী মতোংগুমনা মহাকসু হুপীবু মওং অসিদা য়েংলমই। মহাক মাগী মথৌদা শুমহৎলমই। মাগী থবায়গী ( আত্মা ) শকওং থঙগে হায়বগী হোৎ-নবা নৈরমদে। শক্তী খোইথ স্না অসি নৈবমদ্রবদি মহাক মঙোন্দা ব্রা ফাওবা ঙাংনিংলমদবা যাই। মঙোন্দা য়েংনিংবা ঙাংনিংবা চিংশিনবা পুমনমক মাগী শকফমদা নৈবমই। জালপা মমিং হরাওবমই হায়বসি মহাকনা খঙ-লমই। মশাগী নুংঙাইতবা বাথলগী মৈশা মহাকনা মাবু লাংহনবা পামলমদে অদুবু ঙসি মহাকনা খঙলে, লাংলে থম্লিবা মৈশ: অদুদগী জ্বালপানা হেন্না লাংলমই। মতম অসিদা মহাকন মশাগী থম্মোয়গী নুংঙাইতবা মৈচাক হায়দোকপগী য়ামন' খুদোংচাবা ফংলমই। তৌইগুম্বনুং হায় – ইকাইবা ! হোই, ঙসিদি মহাকনা খঙলে মহুদি অপাম্বন' ইংরাইননা হুংশিনবা হোৎ-নবা মাগী অপংবনি।

রম হাযবিবা বাংলশিংসি থম্নগা অদুম তুমথনি রক্টই। মতম অসি অহিং নোংয়াইগী মথঙ্গা হৌথিরমই। হয়েংদি অয়ুক ঙম্ম হৌগৎকে শন্দুনা তুমলমই। অদুবু মিংকপ থোকলকপদদি হুমিংকী মশেকনা কাদা চংলকতুনা মাবু হোদোকলমই। মহাক ফুক হোগৎলে অদুগা মনিৎ-মমাই তাদন ফি শেৎচিন্দুনা চৎনব থৌবাং তৌবম্মী। মহাক রমেশ বাবুগী মনাকতা চৎপা পামলমই। ঙসি মঙোন্দ, ব্র অসি হাযবা তারমই। মওং নিংথিজনা থঙলগ' হবা নত্রগ' শরদি মতেং পাংলকপা য়াই।

জালপা মতম অদুদ' চাক থোংনব' কম্ম' থৌরাং তৌরমই। রমানা মতৌ অম্নম্না চৎপা উরগ অইংবা মমিৎনা য়েংলম্মী। রমাগী মায়থোংদা নুংঙাইতবা অকিবা, পুক্রিং হুৎনাংবা, তয়াং-তশোইবা অমসুং হিংসামা ক্ষমতুনা য়েংলকপগুমলমই। মিংকুপ অমগীদমকতা মহাক রাম্ববগুমলমই।

কবি বানো মঙোন্দা কবিগী হায়দোকত্রিবনো ? মহাকনা করিমতমক তৌবা ঙমদ্রবস্থ মীহুৎশিদদি উৎপা ঙমগনিদনা।

বমানা রমেশকী ময়ুমদা যৌরকপদা পুং নিপাল তাবমই। বাবু সাহেব চৌকিদা ফমহুন' লাই নিংহুনা লৈবমই। মানু উবগা ঈঙ্গিৎনা কমনবা হায়রমই। পুংথাই অমবোমগী মঙুংদা লাইনিংব লোইবমই, হায়রকই— হৌজিক ফাওবা নমাই নমিৎ তাদবিববা ? অসিগুম্বা চমোৎ-চমোৎ তৌবা ঐহাক পামদে অতৈমক তৌদ্রবস্থ হকচাংদদি তক তরুমা লৈয়ু। কৈদোরে শেলগী থোৗাং ওইববরা ?

বমা— মহুগী বাশলনা অদোমগী নাক্তা লাক্লিবনি।

রমেশ—মহাকস্থ অঙকপা মী হায়বহুনি, মহাকপু পোকপা অহলদবু বা হায়বা কবিগী ইকাইরি ? মঙোন্দা অশেংবা বা অপুম্বা হায়দোকউ। অহু-গুম্বা থোদোক হুদি মীপুম খুদিংদা থোকলিবনি। অহুদা কবিগী কিনিংঙাই লৈবি। হায়বা ঙমদবগা ঐহাক চক্কুনা হায়গেনে।

বমা—মঙোন্দ হায়গদোবা ওইববদি মহাক্না হায়বগনিনা ? তশেং-নমক অদোমনা কবিমঙ থোরাং তৌবা ঙম্বীবরোইদরা ?

রমেশ—কবিগীদি ঙমদান অহুদা তশেংনা হায়ববদি তৌবা পামদে। অসিগুম্ব মীদা ঐহাক মীহুৎশি উৎনিংদে। ঐঙোন্দা হায়বা ঙমলিবা বা কবিগী নথোয়গী অহলদ হায়বা ঙমদাবি ? ঐনা হায়বা য়াও, চক্কুনা হায়-রুচো। মহাক্ক পিদ্রদনা অহু ওইববদি ঐগী নাক্তা লাও।

বমা হৌজিক অমুক বা হায়বগী থৌনা লৈরমদে। মহাক মফম অহু-দগী হোগৎলে অহুবু মহাক কবিমঙা খনফম থোকলমদে। থোংকাপ মঙা-ংবা কম্না চৎলগ অমুক বাখল খণ্ডহুনা লৈবমই অহুগা অমুক থোংকাপ মঙা হুবা হুংদ' হল্লমই। থোঙ্গাল অমদা অমুক চংই, অমুক হন্দোকই।

ইথং-থংতৌদনা মহাক্ক বাখল অমা খল্লমই। জালপাদা চিঠি ওইনা ইহুনা অরাবা থুদোংথিবসি থগুহনসিবা ? মচিন্নদি হায়বা ঙমলমদে। অহুগা থোজৈনা ইবদি মঙোন্দা করিমঙা জুনা থোকলমদে। মসিদগী হেন্না অবাযবা করি লৈগনি ? মহাক্কা চেন্দুনা ময়ুমদা লাক্লে। অহুগ থৎনা চিঠি ইরমই—

'স্নুংশিজরবী করি হায়না চিনগোই-পাওমেনসিগে, ঐহাক য়ামনা থুদোং থিবদা তারে। পুং অমগী মতুংদা লুপা চহুম থৌরাং তৌবা ঙমগ্র-বদি থুক্তা য়োংহ্লিং চনথরগনি ঐনা হোৎনবা 'য়াবা হৌনরে, থিবা য়াবা থিরে অহুবু নিংবা কাইবা মাইথুবা নত্তনা করি অমত্তা ফংদরে। নহাক্না নশাগী লিক অম'-অনিদং পিরকলবদি বন্দব থমলগা থবক শিজিন্নসিরা হায়না থল্লি। শেল হেক ফংবগা ভননা অমুক হন্দোকপিগে। থুদোংথিবা ফংত্রবদি নহাকপু অবাবা পিরোইদবনি। নহাক ঈশ্বরগীদমক্তা শাওগনু।'

হৌজিক চিঠী ইবা ফাওবা লোইদরি, রমেশ বাবু মোমোন নোক্নুনা চংলকলগা ফমলমই অহুগা হায়রকই—ঐনা হায়রু হায়বদো হায়তুনা য়েং-লবরা ?

রমানা মকোক নোল্লতুনা হায়রকই—হৌজিক্তি তাঙ্গা অমা চাদরে।

রমেশ—হুমিং নিনি হুম্নিদদি তাঙ্গা ফংগদৌরিবরা ?

রমা—ংজোম্নগী লোগদোবা লৈরবনিনা করি অমুক বাক্নরগনি।

রমেশ - ঙসি তাঙ্গা ফংলবদি রন্তাগী মনাক্তা চৎলুচো, হুমিং অহুদা ঐনা কয়া কয়া হায়থিবা অহু অহুম কাওথোকখে ?

রমেশনা চৎখ্রবদা রমানা চিঠি অহু ফুরিংংশাউদা হাপচিল্লমই। অহুগা জালপাদা পিগে হায়না চপ মুংনা লেপলহুনা ইমুংদা চংলকলমই। জালপা ঙসি কনাওবী মতারোই অমগী মথুমদা চৎনবা থৌরাং তৌরমই। কৌবা লাকলম্বা কুইথিদরি। মহাক্না থবাইদগী ফজবা সাড়ী শেৎলমই। মথুক্তা মুক্তা থিনবা থুংজিনা লৈতেংলমই। ঙকলমদনা চন্দ্রহার, মিংশেল মমাংদা থমহুনা মনাদা নারাওবী য়ানলমই। রমাবু উবদা হায়রকই—ঙসি অমুক ঙস্তানা কদাইদা চৎলুই ? নমিং-নমাই ফাওবা তাদবমথৈ হুমিং চুপ্পা চংথোকলুরবসু অমুক হুমিদাংদদি য়ুমদা থরম্নু লৈবিয়ুবা।

রমা—নহাক্না কদাইদা চৎকদৌরিবা ?

জালপা—সেঠানীনা কৌরমলি। কুইরোই হুমিংয়ুংবা অহুবাইদা হন্নকদবনি।

রমাগী ফিভম মতম অসিদা অহুংগুম্বা শা তানবা অহুগা চপ মায়রমই মহুদি শক্তি অমোমনা মচাগা লোয়নবা চাক্তামিনরম্বা, শান্নমিনরম্বা উরগা

কাপকে তৌবা নোংমৈবু মরেংবান্দা হায়গঞ্জ্না মমা-মচানা মুংশিননা-শান্নবা অহ্নু পুক্নিং চংনা য়েংহুনা লৈথোকপগুম।

মাবু মিৎফম হোংদনা য়েংবা উরগা জালপানা মোমোন নোক্কনা হায়-রকই—করিনো ঐবু চাথোকদোবগুম য়েংলিবসিবে। ঐহাক নহাক্কী নমিং অহ্নু কিজৈকো।

রমানা অমুক্তং বাথল থমবদা লৈরিবা তাইবং অহ্নদগী বাথল (কল্পনা) অমদি কবিতাগী তাইবংলোমদা য়োৎপী। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা মহ্নদি মশা অপুম্বা হরাওবনা ইনোং কারিকৈ, মহাক্কা চিঠি পিশিন্দুনা মাগী মুংঙাই-রবা বাথলবু করম্না হাইহৎকদরা ? রমা অহ্নক য়াম্না জালপাবু থবাই শোকহনবা ওমলমদে। মাগী মথক্তা অসিগুম্বা থুদোংথিবা কম্না তারবস্তু, মীরা-মীশা (বদনাম) তারবস্তু অমস্তুং মাগী পুন্সিনা ওমহ্নুনা নৈহস্তুনা মাংথনবস্তু তৌইগুম্বস্তুং মহাক অহ্নক যাম্না মুংশি হৈংতবদি ওইবা ওমলমদে। মহাক্না য়াম্না মুংশিনা হায়বকই—মীয়ুদি চংহল্লোইদা, তোই, থম্মোয়না চেংনা কোনগে। বাহৈ অসিদা মাগী মুংনাংবা পুম্বা থুদোংথিবা অপুম্বা কথোকখিবমই। মুংশিবা চিংনবগী থাম্মীথক্তা মহাক্ন মশাবু কথোকলমই।

জালপানা মথাদা কুমথবকপদা বমানা মপুক্নিং মুংশিনা মাবু কোন-শিল্লমই। অহ্নগা মতৌ অমুম্না কোনশিল্লমই—মহ্নদি তাংম উম্নরিবসিনা লোইরে, অমুক হম্না লাইবক ফবা অসিগুম্বা ফংলরোই হায়বগা মতাগুম্না কনানা থঙ্গান মসিনা মাগী অরোইবা উনবা লেংগোম্নবা ওইরবস্তু। মহাক্না জালপাবু নমগোন-নমগোন কোনশিল্লমই। অমুমনা কনাগুম্বা শিগদোরিবা অমবু অমদি যামনা শিকপা অমনা মাগী অউনপোৎ কোন্দুনা থম্বগুম মিংকুপ থুদিংগা থুংপাই চেংনা ক্রক ক্রক পামশিল্লমই।

ইথং-থংহৌদনা জালপানা হায়বকই—ঐভোন্দস্তু শেল থরদদি পিয়ু-দনা। কনানা থঙ্গান কদিগুম্বা থম্না লৈনিংলক্নবস্তু।

রমানা থংলহুনা হায়বকই - শেল ! শেলদি হৌজিক লৈতে।

জালপা—লৈরমগনি ঐভোন্দা তাং তৌবা ওইরিনি। য়ামনা হায়-রোইদা, মুপ্নগী লুপা অনিথকক্তা পিয়ুদা।

অসি হায়হুনা মনাকনা রমাগী ফুরিংথাওদা মথুং হুমজিল্লমই। অহ্নগা শেল থরগা লোয়ননা চিঠি অমস্তু লৌথোকলমই।

রমানা মখুৎনা জালপাগী মখুত্তুগী চিঠি অদু মুনগে তৌহুনা হায়রকই—চে অদু ঐগোন্দা পিয়ু আফিসকী চেনি।

জালপা—কনাগী চিঠিনো অমুক্তা হাযযুনে? জালপানা মপশিন্নিবা মখুম অদু হাংদোক্লুনা হায়রকই—মসিবু আফিসকী চেনি হায়রিবা! মীনমন্থ মীনমলিনে। মহাক্না ইবা———।

রমা—পিরকউ কদাই, করিগী অমুক লকরি? রমানা অমুক চে অদু মুনগে তৌরমই অদুবু জালপানা মখুৎ অদু মতুংদা থম্নহুনা হায়রকই—অমুক্ত পাখিগে।

মহাক্না খোংকাপ অনি তুংলোমদা হন্দোক্লুনা চিঠি অদু হাংদোকহুনা পারকই।

রমানা অমুক হন্না মাগী মখুত্তুগী চে মুনগে হোৎনরমদরে। মঙোন্দা নোংমদোন কিহুনা তাবকপগুম থোকলমই। অকিবগী মশক ফংলবা জীবনা মাবু য়োৎকদবগী চৎলকপগুমলমই। মহাক হুংপুং লাওনা মথাদা কুমখিরম্মী। অদুগা ইমুংদগী মপান থোকখিরমই। মফম কদাইদা মমাই লোৎকনি। কদাইদা লোৎলগা মাবু উবা ফংলোইদবগে? মাগী ফিভম কনাগুম্বা মফি থোকপা মী অমদা থোকপগা মান্নরমই। মুপ্নগী লুপা চহুমগীদমক্তা মাগী অমাংবা ওইরে অদুবু ঈশ্বরনা শিনববু মহাক্না করি তৌবা ঙমগনি। চান্নবা মপিক্তাশিংগী মিৎয়েংদা লৈথা তানা হিংববু করি হায়না হিংগনি?

জালপানা মাবু কয়াদা য়াম্না নমথাক তৌবা, কয়াদা অরৈ-অরা তৌবা ওইনা থলহিবা। মহাক্না মমাই অদু মাগী মমাংদা উৎপা ঙমখিগদরা?

তাইবং অসিদা অসিগুম্বা মফম খমা লৈতরে, মফম অদুদা মহাকী অনৌবা পুন্সিগী কায়দোংফম ওইনবা—মহাক তাইবং পানসিদগী নাইতোম তোঙান্না পুম্নমক্তগী মমাই লৈহুনা মশাগী পুন্সি লেনজবা ঙম্নবা মফম অদুদা মহাক মতৌ অঙ্গম্না চেৎনা পুলিসনা থিবা ঙমদনবা লৈগদবসু। গঙ্গাগী মতম্পাক নত্তনা অসিগুম্বা মফম কদাইদা লৈরমখিগনি? অদুদগী অমুক নিংশিংলকলমই। জালপা কনাগা লৈহোগনি? অবাবনি, ঐনা ইশাগা লোয়নানা মাবুসু মাংহনলেদে। লৈরিবা ইমা-পাবদি থরা অদুক কপলাওরম্নগা মতোকচখিগনি তৌইগুম্বহুৎ মাবু কনানা শেম্নবিগনি, থেম্বিগনি?

পোৎ অতৈনি হায়তুনা মাবু লোত্তুনা থম্বা য়াবম্ব নত্তে। সহয়দগী লাপ্পা করিগুম্বা মফম অমদা মহাক মী খঙহন্দনা লোত্তুনা থম্বা য়াগদরা? জাল-পানা মাবু কবিগুম, মুংশিরকপম্ব য়াই, মাগী মরালবু ভাকপিরকপা য়াই। শেলম্ব লৈবকপা য়াই, তৌইগুম্বম্বুং মাগী মমাংদা মমিং হনগৎনা য়েংবা হায়-বসিমদি মুকওই ওইথোকলোই। মতম অছুদা মাগী কিডম করি ওইগনি? ইরম্বা চিঠিগী মরোলম্ব খঙলমগনি। থোকলিবা ইবাংম্ব মহাক খঙলমগনি। মহাক্না ইমাদা চিঠি অছু উৎলম্বা য়াই, অদুনা মিপাইদুনা ঐবু কোয়থি থিরমগনি। পাবুংবু কৌহনবা অঙাংশিং শোইদনা থারমগনি।

মায়কৈ মরিমক্তা ঐবু থিবমগনি। অদুম চৎপা অসিদা কনাগুম্বা খঙ-নবা অমা থেংনবগী কিবদগীদি অশিবা অমা থেংনবনা হেন্না কিদবা য়াই। নিং-মাং য়েংদুনা চেকশিন্না মৈতৌনা শাম্বা মুংশাদা চৎলমই। পনলেপ-ফম, পশ্ব ২ অমত্তা শঙদনা রেলগী ছুইশেল তাবদা মহাক খংলমই। ইসে, ঐদি যাম্না পাপ্পা লাক্লেদা। বেল মমাংদা থাবমই। মহাক মছুদা কন্নমক তোংনিংলমই, মদুদা তোংলগা মহাক পুদোংশিবা অপুম্বা কোক্লগদবো ই নিংলম্মী। অদুবু ফুবিংথাওদা শেলদি য়াওরমদে। থুৎনিংথোদা থুদোপ অমদি শিবম্মী। মহাক্না কুলিশিংগী জমাদার অকোক কৌদুনা হায়রম্মী— থুদোপ অসি য়োম্থোকপিবা ঙমগদরা? লুপা অমা পিগনি। ঐহাক গাড়ী তোংখিগদবনি খরা থংনা তৌরকউ।

জমাদারনা মাবু থোংদগী তোন ফাওবা য়েংলম্মী, থুদোপ লৌরম্মী অদুগা ষ্টেসনগী মনুংদা চংশিরমই। রমা টিকেট য়োনকমগী মমাংদা হক্সৎ-হন্দা চত্তুনা লৈবম্মী। মমিংনা চৎশিরিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। মিনিট তরা হোজিনখবে তৌইগুম্বসুং জমাদার হল্লকপা কোবা লৈতরে। থুদোপ পুবগা চেনখিবদি ওইবোইকো? ষ্টেসনগী মনুংদা চংদুনা মাবু থিরমই। কুলী অমদা হংলমই। মমিংদি হংজোরমদরে, করিদি ভাক-লক্কনি? মতম অসিমক্তদা গাড়ীনা ছুইশেল থোংলরমই। খঙলে জমা-দারনা নমথাক তৌরনলে। টিকেট লৌদনা গাড়ীদা অদুম কাখংলে।

গাড়ী তোংলবদা রমা মশাগী ফিভম খল্লকপদা কপ্পিংলমই। আহ! খঙদেদা, লাইবক্তা অমুক হল্লকপা ভমলিগদরা! মুংঙাইবগী মতম কদাইদা ফংগনি? মতম অসিদি চৎখরে, মতম লৈবখিবিক্তা। মক্তো অদুনা

তৌদুনা তাইবং অমদি খুৎনাইদগী মমাই লোন্তুনা মহাক নোংমদি শিগনি। মহাক্না শিবদা কনামত্তা পি তাবিনিংত্তাই লৈরোই। ইমুং-মনুংসু কপ-লাওরমলগা ভুমিন লৈখিগনি। সুপ্পগী থজিক চিংনরম্বা মরম্না মাগী ফিভম অসি য়োবা ওইখিরবনি। মহাক্না হায়া জালপাদা মশাগী অশেংবা থৌদোক অসি হায়দোকলমলবদি ওসি মমাই মক্না করিগী চেনগদৌরিবা; অদুবু হায়গনি করমনা, মহাক মশাবু লাইবকথিবনি থনখিরোইদরা।

হৌজিক গাড়ী থাবা মিনিট ত্তবাসু ফারমদরি, মতম অদুদা গাড়ীগী থোক্ত হাংদোক্লমই। অদুগা টিকেট বাবু মনুংদা চংলমই। টিকেট বাবুনা মনাক অসুম অসুম নকশিল্লকগা মাগী নিংদোন চোংবা হেক্লমই। চেন্দুনা হিংবা য়াবা নত্তেদো।

টিকেট বাবুনা হংলক্লমই - অদোমগী টিকেট ?

রমানা থরা চেকশিন্না হায়রকই—ঐগী টিকেটতি কুংৌশিংগী জমা-দারদা লৈহৌরে।

টিকেট বাবু থাজরমদে, হায়রকই—ঐনাক করিনত্তা থাজদে। কদাইদা চংলিবনো ?

রমা—লম থরা থাপই, কলকত্তা ফাওবা চংকদবনি।

টিকেট বাবু—মথংগী ষ্টেসন্দা টিকেট লৌবিয়ু।

রমানা নোক্লুক্না হায়রকই—সাহেব, অদোমদা করি অমুক থুম্নুবগনি। ঐত্তোন্দা শেল অমত্তা য়াওদরে। অদোমনা মতিক চাই হায়না থনবা অদু তৌবিয়ু য়াগনি।

টিকেট বাবু—করি তৌবা ত্তমগনি বাবু সাহেব, ঐহাক নিয়মগী মথা পোনবনি।

ইথং-থংহৌদনা মনাক্ত ফমলিবা অহল অমনা হংলকলমই। কলক-তাদগী মফম কদাইদা চংকদৌরিবনো বাবু ?

রমানা থক্লমই—চাওথত্তবা অসিনা ঐবু অমুক লক্লবি, শাওদুনা হায়-রকই—নহাক কৈদৌগে হায়রগে, ঐনা মফম অমদা চংলবসু।

অহল অদুনা হায়রিবা উশিত্তবা অদু থওইদনা তাশিন্নদনা হায়রকই—ঐগু মফম অদুদা চংলিবনি।

অমুক তপ্না হায়রকই—চংনবা শেল ঐত্তোনদগী লৌ, মফম অদু ঐদনা শিবা য়াগনি।

হৌহিক রমানা মঙোয়োমদা মুম্না য়েংলম্মী। মহাক্না অমুকা হায়রকই—অদোমবু হাওত্রাদা কুমগদৌরিবরা নত্রগা অতৈ মফমদা কুমগদৌরিবরা ?

রমানা তৌবি-লগী অরাবনা নল্লহুনা হায়রকই—ইতোনবু, ঐহাক অসিরাইদা হেক্তা কুমলগনি। শেলগী থোরাং তৌরগা অমুক লাকনি।

অহল নহাক শেল কয়ামনা পামই, হায়দু চৎমিন্নরিবনি য়োরগা পিবা য়াগনি। ঐগী লুপা মঙা-তরা লৌরগা চেনখিগদবা নত্তেদনা ? ইবুংঙো বাবুগী শক্লাইনা কদাইদা ?

রমা - প্রয়াগ অসিদনি।

অহল অহুনা ভক্তিগী বাথলগা লোয়মনা হায়রকই - লাইবক কবনিদা প্রয়াগ। প্রয়াগতগীনি হায়বা, ঐহাকসু ত্রিবেনী স্নান তৌরগা লাক্লিবনি। অশেংবমক লাইবৈবাকনি। শেল কয়াম লৌথোক্লকউ হায়বা ? লুপা তরানা য়াগনিকো ?

রমানা মকোক নোল্লহুনা হায়রকই—হোই, মহুক্স য়ামনথরবনি।

টিকেট বাবুদা প্রারা পিথরবা মতুংদা রমানা থল্লমই। অহল অসি কয়াদা চমথুবা, কয়াদা মীগী ফনলবা থল্লিবা, কয়াদা মশাদা লোনম লোথুপ, নাপল য়াওখিরব। গাড়ী তোংলবা মীশংনা অহল অহুবু নোক্লকপগী মিৎয়েংনা য়েংলমই।

রমানা হল্লুবা অহুগী বাঙাংদগী থঙলমই মহুদি জাতিগী থতিকনি, কলকতাদা মাগী মনা-মাশংগী ফুকান লৈ। হৌরকফমদি লিহায়দগীনি অহুবু চহি নিফুদগী কলকতাদা থবক ইংথাং তৌহুনা লাক্লি। মমিংনা দেবীদীন কোই, মতম কুইনদগী তীর্থ যাত্রা তৌনিংলমই। বদ্রীনাথকী য়োক্লরগা হল্লকলমই।

রমা—কলকতাদা অঙাং-লুবী লৈহৌবা নত্রা ?

দেবীদীন কংনোক নোক্লুনা হায়বকই—ইচামচৌদি লোইনা লৌশিনথরে। ইচা মুপা মরি চং চং লাওনা লৈরম্মী। অনি অমদি মমুম পানথরবনি। লোইনা মহনফমদা হনথরে।

মসি হায়রগা মহাক নোকলমই অহুগা ঙহাক লৈবগা হায়রকই - হল্লুবী হৌজিক হিংলি। য়েংবা হাযবহুনি ঐখোয় অনিগী মরক্তা কনানা হানখিবগে হায়বদো। ঐখোয় অনিমকতম্ন হায়নরিবনি, মানা হানগে হায়রা,

ঐমা হায়—ঐ হানলমগে হায়না। ময়েংসি কনানা হায়না লৌশিনবগে হায়বদো। ঙমলবদি নঙোন্দা উবকে মতু য়েংউ। কলকত্তাগী কদাইবাইদা নৈ ?

রমা—হৌজিক্তা চংলিবসিনি। থবক-ইংথাং তান চাবা য়েংবা হায়বহুনি।

দেবী—অতু ওইরবদি ঐগী য়ুমদা লৈয়ু হঙোইগ্রবদি, কোঠি অনিনি, মমাংদা দালান লৈ, অমনা মথক্তনি। কোঠি অমা নঙোন্দা পিগনি। চহি য়াংথৈ গুরে, য়ুমদগী চেম্নক্তনা হাওরাদা লাকপা, মতম অতুগী সুংঙাইবস্ন উরে, অরাবস্ন থেংনরে। হৌজিক্তি লাইদা লৌশিনবিরো হায়জরবনি। নৈরিবা ঐগী হতুবীতু শিদয়াই নাদয়াই ওইয়ু হায়বদি য়াবা নাত্তে। নৈরিবা তুকান লনশিং কনানা ওইজৌগদৌরিবা !

মসি হায়তুনা দেবীদীন বা ঙাংবা লেপলমই। মহাক অমুক য়ায়া নোকল্লি, হরাওগললমই, মতু উবদা রমা ঙকলমই—বা অসুম অসুম ঙাংবদা হেকতা নোকলমই। ময়ামনা কপনিংঙাই ওইবা বাদো মঙোন্দা নোকনিংলমই।

সুমিৎ হুমনিদগী রমা তুস্বা-চাবা নিংথিনা ফংলমদে। সুমিৎ চুপ্পা শেলগীদমকতা কোইচেন চেন্নমই, অহিংচুপ্পা বাথল তুরৈ-চন্না নৈরমই। মতম অসিদা বারী শান-শানা মহাক উইরমই। মঙক লুকথরতুনা থপচিংচিংলমই। দেবীদীনা থুনা মশাগী ফিয়োম থোকলমই, মতুদগী দরী অমা লৌথোকলমই। অতুগা উপাক অতুদা তিংথোকলতুনা হায়রকই—লাও ইবুংঙো, মসিদা হিপলোলাও, ঐহাক অমুক ফমগে।

রমা হিপথরে। দেবীদীন মাবু হন্না হন্না সুংশিবনা থল্লবা মিংফমলা য়েংলমই। লংথৈফদগী মাগী মচানুপা হল্লকপগুম য়েংলমই।

* * * * *

রমানা দালান্দগী কুমথরকপা মতম অদুদ, জালপাদ মহাক ময়ুমদগী চেনখিগনি হায়বসিগী থজিক চিংনবা পোক্লমদে। চেপাওদি মহাক্না পাহোরে, খোইদৌ শাওগংখিবন। চত্তুনা রমাবু চিন পেম্না চৈসিরা হায়বা হেক য়ৌরমই। ঐঙোন্দা অসিগুম্বা নমথাক লোনম! অদুবু মিৎকুপ অমগী মতুংদা মাগী বাখল ওল্লমই। মাগী অসিবু সরকারগী শেল লৌথোকতুনা তৌরিবা ওইরিগদরা। রতনাদগী লৌবা শেল, সনা শাবদা পিরমল্লগনি। ছুমিৎ অদুদা রতনাদা পিননবগীদমক্তা মহাক্না সরকারগী শেল য়েপলক্লম্বগু য়াই। মসি থল্লবগা মহাক অয়ুক শাওনিংলমই। মহাক্না ঐবু অসুক য়াম্না করিগী মিরাইবিবনো? করিগী ঐবু নমহত্তুনা থমলিবনো? ঐহাক অসিবু তাইবংদা লাইর ইনাকখুনবা অনিমক লৈ হায়বসি খঙদে হায়না থল্লবরা! ঐবু মানা অসুক-দোননা থল্লবনিকো?

মহাক্না রমা মাগী কাদা লৈরমগনি চত্তুনা হংলুসিরা? করম্বা লিক পামবিবগে? মতম ফিঙমগী অকিদা থল্লবগা অশাওবগী মকমদা মাগী থম্মোইদা অকিবা, তুচুংবা ফাওরমই। মহাক য়াম্না থুনা মথাদা কুমথরকলমই। মহাক্না থাজরম্মী, মানু ঙায়তুনা শোইদনা লৈরমগনি। কাদা য়েংবদদি মহাক লৈরমদবে! সাইকল অদুম লৈবমই। থুনা থোংজিন্দা য়েংথোকলমই। লম্বী লমথাংদসু মাশ উবা যংদবে, কদাইদা চংখ্রবনো? হুপা মচা অনিম্ম লাইরিক ওম্বা কাখি। কনাবু থাগনি থিননবা, মাগী থম্মোইদা চিংনবা অমা য়েম্নিং হুল্লক্রমই। থুনা মথকলোমদা কাখংলমই। ওকশমদগী লিক অমতুং মখুৎকী খুৎজি থুনমক লৌথোক্তুনা রুমালদা পুনশিল্লমই, অদুদগী মথাদা কুমথরক্তুনা লম্বী তাম্না লাকতুনা শগোল-গাড়ী তোংলমই, হায়বকই—চুঙ্গী লোইশং তাম্না চংলু।

মহাক্না লম্বীগী নাকল য়েংলোমদা মুম্না য়েংলমই। অসুক থুনা কদাইদা চংকদৌরিবা? মহাক্না আফিসতা য়ৌরকপদদি পুং তরামাথোই তাখিরমই। কচহরীদা মশিং লাকঙমদনা মী কাঙুক-কারন চংলমই। কনাদবু হংগনি? মহাক্না কদাইদনু ফমলিবা। ইথং-খংহৌদনা চপ্রাসী

অমা উরমই। জালপানা মাবু কোল্লনা হংলমই—বা অমত্তা হংজগে অমুক্তা ঙাইবিথো। অমুক্তা রমা বাবু কৌবিরকউ।

চন্দ্রাসীনা হায়রকই—মাবু কৌবা চংলিবনি। বাবুনা কৌরুচো হায়-হুনা চংলিবনি। ইবেম্মু মথোয়গী য়ুমদগী লাকপিবা ওইরবরা ?

জালপা—হোই, ঐহাক য়ুমমক্তদগী লাকচরিবনি। হৌজিক ইকুই-কুইদনা য়ুমদগী থোকখিবদা মঙাইথি।

চন্দ্রাসী—মফম অসিদদি য়োরক্তে।

জালপা য়াম্না তৌফম থওদরে। মহাক অসিদম্ব লাক্তরে, লম্বীদম্ব থেংনদরে, অদু ওইরবদি কদাইদা চংখরে ? মহাক কপনিংলমই। মফম অসিদা হেডক্লার্ক নত্তনা কনামত্তা থওনবা লৈতে। মহাকম্বু কৈদৌঙৈদা বা ঙাংনা শানখিবা লৈতে তৌইগুম্বনুং মতম অসিদদি মাগী ইকাইবা হক্লোইবা মাংখিরমই। অকিবগী মমাংদা পুক্লিংগী বাখল পুম্নমক নমথরমই। চন্দ্রা-সীদা হায়রকই—হেডক্লার্কনা অমুক্তা হায়বিয়ু। য়ারেদা ঐহাক কেকত্তা চংলগে। মহাক্কা হেকত্তা বারী শারুরগে।

চন্দ্রাসী মমাই লৈদুনা কারোমদা চংলমই। জালপা মাগী মতুংদা চংলমই। হেডক্লার্ক পাও ফংবগা থ্নমক মপালদা থোকলকলমই।

জালপানা মথুংদা মথোং থাংজিল্লদুনা হায়রকই—ঙাকপিগনি তাই-বুংঙো, অদোমম্বু অয়াবা পকনং-নংলেদো। মহাক মিনিট তরামঙাবুক ফারে, য়ুমদগী থোকখিবা ঃ অসোমদা য়োয়ক-লাকলমত্রিবরা ?

রমেশ ইসে, ইবেম্মদি মিশেস রমানাথ ওইরে, য়োয়কলমদরি অসি-দদি।

জালপানা চন্দ্রাসীরোমদা যেংলহুনা হায়রকই—ঐহাক তামোগা বা অমতং তাম্নজবা পামজৈ।

রমেশ—তাম্নসিনে, মথুংদ ফমলমঙ্ক। ঐহাক লাকলগে কয়াম কুইনা লেপ্পুনা লৈখিগেগে ? ঐনা ঙকলিবনা মহাক কদাইদা চংখিরিবা ? মচি অমদা ফমহুনা শত্রংগা শাম্নরমগনি।

জালপা—নত্তে, তামো, ঐনা কিজরিবদি মহাক করিগুম্বা মফম অমদগা চংখ্রবা হায়বসিনি ? হৌজিক ইকুই-কুইদনা মহাক্কা চেপাও অমা ঐঙোম্বা পিরমই, (ফুরিংখাও হুমলহুনা) সে তামোসে, য়েংবিয়ু অসিনিসে চেপাও

অহু ! অদোমদনা মহাকপু লূনা তৌবিবনি । অদোমদদি মহাক্না করিগুম্বা অরোনবা বা অমত্তা থমলম্মোই । মহাক্না সরকারগী শেলগা লোথোক-লাকথিবরা ?

রমেশ—করিনো তৌরিবসিবো, ঐহু শঙবা ঙমদরে । ঙসি লুপা চহুম থমজিনগদবনি । নহালগী কারকপা শেল মহাক্না থমজিল্লমদরে । নোউ-নিনা ফুরিৎথাওদা হাপ্পুনা চৎপদগী কৈথেলদা মীনা শংহৌরগাল্লে । যুমদা শেলগা লৈহৌবরা ?

জালপানা চিংনহুনা হায়রকই - লুপা চহুমদা ওইরমাল্লে, ঐহাক হৌজিক পিজরগে ।

রমেশ মহাক্না যুমদা লাকনবদি ঙম্বা থারকউ ।

জালপা তাঙ্গাদা লোংলে । মহাক্না মাগী লিক কাইথোক্কে হায়না লেপল্লে । সনা শাঙ্কম যৌরগা মপ্পাক্লংদা গল্লমই, কনাগী কোনশংদা চৎ-সিনা ? শঙন-চাম্বনা নপ্রবদি নমৎকপা তৌগিগর হায়না কিজরমই । মচৈশংদা কোনশংদা অশঙ্গ ওইবা অমা উবগা মাগী চিনন অহু থাবা ফংরমই ।

জালপানা লিক অহু পুথোকলগা হায়রকই—মসি লৌবিবা ঙমগদবা ?

লিকয়োনবা অহুনা লিক অহু নশাদাং ওঙ্ঘ-ওঙ্ঘপা হায়রকই - ঐতোম্বা নৈশা মরিগী লেম্মোং ফংলবনিনা লৌহুনা যেংবা হায়রক্লনি । ইবেম্মগী পোৎসি ফত্তব নত্তে, থানশিন লাকশিনবস্থ থাঙদে ।

জালপা লৌগদবনা থক্কই, শেংকি-শেংদে হায়বা । অদোমনা লৌবিহৌগদবানিনা করি শেংলোইদবগে । যোনগদবা ওইবনিনা শেংগ্রবস্থ কাই-দেবো । কয়াদি পিবিবা ঙমগনি !

লিকয়োনবা ইবেম্মনা, হেক্তা হায়বিয়ু ।

সনা শাবনা লুপা চহুম যাংথৈ হায়বমই । অহুগা চামরি ফাওবা যৌরমই ।

জালপা মঙম থৎলিল্লকলমই, অহুনা শেল পায়হুনা হৌগংলমই । লিক অহু মহাক্না যাম্না পায়া লৈজবনি । অহুগী অশাম্বস্থ মত্তোম্ব অচাং ওইরিতৈদগী পোকলিবনি । ঙসি অহুগী মহুক্কগী মমল তংখাই তানা যোনথোকপদস্থ মহাক থজিক ফাওবা য়ুংঙাইংবা ওইরনদে । হেমহুম নাপালগী

মশক ওইরবা হুংঙাইবা থম্মোয়দা ফাওরমই। বাথল থম্নবা মহাক আফিসতা য়োরকলমই। রমেশ বাবুনা মাবু উবদা হায়রকই—করি তৌরে যুমদা লৈরমলবরা ?

জালপা—তামো হৌজিক ফাওবা অসিদা য়োরক্লিবরা ? ঐদি যুম য়োক্লদরে, মসি হায়দুনা মহাক্না নোট চবুল অমা রমেশ বাবুমোয়দা লান-শিল্লমই।

রমেশবাবুনা নোট অমা মশিং থিরদুনা হায়রকই—শেলদি চুমলে। মহাকনা হৌজিক ফাওবা কদাইদা চংখিবা, লাকলোইদবা লৈরগা চেপাও অমত্তং ইরকলবদি ফগদবা ! ঐদি যাম্না ৱারমলবনি, ইচল লাকপদগী য়াম্না তাল চারে ! নহাক্না ত্তান তাবসি উবদা য়াম্না হুংঙাইরে। মসি অফবা হুপীশিংগী লৈখোলনি।

জালপা অমুক তাঙ্গা তোংথত্তুনা চংলে। মহাক মশানা মশাবু থরা চাউজরবোই নিংজরমই। মশাদা মথল অমগী অঙকপা থোকনা ফাওরমই। মহাক্না মশা মথন্না নিংজরমই—হৌজিক্তি যুমদা মরাই লুক্না থাগদা তৌদুনা লৈরমগনি। হৌজিক্তি য়োরগা মাবু লক্কগনি। লক্কবা য়াবা লক্কগনি। লক্কবা য়াবা লক্করগা থোদোক অসি হায়দোক্লে। মহাকনা মমুম য়োকদদি রমানাথ ইহনমক মহক্লমদরে। মহাক দাপান মথক্তা কাথংলে, হুরকপা শেল অমা উপুদা হাপচিনলে, অদুগা হমাই হুমদুনা হকচিক লাংলমই। শায়নথিদনা হকচাং মৈদা লোবগা মান্নরমই, তৌইঙবদুং মনাদি থোং-লোমদা থাঙ্গত্তুনা লৈরমই।

য়াচংলকলে, অদু ফাওবদা রমা লাকলমদে। জালপা মিপাইবনা হায়নিংঙাই লৈতনা মিপাইরমই। কদাইদনু চংথরবনো ? নোংমতা আফিসতগী যুমদা চংলমদনা অতৈদা চংথোক্লতে। মরুপ-মপীজাগী মযুমদা চংথোকলুবা তাবরু হৌজিক মত্তমদদি হক্লকলিগনিনা ? মশাদা শেল থরা য়াওরমগদরা য়াওরিরোইদরা খঙদরে ? হুনিংচুপ্পসিবু কদাইদা লৈরমগদবনো খঙদে। মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা নিংঙমলমদে, কবিগীসু চিঠি হেক ফংবগা লিক অদু লোথোকতুনা পিহৌজ্রিবনো ? করি হুংগী ঙকচাননা লৈহৌরিবা ? অদুদগী শোইদনা ইকাইহনা লাক্কবা ওইরিনি। কদাইদা চংলগা কনাদা হংজুগদবনো তৌরিবসিবো ?

মৈ চুথৎনরবদগীদি মহাক অমুক হেন্না লৈবা ঙমদরে। য়ম্ভখোয়দবু হংলুসিন্না হায়না খল্লমই। মখোয়গী ময়ুমদা চৎলুবদদি ঙসিদি উবু উদে হায়রকলমই।

জালপানা পার্ক অমদি লমহাংশিং কোইথি থিরমই, মতম অমদা মখোয় অনি পুন্না চংমিন্নবা অদুবু পুং মাপল ভারকলবদা নিংবা কাইদুনা হল্লকলমই। ঙসাইমথৈদি মহাক কপ্পিংলবস্থু কপলমদে তৌইঙম্বহৈং ময়ুম য়োরক্ত্না খোং হেক থাংজিনবদদি লাক্তয়ে হায়বা খঙলে। মহাক নিংবা কাইদুনা মমিত্তগী মপি নাঙ্খিবা খঙহৌরমদে। করিগুম্বা মফম অমদা ফমলমলগনি হায়বা চিংনরম্বা অদু মরা চেৎলে। অদুবু নিংজিং-মাংজিংনবনা মাগী আশাবু য়োকখৎলমই মদুদি করিগুম্বদস্থু ঐগী তুংদা হল্লকলমলিগদরা? অদুগা অমুক চংথোকখিবস্থু য়াই। ফুক হৌগত্তুনা জাগেশ্বরীদা হংলমই— মহাক লাকলমবরা ইমা?

জাগেশ্বরী মচি অমদা ফমদুনা য়াবেম ঙাংদুনা লৈথোকলমগনি। চৎলে হুংশিংকুম্না, ফমলে হুংঙম্ব মীতানি। য়ুমদি য়ারেকফম্নি। পুং তরাদগী য়ুমদগী থোকখিবা হৌজিক্ক মহনজিল্লকপা য়ারেদনা। মীনা হুংশা থিরমগনি হায়বস্থু মথলবা ফৈ।

জালপা—মহাগ মথৈদি চৎকদৌবা লৈরবস্থু আফিসতগী য়ুমদা চংলমলগা চৎথোকই। ঙসিদি হৌজিক ফাওবা হল্লকপা লৈদ্রে। গোপী থাদুনা য়েংলমুগদরা খঙদবে।

জাগেশ্বরী—অঙাংনা মতম কাক্লা অসিদা কদাইদা থিনি হায়বগে? মখোয়না চৎপবু পালেফম খঙবা ঙম্বা? ঙহাক য়েংথো, চাক মথক্তা পুথংলো?

জালপা করিমক্তা থুমললমদে। আফিসকী থৌদোক মহাক্না মঙাল্দা হায়দোকলমদে। জাগেশ্বরীনা মপু তাববদি নিংশা থিগনি অমম্বং কপলাওবনা মতা অমা তৌরগনি। মহাক্না ফমুংদা হিপথরমক্ট অদুগা নোংদম থিবা মরাইবক্তা চৈদুনা কপলমক্ট। খল্লু-খল্লুরগা মাগী লাংতকনবা হেনলমই, মাগী থম্মোইদা চিংথং য়ুবগুমলমক্ট। অহিং অসি মরাকত্রবদি ফরি তৌগনি হায়না মঙল-মঙল খল্লমই। চৎথিবা মফমনা কদায়দনো মথঙত্রবদা থিগদৌবসি কনাদনো? মঙল-মঙল খল্লবগী মজুংদা মথক্তা মপুকনিংদা

থরমই মতুদি মসি পুন্নমক থোকলিবসি মানা তৌজমলনা ফংজিবনি। লিকী দমকতা মহাকনা মাগী নাকোং বাই চিলহনখিদে, মসি অচুম্বনি অত্তবু মহাকনা তশেংনদি সিরোই হায়খিবদি তৌখিদে তৌইগুম্বগুং লিক হুয়ান-খিবা মতুংদা মহাকনা মপুকনিং তয়াং-তশোইরমজ্রবদি শুসি থোকলিবসি থোকলমখিগদবা ?

জালপা মওন-মওন থন্দুনা বাখল অসিদা লুপ্তু্না লৈবসি, মতম কয়াম হৌখিবমো হায়বা শুমদে। অহিং চুপ্পা হৌখবে, চীংগুমলবা অহিং মিংকুপ অমমম, চহি অমমমগা মান্নবা লেনলমই।

*   *   *   *   *

(২৩)

চয়োল অমা হৌজিনখরে। রমা অসিদা চংখি হাযবসি স্তকখত্ত থত্তবা শুমলমদরে। কনানা অমা হায়, কনানা অমা হায়। রমেশ বাবু নোংমদা মশীং নাইদনা হংনা লাকলমই। মথক-মখল শয়া লৈনদমই। রমানাথ পুং তরামাথোই তাবা মতমদা লেলবে ষ্টেসনলোমদা চংখি লায়বা অসি তাবা ফংলমই। মুনশী দয়ানাথনা থনবদি রমা মপান্ত শিজরে, মসিনি। মনে-মকুনা মমৌদ, লোইনা তাইশিল্লমই। মাগী মরমদগী মচা মথবাই থাখি-বনি হায়বসি তশেংনা হায়রমই। মানা নাকোং বাই চিলহনবদগী তৌরিবনি, শরৈ ফত্তবীনি। অমুক্তা হংউবে লুপানা কনা থোকপগে হায়না? লুপানা থোকলিবা হৈগ্র্মনানা স্বোস্থ কোনদবমথৈ থোকপা অহুগী মহক্কা নোংম-কাংদনা চংপা কোইবা লেঞ্জবা কারগীনো জালপান্ কনামত্তনা শুংশিরমদে। কনাগুম্বা অমত্তনম্ন করিমত্তা বাহং-পাওক্রংলমদে। সুপ্পগী রমেশ বাবুদনা পাইরকী লৌশিং লৈদা, লৌশিং চাওই হায়তুনা থাগৎলমই তৌইগুম্বগুং মুনশী দয়ানাথকী মমিঙ্গা হায়বিবা, তৌনিবা অহুগী করিমত্তা মমল লৈরমদে। মৈ চুরমলগা ঈশিং পুহুনা চেনশিনবনদি মরাল লৈত্তবদি ওইরোই।

নোংমা হুমিৎ অমা দয়ানাথ কোর্টতগী কুমলকপদা মমাই মাইথোং লাংশিলহুনা লাক্লমই। অমরোমদা মাগী শকক্ষম্নপা হাম্না শক কয়া হুংশিদবা

পোমদা-হৈথানবা শকতমগা ওইবনে অতুগী মথক্তা মাইথোংনগা লাংশিন্‌-বনে মশক থোক ওন্নমই মতুদি অঙাং অমনম্ম মহাক মথবাই হুংঙাই-হুংঙাইতে হায়বসি ইরাই লায়না হায়বা ঙমলগনি।

জাগেশ্বরীনা হংলমই- হো মথোয় মপাবু কনাগা নিংঙাই-শাংদানবা য়াওয়বগে ?

দয়ানাথ করিস্নু তৌদেদা অতো, মীগী মীরা-মীশানা কোক শারে। হুংঙাইরে ইচা পোকপগী হুংঙাইবা অসিনিদনা। চংলু চংলুবদা মী থুদিংমকনা ফি মুনগে তায়রে। ঙরাংদি তশেংনা হায়রমলবনি, ঐহাক করিমক্তা থঙদে হায়না। ঐহাক মীগী মীরা-মীশা তাবা হৈবা নত্তে।

মতম অসিদা জালপা লাকলমই। রাহৈ অসি মহাকনা তাথিরমই। হুমিং তরেংনি অসিদা মাগী শকফম অম্মক থিনা ওনথিরমই, মতুদি শাথিনা শকফম কাযথিরমই। কপমনশিননা মমিং কাওবা পোয়ম্মী। মকুবোকী রাহৈ তারগা শাওমিংবনা লুতোল কাথিরম্মী। হায়রকই হোই, শাজীনা মীরা-মীশা তাগদোবশিং অদু তেক্তা থাজিনবিরকপা য়াগনি।

দয়ানাথনা অয়াকপা শানফমদা হায়রকই—করি ঙমগদৌরি মংক্তা ? শেল অঙাং নত্তে।

জালপা—মথোয়দগী লৌরবা লিকশিং অদু হৈরি, অমুক অনি শিন্নবদনি। মথোয় লাকলবদি এতোন্দা অতুম শাজিনবিরকপা যাগনি। ঐহাক মথোয়গী পোৎশিং অদু হন্দোকচশিগে।

মসি হায়রতুনা দালান্দা কাথংলমই, থুদক অতুদা য়ম্ম লাক্লমই, মহাক্তা মাবু কোনশিন্নতুনা হায়রকই -হৌজিক যাওবা পাউ-ই অমত্তা তাদরিবরা ইবেম্মা ?

হায়রিবা রাহৈশিংদা হুংশিন্দ-হুংশিনবা অমম্মং তৌবিমল উবপগী ঈথক হৌরকপঙমলমই। পোকশিন্নদবন্ন মহাক্তা মাগী কয়া মান্না রাথল থজিবা অতুগা মফম অসিদনা মশাগী মীমক্তনা, মাগী মনেম-মকুনা কয়াম য়েংশিল্লিবা।

মসিদনি ইমা-ইচাদগী উক্লানা কেল্লি হায়রিবনি। মমিঙা মপি শিন্নবতুনা হায়রকই -হৌজিক পাওবসি করিগ্ন তাদে ইচে ইবেম্মা।

রত্না—ফরে রাখল খাম্‌গম্‌। কোইথোকউসি হায়বগু করি তাববগে ?

জালপা—মতমসিদি থজিক চিন্নিদা। ইমুং-মচুংগী মীনগা ফত্তবনে, থবাইমা লানত্রিবা মথৈ ইংলরোই। কদাইদবু চৎলুসি হায়রিবনো ?

রত্না—যাম্না লাপকদবা নত্তেদা, অম্মম কৈথেলফাওবা চৎসিন্না হায়বনি।

জালপা—করি লৈরুসি হায়রিবনো ?

রত্ন—সন' শাফমদা লিক অম অনিদা যেংলুসি হায়বনি। নহাক্না অসিগুম্বা থুজিন্ন যেংনিংই।

জালপা—ঐগী অসি কয়াম ফজয়দনা। কৈথেলদা অসিগুম্বসিদগী হেম্না ফবা যাম্না লৈখ্রবনি।

রত্না—ঐদি নহাক্কী অসিগুম্বা পামই।

জালপা—অসিগুম্বদি লিংত্রবাদি ফংবা, বাগনি। অদুগা শাবনগু মতম চংই। যাম থ্রুনা পামলগনা ঐগী অসি লোয়রো। কোম্না অমুক শায়গে।

রত্নানা মথবাই মুংঙাইরদুনা হায়রকই—বা! নহাক্কী অদি লিংবদি ঐদি যাম্না মুংঙাইয়ে। করিনো নংনা চ্রো কায়বদু তৌগে। কয়া চংখি হায়বা, লুপা চাঙরুক চংখি হায়বা নত্রা ?

জালপা—হোই, চাঙরুক চংখিবনি, অদুবু থাবগা শিনদে। মসি যাম্না বানা শঙদুনা শাইনবনি। থা কয়, কোনশংদা শাদদুনা পৎজুরবনি। থাদি থাদোক্লিংদবনি। করা নংত্তে হায়দুনা ইচেগী মাই যেংদুনা পিয়বনি। জালপা থুংজি হঙ্কোকলদুনা রত্নাদা শিজিনবিরমই রত্নগী মাইথোংদা মথল অমগী চৌংলেম্বা ফাওরমই। মসি আত্মিক আনন্দা (থবাই হরাওবা) গী অয়োইবা ঊমথৈনি। তৌবিমলনা থম্বা থোনফমদা হায়রকই—নহাক্না পিম্নু হায়বদা পিগে হায়যু। অদুগা বা অমদি হায়গে, হৌজিক শেল লোইনা পিবা ঙম্লোই। লুপা চলিমুক কোম্না পিরকপগা যাম্না কায়বগত্রা ?

জালপানা থৌনাগা লোয়ননা হায়রকই—করিমত্তা কায়বা লৈতে, মুকপি-পিরক্ত্রবস্থ যাগনি।

রত্না—অদুগী বা নংত্তে, হৌজিক লুপা চামরিদা মঙাই। অসিদি থমলমলগে।

জালপানা থুংজি কাম্না উপু অদু পিগে হায়না পুথোরকপদা মাগী থম্মোই কাহংলমই। মাগী থুজেংদা থুংজি অসি উম্বগা রমানা কয়াদা

হয়াওজবা ! ঙসি মহাক লৈবা ওইরমলবদি অহুম্না মাগী মথুত্তগী পোৎ অসি চৎখিগনি ? ঙসিদগী মাগী মরাইবক্ত খুংজি শিবা তমলকখিগদরা তমলম-লোইদরা ?

মহাক্না মপি শিন্থখিদনবা কন্না থাংলম্‌ই অত্থু নাম্বখিবা থঙহৌরমদে ।

রত্নানা মাগী মপি উরগা হায়রকই হৌজিক্তি লৌখিয়ে ই, কোম্না লৌরগে ইনাও ।

জালপানা রতনারো দা উপু অত্থু লানশিন্দুনা হায়রকই করি তৌরে ঐগী শিন্থরকপা দী অসি উবনরা ? মসি ঐনা য়াম্না থরাই পামজনা শাজবনি । ইচে, নহাক য়েংবদগী পিরবনি । নঙোন্দা লৈবা ঐঙোন্দা লৈবা চপ মায়বনি । মসি কনা অমদা পিথোকপিগনু ইচে ইবেম্মা ।

রতনা—করিগী নীঙোন্দ পিরগনি ? ঐদি নহাক্ত খুদোল তৌরকপনি হায়না থনগনি । মতম কুইনগী ঐগী পুক্নিংগী অপাম্বা ঙসিদি মংথাওন রবনি । হয়েং থবক অরুবা চংথোক্কনবা লৈবরা ? নুমিদা রাই অহুম চৎ-থোকপকউ হায়বরা ?

জালপা—করিমত্ত চংথোক্কদবা লৈদে । ইচে ইবেম্ম, নহাক লাক্ত-লাক্তবা য়াদে । অহুম ঙহাক রাগী বাতাই শানিংবগী বাদনিদা । অরাবা থরম্ন মকাওগনিদে । পুক্নিং অসি ইরাং লাংই ।

রতনা হৌগত্ত্না চংলমই । জালপানা থুংজি হাপ্পা উপু অত্থু অতম মেজদা লৈবা উরতুনা হায়রকই - ইচে ইবেম্মা, করি তৌরে পুররোই হায়-রবরা ? অসিদা লৈরে উপু অম্ন ।

রতনা—পুগনি । কোম্না পুব-লোবা য়াইদা । ঐনা পিগদবা শেলম্ন বাৎলি ।

জালপা—ওম্বোকপা বাপ্ত চাংলি । ঐদি পুখিত্রবদি য়ারোইদবনি ।

রতনা মথাদা কুমথরমই । জালপা মথুত্তা থুংজি পায়তুনা লেপতুনা লৈরমই । ঙহাক লৈরবা মতুংদা জালপানা আলমারীদগী লুপা চামচা লৌথোকলমই অমসুং দযানাথকী মনাক্তা চত্তুনা হায়রকই—শেল হায়বত্থু লৈরে, নারায়নদাসকী মথুত্তা অমুক্তা য়োহনবিখো । অতৈ শেলম্ন পিজ-রকলগনি ।

থা অমা হৌথরে। প্রয়াগকী থবাইদগী হেন্না মমিং চৎপা চেকোংদা পাও অমা হাপলকই, মতুদা রমানাথ মুমদা হন্নকবগী বারোল হাপলমই, অদুগা মাগী লৈকম পিরকপা মী অদুবু নুপা চামজাগী মনা পিগনিঙ্ক হায়রমই। অদুবু হৌজিক কাওবা করিগুম্বা ঈ পাউ অমত্তা লাকলমদে। জালপা রাথলনা চাখিবনা মচেৎ মচেৎ তুমখিতুনা ময়াং কংত্রিক ক'শিনথরে। মাগী মতৌ য়েংবদা দয়'নাথপু মাবু নুংশিদবা ওমললমদরে। মমৈথংদা নোংমদি দীনদয়ালদা চিঠি অমা ইরমই, মতুদা জালপাবু মপামদা মতম শরা থম্নবা হায়জরমই। দীনদয়াল পাওসি ফংবদা মিপাইরতুনা চেক্কলমই। অদুবু জালপানা মপামদা চৎসি হায়বা মারমদে।

দয়ানাথ অমসুং জাগেশ্বরী অনিমা মাবু থেমলমই, অতু কাওদা মতাক রাবা লৈতরে। অদুদা দীনদয়ালনা শাওতুনা কায়বকই—মফম অসিদা নুমিৎচুপ্পা কপ-লাওতুনা লৈবদগীদি চৎপনা ফেন্না ফৎত্রা?

জালপা—মফম অতুদনা অতোপ্পা ওাইবং অময়া? মফম অতুদা লৈরগনা ঐগী ফিভম হেক ফরগদরা? অতুগা ঐহাক্না কপ্পবু করিগী কিক্ষপনি? নোকপা হৌনবা নোক্কে। হৌজিক কপ্পা হৌনবা কপ্পা তারেদনা। মহাক ফনা লাপ্পা চৎথ্ বক্ত ঐগা মতম লৈবখিবিক্তা ইশাগা লোয়নতুনা লৈ। মফম অসিদগী চৎলগা ঐহাক নিংবা কায়তুনা তাংক্করগনি।

দীনদয়ালনা থওলে, নাপল চাওবী, হুংগনবী, ওইন-চাওবী অসি হায়ন-তানবা থক মাররোই, মরম অতুনা মহাক হৌগৎতুনা চৎথবে। নুমিদাং চৎলমদাইদা মহাক্না নুপা যাংথৈগী নোট জালপাদা পিরতুনা হায়রকই—ইবেম্মা, থমজিনলুসে মসি কাম্নবা লাক্কনি।

জালপানা মকোক হাইরতুনা হায়রকই—য়াগনি পিরমত্রবসু পাবুং, ঐনা পামজবা হায়ববু নুংঙাই-য়াইফবা পিনবিবা, মতুনা মচাগী য়াইফবা ওইবা য়াই।

দীনদয়ালগী মমিৎতা মপি শিন্থবকললমই। নোট ফমুংদা থমলমলগা অন্নম মপান থোকখিরমই।

* * * * *

রমানাথ কলকত্তাদ লাকপা থা অনি হেনজিল্লে। মহাক হৌজিক ফাওবা দেবীদীনগী ময়ুমদা অতুম লৈবমই। মহাক মতম খুদিংদা শেল কবম্না ফংগনি হায়বসিদা ভাওতুনা লৈবমই। মথল মথলগী আশাদা তাও-তুনা লৈরমই। বাখল থনবনা হুংবংনবমই। মহাক য়ুমদগী থোংকাপ অমা ফাওবা কাপ্পোকলমদে, হোই, মগী মমশিল্লকপা মতমদা নোংমগী অমুক-তংদা লোইদনা মফমদুগী কোর্ট (ক্লব) তা চংলমই। চৎপগী মরম অমনা অথাপ্পগী ঙং-পা ডাশিং মহাক খোইবাংলমই। মহাক্না দয়ানাথনা হাপলকপা পাউজেল অদু ভবে অদুগু মহাক থাজবা ওমলমদে। কনানা খঙগনি, পুলিসনা হাং তৌদুনা মহাকপু ফানবা লাং থাকপা ওইবিগদবা?

লোংমা হুনিং অমা চেফোং অদুদা জালপানা হাপলকপা চিঠি অমা উবে। জালপানা লোল্ল কপা বাহৈনা মহাকপু য়ুমদা হল্লকুবা য়াম্না কন্না হায়কলমই। মহাক্না হায়মই "নহাকনা তৌগদবা থৌদাং মফম অসিদা কাম্নক্না লৈতে। নহাকপু কনানঙ্গু কাপ হায়রোই।" রমাগী পুক্নিং ইবাং লাংলমই লৈতুগুম্লং থুনমক বাখল লাকলমই—মসিগু পুলিসনা শিনবা খুজিল ওইবিনে। জালপানা চিঠি অসি হায়বনি হায়বগী কবি খুদম লৈ? অদুগা য়াংসি হায়ুং মন্দুংনা শেল অদু শিংদোকখবে, অদু ওইরবস্থু মতা' অসিদগু মাগী মংদে অথিবা শন্দোক্লমগনি, মীনা থিনা ভাংনবম-গনি পুলিসনা পাং পিরমগনি। মহাক্না চপ য়ুংনা লেপ্লমই মদুদা 'ঐহাক হুকচং চেলানাকই' হায়দুবদা খুঙ শুপা ভিশিং মতা অমা, কবি অম হেক পায়দ্রিমহৈগ য়ুমদা শনবগী ব নিংশিংলুবা য়াবা নতে।

দেবীদীনগী য়ুম কা অনি কাখল নাইনা শাবমই, মমাংদা মাঙ্গোল মচি অমম্ভু তাবমই। মচি অদুদা দুকান ফমলমই। কা অমদা চাক থোংলমই। অনিশুবা অদুদন কোপ লিক থমলমই। মথক্তগী কা অমা লৈবমই অদুগা মদুগা শম্না মথক কুপ্পুবা ইহাং হাংবা পিকতক তৌবা কা অমম্থু। বমা হায়বিবা শরুক অসিদা লৈবমই। দেবীদীনগী লৈনবা, ভিপ্পবা কনিগুম্বা অথম্মবা কা অমত্তা লৈবমদে। অহিংদগু দুকান অসিদা য়ারেকফম ওইবমই, দেবীদীনগী থবক তৌফম, হিদাক থকফম অমদি তুমিংচুপ্পা বারেম ভাংফম

অসিদা ওই মই। ভুকানগী পোং মথোক মশিং অমদি পোং তিকপা, খোংপা হল্লবা অসিনা তৌবমই। দেবীদীন হিন্দী খবা খঙলমই। ফম্ব-খম্ব বামায়ন তোত মৈনা, রামায়ন পাদমই। বমানা লাকপদগীদি অহল ই লিস তমনিংবগী অপাম্ব পোকলই। অদুবু হনুবী জাগোনা বমানা লম খোংচিল্লকপসি উবদা ভুংঙাইরমদে অদুন মাবু শেনক থুম্বা (মুনীম) হাপনিল্লে অদুদা থবক থবা অসিগীদমক্তা মী থম্ব পামলমদে, অবেম্বনি খল্লমই। অসিগুম্বা থবক অসিদি মহাক্তা পোং লৈবা লাক্লবা অদুদা হেক্তা লোইল্লমই। বমানা য়ুমসদা লৈবসি মহাক পামলমদে অদুবু বমাগী পুক-চেল ফজবা, মী খোনবা অমদি লোল্ল কপা, ধর্ম লৈবসিদা মহাক য়ানিংদ্রবম্ব করিমত্তা হায়বা ভমলমদে। তোই, অতোপ্পদা পাউবোং-পাম্বে ওইনা মচেক্তা ময়ান থম্মোযগী ফজবা চমন লৌগোক্লমদে। বমনা মশাবু বামোম্বি হায়-রমই অদুনা মহাক মচু চাক্তা চংলমই। বামোন অমদি ধর্ম লেবা শাজনা মহাক্তা মংশায় অনিগী থাজননবা লংদাই ওইবদি যাদনা।

নোংমা সুমিৎ অমা বমানাথ শাহিরিক লোইশংদা ফমদুনা চেকোং পাদুনা লৈরিবৈদা মহাক্তা রতনাবু উরমই। মহাকনা অপুন থনবদা মহাক কনাগুম্বা অমা থিবা মাল্লমই। মী কুনমুক ফমদুনা শাইরক অমদি চেযোং পারমই। রমাগী নিংদোল থক থক চোংলমই। মহাক বতনা উহন্দনা মকোক লুকথরদুনা মফম অদুদগী খোক্লমই অমসুং অমম্ব মফম অদুদা উপু, চোকী অতেক-অকায়বনা চংবা পোবিবা মফম অদোমদা লোন্দুনা লোঙ্নুনা লৈরমই। অদুবু রতনাগা উনানংবা অমদি য়ুমগী পাউ হংনিংবনা মাগী থম্মোয় লাংতক্লরমই তোংগুম্বসুং ইকাইবনা মমাংদা থোকপা ভমলমদে। আ! বা কয়া হংগদবা লৈরিবা? অদুগা খরাইংগী মরু শইবা অমনা জ্বালপানা মাবু শোনবরা শোন্দবরা খঙনিংবনা তন তন লাওরমই। মানা তৌরমলিবা মতৌসিদা চাকচুনা কপতি-কপরেরো? মাগী কা হেনবা ভুংশিহৈতবা মওংসিদা অরাবদি ফোংদোক-লাকরেকো? মহাক হল্লবা মিংয়েংদা য়েং-লাকতেকে? অতৈ ইমুংগী মীশিংনা মাবু কবমনা শোন-লিবা? য়ুমদগা পুলিস লাক্লম্বরা! ফাগে হায়না থিরম্ববা? অসিগুম্বা বা কয়া খঙনিংবনা মহাক লাংতক্লরমই অদুবু কবমনা মায় উংকনি? মহাক কুক্লপ-কুক্লপ য়েংদুনা লৈরমই। রতনানা চংখ্রবদা পাউম্ব থোকথরে। মতম অদুদা মহাক নেংহেক তারমই।

মতৌ অসুম্বা থা অনি অমুক হৌখবে। পোইন্নুগী থা ওইরমই। রমাগী মনাকতা নিংথম থাগী ফি অমত্তা লৈবমদে। ময়ুমদগীন্থু মহাক্কা করিগুম্বা পোৎ অমত্তম্থু পুরকলমদে, মফম অসিদন্থু করিগুম্বা ফি অমত্তা ভুবা-লৈবা ঙমলমদে। হৌজিক ফাওবদি মহাক ফৈজোম্বা ফৈজুপ ওইনা অহিং লেপ্লমই তৌইগুম্বগুং পোইন্নুগী ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিনবা মতমসিদদি কাম্থ অমদি কম্বল নংংনদি কবমন লেনগনি? অযোনদি 'তাবদা অহিং-অহিং চুপ্পা থুকউ য়ুম শাপ্পনা লৈবমই। য়ামনা ঈংদ-ঈংলগন' মোনপাকফিদক হৌগৎ-তুনা শুপালমই। দেবীগীম্বা মংত্তান্দা অমনবা দবী অমা থানবা পিরমই। হায়রিবসি মাগী ময়ুমদা থম্বাইদগী হেন্ন লেন ওইববা মোনপাকফিদক ওই-বম্বা যাই। অসিগুম্বা মীওইশিংসি লুপা লিশিং ওবাগী সন' যাল্লবন্থু লুহোং-খোংদোংবদা লুপা লিশিং ওবা-কুন ভিংথোক্লবন্থু ফমুং-ফান্নু'দাদি সেগাই-তুগাইবা ঙাক্ত থাগাম্বি।

লোংমগী চুমিং অনা মহাক্কা লাইরিক পাংমম্মংদা চৎপদা মহাক্কা য়ুম অমগী মনাকতা লাইনবা মীয়াম অমা উম্বা উবে! মহাক্কা থম্লমই কাবনো লৌবিবাসবো, কবিগা মী অসুক যামনা ফিবিলিব! মীয়াম মরকতা চৎলু-বদদি সেংগাতুনা কম্বল মযাম লেম্বা যেনবা ওইরমগদ। য়েম্লিবা কম্বল অদু যামনা যৎতবা ফাকপা ওইরমই। অপাবা অমসুং অয়াংবা লোইগুম্বসুং মী অমগী মথকতা লাই অমা লোম্লরমই। বমাসু মপুক্কাংদা কম্বল অমা লৌনিংবা পোকরমই। মনম অসিদা নৈবু কনানা থজবিগনি? মফম অসিদা মাগী লুপাগী খোনা অদু লোংগংলমই—অমুক পন্দনা মফম অদুদা চৎলমই। মাগী মনাহবকতা লিল্লিনা চন্দন অদু টবদা মুনীমজীনা মাংদি বামোম্বি হান্না অক্লপ... বাংথোকপিদবা দান লোবগী পুম্বা অমনি অদুনা হনখিবা মথুৎ অদু হৈবদা বমাংদা হাননকই পশিংডী, কদোমদা লেংলে, কম্বল অসি পায়াবাগা। বমা ইকাইবনা লৌরুকপা চংলিংলমই। মাগী মচন্দগী বাহৈ অসিথক থোকলমক—যাগানি ঐহাক লৌদ্রবসু, মাসি হায়বগা মহাক থবা অমুক চৎলমই। মুনীমনা থম্লকই, কম্বল মথোং চান-বসিদা চৎলিমানে। অসিগুম্বা ইকাই খুবো মীওই মপুম্পিদা থেংনজ্রমানে মহাকনা তম্বা চেনশিন্দুনা মথুং তাপ পায়দুনা হায়রকই—লেংশিনবিরকথো, আণ্ডা! অদোমগীদমকতা য়ামনা ফবা কম্বল অথম্বনা থমজারি। মুনীমনা

মাবু চিংশিন্দুনা ভাংবল মণক্তা ফমহল্লমক্ত অতুগা য়াম্না ফজরবা দবীজগী কম্বল অমা কৎলমই। রমানা নোনজবা উবদা মহাক্না লুপা মঙাগম্ন দক্ষিনা কৎপা পামলমই তৌইগুম্বম্নং রমানা মতু লৌ হাযবা পং হেক তৎপমথৈ য়ারমদে মপোক লাংঙন কযামুক্তগী শানশিল্লক্লবা ঈজৎ, কম্বল অমা ফংবদা পৌরমই। দক্ষিনাগীদমকতা খুং চিংথোকপা মাগীদমকতা ওই-থোকলমদে।

মুনীমন ঙকশতুনা হায়বকই-কংচনিবা শনদি লৎনবিববদি সেক্সী য়ামনমক লুংঙাইহৌববোই।

রমানা নিংবা কাযবতুনা হায়লকই-কম্বল যংক্ত ব সিস্থ মমল য়াম-থবনি। বাবৌবিব গাদে দক্ষিনাদি লৌজববোই।

থাগৎনিংঙাইনি আক্তাগুম্বা উদবি। বামোনগী নম্ম ঙাকলিবসিদি আক্তাগুম্বা লৈবমনি। ঙহাক্নংবু লেংশিনাবিবকখো সেংজীস্থ লেংলক্লগানি। বামোনশিংবু য়ামনা লুনা নিংবা মীতানি। ত্রিকাল (মতম অহুম্নকতা) লাই খুরুমলিবনি। মুমিদাংগী পুং অহুম শাবদা গঙ্গা মপালদা চৎথিবনি। অতুগা হল্লক্লগা পুজা তৌবিবনি। পুং তরা তাবদা ভাগবত পারিবনি। পুং অহুম তাবদা পুজা তৌরিবনি। পুং মাপল শাবদা ঠাকুর দ্বাবদা কীর্তন শাবা চৎজিবনি অতুগা অমুক লাই খুরুম্নগা জুক তৌবিবনি। লেংলক্লগনি পক্কই কুইররোই। ঙহাক লেংশিনাবিববদি য়ামনা নুংঙাইরগনিদা।

রমানা নোংমা নুমিৎ অমা লাক্কে হাযবমাগা মচানদগী নাম্থাকলমক্ত।

দেবীদাম্না কম্বল চবদা হংলমক্ত—সেঠ কবোজীমলগী মনাকতা যোক-বেদনা আত্তাম্র!

রমানা হংলমই—কনানো সেঠ কবোজীমল হায়বু

"হেরা! চেক্কী য়ুম অঙাংবদা লৈবতুনিদা।

বমা করিগুম্বা অমত্তা হাযবমদে অতুবু হাযবকই—হোই, মুনীমনা কম্না হেকতা মফাথবে। চেনবা লাকপা য়ানিদবে। যামন ধর্ম্ম লৈবা মী মাল্লি।

দেবীদাম্না মোমোন নোকতুনা হাযবকই- যামনা ধর্ম্ম লৈব! মহাক্না ঙাকলো য়াবগী মালেম অসি লৈখা তাদ্রিবনি অদু নত্রবদি নহালনা মাংলম-লগদবনি।

রমা—থবক্তি ধর্ম্ম লৈবশিংগী মতৌগুম্না তৌইদা। সুমিৎচুম্না পূজা-পাঠ অমদি দানব্রতদা তৌহুনা লৈ। মাবু ধর্ম্ম লৈবা হায়দনদি করি হায়না হায়গনি?

দেবীদীন—মাবু পাপী হায়গদবনি। মহা পাপী। থৌজালদি মহাকী মনাক্তা শমনা অমফাওব, নক্লক্লবা যাবা নত্তে। মাগী লিমোনগী মিল অমা লৈ। শিন্মীশিংদা অস্তুক ভমথীবা উৎপা অস্তুম্না অতৈ মিল অমদা তৌবম-লোই। মীশিংবু হণ্টবনা ফুই, হণ্টবনা। যীদা থাউ য়ানশিন্দুনা লুপা লাক্ষ কয়া তানগনি। শিন্মী অমত্তনা মিৎকুপ অমত্তং থেংনা লাকপদা খুদক্তা ভলব ককলিবনি! অত্তুনা চহিদা লুপা লিশিং অনি, মবি দান তৌদ্রবদি পাপকী শেল কবয়া তুমগনি?

অয়ুক থাকলম্বা ভল চাত্তুনা বমান কম্বল শুপ্তুনা হিপথবদদি মহাক সুংভাইত্তবনা তুম্বা যাবমদে। শেঙা-থুমজা তৌত্তুনা মহাকনা লুপা লিশিং কয়া হাইহৎলমই অত্তুবু মত্তুগীদমক্তা মহাক থজিক ফাওবা সুংঙাইবা তৌ-বমদে। শেল চাবা মনৌশিংনা মপাঙ্গল ফংবনি। দান তৌবা হায়বসিদি লুপা থোক্তুন, থবক তৌনিংদবা অমদি মী ফত্তবশিংগী হৌফমনি। অস্তুম্না শস্তুমই—ঐহাক ভৌজিক কযাদা তোনণ্ত্রবা, শেংন চানবগী ফাওবা ঐহাক দান লোবেকো। দেবীদীনগী মযুমদা থা অনি চুপ্না লৈবকলবনিকো। অত্তুবু দেবীদীম্না ঐবু চাকনিবা অমা নত্তে, থুংলবা মী অমা ওইনা খজি।

রমানা খল্লমই, হয়েংদি চিংনবা লৈতনা থবক থিবা চৎলগে। থোক-লবা য়েংবা হায়বত্তুনি।

* * * * *

## (২৬)

বমা হৌগত্তুনা ভৌজিক্তা মমাই-সমিৎ ভারগা ফমথবদা মঙাইরমই, মত্তম অপ্পদা দেবীদীন মপী লাইবিক পায়ত্তুনা লাকলমই অত্তুগা হায়রকই—ইবুংঙো! নখোয়গী ইংগ্রেজী হাযবসি য়াম্না লুংরে। এস, আই, আব 'সাব' ওইববদি পি, আই, টিনা 'পিট' কবিগী ওইদরি? বি, য়ু, টি-না

'বট' ওইরগা পি, যু, টি-না 'পুট' করিগী ওইদবি ? নহাকস্থ মসি শোইদনা লুনা থোকলমগনি ?

রমানা মোমোন নোক্‌না হায়বকই—অহানবদদি লুনা থোকলমই অহুবু হৌজিক্তি য়াম্না লায়না থোকলে।

দেবী—প্রাইমব হায়বা লাইবিক অসি হৈবা মতমদা মহাবীবদা ( হনু-মান ) লড্ড় সেয় অমা কৎকে।

পয়াই "মব হায়বদি মীগী মুপী শিসনু। ঐদি হায়বিদসিনি, মীগী শিগদৌবা শরুকপুদি ঐগী শিসনু। মীগী মুপী শিবগা ঐঙোন্দা কবি মুং-ঙাইগনি ? নহাক্কী মুপী-অঙাংদি লৈবেদনা ইবুংঙো ?"

রমানা ইতিং-তিংনা হায়বকই—লৈজরে অতুন্ লৈতবগা চপ মান্নরে, লৈবে হায়বা তারে।

'চিঠিগা থক থাবকত্তবরা ?'

'থারক্করে !'

"নহাক্তস্থ ইদেদনা ? হোইনে, থা অহুম শুরবিগনি, অসি থাওবদা চিঠি অমত্তা ইদেদনা ?"

"মক্কম অসিগী অবেম্বা লৈফম থঙদনদি কবম্না চিঠি ইগনি ?"

'হে ইবুংঙো পুকফবা। কৈদৌবগে ঐহাক অসিদা শোইদ ঙামদনা য়োবে। অনা-অযেক যাওদনা লৈরে হাযনা ইথিবদি য়াইদনা। য়ুমদগী চেন্নকতুনা লাকপনি। মশোয় কয়াম যাম্না বাবমগনি, নিংজি-মাংজিংনা লৈরমগনি। থন্দুনা য়েংউ, কযাম মুংশা থিরমগদগে হায়বত্তু ! ইমা-পাজীদি ঙনা লৈরিদনা ?

'হোই, তেকত-কাযদনা লৈবি।'

দেবীদীম্না থেমজুনা নৌজুনা হায়রকই—অতু ওইরবদি ইবুংঙো ! ঙসি-মক চে-পাও অমা ইজুনা থাথে। রমা হৌজিক ফাওবদা মশাগী যিভম অসি লোক্‌না লৈরম্মী। মাগী পুক্রিংদা কগাবক হম্না দেবীদীনদা হায়-দোকনিংবা পোকলম্মী, তৌইগুম্বঙং বা চিনবাল লাওবা য়োরকলগা লেপ-থিরম্মী। দেবীদীনগী মচিন্দগী অক যত্তা পাওতাক কযা তাবা পামলম্মী। কবি হায়রকপগে হায়বম্ন থঙনিংলমমই। মতম অসিদা দেবীদীম্না লুনা

তৌবনা মাবু খুত্থম চনখিরম্মী, হায়বকই—ঐহাক যুম তাকলমদনা চেক্সক-পনি ইতোন !

দেবীদীম্না মোমোন নোক্ক্না হায়বকই - নহালনা খঙলবনি ঐদি মত্থদি। নহাকপু পোকপা অহলগা থংনত্থনা চেক্লক্লিবরা ?

'নত্তেদা।'

'নমানা কবিগুম্বা খবা হাযবমগনি ?'

'মত্থম্ব নাত্তেদা।'

'অদু ওইববদি যুমগী মোগা নিংঙাই থানবমগনি। মৌনা হায়রমগনি—তোংতান চাসি, নহাক্কা হাযবমগনি, ঐহাক্কি ইমা পাবগা থানবা ঙমখিরোই নত্রগা সনা লূপা শিগে চাগে হায়না তৌইনা হাযবমগনি। শোইদনা তুম্বা চাবা শঙদনা নিংঙাই তৌবমনি চুমদরনে।'

বমানা ইকাইত্থনা হাযবকই হোই, অত্থগুম্বা খবা থোক্লে ইতোন ! মহাক্কি সনাদি অত্থক যাম্না পাম্বদি নত্তেদা অত্থগা শাবিরবদি যাম্না হরাওজৈ অত্থগা ঐহাক্কা মুংশিবগী ঈথকতা তুংমাং য়েংলমদে।

দেবীদীনগী মচিন্দগী চিনলাংথলাংনা হাযদোকখিবমই—সরকারগী শেলদি মবম চাদনা শিজিন্নরুবরা ?

বমাগী তু থ্যাঙ্ চুংলমই। নিংদোন চোংলমই, সরকারগী শেলগী বাফমসিদি মহাক্ক মতোন্দা লোংপা পামলমই। মহাক্কী শকফম থোক হনজল্লমই। নহাক ইথং-থংহৌদনা কাব পাউথুম পিসিগে হায়বসি লেপ্পা ঙমলমদে।

দেবীদীম্না মাগা মপুক্লিংগী মগুং খঙলত্থনা হাযবকই—মুংশিবা হাযবসি যাম্না মথোং চাদবনি ইংংক্তে। চাউববা, ফাওববা, মশিক ময়াই লৈববা মী কয়া তুবিবনি, নহাকা হোজিক নহানি। সরকারগী শেল পবন তৌবগী (লাম্না শিজিন্নবগী) কেস অসিদি চহিদ যাম্না তোইনা থোক্লিবনি। থিবু থিজিল্লরবদি হাযবিবসিগুম্বা ঙহাকতনি। সনা-লিক। অঙকপা থোদোক তবা অমা কুন অমদি ইমিং মক্কা উরবনি। মাসিগী লায়নাগী লাইওংসিদি মুপীনা মচিন্দবুদি হাম্নবিবা কবিগী পুরক্লিংনে কদাইদগী শেলনা শারিবনো তৌইগুম্বসুং মপুক্লিংদদি হবাওবনা ঙগোয় শাবিবা ! মীগী কম্বগী হায়রুগনি, ঐহাক ইশামকম্ব চহি অহুমগী চৈবাক ফংলুরবনি। নহা ওইরিবৈঙ্গী

বানি, লৈবিবা নঙোন অসিনসু মতম ফনা মথোক কারকলমই। ঐহাক ডাকিয়া (চে-পাউ) পুবা-য়েনবা ওইবমই। মনি-আর্ডৰ পুবমই। আ, নঙোন অসিনা মরোল-অমা হাইবাগ যানগনি হায়তুনা শুরু-শুরু তারমই। মতুংসু চুমনগী অৰুপ-অতাউগীগা নত্তে, সনাগী। সনাগী। মাগী মপা অতু চৌধুরী ওইবমই। হৈগী তুকান ফমলমই। হাইক্নেংকাসু থাও তৈজরিবা পোংনি! ইনথংলকপদা মঙ্গে থেঙ্না যৈশিনবদা য়াদে হায়বা বা লৈবনি। থাও থবা থোক্লবা অতুদদি ঐহাকসু বাজাৰগসু থর ভাংজবে। কবি-গুৰুদা লৈপবেংগসু লৈদুনা য়ুমদা পুশিল্লিবনি। কবিগুৰুদা মিঠাই, আতব-ফুলকাসু। মতমনা ফববা অতুদদি পোং-যোনবশিংসু পোং-শোংপ। পুবা পিরে। মমৈথংদা ঐহাকনা মণি আর্ডৰদা শোই শাতুনা শেল লৌগোক্লে। মতুংসু অয়াম্বা শেল কা নত্তে, মুগ্নগী লুপা কুন্থকত্নি। হাইবাৰ মতোন্দা পিরে অতুদদি মহাক হরাওবনা করি হায়রুগনি। হায়বদা কাম্বা নত্তে। অতুবু হবানবগী তরানি, মপুগী নোংমা হায়বতুনি। হবানবা ফাবে। চহি অহুম চৈয়াক ফংলে। অতুগী মতুংদদি অসিদা অহুম লাকলবানি। হোই, য়ুমদা চে-পাউ থারমই। নঙোন অসি চে পাউ হেক ফংবগা চেপ্পকলমই। মসি পুমনমক অসি থোক্লরিবান। অতুবু অসি যৌরবা যাওবদা সনা শিবগী হাল্লেংবা লৈত্তে। ঐনা হায়বা য়াও, য়ুমদা চে-পাউ থাগো। হোই, পুলিস-নদি নহাকপু থিরিনিদকো। কবিগুৰুবা খুজিল-খুংনালথোকতগী লৈফম থঙখরবদি পুমনমক মাংলেদো। ঐহাক কনাগুম্বদা ইকন্দুনা থাখো হায়রা?

রমানা য়ানিংদবা মওংদা হায়বকই—য়াগনি ইন্নোন। অতুগুমনগা তৌরবদি মাংলে। থোক্তালবিতুনা মতুংদি তোবিগসু। পুলিসতগী হেন্না ঐহাক ইমুং-মনুংবু কিজে।

দেবী—পাউ হেক ফংবগা ইমুংগী মী লাকনি। বা-লানগা ভাংন-শানবা নংহোৌরোই।

রমা—চে-পাউদি ঐহাক ইবা ওমজরোই।

দেবী—কয়াম কুইনা যাওবা ইবোইদৌরিবনো?

রমা—থরা য়েংখিবা হায়বতুনি।

দেবীদীন মুংবংননা লৈরমই। মাগী মওং উবদা রমা চিংনবে। পুলিসকা কোক লাকশিল্লবদি হায়বগী কিবদগী মহাক বাথল তুরৈ-ঈরৈ চেপ্পে হায়বসি

রমানা উরে। হায়রকই—হোই, পুলিস লাকনি হায়বগী চিংনবদি ঐঙোন্না মতম খিবিক্তা লৈরিবনি, ইতোম্না উবিরমগনি ঐহাক পংনা অয়ুক-সুংথিলদা থোকতবনি। অদুগী মরমগীদমক অদোম, চেম্নহনবা অরাফমদা তাহনবদি ঐনু পামদে। ঐদি চৎথ্রগদবনি। ইতোনবু করিগী অরাফমদা তাহনগনি।

দেবীদীম্না নাপলগা লোয়নন। মকোক হায়গৎলত্তুনা হায়রকই—ঐগীদমকতদি অত্তুম্না কবিমক্তা চিংনরুগনু ইবো। মশাং অসিদা পুলিস কিবগী বা লৈতে। কনাগুম্বা থংলবা মী অমবু ইমুংদা থংহনবা, লৈহন-বদা করি অকাইবা লৈ। নহাকপু পুলিসনা তাইনা হায়বসি ঐখোয়না থঙবা নত্তে। হোই, অদুগনে নঙ্গোন্দদি হায়দোকলুগনু হাকতি মীতা অমনি। মপুকতা বা থম্বা হৈবা মী নত্তে। মখোয় অনি মিংকুপ থন্না তুমিম্না ফম্লমই। রাফম অসি মখোয় অনি অমুক হন্না হৌদোকনদবা পামলমই। অদুবু দেবীদীম্না ইথং-থংহৌদনা হায়রকই—করি থজি ঐহাক নয়ুমদা চংলুগ হায়বনু? বা অসি কবিমক্তা শোৎ-পেক লাওরোই। ঐহাক অম-অমদগী বারী-বাখোং হংলগা লাকে। নহাক্কী পাজীগনু উমগনি, নহাকপু পোকপী ইমাবুসু পুকমেন-পাওমেল্লমগনি। হোইদা, নহাক্না ফগ-দবা অত্তু অত্তুম য়েংত্তুনা তৌ, কবিস্তু হায়দেদা!

রমানা হবাওদত্তুনা হাযবকই—করম্নদি ইতোম্না হংলুগনি। করি মবমগী অত্তুক মুন্না হংলিবানা হায়না হায়রবদি মীনা?

দেবীদীম্না ফাক-ফাক নোকলত্তুনা হাযবকই—ইবুংঙো, মসিদগী ওম্না অবাইবা থবকদি অমা অমুক লৈত্রবনি। লুগুন অমা গুকশমদা শিজিন্নে, গুইরেদনা বামোন, অত্তুদগীদি থুবাক মযি য়েংলবসু, কুঠিবু য়েংলবসু লোইনা তৌবা য়াবেদনা। নখোয়গী ইমুংদা চংলগা ভিক্ষা নিরুগনি। নখোয়গী ইমাবু উবদা হেকতা হায়রগা লোইরে—ইমা, নহাক নচা লংকৈ চৎশিবদগী য়াম্না রারে। চুমদরো, নচা লংকৈ চৎখিদরো। হৌজিক ফাওবা থানি-ঈশিংনি মফম থঙদনা লৈরিবদাইদো। মসি তাবদদি ইমুং-মনুংগী মী ভমনা থোকলকলগনি। লৈরিবা মৌসু থোক্লকনি। মাগী মথুং য়েংগনি। নহাক্না থঙলিবত্তুনি হিনম অসিদদি ঐহাকনু য়াম্না হৈ-শিংলবনি।

ইবুংঙো। মহাক করিমত্তা চিংনরুগনু। শেলদম তান্দুনা পুরক্কদৌবনি। মাঘ মেলাস্থ হৌগদৌরে। স্নান তৌদুনা লাক্লগা লোইরে।

রমানাথ—রাননবনিদা কৈদৌদনা চৎকদৌবিবনো ইন্তোন!

স্নান তৌরক্কনিদনা মাঘ মেলাদ। ফনবু তান চাই। রাদনবুং করিগুম্বদা পুঞ্জ ফংই হায়রবা? ঐদি নহাকস্থ চৎসি হায়বিবনি। হায়া ঐনা ইরাং য়েংগনিদনা, কবিস্থ থোইদোকপা তৌরোইদবা ওইববাদ য়ুমদা চিংনবা লৈতনা চৎগনিদনা। করিগুম্বা ফংলোইদবা ওইরগনা ঐগা লোয়ননা তম্না কল্লক্কনি।

রমানাথনা মোমোন নোক্নুনা হায়রকই—কবি রানো, ঙাংলিবহুনু ইন্তোন? ঐহাক অস্থ্যা কৈদৌঙৈদস্থ চৎলোই। ছৈসন্দা কুম্বদা পুলিসনা ফাবা থোকলবদি কমদৌনি?

দেবীদীন্না চিং-লেম্না হায়রকই—পুলিসনা করিগী ফাগদৌবিবা? ঐহাক্না নহাক্না প্রয়াগ রাজগী থানাদ লোযননা চৎলুসি হায়ববা? নহাক্না চিংনরিবহু ওইবোই অদুগা নঙোন্দা মিংচিনা ফাওবা থজিক য়েংলকপা থোক্লবদি মকোক অদু থুগাযগেনে। পুলিসনা মীহাৎপা কযাস্থ মশক থঙলিবনি, অদু কলিকতাদা লৈবিবা পুলিস অফিসারশিংগা লোয়ননা চামিনথকমিন্নহুনা লৈবি। থঙবা থঙনা উনা-উনা হেক মথোয়বু ফাবা ঙমদে। শেল হাযবসি পাঙ্গল য়ামনা কল্লিদা ইবুংঙো।

রমানাথ করিমত্ত পাইথুম পিবমদে, মাগী য়মাংদা অনৌবা রাজল কয়া লাকশিন্নে রা কয়া লুনা থোক্লম্বা অদু হম্নুবা অদুনা শেংদোক্কে। হম্নুবা রাজাওতা ঙাংবা মীওইশিংগী মনুংদা নত্তে, মচিলনা ঙাংথোকপিবা অদু থবক ওইনা তৌবা ঙম্বগী থোনা লৈরমই হায়বসি মহাক্ক উবমই। মহক্কু থল্লমই, দেবীদীনগা লোয়ননা য়ুমদা চৎলুসিবা?

দেবীদীন্না হংলমই - করি থল্লিবা? চৎসি হায়বরা?

রমানাথনা শোম্বাংননা হাযরকই—ইতোম্না ঐবু থৌজানবসি থৌজানলিদকো। ফরে, ইতোম্না তৌবীবগী তৌবীবা ঐথোয়দা চক্তুনা হাম্না পাও লোবীবা তাবনি। অদুগা ঐদি পুক্লিংদা থজিক চিংনবা থোক্লবদি হেক্তা হল্লক্কনি।

দেবীদীন্না ঈচং থোনা পাউথুমলকই—য়াগনি।

রমানাথনা চিংননা মমিৎ লুক্কনা হায়রকই—রা অমগা লৈরি।

দেবীদীন—করি রানো ? হায়ু।

'ঐহাক্না শেংনবা কি খরা তুবা তারি।'

'দুকান হাংলবদি চৎলি ওসিনক তুগল্লসি।'

দেবীদীনা চৎখরবগী মতুংদা রমানাথ ফনা কুইনা শুংথাইবগী ঈথক্কা উংতুনা ফমলমই। মহাক্না কৈদৌনুংদসু অতুগুম্বা রাম্বলশিং মপুক্কিংদা থনগে হায়না থনশিল্লিরবা মতু, থনগে হায়না থজিক থল্লবদা মতুগী চাংজো নাইদবা পাকলবা ঈপাক অমম্ং ঈথক, মহাক অম্বকী মংক কিরমই অতুনা মতুদা লুপকনি, থাশিনগনি। কিনবা ওয়াং তশোইবা পুক্কিংবু অদোমদা কানবা-যাওবা কানশিল্লংলমদে, অতুবু অতুগুম্বা লুববা মপাল নাইদবা কল্পনা-সাগরদা মহাক ওসিদি মনিংলম্না শান্নবমই। মহাক হৌডিক হিনাও অমা ফংলমই। অতুগুম্বা ত্রিবেনী চ পা, অতুগুম্বা অলফ্রেড পার্ককী শুংথাইবা ইরাং, অতুগুম্ব খুসনো লেকোলগী থম্মোয় ছুরব ইরাং, অতুগুম্বা মরূপ-মপাংশিংগী কুম্মৈ, মতু পুম্নমক নিংশিং-নিংশিংলুরগা থম্মোয়দা মুৎওমত্রবা ঈহুল চিক চিক লাওনা ফাওরকলমই। রমেশনা মাবু উবমক্তদা কোনশিল-লক্কনি। মরূপ মপাজাশিংনা হংলক্কনি, মতম অম্বুক কুইবসিদ কদাইদা চৎলুরে। বত্না মাগী পাও ফংবদা চেল্লক্কনি অতুগা হংলগনি, নহাক কদাইদা চৎলুরে বাবু ? ঐনা কলকত্তা শিনথুংনা নহাকপু থিরমই। অতু-দগী জালপাগী ওইন চাওরবা শক্তম মমাংদা লাকলমই।

ইথং-থৎহোদনা দেবীদীন্না হায়রকই—ইনুংঙো ! পুং তরা তাথরে ! চৎসি কৈথেলদা।

রমানাথনা থংলহুনা হায়রকই - পুং তরা তাথ্রবরনে ?

দেবীদীন - তরা নত্তে, তরামথোই তাগদোরবনি।

রমানাথ চৎনবা থোরাং তৌরে অদুমু থোংজিন ফাওবা লাক্লগা লেপলমই।

দেবীদীন্না হংলমই—করি তৌরে, কৈদৌনা লেপলে ?

'নহাক চৎলুরো ইতোন, ঐ চৎলুহুনা করি তৌরগনি ?'

'নহাকীদমক লৈগদোবিবনি। ঐ ইথন্তদি করি তৌরনি। নশা চৎলগা অদায়-পায়দা য়েংলগা কি তুরসি হায়বনি।'

'ইতোম্না পাম্বা ফিদো ঐহাক অতুম মারে।'

'নহাক পুলিসনা ফাগনি কিরবা মানে। পুলিসনা নঙোন্দা করিমু তৌবা ঙমলোই।'

'কিবগী বাকম নত্তে, ইতোন! থংচৎ চৎনিংলক্কবা অমা ভোরে'

দেবীদীম্না ফনা যাম্না থেমলমই, হায়বা হৌনব হায়রমই। রমানাথ চৎসি হায়বা যারমদে। কাইনথংদা দেবীদীন পাখৈ লৈতহুনা মথন্তা চৎলমই।

দেবীদীম্না পুংমুক্কী মতুংদা হল্লকপদা রমানাথ দালান্দা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা উরমই। হায়রমই—লাওসে, নথবাইনা তাবা থল্লে-লাওসে।

মসি হায়রগুনা দেবীদীম্না শামতুগী অমদি রেশমগী কয়া পুথোকতুনা থমলমই। গজদা লুপা ১৫দগী তাবা অমত্তা যাওরমদে।

রমানাথনা মথদাং ওল্ল-ওল্লহুনা য়েংলমই অতুগা হায়রকই—করিগীদি অমুক মমল যাম্বা ফি পুরকলি ইতোন? অসিদগী অহোংবা লৈহৌদ্রবরা?

'অহোংবরুদি লৈহৌই। ইরৈবাকনা শাবা।'

'ইতোন, নহাক মীরৈবাক্কা শাবা ফি থক শেৎতরা?'

'চহি কুনমুক্তি ওরে শোকতবা! মমল যামই অতুগী মথক্কা শেল অতু ঊরমদা লৈহৌইদনা।

রমানাথনা ইকাইরগুনা হায়রকই—ইতোন, নহাক যাম্না চৎনরোল ঙাক্লা চৎলি।

দেবীদীনগী মাইথোং ইথং-থংহৌদনা মকা লামলমই। মশাক্কী থুই-জিল্লবা মমিং লংথৎলমই। হকচাংগী শিংলি-নাওরিশিং কাংথৎলমই। নাপল তৌদুনা হায়রকই লৈরিবা লম অসিগী ঊশিং থক্লিবা, চাক চারিবা ঐনা মাগীদমক অসি ফাওবা তৌদ্রবদি তিংগুহুনা কবি কাম্নগনি। মথোক-কাংদোং ফারকলবা ইচা অনি নিংথিজবা মালেম অসিদা কথোকথরবনি, ইবুংঙো। হায়রিবা মথোয় অনি অসি মীরৈবাকী পোং ফি-রোল হাই-জিল্লকপা ঙাকতুনা লৈরমই। কনামত্তা মফম অতুদা ফৎ চংহল্লমদে। মতিক্কা লৈবা নত্তে, পোৎকা লৈবা চংলকপা। অয়াকপা মথুৎ লোন্দুনা চৎথিরমই। লম হেনদ হেনলগনা চৈহুনা, ইকাইহন্দুনা থাখিবনি। ফি য়োনকমদা তুমিং ফাওবা পাইথিরমদে। ময়াম্না চত্নুনা কমিশনর সাহেবতা

বাকক্লুরমই। মতু তাবদা মহাক মৈ হৌনা শাওরমই। খুদক্কা গোয়ালাম্মী কুন কৈথেল ঙাকলিবশিং অত্থ থ়গাইরুচো হায়হুনা থারকলমই। গোয়াশিং অতুনা নয়াম্বা অনিতুদা মফম অতুদগী হন্দোকখিনবা হায়রমই। অতুবু মথোয় অনি মফম অতুদগী থোংফম অমা লেংলমদে। খুদক্কা মীয়াম তিল্লমই। গোয়ানা মথোয়রোমদা শগোল থৌজিল্লমই তৌইগুম্বস্থং মথোয় অনি চৌংগী মতৌগুম্না লেংদনা লেপতুনা লৈরমই। মমৈথ দা বাচুংমলক্ত্রবদা মথোয়না চৈনা ফ়বা হৌরমই। অথৌবা মথোয় অনি চৈগী চৈক্ষ়থাংলমই। লাইনা অতৈ অংকোম্লশি বুম হায় লৌশিনখিরংত্রবদি মতম অসিদা মথোয়স্থ থাগদবা। তৌইগুম্বস্থং লৈরবা অতুদগী খুবৈ অম হনদোকলমদে। মমাম্বা অহল অতুনা তুববদা মনাও লুপানা অমুক লাকতুনা লেপলরমই। হেরা, করিস্থ লৈতবা বানিদা, মথোয় কুন অতুদি নয়াম্বা অনিনা চৈ পায়বা থোকললমবদি ফ়তুনা অতুম তানখিগদবনি অতুবু মখুৎ হাইগৎপদি লাইরদনা মঙক ফাওবা লজিক লেংহল্লমদে। মমৈথংদা মনাওলুপা অতুস্থ অতুম তুবে। মথোয় অনি হোসপিটাল তায়া পুরমই, অহিং অতুদা অতুম লৈখিদবে। নচিল থি হায়নি. মতম অতুদা ঐসি থরা বাথৎপোই নিংই। থোংসি কৈবাক্কা তাদবোই হেক থল্লি। পোংলোইবগী পুথোকপা মতমদা মী লাক্ক অমা তিললমই। ইচাশিংবু গঙ্গাদা শিল্লরমলগা ঐহাক চুমত্রিং কৈথেল তায়া লাকলমই অতুগা থৌদোক থোকখিবা মফম অতুদা লেগু়না লৈরমই। মথোয় অথৌবা অনি তুখিবা মফম অতুদা মী অমত্তা কৈথেল কারমদে। অস্থম ঐহাক চুমিং নিপালনি চুপ্পা মফম অতুদগী লেংলমদে। তংঙাইফদনা অমুকতা পুংথাই অমুক যুমদা লাকলমই। ঈক-মাইথজরুরগা ঈশিং য়াউম অমা থকলগা মফম অতুদা অমুক চংলমই। মাপলনিগুবা চুমিত্তা চুকাপ্পাবশিংনা থোনফম অমত্তদা বাশকলমই—মীয়েবাঙ্কী পোং পুশিন্দবা হায়না। চুমিং অদ়দগী যুমদা মপালগী মৈথেৎ ফাওবা থমথিদরে।

যমানাথনা অচুম্বা থম্মোয়না হায়রকই ইতোন, নহাক অশেংবা লালহৌবা মীশক অমনি। অতুগা অকনবা নচামুপা অনিদ়স্থ অশেংবা লালহৌবনি। নহাকপু উবদা পাপ চেল্লবা নিং অসি শেংলে।

দেবীদীয়া মঙোম্দা ঐবু থাগৎল্লিবনি হায়বা মিংযেংনা যেংলমই। লৈবাকনিংবশিংগী লেম্নফম খোনফমদা হায়রকই—অসিগুম্বা অচৌ-অচৌবা

মীওইশিংগীদমকতদি মসি করিস্ম নত্তে। কপ্পদা হৈবা মখোয়, সুপীমচাশিংগী মতৌগুম্না কায়নবা নত্তনা মখোয় কবিমত্তা হৈরবোইদবনি। অচৌঅচৌবা মরৈবাকনিংবশিং বিলাটকী মু নত্তনদি পোথাক্ম খণ্ডবা নত্তে। মখোয়-মখোয়গী ময়ুমদা চত্তুনা য়েংলুবদা মরৈবাক্কী ওইবা পোৎ অমত্তা উবা ফংলোই। মীনা য়েংবদা ফজনবা ফুবিৎ তন্না কুন তুশিল্লে, অতৈ য়ুমগী পোৎম বিলাটকী ওাকত্তা। ওমনমক ঈথক-ঈবং, অশাম ফুংশিদা মমিৎ তাংলে, অচৌবগ্ন, অপিকপস্ত। অদুগা হায়বিবা শারিবনা ঈরৈবাক্কী থৌগল তৌগনি, চাওখৎনবা হোৎনগনি। হেন্না মখোয়গুম্বনবু মরৈবাক চাওখৎহনবা ওম্বা হৌনবরা। হায়না নশাগী চাওখৎনবদুম হোৎনখো। লাইনবশিংবু কুৎপমথৈ তৌবগা বিলাটকী ঈমুং-মচুং চাওখৎহনবনা নখোয়গী থবক্তি। মরমসিগীদমকতনি নখোয় লম অসিদা পোকলিবসে। হোই, কপ্পু, বিলাটকী য়ুদা লুপ্পু। বিলাটীগী গাডৌশিং চেনহল্লু। বিলাটী অচায় চাও, বিলাটীগী কোন লিকশিংদা চাউ-থকউ, বিলাটী ভিদাকশিং থকউ, তৌইগুম্বমুং লৈবাক্কী মমিংদা কপ্পুনা লৈয়ু। অশিবনদি কপ্পসিদা করিস্ম তৌরোই। কপলবদা মমাদনা খোম পিথকই, নোংশানদি থেংনবা শা লেম্না থাদোক্লোই। কপলু মাগী মমাংদা খোজাল হৈবা অমম্বুং লম্মু লৈবা। নহাক্না চোংফনবনদি কনানা থৌশাবিগনি। নোংমা মফম অসিদা চাওরবা মীতিন অমা তিল্লমই। সাহেব বহাদুর অমা লেপ্পুনা কোইচোংচোংলমই। মহাকনা মথা কুমথরকপদা ঐনা মত্তোন্দা হংলমই— সাহেব! তশেংনা অমুক্তা হায়বিয়ু, নহাক্না স্বারাজগী মমিং পনবদা মতুগী করম্বা মমক অমা নহাক্কী নমাংদা উবগে? নহাক তনব য়াম্না চাওনা চায়মগনি; মহাকস্ম ইংলিসশিংগী মতোগুম্না বাঙ্গলাদা লৈরিনি, চীংগী মুংশিং চাবিনি, ইংলিসকী মতোগুম্না কে মোনা কোইহনা লৈরিনি, হায়রিবা স্বরাজসিমা লৈবাককী করি য়াইফবা পুরক্লিবা? নহাক্কী অমদি মহাক্কী নচিন ননাওশিংগী পুন্সি মুংওাইনা অমদি কে-মোনা লেল্লবমু, তৌইগুম্বমুং লৈবাক্কীদি করিগু অফবা ওইরোই। ওইগবদা পেমা ঐগু নংসু পুমসি হায়বতুনি। নহাক্না নোংমদা মচং ওাক্তা ওাইরবা বোরোই মওা চাবা পামই, অতুগা লাইরবা লোমীনা চয়া অমা ফাওবা অওৌবা চনা শাইবা ফংনদ্রি। মখোয়গী ঈ চুম্নগা সরকারনা নহাকপু কোনবি। নহাক্না মখোয়য়োমদা কৈদৌমুংদসু

পুক্সিং চংবিরিবরা ? হৌজিক নখোয় পানসু পানন্রিবৈনা অসুক য়াম্না ইরাংদা লুপ্তুনা শিগদৌরি, নখোয়নগা মপুংফানা পানবা থোকলবদি লাইরবশিংবু শুমত্তুনা, নৈত্তুনা থকে হায়রি।

রমানাথ চাওথংলবা থুনাইবু তাথিনা চৈবা তাবা শুমলমদে। ফনা ফত্রবম্ন মহাকম্ন চাওথংলবা থুনাইগী শরুক অমা ওইরমই। হায়রমই— অত্তুমক্তি নত্তেদা ইংগোন, লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীশিংনা লোমীশিংবু থওইদনা য়েংদে। মখোয়গী মনুংদা কয়ামুক্তা মশা লোমী ওইরকলিবনি অমম্মুং ওইরিবনি, মখোয়না মগিশকক্তং থাজববা মতুদি ঐখোয়না অবাবা থাংবনা লোমীশিংগী কপিগুম্বা লৌবীমল থরদং ওইগনি, অত্তুগা লেমলকপা অত্তুনা লোমীশিংগীদমকতা কান্নহনগনি, অত্তুওইরবদি মখোয় হরাওনা তলব য়ামদ্রবম্ন থবক তৌগনি অত্তুদি নত্তদনা লেমলকলিবত্তু অকোম্পনা মাংহল্লবদি মখোয়না থজে, মীনা চাথিগদবত্তু ঐখোযনা চাহৌবনা কৈ।

দেবী—অত্তু ওইরবদি স্বরাজ ফংলবদা লিশিং তরা-তরা, মচা-মতা চাবা আফিসার লৈরবোইদরা ? উকিলশিংনা চোপ চোপ চাররোইদরা ? পুলিসনা লাকথত্তুনা চাত্তুনা তোকলগদরা ?

মিকুপ অমরোম রমানাথ ওকচানবমই। মতাং অসিদদি মহাক কৈদৌত্তেদম্ন থনু থত্তরমদে। অত্তু থুনমক মতুগী পাউথুম নিংশিংলকলমই। হায়বকই - ইত্তোন, অত্তু ওইরবদি থবক পুম্নমক মীচং য়াম্বনা ওইবগনি। অত্তু ওইরবদি মীচং য়াম্বনা শিন্মীশিংগী তলব হম্বহল্ল, হায়রবদি হম্বগনি। লৌবাইগী অপুনবশিংগীম্ন মীচং কনবন, পিয়ু হায়রকপা লুপা অদুমক ফংলগনি। চুম শো মীচং য়াম্বগী মখুত্তা লৈরগনি। অত্তুগা মসি চতি মচা অমা, তবা অমা, পামদ্রবম্ন মমৈথংদাদি মীচং য়াম্বা লোমীশিং অমদি শিন্মীশিংগী ওইখ্রগনি।

দেবীদাম্না মোমোন নোকতুনা হায়রকই—ইবুংঙো। নহাকম্ন তায়রিবা রাশিংগী মতিক মযাইদি থত্তলিদনা। মসি ঐম্ন থল্লমই। অম্বরনা ইকুই-কুইদনা মতম থরগী মনুংদা ওইহনবা ওইসম্ন। বিলাটীগী পোংশিংদা শরুক অনি মাম্নল (মহল্লল) লোবা মসি ঐগী অহানবা রাহংনি। অত্তুগা মোটর গাড়ীশিংদনা শরুক মরি হেম্না ফরে, হৌজিক চাক থোংলো। ত্নামদাংবাইদা চওুনা ফুরি তুফমদা ফি পিরুসি। ঐম্ন চাক অমুক্তা চাহৌখিগে।

ঙুমিদাং য়াচংলকপদা দেবীদীন লাকতুনা হায়রমই—চৎসি ইবুংঙো, মমশিনথরগনি ।

য়মা মথুত্তা মকোক শোতুনা ফমলমই । মাইথোং লাংশিল্লমই । হায়রকই—ইতোন, ঐহাক য়ুমদা চৎলরোই ।

দেবীদীন ঙক্না হংলমই—কারি তৌরে ?

য়মাগী মমিৎ পিনা চোৎলমই । হায়রকই—করম্বা মাই পুতুনা চৎলুগনি ইতোন । ঐদি শিবনা হেন্না ফরে ।

মসি হায়না হায়না মহাক মথোল থোক্না কপলমই, অদুগুম্বা চৈনাথোন হৌজিক ফাওবা বাঙ্তুনা লৈরম্বা, অইংবা লাইজগী মরিক অসি থিকপদগী মরাই লোংলকলে, অমম্বং মতুগী তেংথাথোলনা য়মাগী লৈজবা পুন্নমকপু থিনগাইবগুম থোকথরে, কপলক্কনি কিবদগী মহাকনা মাবু থক কাইহৌরমদে, মাবু হৌন্ন হৌদোক্কবা হোৎনরমদে, কাইহৌদনা কাওথোকতুনা বাঙনা অতুম থম্বা পামলমই, কনাগুম্বী অবাবনা থল্লবী মমা অমনা মচা তুম্বা হৌদোকলুরবদি চাগে থক্কে নিংঙাই তৌরক্কনি হায়না কিবগুমলম্মী ।

* * * * *

## (২৭)

ঙুমিৎ কয়ামক্কমনিগী মতুংদা নোংমা পুং নিপাল তাবদা য়মানা লাইরিকশংদগী হল্লকপদা লম্বীদা মহাক্না নহারোল কয়া পুন্না শত্রংগী করিগুম্বা নকশা অমদা বারী শানরম্বা থেংনরমই । নকশা অসি মফম অতুগী হিন্দী চেক্কোং অমদা য়াওরকপনি । মদুদা হাপলকলিবনা পাউথোং অদু ফোংবা ওম্বা অদুদা লুপা য়াংথৈগী মনা পিগনিন্ন হায়রমই । নকশা অদু অরাইবা ওইনা উদে । শানরিবা মথোয়গী বারী অতুনা তাকলমই ।

লৈরমলিবশিং অতুগী মতুংদা মাগা থঙনবা অমতা য়াওরমদে অতুবু মহাক নকশা অতু য়ামনমক য়েংনিংলমই অতুনা মহাক হংদনা লৈবা ঙমলমদে । হায়রকই—ময়াম কনাগী নাক্তা নকশা অতু লৈনবা য়াওবগে ?

কম্বল ইনবা হুপা অমনা নকশাগী বা হংলকপা তারগা নহাবোলশিংনা থল্লমই, কনাগুম্বা তত্তাইকদবা থঙনিংবা ওইরিনি । অমনা থোন বাংতক্না

হায়রকই—লৈদি লৈ অহুবু নহাক য়েংলগা কৈদোগে হায়বগে ? লৈরিবা অক-অফবশিং ফাওবা ইরাকনবসিদা।

অনিশুবা নহা পাথং অতুনা হায়রকই—য়েংলো করি তৌই হায়বগে। কনানা থওগনি মরাইবক লৈজহুনা লাক্লিবসিনা কোক হেক ওৎলু। মহাক্না থওবা অমা লৈরমগনি। যজথোকই হায়বহুমশাই, মসিদস্থু করেমনবা য়াওরম্মী।

থওনবা হুকান অমদা চঙুনা মথোয়না রমাবু নকশা য়েংহল্লমই। থওনিং নিংশিংলকলমই। মহাক্না হান্না নকশা অনি করিগুম্বা মকম অমদা উথিরম্মী।

নহা অমনা খুগাম্পী কাপলহুনা—অদোমদি ওসাইনা থওলমলগনি ?

হগুবা—হৌজিকমক তোবা ওমদ্রবস্থ মিংকুপ অমদা তৌথোকথিগনি।

ওগুবা--অমুক্তা পোবম অমা অনিদা কাংবিয়ুদনা।

রমানা শাওনা হাযরকই—ঐ হায়দে মসিমক ঐ তৌবা ওমগনি, অহুবু অসিগুম্বা মওংগী নকশা কয়া ঐনা তৌখি। অহুগা মসিস্থ তোবা ওৎগী ওইথোকপা লৈ। অমুক্তা চে, পেন্সিল পিবিয়ু মওংসি শিনথিগে।

নহারোলশিং থাজদবা থরা ফরমই। রমানাথ চে-পেন্সিল ফংলে। মিংকুপ অমগী মস্থংদা মহাক্না নকশা শিনলে। অহুগা নহারোলশিংবু থা-পংলম্লগা চংলমই, থংহৌদনা অমুক হন্না হংলমই—পাওখুম অসি কদাইদা থাগনি ?

নহা অমনা হায়রকই—'প্রেজা মিত্র'গী সম্পাদক্কী মনাক্তা।

রমানাথদা ময়ুম য়োরগা নকশা অহুদা মরু লুকথনা থনবা হৌবক্লমই ; অহুগা শএং-পো শিনবগী মহুত্তা মসি কদাইদা উথিবনো হায়বসি থল্লমই। মসি নিংশিংলকপদা মহাক নকশাগী ফল থওবস্থ যাই। অতোপ্পা মথৱাই পানবশিংগী মতৌগুম্বা কোক্লা থবক তৌদ্রবদা পাম্বে থি, কবিগুম্বা যুক্ষম থরা ফংবদগী মহাক ছুটি ফংবগুম্লমই। রমা অহিং নোংয়াই ফাওবা নকশা মমাংদা হাংদোকহুনা ফমদুনা লৈবমই।

ইথং থংহৌদনা মহাক্কী মমাংদা নোংথাংগুম কুপথিবমই, মাংলুববা নিংশিংবা ফংলমই। ও ! রাজা সাহেবনা নকশা অসি পিখিবম্মী। হোই, চুমই। মুমিং হুমনি তৎতনা কোক অসি চেংপাইবমথৈ থল্লবগী মতুংদা

মহাক্না ফল তাখিয়মই। নকশাগী মওংস্থ শিন্দোকলে। অতুদগীদি মহাক পোরম পোরম নিংশিংলমই। মিংকুপ অমগী মমুংদা নকশা ফল তারে। মহাক্না হয়াওবগী মমাইদা লৈমাইদা খুতুম শুরমই, কোই মাল্লমই।

দেবীদীন হৌজিক মৈ চুথংলমই অতুদা রমা হয়াওবা মাইথোংনা হায়রকই—ইত্তোন, খঙবরা 'প্রজা মিত্র' পাওজেলগী লোইশং কদাইদা লৈ ?

দেবীদীন—করিগী খঙদনি। মফম অসিদা ফোংলিবা চেফোংগী মফম করিগী খঙদনি।

রমা—ঙসিদি ওহাক্না অতুদা চংলুসিরা ?

দেবীদীন্না খজিক থুক্কংপা মওংদা হায়রকই—ঐহাক চংপা ঙমলোই।

'য়াম্না থাগ্নবরনে ?''

'থাম্নদি থাপত্তেদা।'

'অতু ওইরবদি কারিগীনো ?'

দেবীদীন্না মরাগ লৈবগী মওংদা হায়রকই—ব'দি কবিহ্ নত্তেদা, হনু-বীমা শাওই। ইরৈবাক-মীরৈবাক্কী পংন-চৈনবদা শক খাওগনোই হায়না বাশকখিরম্মী অমম্ভুং কবিগুম্না চেহেংগী লোইশংদা লোঙগুনত রোই।

রমানা মোমোন নোকতুনা হায়রকই—ইত্তোন। নত্তাক্রদি লক্কনি। য়েংউ ঐগী য়াম্না লুবা থবক অমা লৈ। মখোয়না শত্রুগী নকশা অমা হাপ-লক্রমই, মতুদা মনাম্নু লুপ যাংলৈ পিরি। ঐনা নকশা অতু লৌবে। ঙসি নমলবদি ঐহাক মন, অতু ফংগনি, চেফোংগী আফিস অয়াম্বদা পুলিস সীঃ আইঃ ডিঃ লাকথোক-লাকশিন তৌই, মতু কিবগী ত্তৌবনি, নত্তবদি ঐহাক ইশা ইথত্তা চংকদৌবনি। চংদিনিংত্রবদি ঐহাক ভত্তাইফদনা চংপা তারে।

'মহাক ঐনা চংহল্লোই। কনিগুম্বা থুংজিন-থুনাম্লোক্তগী ফাখিবা থোকলবদি লোইবেদো। কদাই ঐহাক চংপিরবগে। নন্দোলদদি করি-গুম্বা তাং অমা তৌরবা হাযবতুনি। হৌজিক উন্নগনি মখোযদো', লৈবস্নু অতুম আফিসতা লৈবনি, অতুনা ঙাহো ঙাহো চংলুবা হাযবতুনি।

মসি হায়রতুনা দেবীদীন্না মশাগী কম্বল অমুবা অতু ইনশিল্লমই অমুগা রমাদগী চেথাও লৌরতুনা চংলমই।

জাগো য়েঙ্খাং অমম্বুং হৈ য়া লৈবা চংখিয়মই। পুংখাইমুক্কী মঙুংদা মকোক্তা থ্মোক চাওববা অমা পুরঙুনা অমম্বুং চাওরবা থ্মোক অমা মজুরগী মকোক্তা পুহল্লঙুনা লাক্লমই। ঙমাংনম্থ পুংলুপ লুপলমই। য়ৌ-রকপগা হায়রকই—কদাইদা চংথ্রগে পোংসি অমুক্তা থাবিয়ো, ঙকশম অসি তেঞ্চদোরে।

য়মানা চংশিন্দুনা থ্মোক থাবমই। লুম্মনখিবনা তাগে-তাগে তৌনা য়াম্না য়ানা থারমই।

জাগোনা হংলমই – কদাইদা চংথবে ?

য়মানা তাং তৌনমই ঐদি থঙহৌদবে, হৌজিক্তা লৈবর্বনি। হনু-বীনা কুলীগী পোং অঙু অমুক থাবমই অমম্বুং শেগায়ববা ঙমাই অমা ঙম-লঙুনা হায়বমই - গঙ্গা ফাম্নিংলক্লিগনি কবিদি ওহৌবনি ? ঐনা শিগদোব-মথৌ শেল তানবা অঙুগা মহাক্ন মুংঙাইথোকহুনা গঙ্গা ফান্দুনা লৈবা।

থবক ইনথাং পুম্নমক লোইবঙুনা মহাক্না হিদাক ঙাম্বক অমা হাক্নগা য়োবাদা ফমলঙুনা থকলমই তৌইগুম্বম্বুং মাগী মওসিনা তাকপদি মহাকসি মহাও থঙন থকপা নত্তে, থম্মোয় চাকনবগী থকপা ওইরমই। মিংকুপমুক লৈরগা হায়বকই—মৌঙম্বী মুপী ওইরবদি মহাক্না মিংকুপ অমা ফাওবা লৈ-মিন্নরোই। অহিংদগী চক্রি তক্লি অঙুগা মুনিদাং পুং তরা তাবা ফাওবা ঙুকান্দা ফমঙুনা, নমশিলঙুনা লৈবিবনি। চা থক্লিভৈদ, পুং তরানিথোই তাখি অঙুদগী তানখিবা শেল অঙু মশক উবা ফংদে। হেক তানলিবা শেলশিংসে নিশাদা মাংতল্লিবনি। থবাক অসি ইথম্বা থিনগাইঙুনা শিনিংবা ওক য়োই। শিনিংলে হাযঙুনম্ন শিবা ওমদে মুংঙাঈয়ু তমনক্লবাদু ইচা পাখং শিগদবা, মু থকপা অমিগা মথুম্ন ঐগী কিডম অসি ওইখিংদব ? মসিনা মথৈবাকীদমকনি হায়ঙুনা খংনবদা ঐগী মুংশিজাবা ইচা অনিগী মথরাই লৌহনখবে। লাও ইচুংঙা কা অসিদা নঙোন্দা ইরাইবকী ফাইবোক য়েংহনগে। মথোয় ফাইবোক অনি অসিদা লুপা চামক্তা-চামক্তা কংলিবনি।

অমমবা কা চংঙুনা য়মানাথনা লাইবকী ফাইবোক অনি অঙু উবনই। মঙুদা বালিশ তৈরমই। তনাল তনালনা মঙুদি কনাগুম্বনা নান্দুনা থম্বগুমলমই।

হন্থবীনা নাপলনা থল্লবা মিংফম্না য়েংলহুনা হায়রকই—কনাগুম্বনা ফাইবোক অনি অসি বামোন অমদ শিন্নথোকখো হায়বি। নহাকনা অম্তুম উরগা অঙকপা ওইগনি। ঐনা হায়রকই—ফাইবোকসি ঐগী ইচানি, অনিমক ঐগী মুংশিথোইবনি। হন্থবীগী মফমদা ওসি রমাগী থম্মোয়না মপাল নাইত্রবা নোল্লুকপা পোল্লমই। কয়াদা শেংনা পুকচেল তপথ্রবনো। কয়াদ মপাল নাইত্রবা মচা মুংশিব লৈরিবা, মসি উনা শাবা উচেং অনি অসিবু থরাই হাপলমই। রমানা জাগোবু মায়া অমমুং মিহৌবদা লুপ্লিবীনি, পৈশাদা থরাই থাবী, অখোংপা রাখল মহম খুদিংদা রাংলবীনি থল্লম্মী। ওসিদি থওলে, মাগী থম্মোয়দা কয়াদা মুংশিবনা থল্লবা, কযাদা থোংলবা, কয়াদা লৌশিং চাওবীনো। হন্থবীনা মহাক্কী মমাইবোমদা য়েংলুবদদি করিননে মাগী মমা ওইবগী থম্মোয়না মাবু কোনশিন্নিংবনা লাংতক্কুরমই। মখোয় অনিগী থম্মোয় মুংশিবগী লংলা লংজিন অমত্তা ওইনা, পুনশিনথবে। মাইকৈ অমরোমদা মচা মুংশিবগী রাথল লৈরমই, মাইকৈ অমরোমদনা মমা নিংবা। অহুগুম্বা অমকপা অহুনা হৌজিক ফাওবা লোয়া থুপনা, তোঙাম্না মখোয় অনিবু থমলমলিবা, ওসিদি থংহৌদনা কোকথবে।

রমানা হায়রকই—ওসিদগী ইম্মোনবু ইমা হায়না মিংগৌজরগনি।

হন্থবীগী খুইরবা, কংলবা মশেন-ময়াংলবা, ইংলবা মমিত্তগী তম্ফাগুম্নবা পিরাং অনি শিন্দরকলমই। তাঙ্গা অসিদা দেবীদীন তুমিন্না লাকতুনা লেপ্লরমই। হন্থবীনা শাওনা হংলকই—অযুক য়েন্দা অঙনবদা অদোম কদোমদা খোংদাবিক্লবগে ?

দেবীদীম্না চম্না নোক্লহুনা হায়রকই—অম্তুম অম্বাই ফাওবা চংথোকলুবনিদা।

করম্বা অচিনবা থবকনো ঐম্ন অমুকতা তাজগে, ঐহাক তাবা য়াদবা বারা ?

‘হেয়া মুংঙাইখিদরেদা, পুক থরা মুংঙাইতবদগী মাইবগী মনাকতা চুয়ন লৌবা চংলুবনি।’

‘ও! হায়ো, চিন্না থোকপা ঙাংও। চংলুরিবদি গঙ্গা থিবা।’

‘নত্তেনে, নশা পাম্নহুনা হায়রিবসিনি। নংনা ঐবু পংঙাং ঙাংলবসিবো।’

'অদু ওইরবদি কদাইদা চৎলূই ?'

'তায়রেদনা ঙরাং চাক চথোম অনি হেনজিনখিবদগী পুক অসি মুংশিং কারে অদুনা অথুম অথুম্বা — — — —।'

'ঙাংলেদকো মীনম্বা ঙহাক্তা, নহাক্না ফনা মীনম্বা ঙাংদুনমু লোৎপা য়াদরে, মাইথোংনা তাকপদি তাৎনি হায়রি। গঙ্গা থিবা চৎলুবনি নহাক। ঐহাক মুকয়া য়াবা ঙমলোই।'

দেবীদীন্না শুমজিৎ অমা পায়দুনা দুকান শুমজিৎ শিৎপা ছোরমই, অদুবু হনুবীনা মাগী মখুত্তগী শুমজিৎ মুনলমই অমসুং হংলমই- ঙসাই মথৈ কদাইদা চৎলুবগে নহাকপু ?

দেবীদীন্না তুকথনা হায়রকই—কবি তৌগে হয়েরিবনো হংলগা, চেক্কোং অমগী আফিসতা চৎলুবনি। নংন তৌনিংবতা তৌ।

হনুবীনা মরাইবক শুনদুনা হাযরকই- নহাক হায়গী ফত্তবা খুবম অদু হঙিল্লক্লেদনা। নহাক্না রাশকখিবদাই, চেফোংগী আফিসতা চৎলবোই হায়না।

'কনিনো নংনা মাম খঙদনা শাওবিবদুবো ?'

'গাম্না খঙই, চেক্কোং কাংবুনা ইবাং থোকহল্লি। লাইববা মীশিংবু জেলদা থমই। ঙসি চহি কুনমুক্তগী মসি উবকলিবনি। মফম অদুদা চৎলুবা যৌরুবা খুদিংমক ফাবি। অচুম-অরান্না কাইনখৎদা তৌবিবদুনি।'

দেবীদীন্না চেথাও অমা রমানাথতা পিনদুনা হায়বকই—লূপা লৈরে, থিবো। য়েংঙ্উ, লূপা অসি লৌবা চৎলুবনি। নপুক্লিংনা য়ানিংত্রবসু তংখাই অমা লৌ।

হনুবীনা মমিৎ লাওথোকলদুনা হাযবকই—অস। কনিসু খঙদবা অসিসু নহাক্না লোযননা গাংহল্লগেবা ? নহাক শেল লৌরুগনু ইবুংঙো। মীবেম ফংত্রবদি অমুম্মা অপাম্বা কপা উঙুনা মীশিংবু ফাই। কৈথেল ঙাকহনগনি। লংথোকখো মাগী শেলদো। নহাকনা পাম্বা শেল ঐঙোন্দগী লৌ।

রমানাথনা রারম পুম্নমক হাযববদা হনুবী ইংথবমই। লকদুনা হায-রকই—ঐগী কবি লৈরক্কনি অসিনা ইবুংঙো ?

রমানা চেথাও মমাংদা থমলদুনা হায়রকই—ইমাগী লোইনমক্কি পুম্নমকসি ঐহাক্না পায়রুদুনা কবি তৌগনি ?

'মুমদা থাবা য়াদরা ? লাকপা অমুক কুইরবা কাওবদা করিমত্তা থাদে।'

'ঐগী ইমুম হায়ববু অসিদনি ইমা। অতোপ্পা অমা অমুক লৈতে।'

হন্নুবীগী মুংশিবা মশক থংনুদ্রবা থম্মোয় থুঙ্কংথিরমই। মমা নিংবা হায়বসিগী দমক্তা মতম কুইমদগী মহাক্তী থবাই লাংতক্লনা চাক্তুনা লৈরমই। লিক্লবা থম্মোয় অসিদা অতুক্তী মতিক মুংশিবনা মহী হোমলকলিবা মমাগী নংথবকপা খোমগী মতৌগুম্না পাথোকদোরমই।

মহাক্না নোটশিং মশীং থিরতুনা হায়রকই—য়াংথৈনি ইবুংঙো! য়াংথৈ অমা ঐঙোন্দগী অমুক লোরো। চা মনা থমলবনি। চাগী তুকান হাংদোকলো। মফম অসিগী মচি অমদা মোড়া মবিমঙা অমমুং মেজ অমা থমলমই। অমুক মুমিদাংবাই পুং অনি-অনি কমলবদি লেনবদি য়ারগনি।

দেবীদীন্না হায়রকই—অতু ওইববদি চবসকী পৈশা ঐহাক তুকান অসিদগী লোগনি।

হন্নুবীনা চরাও-মুংশিবা মিংয়েংনা য়েংলতুনা হায়রকই মত্তেক পাই চন্তুনা লোগনিকো।

* * * * *

# (২৮)

রমানা চংথিবদগী বক্সা জালপাগীদমক্তা য়াম্না বারমই। মহাক অমা নত্রগা অমা তৌদুনা মাগী মতেং পাংনিংলমই। মানা পাংলিবা অতু মহাক পাংই হাযবা করিগুম্বা মওং অমদা থঙহন্দবমু পামলমই। অতুগা লুপা শংবা থরা তিংথোকলগা রমা থিবা থঙবা ঙমলবদি মতুমু মহাক হরাওনা তিংথোক্তনি। জালপানা কপ্পা উবগা মহাক্তী থম্মোয মুংনাংলম্মী। মহাক্না মাবু হরাওবা মাযথোঙদা উজবা পামলমই। মশাগী মমলবা, কপলবা ইমুংমমুংদগী পেনলতুনা মহাক জালপাগী মযুমদা চংথোকলমই। মফম অদুদা মিংকুপমুক নোক-খেনা বারী-শিংবুল শারগা মাগী থম্মোয় মুংঙাইজবমই। হৌজিকতি মফম অতুমু য়েংনিংদবা পোকলমই। মফম অসিদা লাকলগা মহাক্না মসিগী অপামবা থঙজবমই। ঐহাকমু তাইবং অসিদা হিংলিবনি, তাইবং অতুদ', মফম অতুদা পুন্সি লৈরিবা, অপাম্বা লৈরিবা, মুংশিবা লৈরিবা

হরাও তয়াম্বা লৈরিবা মহাক্কী পুন্সিদি মৈথক্তা ব্রত কথোকখিরমম্মী। মহাক্কা পুক্নিং হকচাং য়াওনা মতু ভাকলম্মী। অদুবু শিবলিঙ্গগী মথক্তা লৈরিবা চক্ষুদা ইচেল অদু, ইপোম অদু, খোম্থাং অদু লৈবরা, ভুরেলদা লৈরিবা অদুগুম্বা ?

মোংমা হুমিং মহাক্কা গ্রামফোন পুখক্লমই অমসুং হুমিদাংবাই কাওবা খোংলমই। মথংগী হুমিক্তা তগৎ তগৎ তেক্লিবা খৈরাংগী থুম্মোক অমা পুরক্লমই। হেক লাকপা খুদিংগী খুদোন অমা পুরক্লমই। হৌজিক ফাওবদি মহাক জাগেশ্বরীগা কয়া উন্নরমদে অদুবু হন্দক মরক অসিদি অয়াম্বা মতমদা মহাক্কী মনাক্তা ফমলমই অমসুং খোক্ল খোক্লবা য়ারী শান্নবমই।

উকিল সাহবস্থ বমাগী ইমুং-মনুংগা অমত্তা ওইরে। হন্না হন্না হং-লমই—য়মা বাবুগী চে-পাউগা লাকপবা ? লৈফমগা থঙলবরা ? মখোয় কবি খুদোংথিবা লৈ লাকই ?

মোংমা হুমিং বত্র লাকপদদি মায়থোং মকশিন্না, মমিং শুকথরহনা লাকলমই।

জালপানা হংলমই- ভসি থরাই কয়া নুংঙাইতমানে ?

রত্বনা নিংবা কাইবা খোনফমদা শায়বকই—করিস্ন তৌদেদো। অহিং চুপপা ভুমদবে অদুননি। ভরাং অহিংদগী মহাক য়ান্না বাই। নিংথম-থাদা মহাক নিংশাম্বর হোনবদা বাই, চিবলি মবিন কুনলি। নিংথম-থা চুপপা এমলশন অমসুং সৈমাটোজন অতোপ্পা কবি কবি হিদাক থকই, অসি ফাওবদা অনার্বসি কবা লৈতে। কলকত্তাদা মমিংচৎপা মাইবা অমা লৈ। হন্দাক্তি লাযেংহনগে ফায়না নিংই। হযেং চৎকনি। ঐবু চৎতি চৎনিংদে। অদুবু ঐহাক লৈহৌবদি ভমদবিবা। মফম অদুদা অনিরক চৎলুববনি ঐহাক অদুগা মাহুনা লাক্লে। ঐহাক মফম অদুদা ভহাক ফাওবা লৈনিংদে। অদুদা ইশাগী নুংঙাইববু য়েংগদরা মাগী অনাববু খনগদরা ঐদি মফম থঙদরে। ইনাও পুক্নিং অসি হন্-শিবনা হু অমা চারগা ভুম্নসিরা হেক য়োই। নোংদম্বনা মতু কাওবা য়েংবিনিংদবমানে। মাবু কহনগনি হায়হনা কনাগুম্বনা ঐগী অরৈবা পুম্নমক লোগে হায়রবদি মতু ঐহাক য়ান্না হরাওনা পিগনি।

'কৈদোঔৈঙদি লাক্লনি?'

'হায়বা ঙমদে। মাগী অনাবনা লৈরে। চয়োল অমদা লাক্লদরা, থা অনি চঙগদরা কনান খঙগনি।'

'নহাকসু চৎলবদি য়াম্না নুংঙাইগনি।'

জালপানা মপুক্কিং নুংশিবা মওংদা হায়রকই—কদাইদা চৎলুনি ইচেম! নুমিৎ চুপ্প পাও ফংংদরা হাযবসিনা পুক্কিং লৈতাদে।

'ঐগী পুক্কিংনদি নখোয় বাবু কলকতাদা লৈরমগনি নিংই।'

'অমুক্তা কোয়থি থিবিরকউ। করিগুম্বা থেংনা থোকলবদি থুনা পাও খঙহনবিরকউ।'

জালপানা ক্বা তপলমই। বত্ননা কবিগুম্বা অনিংবগী মওংদা য়েংহুনা লৈবমই, মহাক কবিগুম্বা থবা হায়নিংবগুম অত্থুগা ইকাইহুনা হায়বা ঙমদহুনা লৈবমই।

জালপানা ক্বা পিবা মতমদা মাগী মওং অহু খঙলহুনা হায়রকই—করিনো ইচেম্মা! কনি হাযবিনিংবা লৈ?

বত্ন—করিসু নত্তে, ঐগী খুত্তা শেল থরা লৈ। নহাক থরা থমজিল্লু।

জালপানা মোমোন নোক্লগা যাবনদে-অবৈবহু ঐনা শিজিন্ন-থোকথ্রবদি?

বত্নুনা হরাওনা হাযরকই-নহাক্কী পোকমিন্নবা নচেমশিদনা।

জালপানা বাখলদা নুপ্তুনা লৈমাইদা যেংহুনা লৈরম্মী। পাওথুম করিমত্তা পিরমদে। বত্নুনা বাবৌবগী মওংদা হায়বকই—নহাক থুমদরেকো ইনাও! নহাক্লা ঐবু কবিগী শেরাম্মনা থল্লি। ঐনা পামবদি ঐখোয় নখোয লাপনা থম্মদবা অত্থুগা নহাক্লা কবিগী ঐঙোন্দগী থাপ্পা চেল্লি।

জালপানা চিংলেম্মা হায়রকই করিগুম্বা থরা হায়গে, শাওদি শাওবোইকো?

'শাওবা য়াবা বা ওইরগা শোযদনা শাওগনি।'

'ঐহাক ইচেম্মগী থবাই নুংঙাইরোইদবা বাদি হাযরোই। অত্থুবু নুংঙাইতবসু য়াই। অমুক্তা থল্লু, ননাও ওইনা থনবা অসিদা থৌজালগী মওং য়াওই-য়াওদে? নহাক্লা ঐগী অয়ো তাবা অসিদা .........।'

বত্থনা চোংশিন্দুনা মখুৎ অনিনা মচিন্দো মেনলমই অতুগা হায়রকই—ওক্নে, তোক্নো, মহাক্না ঐগী খননিংবা থল্ল, অতুগা অতুগুম্বা রাখল অদু ঐগী পুকনিংদা মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে, খনক্ষম থোক্তে।

মসি হায়না হায়ন বত্থগী মমিত্তা ইরা চেনলমই। জালপানা মশাবু অৱাবিনী হায়ন খল্লমই অতুগা অৱাবদা মশেল অকিবা লৈতনা অচুম্বা হায়বগী মনিংতম্বা লৈরমই তোইগুম্বুৎ বত্থগী পুক্লিংগী অৱাবা মাগী অৱাবদগী হেন্না থম্মোই কাযবা ওইরমই। জালপাদি মপুরোইবা হনলকপগী তৌজিক আশা লৈবমই। মহাক নহানি, মহাক হেক লাকপগা নুংঙাইতবশিংসি কোকখিগনি। মহাক্কী আশাগী হুমিং অমুক থোক্কনি। মহাক্কী অপাম্বশিং অমুক হন্ন শাৎকাইবক্কনি। তুংগী আশা অমম্বং অপাম্বশিং পুম্নমক মহাক্কী মমাংদা লৈবমই—পাকচাওনা যজনা, নিংথিজনা, নাংনা। বত্থগী তুংদি কবি লৈরমলি?

জালপানা মপী তৈথোক্লদুনা কোংশিলমই। হায়বকই-চেপাউগী পাড়িখুম পিবকউ। শেলদা পিবমলো।

বত্থনা পাসকগী নোট চবুল লোথোক্তুনা মাগী মমাংদা থমলমই। মাগী মাইথোং মশা লাল্লমদে।

জালপানিনা চম্না হায়বকই-শাৎনিংববনে?

ত্রিনা কৈনবা রাইতনা হাযবকই—শাউকদুনা কাব তৌকগনি।

জালপানা মাগী মত্তুনশমদা কোনশিল্লমই। কুংশিবনা মাগী থম্মোই থনলমই। বত্থ মহাক অমুক য়াম্না হায়না নুংশিখিবমদবি। মহাক্না মাবু তৌজিক যাওনা ফংলম্ল থল্লমই, কল্লব মিথোবম্মী। ঙসিমখৈ বত্থগী অশেংবা শক্তম উবা।

মিৎকুপ অমগী মতুংদা বত্থগা কপনা-লোকনা কাযনরমই।

*       *       *       *       *

কলকতাদা উকিল সাহেবনা লৈননব' হান্না থোরাং তৌখিবমই। করিগুম্বা খুদোংচাদবা অরাবা অমতা লৈখিদবে। বত্থনা চাক থোংবা অমম্থং টামল কহারবুম্থ লোয়-শিনলমই। মথোয় অনি উকিল সাহেবকী কুইরবা মনাইনি অত্থনা য়ুমগী মীদোনা তৌবমই। সহরগী মপালদা বঙ্গলা লৈরমই। কা অহুম ফংলে। মসিদগী হেন্না লৌরুবা কান্নবমদে।

লম শাংনা লাকপনা উকিল সাহেব অমুক হেন্ন চোকথখিবমই। হুমিং নিনি-হুম্নিদি মাগী ক্ষিভম প্রযাগকী মতৌগুম্না শোকচিনখিবমই। অপ্নবু হিদাক চাবা হৌবদগীদি হুমিং নিনি হুমনিগী মথুংদা থরা থজিক শাফবমই। বত্থনা অয়ুক্তগী নো যাই ফাওবা মাগী নলাক্তা চৌক্রিদা ফমলমই। ইকুমাইথজত্থনা চাক াাগলা ফাওবা কান্দবে। কিং সাহেবন নাক্তগী চ থোকথববদি মপুং যানা মাহেবা যংগনবনি থল্লমই। মহাকপু থুকংজনবা হায়জুনা মগাক মশাগী ফিভম লোৎনবা হোৎনত্থনা লৈরমই।

বত্থনা হংই—ঙসি কদি থোইদোকপা তৌদেকো? ইত্থুদা মহাক্না হাযফেং মোনোন নোকপগা লোইননা হায়রমই ঙসিদি থবা থজিক য়াংই। অমো তারবা অনাবঙ্গনা অহিং অহিং য়াওনদুনা লেনলমই। অত্থদা বত্থনা হংজরকই -অতিং নিংখিন' তুম্না যাববা? অত্থদা শুম-লমই—হোই যাম্না তুমই। বত্থনা চানবা পোং মমাংদা পুশিনলকপদা চানিংত্রবস্ত চানমই। বত্থনা থনজামই—ঙৌতিক থবাদি যবে!

কবিরাজদা পাউ অসি তমলমই। মহাক লায়েংবা মইত যানব অসিদা হপাওজরমই।

নোংমা উকিল সাহেবনা বত্থনা হাযবমই—ঐহাক কিকো অসুম যমললত্থনা নহাক্কী হিদাক্কা চাদবা যানা লৈকো।

বত্থনা হপাওবত্থনা হাযবকই—মত্থদগী হেন্না যবা বনি লৈ। ঐদি লাইদা হুংতিগী থুকমজাবিবনি, নহাক্কী নহপ্না ঐনা ওইনা নাগে।

'হুমিদাংবাই ঙহাকস্ত কোইথোকখুচো। ঐগী' ইহুং শিনগে হায়-রবদি ঐনা ফরগা কোম্না শিরু।'

উকিল সাহেব ইথং-থংহৌদনা রমানাথ নিংশিংলক্লমই। হায়রকই—অহুম চাহুনা সহরগী পার্কশিংদা চত্নুনা য়েংউগে, রমানাথ থেংনবস্নু য়াই।

রত্ন মশানা রাশকপা নিংশিংলক্লমই। মমা উল্লবগী তুংগী লাইবগী আশানা মিকুপ অমগীদমক মাংলাংতকহনলকই। হায়রকই—জালপাদা ঐনা শোয়দনা থিবকনি হায়না রাশকলবনি অহুবু অসি ঐরগদি কাওথোকলে।

উকিল সাহেবনা কল্প তকশিনলহুনা হায়বকই—ঙসিমক চংলু, ঙসিদগী পুংমুক তুংতিঙী চংথোকউ।

রত্ন উকিল সাহেবনা থেমজিন থেমজিনবা রাক্ষাং অসিদা থরা চিংনবাই মাগী মঙং-মতোঁদা ফনকপগী কবিগুপ্তা খুদম অমত্তা উবনদে। মাগী শকয়ম কবিগী নোংম নোংমগী তাইক্লেং তাইশিনলক্লি? কবিগী মখং উৎশিন্দুনবা নৈবি? মশা হকচাং কবিগী কংশিল্লবনো? চাক থোংবা অমদি কপানদ মহাক চিংনবসি থক কাংথোকলমদে। কবিরাজনা হু বস্নু হংঙোইনমই। রমানাথকা থেংনববদি মঙোন্না অতোপ্পা তু কুপ্ন য়োইনবগী হংগদবা।

রত্ননা চংশুবা উকিল সাহেবনা টীনলদা হায়বকই—ঐবু পমথংলগা অমুক্তা হনহনলু টীমল। চিপমন্দুনা খুদং য়াংলেন চপ তিংলে। চা শিনাম অমত্তু পিনবই। চা মকক উদবা য়াম্না কুইবে। চাদবা চাক অসিনা ঐ, পাংগদৌনি। মচোম শক চাগা অকম হৌই। থক্কবা য়াকঙি মহাক য়োংনা থক্কিদনি।

চাক থোংবন চা পুশিয়ুক্তুনা হায়বকই তাইঙো, চা পুজরক্লে।

উকিলনা মাগী চিনাসিনা অবাস্থ মখংদা য়েংনখুনা হায়বকই—পুজরীবা হৌজিক থকপদ্রোই। মহাক্না শংলগাদি মথক্লাই তুংঙাইবোই। পুজারি অহুক কাম্বু মান অসিদা পাকপদগী ঐগী মাইথোং থনা চুমলবরা?

পুজারীনা টীনলথোকদা য়েংলমই—মহাক মতম নৈবা নিবিক্তা অতোপ্পশিংগী মত নোংগা মশাগী মত শিরমই। মশানা থরবগী পাঙ্গল

লৈরমদে। অহুবু টীমলনা হোই, যবে অদোম থবা হায়বা, অহু ওইরবদি মহাকমু মহু অহুম হায়গনি। টীমলনা মাগী তৌফম থগুদবা মওং অহু উবদা হাযবকই—হোই, হান্নগী অহুম্নদি চুমদরি।

পুজারীনা হাযরমই—হোই থবদি শোইদনা শাফরে হান্নগী অহুম্নদি য়ৌদরি।

উকিল সাহেবনা কবিমতা পাউথুমলমদে। বা শমম অনি ঙাং-লগা মহাক চোকথরমই অহুগা মিনিট মঙা তরুক তুমিন্না করিমতা লেংদনা লৈরমই। মহাক মশাগী ফিভম থজবগুন্নমই। মাগী চেংলোদা, লৌশিংদা, কোক্তা অশিবগী মনি তারমই। 'অহুবু আশা থজিক লৈ-রমলিবা হায়ববু পুক্নিং তুকথবনা মহাক মশাগী ফিভম অদুক যামনা শোকচিনলি হাযবদি থগুলম্বা য়াই।

মমাংগী লৈকোন্দা থাবলনা লৈচিলগী ইনফী উনহুনা লৈমাইথক্তা তাদুনা হিক্তা হিক্তা কপলমই। লৈ অমম্বুং লৈবা পাম্বীনা মাইথোং লাংশিন্না, মকোক নোম্না আশা অমম্বুং অকিবনা নাং-কুনা মাগী মথক্তা মথুং থম্বগুমলমই, মাগী তুইংলবা হকচাংবু নান্নমই অমম্বুং পিগী পিরাং মবিক অমা অনি তবগা হান্নগুমনা মখোন্দা য়োংলমই।

ইথং শংহোদনা উকিল সাহেবনা মনিং পাংথোকলমই। নিংকি মিংলু অনিদা পিগী পিবা অনি নিকনিক লাওনা লৈবাই। যামনা অশোনবা থোনযমদা হায়বকই টীমল! সিদ্যু লাকসমবনা?

অহুদগী হংলুনিবা বাং অহুদা ইকাইহুনা মোমোন নোক্তুনা হাযবকই ঐদি সিদ্যু লাকপোই শল্লুবে।

অহুদগী নিংশা ফুইনা হোল্লহুনা তুমিন্না লৈথদে লামম্বুং মনিং উইশিনথবে।

সিদধু পাথং ওইনা হান্না লৈখিদবা মচা অহুগী মমিংনি। মতম অসিদা উকিল সাহেব মাবুতা নিংশিংলকলক্রমই। কবিগুম্বদা মচানা অচাং ওইবিভৈগী মমাংদা উবমই—কযাদা তশেং তশেংনা, কয়াদা নিং-থিজনা, শকফম হেক কাইদনা। অম্নমা কৈদৌভৈদমু মহাক্না শকফম শেংনা মওং কাইদনা উখিদরি।

মিকুপ কয়ামুক্তী মতুংদা মহাক্তা অমুক মমিৎ পাংথোক্লমই অতুগা নাকয়েৎ ওইবোম অহাংবদা য়েংলমই ! মাগী মমা নাক্ত্না হংবগুমলমই, ইবুংঙো, নহাক নশা মুংঙাইরববা ?

ইথং থংহৌদনা টীমলদা হায়রকই—অসিদা লাও । উকিল অমত্তা কৌরুচো । থুনা চৎলু । মহাক কোইরুরগা লাকলমগনি । তাঞ্জা অতুদা কাবগী হোন তাবমই অমসুং মিংকুপ অমগী মমুংদা বত্থ যো-বকলমই । উকিল কৌবগী বা স্বাই মাংখিরমই ।

উকিল সাহেবনা হবাওবা মাইথোংদা হংলমই—কদাই কদাইদা চৎলুবে ? মাগী লৈংম থিব ফংববা ?

বত্থনা মাগী মনাইবক্তা মথুং থমলদুনা হায়বকই—চৎপা যাবা চৎলুবে । থিব ফংদে । ইদাক চাবগী মতম ওইরেদনা ?

উকিল সাহেব পেনসম পিকনা হায়বকই পুবকলে চারগে ।

বত্থনা ইদাক লোইংকলমই অমসুং ইদলমই । মতম অসিদা মহাক কদিনবো যাম্না কিবগুম তৌবমই ।

ইথং ফংখোদনা মহাক্তা হায়বকই—মথাবগী মমুংদা কনানো টে-লিগ্রাম তৌদুনা কৌসি হায়বরা ?

উকিল সাহেবনা অহিংবগী মিৎয়েংনা য়েংলমই । অতুদগী মথক্তা হায়দিবা অদো কদিনো থদলদুনা হায়বকই- নত্তে, নত্তে, কনাম্ন কৌ-রবত্ত যাগনি । ইহাক যাবদা । অতুদগী মিৎকুপ অমগা মতুংদা মহাদো শেম শাবদুনা হায়বকই—ইহাক বসীয়ৎ ইচনসিবা থক্লি !

মেংলবা থোক্লবা তেল অমনা বত্থগী মহৌশাগী চবাই লুক্তোনদা চিক চিক লাওনা থাংহোকখিবগুমলমই, মচুনা মদম ওইদুনা মাগা মশাদা পুনলম্বা পুম্নমক চিকাকাম চিকাবাম লাওবগুমলমই, হকচাং কপাও পুম্নমক মচ মচাই শাবমই । মাগী থোপ্তা লৈবা চিংবী পুম্নমক ন্থু শিঙ্গা পাংথোকখিবমই, লৈমাদগী মাংগেম চেখাইবগুমলমই, লৈথক্কগী নোংমদোন কিন্থবগুম্নমই, অচন মচক তোজিক চেক মোক লাওদনা হকগী পান্দনগুম সেপ্তুনা লৈবমই । নিংশা থিদনা, পিরাংনা নিক্লবা খোঞ্জেলদা হায়রকই- মুমদগী কনানো অমা কৌবকউ হায়রবা ? মফম অসিদা কনাগনে বা শাম্লগদবসি ? ত্রৈনীনি হাপবা মী অমতা লৈতে ।

পুজারীনা চংলক্লবা হায়বকই—তাইঙো। চাক লোইজয়ে, থিজয়ো হায়বন্না? রত্ননা মাগী মাইকৈবোমদা থানা য়েংলমই। মহাক পাউথুম তাইহনা তুমিন্না হনখিরমই।

অতুবু মিংকুপ অমগী মতুংদা বত্ননা পুজারীবু সুংশিরক্লমই। মহাক্লা করম্বা মবাল লংলবনো। চাক চান্নবগীদমক হংজবা লাকচবনি? চাক অসি ভংম-থানবা যাবরদো? মহাক্লা চাকশংদা চংহনা পুজারীদা হায়রকই—নথোম চারো পুজারীঃ ঐহাক চাক লামদবি।

পুজারীনা চাদবা যাদে হায়রহনা—চথোম অনিদা ওইরবস্থ চাবিয়ু, ইবেম্মা।

রত্না লেপকক তৌরমই। পুজাবীগী অসিগুম্বা চাদবা যাদে হায়না ভকশিমলকপসিদা থোঙ্গাল তৈবা মীতুংশি থঙবনা থন্নমই অতুনা রত্না মথল অময়োমদা ইংথরমই। মফম অসিদা মশাগী ওইবা কনা লৈতে, মসি থন্নবদা মহাক মশাগী অবানবা থঙলমই। পুজাবীনা তৌজিক কাওবদা রত্নবু অকনবা রাশক চেংগী মবেম্মগী শঙ্কমদা ওইরমই। ভসিদি অতুঙ্বা মবেম্মা অতু মমাংদা লেপলহনা তৌবিমল নিবগুল্লমই। মতাক্তী অকবা লৈথোল পুন্নমক চোংথোক্লমই। বত্ননা মাগী পাতক শেংভক ভৌবা মাইথোংদা তুংশিবগী লৈথোল উবমই।

মহাক্লা হংলমই—কবিরাজগী হিদাক অসিনা নঙগী তাইঙো থরা কান্নবা ফংবরা, পুজাবী?

পুজারীনা কিনা কিনা উকিল সাহেবতা ভসি হায়খিবা বাহৈ অতু হন্না হায়রমই। বত্ননা থাজদবা মওংদা যেংলহনা হায়বকই—নহাকস্থ ঐবু নমথাক তৌবি পুজাবী?

পুজাবীগী মমিং ইবা চেনলমই। হায়রকই—ঈশ্বরনা ফনবা শিন-গনিদা ইবেম্মা, মিপাইহনা কবি কান্নগনি? ঐথোয়না কবি তৌবা ভমগনি।

রত্ননা হংলমই—মফম অসিদা পাঙ্গিগা ফংগদবা? মঙোন্দা হংসি। লাই-তিন থুক্কমথোক্লগস্থ ফবা যাওই।

পুজারীনা চুমইনা হায়বা মওংদা হায়রকই—মহুদি ঐদি হান্না হায়জনিংলম্লবনি, ইবেম্মা। তাইঙোগী মীওং খঙবিরিবা অদুনিদো! অসিগুম্বা বাদি পনজুবা য়াব নত্তে।

মহুনা বাখল চপয়ুংনা হায়রকই—নোংঙাল্লগনে কনানো অমা কৌদবা যাদ্রবনিকো।

মসি হায়বহুনা মহাক কাদা লাক্লমই অমম্লুং মৈঙালগী মমাংদা ফমহুনা জালপাদা চে পাউ ইরমই—

'ইনাও ইবেম্মা করি থোক্লগবা হাযবা ঙমদে। ঙসি খঙলে ঐহাক ওইরোইদবদা লুংঙাইথোক্লনা লৈবি। নহাক তাইঙোনা হৌজিক ফাওবা মশাগী ফিভম ঐঙোন্দা লোংলি; অদুবু ঙসিদি মহাক মহু লোত্তুনা থম্বা ঙমদনে। নঙোন্দ করি হায়না পাউদমসিগে, নামা (মিং) পানবগী বা ফাওবা হায়বক্লে। ঐনা মহু কনথোক্লমই। থম্মোই অসি মিপাইবে। ইনাও, থম্মোইনদি পামলবনি হু খবা চাবগা ভুমলসিবা হায়না। নোংদম্বু তাইবংপানবনা, থৌজাল হৈবা, মীলুংশি চাওব, কবি করিনো মিংথোল কয়া পিরি। ঐন হায়রি, মহাক অমুক লুংশিহৈতবা, মঙোন্দগী তমথীবা য়েক্লবা অতোপ্পা কনা অমযুক লৈত্রবনি। নহালপোক্কী মপোক্লা যংবনি হায়বসি লুপগী পুক্লিংবু থেমজিনবগী বানি! ফংগদৌবা চৈরাককী মবম ঐথোয়না খঙদনা চৈবাক অদুগী কবি মমল লৈবিবা। অদুদি নম-হাবগী লিচৈনি, যুনবগী চৈবমদা থিহুন লৈবনি। অসিগুম্বা মমলবা, চিকলবা, তিংথংনা থল্লবা তাইবঙ লম্বী অসিদা লুপগী মুংলি মুংলি তৌবা মৈরা অমা ফংলমই। ঐনা মহুবু ফিনাদা পোংশিন্দুনা, নোংদম্বু থাগংচবহুনা চিনবানথোংদা ঈশৈ ঙংলহুনা চংলমই, অদুবু ঙসিদি থাংমৈ অদুবু ঐঙোন্দগী মুনগদৌবি। অমম্বা অসিদ: ঐহাক কদাইদা চংকনি, কনানা ঐনা কপ্পা তাবিগনি, কনানা ঐবু খুংশম্নবিগনি?

ইনাও ঐবু ঙাকপিযু। ঐ নহাকী ইবুংঙোদো থিবগী মতম লৈতবে। ঙসি পাকশিংদা কোইনা থিরুবনি অদুবু করিমতা থিবা খঙদে। ইমাবু ঐনা থুরুমজবকই হায়বিয়ু।'

চে-পাউ ইরগা রত্ন মাপ্লোলদা লাক্লমই। মতম অমুদা উকিল সাহেব নিংশা কয়া হোনলমই।

(৩০)

মুমিদাংগী পুং অহুম তাখিনমই। রত্ন অহিং নোংয়াইমতুং ফাওবা অরাম চৌক্রিদা হিপ্ন হিপ্ন থক থক চিংনা উইরমই, খু'ক অদুদা খঙহৌদনা উকিল সাহেবকী খন্‌ও খে‌া খে‌া লাউবা তাবদা থংলমই। নিংশা ওন্ন-তৈননা হোনলমই। মহাক মগাক্কী লৃখুমদা ফমদুনা মাগী মকোক অমমুং মকৈগনদা মোন থাংললমই। চৌক্রিক নোংঙানগদবা কয়াম বাৎলিগবা। মেজদা থমলিবা ঘড়ীদা য়েংলমই, চৌক্রিক পুং অহুমদা তারমই। নোংঙানগদবা চৌক্রিক পুং মবি বাৎলি। পুং মাপল তাবা অদুরাইদা কবিরাজ লক্লি। মসি খনবদা মগাক নিংবা কাইরমই। মিৎকুপ কযামুক্কী মতুংদা উকিল সাহেবকী নিংশা থিংলমই। মশা অপুম্বা হুমাংনা চোৎলমই। মখুৎনা বত্নদা চৎথোকখিনবা ইঙ্গিত তৌরমই অদুগা মোন্দা মকোক থাংগদুনা অমুক মমিৎ উইশিল্লমই।

থংহৌদনা মহাক্না খোনফম নিক্লা হায়রকই- রত্ন, হোউজিক কায়নবগী মতম ওইরকলে। ঐগী ইবাল..........।

মহাক্না মখুৎ অনি লোন্দনা মঙোনলোমদা কায়জবা মতংদা য়েংলকই। কবিরাজনা থরা হাংবা পামলমই, তৌইংঙমুং লোক্লেল থোকলমদে!

রত্ননা লাওরদুনা হায়রকই- টীমল পুক্লারী! নখোয অনিনু শিনব্রা? পুজারীন লাক্লগা হায়রকই- ঐহাক তুম্বা নত্তে ইবেম্মা! কবি তৌবে তাইবুংঙোদি।

বত্ননা চৈবদুনা হায়রকই- বা ভাংগদু কৌরুচো চৎলু কবিরাজ অদু। থুনা স্টোপ থাগৎলমই, মৈ য়াইবগা ফগনি হায়মা মতাঙম। মগী মুংশাখিবা, থম্মোয় শোনবা পুমমব, অবাবা পুমমক মাংখিব-

গুমলমই। মহাক অসুক য়াম্না রাববা অসিদ। য়াম্না ইচং থোরমই, শেল অমুক কনলমই। কনলবা থোদাংনা মাগী মস্তিক ময়াইদু হৌ-দোকলমই।

স্টোব থাগৎলগা মহাক্না লশিংনা ক্বিবুল শাহুনা মথবাক্তা মৈ য়াইদুনা কিৎ-কিৎ নমলমই। মিনিট ভরা মত্তাৱোম পরপ পরপ মৈ য়াইথবা মতুংদা উকিল সাহেবকী নিংশা থরা হুন্তরমই। থোঙ্কেল থোক্লে। বত্নগী মথুং অনিনা মথজাইদা থমলগা হায়রকই—নহাক য়াম্না রাবিগনি, ইবেম্ম, কনানা খঙগনি, অসুক ভননা (থুনা, মতম ওইরকনি। ঐনা নহাকপু য়াম্না শুংলে, মুগংবী। ও। কয়াদা ভমথনা শুংপা? পুক্নিংগী অপাম্বা কয়া থম্মোইনুংদা অদুম লৈথরে। ঐনা নহাকী পুক্সির ভোবাতুনা মাংহল্লে, ঙাকপিয়ু। অবোইবা রাহৈ মাগী মচিন্নগী থোক-থিরিবা অসি পুক্সিগী অরোইবা শেংনা-থাম্নবা য়াম্রবা ওইরমই, মসিনা অপাম্বগী অবোইবা লৈপুল ওইবমই।

বত্ননা থোংলোমদা লেংলমই হৌজিক ফাওবা পুজারী লাক্নমদে। হোই, টীমল লেপ্নমক অমস্তং মমাংদা চাংজো নাইদবা অমম্বনা মাগী পুক্সিগী অবোইবা, কেংগাবোনগুম্না হাইহৎলদুনা ভাদুনা লৈবমই।

বত্ননা হায়রকই—টীমল, ঈশিং থরা শাহনসিবা?

টীমলনা লেপ্না-লেপ্না হায়রকই ঈশিং লুমতুনা করি তৌগনি, ইবেম্ম। গোদান (বংবী) কৎলো। গঙ্গাজল মরিক অমা অনি ময়াদা থাদো।

বত্ননা মপুংথাইবগী মথবাক্তা মথুং থম্নমই। মথবাক শারমই। মহাক্না অমুক থোংলোমদা যেংথোক্নমই। পুজারী উবমদে, হৌজিক ফাওবা। মহাক্না খল্লমই, কবিরাজ লাক্নবদি মহাক্কী অনাবা হন্দোক্ন-বগু য়াই।

শেংনা-থাইনরিবা গরাইনা ম'রু কয়াম মতিক লুংশিনগা হায়রদো ভসি রত্ন মাগী মপুংফাবা অরেম্বা খুদম ফংলমই। রত্নগীদমক্ত পুক্সিদা থরদা ওইরবগু থবা, থোন শরুক থবা লৈনমই। উকিলগী পুক্সিদা করম্বা লুংঙাইবা লৈখিরমই। চা-থকপগী লুংঙাইবা, কুপৈ ফিয়োংগী

অপাম্বা। পুন্সি হায়বসিমক্তবু অকনবা তপস্তা অমরা, মতুগী মরুওইবা হীরমদি মথৌদ'ং ঙাকপর ! য়ত্থনা মহাক্কী পুন্সিবু হুংঙাইহনব' ঙম্বরা ? মিকুপ অমগীদমক্তা অকনবা থৌদাংগী হুংনাংবা ৱাখলদগী মাবু ঙাকহনবা ঙম্বরা ? কনানা হায়বা ঙমগনি ঙহাক পনবা অমম্থং পোথাবনা মুৎলগদব' থাওমৈ অত্থু হুমিৎ থরনি ঙানলমগদবস্থ অত্থবু মতম থুদিংদা য়াদত্থনতা লৈরমই, অত্থম্থ হুপ্নগী মাগা ঐগা করিগী মরি লৈনক্সিবা ? বত্থগী তুবুম অমমম মতম অসিদা মত্তবু হঙ্গোইরমই। মহাক্ক মপুরোয়বগী ইংলবা খোংয়া অদুদা মকোক থম্লমই অত্থগা হিক্কা হিক্কা কপ্লমই।

উকিল সাহেবকী মমিৎ শাংথোক্লমই। তৌইগুম্বম্থং মাইথোঙদা করিগুম্বা মওং অমতগী থুদম লৈরমদে। বত্থগী লাংতক্ববনম্থ মাগী মুৎলবা ঙানবু ( থোংগুন ) ঙালহনবা ঙম্লমদে। হরাওবা অমম্থং অৱাবগী কিশিদগী মহাক নাম্বোক্লমই, কনাগুম্বনা কপ-লাওরবস্থ হুংঙাইতবা যাওরমদে, নোক্লবম্থ হবাওরমদে।

টীমলনা কুশী-তামীদা গঙ্গাজল লোবত্থনা মাগী ময়াদা ইনলমই। ঙসিদি মহাক মাইকা হায়খিদবে। নমথাক তৌরিবা, চৎনবী পথাপপু কম্না য়ারমদে, মতম অসিদদি করিমক্তা হায়রমদে, মরম অসিদি নত্তে, মঙোন্দা ধর্ম্মগী ওইবা থাজবা ফাঙবে হুপ্নগী হৌজিক মঙেন্দা মতুগী করিগুম্বা অনিংবা অপ ম্বা অমতা লৈশিদরে। সিংবা অসিদদি মহাক হু ফাওবা থক্কান।

টীমলনা উকিল সাহেবকী চেংলোক্লোমদা য়েংলত্থনা হাযবকই—ইবেম্মা ! লেংশিনলকউ, ফমুংদগী থাংথরসি। উকিলনা ঐখোয পুম্নমকপু হন্দোকপিবমলে। নসি হায়বত্থনা মহাক লৈমাইথক্তা ফমথথরে অমম্থং মমিৎ অনি, নোইবত্থনা শুং শুং কপলমই। ঙসি চহি কুম্থ্রাদগী লোইনরক্লবা থাদোকপিরমলে, মহাক্না কৈদৌঙৈদম্থ ৱা মচেৎ অমতা হায়রদে, কৈদৌঙৈদম্থ নং হাযনা কৌবমদে, অত্থগুম্না লোইনরকপা মপু অত্থনা মহাকপু হন্দোক্লমলগ' চৎখিরমই।

য়ত্থ হৌজিক ফাওবা কবিরাজবু য়েংত্থনা লৈরমই। টীমলগী মচিন্দগী [illegible] মহাক্না ফক হৌগত্তনা

মপুরোইবগী মথবাক্তা মথুৎ থম্লমই। চহি ছুক্ফু ফাওবা লেপতনা চৎ-লবগী মতুংদা হৌজিক মহাক পোত্থারমই। অতুদগী মহাক মরাইবক্তা মথুৎ থম্বগী থৌনা লৈবমদে। হকচাং অদু শোকল্লুরগা অশিবা অতুগী মমাই য়েংল্লুরগা মহাক অস্থম্না সুংবংননা সুংঙাইতবা পোকলমই। হৌ-জিক্তা মথোংদা মকোক ঙাতুনা কপলম্মা মহাক অদুবু শোক্লবা মাগী থুংশা কেনগদবগুম তৌরমই। পুক্নিংগী লৈপুল অদু কয়াম্না থোৎকল্লি, মহাক্না কৈদৌঙৈদগু অদুসনা থললমদে। শিগনি হায়বগী ৱাথল কৈ-দৌঙৈদগু মাগী পুক্নিংদা লাক্লমদে। অশিবনা মমাংদা লেপ্পা মাবু লৌরে।

ঙহাক লৈবগী মতুংদা টীমলনা হায়রকই—ইবেম্মা, হৌজিক করি য়েংলি, কাংথোক্লগী মথাদা থাংথবো। অস্থম থোকউ হায়না তম-থববনিনে।

মহাক্না মথুংনা মথোং পাযরে, রত্নমা মকোক পায়রে অতুগা মাথায় অনি অশিবা মশা অদু মপাদা হিপহনলমই। অতুগা মকম কাহ্লনা লৈমাইটদা ফমহনা বত্ন কপলমই, ঙাইবং ঊপাক অসিদা হৌ-জিক মাগীদমক কনা লৈগবে হায়দুনা কপ্পা নত্তে। মহাক্না নিংঙমহৌদবদি স্থগী অদিগীদ, মাগী মথমদা মাগা থৌদাং, থোগল মপুং ফাকৌদে।

(৩১)

সুমিৎ অতুদা অশিবা মশা অদু কানীদা পুক্লমই। অতুগা লো-লোইরমই। উকিল সাহেবকী মমাম্বন পোকপা মা মালবাদা লৈ-রমই। মাবু টেলিগ্রাফ তৌদুনা কৌনমই। মহাক্না পোৎলোইবগী হৌনবী চৎনবী তৌরমই। রত্ন কু শেম্বগী ৱাথল থম্লবদা তুজুংলমই, মকম অতুদা চংলুবা থোক্লবদি মহাক ৱাহবা মানা লৈ।

জালপানা হন্দক মরক অসি সুমিৎ চুপ্পা মাগা লোয়ননা লৈমিন্ন-রমই। অমা তারবী রত্ন ইমুং মনুংগী ৱাথল থমবা চংলমদে, ছুমগনি

চাগনি থকনি নিংশিংলমদে। সুংতিগী করিগুম্বা বা অমা নিংশিং লকপদা পুং কয়া কপথোলমই। মপুবোইবগা লোয়নবদা চংকদবা ধর্ম্ম অতুগী মচেৎ অমা ফাওবা ঙাক্না চৎলম্লবদি মতু মহাক্না থঙগদব। মশাগী থৌদাং থঙদবী, নুংশি হৈত্তবী, মশাগী কে-মৌবদা পামজবীনি থজ্বদা মহাক হায়নিংঙাই লৈতনা তেংথা-না'ওইনা কপমলই। উকিল সাহেবকী মী ফব', পুকচেল ফজবগী বাবী শারগা মহাক নুংঙাইজরমই। পুক্সিগী থোংজিন্দা শংবিনবা অমা লৈরিঙৈ অতুদদি মহাক হুই, হৌদোং হুরান-চিন্থিগী অকিবা লৈবমদে তোইগুম্বনুং হৌজিক থোংজিন্দা ঙাকপি-শংবিনবা অমত্তা লৈতবে, মবম অতুনা মহাক মিৎকুপ-নাহুম শিংনা লৈবমই—মপুবোইবগী মতিক-মযাই শোনলমই।

উকিল সাহেবকী ময়াম্বগী মচাগী মমিং মনিভুষন কৌবমই। য়াম্না তিম্নবা সুংঙাইবা, লোক-থেগনবা, থবক হৈবা। থা অমদা মতাক্না মশাগী মরুপ-মপীজা কয়া শেম্নমই। লম অতুদা উকিল সাহেবকা য়াম্না লুবা তিম্নরম্বা উকিল অমদি ইনাক কৈবাক থুনবশিংগা লুনা চাম্না তিনশিনলমই, তোয়োং-খোনদানলমই, মতু বত্ন ফাঙবা থংদে অমসুং মহাকনা বেঙ্কতগী শেল লৌথোক লৌশিন ফাঙবা মশাগী মমিংদা লৌবা হৌরমই। এলাহাবাদ বেঙ্কতা উকিল সাহেবকী লুপা লিশিং কুন লৈবমই। মতুম্নু মহাক্না পায়শিল্লে, মুমগী ভারানু মহাক্না লৌশিল্লকলে, থুঙ্গংগী লোইশং কাথোক কাশিনম্নু মহাক্না চৎলমই। রত্নগা করিম্নু মরি ইবৈ লৈনদবগুম্নমই।

নোংমা সুমিৎ অমা টীমলনা লাক্তুনা রত্নদা হায়রকই—ইবেম্মা, লৈখিদবনা লৈখিদরে ফরে, হৌজিক্তি য়ুম কৈম্নু য়েংশিনবা মতম ওইরে। ঐনা তাবনু ইবুংঙোতোন অসিনা বেঙ্ককী শেল ঙম্না পায়শিনথরে।

রত্ননা মঙোনলোমদা অম্নক য়াম্না তমখিবা অশাওব' মিৎয়েংনা য়েংলমই, অতুনা মহাক বা মথা তাবগী থৌনা লৈরমদরে। সুমিৎ অম্নদগী মনিভুবননা টীমলবু হুরানবা শিতুনা তাম্নোক্লমই। মতু রত্ন করিমত্তা বা-লান ঙাংলমদে।

হৌজিক পুজারিদা মঙাইরে। মাবুনা মনিভুষননা গঙ্গা পিথক পিথক্লতুদা ফারমই অতুনা মহাক অমা লম হেনলমদরে। রত্না মশাবু

মাংনবা শিল্লিবা খুজিল খোরাংসি করিমত্তা খঙলমদে।

নোংমা মনিভুষননা রত্নদা হায়রমই—ইন্দোমচা। হৌজিক ঐহাক অসিদা লৈরক্তুনা করি তৌগনি। চৎসি ইন্দোমচাসু ঐনা হায়া লৈবা মফম অতুদা ইন্দোমচাগী নচা-নমৌনা নিংথৌনা সেবা তৌনবা। নগুশিংদো উয়গা হুংঙাইতবসু মকাওগনি। ইন্দোমচানা য়ারবদি বাঙ্গলা অসি য়োম্ৎোক-লমলগে। মমলসু মতিক চানা ফংগনি।

রত্না ৰাস্তবদগী লৌশিং লাকপগুম্না থংগ্রেক থংলমই। কনা অমনা মাবু নোমত্নুনা হৌদোকপগুম্নমই। চিংনবা মিৎয়েংনা মঙোনলোমদা য়েংলত্নুনা হায়রকই—হাযশিবত্নু ঐঙোন্দরা ?

মনি—অহোই, নচানা হাযক্তবদি ঐখোয় অসিদা লৈরক্তুনা করিসু কাম্নদবে। ইন্দোমচাসু চৎসি অসিনি।

রত্ননা নিংবা কাইবা মওংদা হায়বকই—হোই, ফদি ফৈ।

মনি—ইন্দোমচাদা মাল-চাং পানবা লৈরবদি মতুগী অইবা চে অতু অমুক্তা গেংভগে। ইশোম্না তৌবা, পাম্নবা অতু তৌবা ঐখোয়গী ধর্ম্মনি।

রত্ননা খোশাদনা চংনবী হৌনবীগা খঙদবগুম্না হাযরকই—করিগুম্না অমত্তা পাম্লম্বা লৈতে।

মনিভুষননা অমুক হংলমই—পানবিত্নুনা মচি অমদা থম্লম্বা য়াই।

রত্ন—ঐদি খঙদে করিগুম্বদসু পনবু শনলমদে।

মনিভুষন মপুক্লিংদা হয়াণ্ডয়মই, হায়রকই—লৈশিদবগী নিংশিং মোংফম অমা শাদিবা পায়না থম্লি।

রত্ননা পামজনা হায়রকই—হোই, পামই।

মনি—খুলদগী লাক্লিবা কারকলিবা আয়দনসু চাওদা লুপা লিশিং অহুমলোমনি। য়াম্নসু ইতোননা চহিদা দান তৌরমই মতুগী হিসাবসু উরে। চহি যাঙ্কেয়োমদগী তাদনা ওইরমগনি। মতু পুম্নমক অতু অহুম থম্বা পামই।

রত্ননা হরাওরতুনা হায়রকই—হোই, করি অমুক লৈরি ?

মনি—অতু ওইরবদি খুনদগী লাকপা আয়না ধর্ম্ম-কর্ম্মদা কথোকপা হায়বতুনি। মুমশিংগী ভারানা থাদা লুপা চনিনি। মসিনা ইতোনগী মমিংদা পিরুবা সংস্কৃত মহৈশং অমা হাংদোকপা হায়বতুনি।

রত্ন—য়াম্না ফবা বানি।

মনি—অতুগা বাঙ্গলা য়োম্বোকপা মতুগী শেল অতুনা বেঙ্কতা থমজিনবা অসিনি।

রত্ন—মতুম্মু কৈ। ঐনা হৌজিক শেলনা কবি তৌগনি ?

মনি—ইন্দোমচাগী ঐ লৈরি। ঐদি কাব অসিমু থাদোকলসি হায়রিবনি।

রত্ননা থৌশাদনা হায়রকই—হৌজিক অতুক যাম্না তাহাত্রবমু য়া-গনি। লুপা শংবা বেঙ্কতা থবদমু লৈবিবনি।

মনি—বেঙ্কতা লুপা থরদি লৈরমই, মতু থামুক অসিদা শিজিন্নরি। কয়ামুক ওইবনো লুপা লিশিং মঙামুক্তি ওইবমগনি। মফম অসিদদি শেলগসিদি চেগাইগুমথরে। ঐদি মফম অসিদা থা অমা ফানা লৈবা ওমগনি নিংদরে। কান অসিদি থুনা থাদোকখিবনা হেন্না কৈ।

রত্ননা ইথুম খুমলমদে—ফববুদি ফরবনি। মহাক মতম অসিদা পুক্লিং মুংঙাইতবনা বাথল ইচোই-চোইবমই, মীওইবনা করিমু লৈতবা থবক্তমু থোইনা খজিল্লদবা মতাংনি। মনিভূষনগী খুজিল থৌবাং হৈ-শিংবনা মহাকপু মতৌ অমুম তৌনা খুতুম চনশিনখিরমই। মতম অসিদা মঙোন্দা থজিক তৌবিমল উৎলবদি মতুবু মহাক মশাগী ফনবা থনবা ওইবিনি থনগনি। মাগী মপুক শেপপা অমমুং মুংঙাইতবা উৎ ওইনা মাংখিবগুম্নমই, মহাক্না পুম্নমকপু মশাগী মী ওইনা থনলমই। কনাদা মহাক চিংনবা লৈরমদে। কনাগুম্বা হুরানবা অমনা মাগী মমাংদা মাগী লল-কৈ হুরানলবা ফাওবা মহাক লাউদবমু য়ানা লৈ।

* * * * *

শোরাতকী মতুংদগী জালপা রত্নগী মযুমদা পংতোই তোইনা চৎতরে। চৎলবস্থু অত্থক ঙহাক পুংথাই অমা করি অমা কোইথোকপদগী হেন্না চৎতরে। ঙুরিং কয়ানিমরুমদগী মুনশী দয়াদনাথস্থু অরুম হৌবমই। মহাকপু হুন্দোকলমতুনা কবমবা চৎকনিদো। তৌবিবনা মকুবোক দযানাথ অরুম খজিক হৌবদা চোইবোল-পাবোল হেক্তা ঙাংই কপস্থু কপই, শকস্থু শকই, কবিগুম্বা মংহা ওইনা যমতুত মমাংদা ফম্বা উবমই। মহাক্না কেক পাম্বদি ইমুং-মচুং অপুমবা মাগী মনাক্তা ফমতুনা লৈবা পান্নমই, মবি-মতাশিংবু কৌতুনা অরোইবা ওইনা উন খে'ৎনবা। মরমদি অনাবসিদগী মহাক হিংগনি হায়বা উবমদে।

মুনশীগী কাদা চে-ফোং কয়ামুক্কী ফাইল মপৈ অমা লৈবমই। মসি থম্বসি মাগী হৈনবী লমচৎনি। জালপা লৈবা অস্থুম হৈনবক্তুগা ফাইলশিং অত্ত হাংদোক্তুনা কোইফাক যাক্তুনা য়েংলমই। নোংমা ঙুরিং অমা মহাক্না অবিবা চেফোং অমদা শত্রং য়েকপা থেংনরমই, মতুবু ফোংবা ঙম্বগীদমক কনাগুম্বা মী অমনা মনা পিগনিস্থু হায়রকই। মহাক্না নিংশিংলমই, বামনাথনা লায়ুম অমদি পো। থমলিবা মফম অত্তুদা লাইবিক অমদা নকশা কয়ামকম যেকপা উথিবমই। মহাকনা থুনা চত্তুনা লাইবিক অত্তু লৌরুবমই। নকশা অত্তুগী কোপী অমা যাওবমই মতুদা নকশাদা নত্তনা মতুগী ফলস্থু য়াওবমই। জালপাগী পুক্নিংদা খঙকৌদনা মসি খল্লকলমই, নকশা অসি চেফোং অমদা হাপহন্দুনা য়েংসিবা। কনানা খঙগনি মতাম্না উবস্তু। ঐ ইতুনা য়েংলগে, ইহান হান্না ফল তাবকপা অতুবু মনা পিগনি। তত্বাব শান্নবা মথল অমনি। মহাক্না শেলমক যংজত্রবস্থু তৌবকপা ঙম্বা মীশিংগী মতুংদা মহাক্কী মমিংদি যাওবকপা য়াইদনা। খঙদদি খঙলগনি লৈফমদা ওইরবত্ত। ওইমক ওইত্রবস্থু শেলদি চৎলগনি। লুপা তরাতগী মনা থমগনি। মনা য়ামত্রবদি অহৈবা মীওই অমতনা পুন্নিং চংবিরোই। বাসিস্থু রত্নাগী কান্নবা ওইরমই।

হায়রিবা অসি থনজানদুনা লৈবিরৈঙেদা ঙসি মহাক রত্নবু উনবা ঙমলমদে। অসোমদা রত্ননা মাবু ঙুম্মিং চুপ্পা বানা ঙাইদুনা লৈবমই। ম্নাচংবা ফাওবা লাকপা ঙমদ্রবা অদুদদি মহাক লৈথোকপা ঙমদরে। মপুন্নোইবা লৈখিদবদগী ঙসিনা ইহান হাপ্না মযুমদগী কোইথোকলমই। করিগুম্বা ইথক-ইবাং অমা লৈবমদে, কবিঙম্বদা পুন্সি লৈরমদে। সহর অপুম্বসি তেংথা-নাওইবগুম্নমই। মহাক গাড়ী কম্না থোগনবীনি অদুবু ঙসিদি শগোল গাড়ীদগী হেন্না ঙম্না থোরমই। হদুবা অমা লম্বীগী মপালদা ফম্বা উরগা গাড়ী থামলগা মচোম্দা শিকি অমা পিবমই। থন্না অমুক চংলগদি কনষ্টেবল অমনা ফাদোক অমা পুদুনা চংলমই। মহাক্না কনষ্টেবলবু কৌশিনলমই অমম্নুং মচোমদা লুপা অমা পিরদুনা হায়রকই—ফাদোক অসিসু মিঠাই পিজো, কনষ্টেবলনা সলাম তৌদুনা লুপা অদু লৌরমই। থম্মোয়দা হবাওরমই, ঙসিদি অযুক ম্নাহৌবকপদা ম্নর ফরকপমানে।

জালপানা মাবু উবগা হায়রকই—শাউরদু ইচে, ঙসিদি ঐহাক ম্নৌবকপা ঙমদরে। ঐথোয়গী অংলসু অক্নম হৌবা ফনা কুইবে।

রত্নানা খুনা মুনশীগী কাবোমদা মথোং থাংজিনলমই। মুনশীগী অক্নম মতম অসিদা শন্না হনলমই। বত্নবু উবদা হায়রকই—য়াম্না বাবে ইবেম্মা, অদুবু কবিদি তৌগনি। তাইবংপান হায়রবদুনি। ঙসি অমগী থৌদাং কোকলবে, হয়েং অমগী অযুক। মসি তৌদুনতা লৈনবা থৌ-দাংনি। য়াম্না ঈশিং থৌরাংই থবাক অসিদা মৈম্নু হৌবগুমই।

রত্নানা হুংশাথিদনবা হায়বকই—মসিদি মেলেরিয়ানি। ঙুম্মিং মরি মঙানিদা ফগনিদা। থোইদোকনা হুংশা থিনিংঙাই লৈতে।

জালপানা হায়বকই—লাউ কাদা ফম্মুসি।

রত্ন—ঐগা লোয়ননা চংপা শংলোইদবা ?

জালপা—ঙসি ঐহাক চংপা ঙম্নরোই, ইচেম। হয়েং লাক্কদরা ?

'হায়বা ঙমদে। ইকুবোক্না থবা ফরবদি লাক্কনি।'

'নত্তে ইবেম্মা, শোইফদনা লাক্কবা য়াদে। নহাক্না বা অম্না তাম্নগদবা লৈ।'

'করিনো ভাম্লগদৌরিবা অতু'

'মনিনা হায়রি—অসিদা লৈতুনা করি তৌগনি, ময়ুমদ চৎসি হায়রি। বাঙ্গলাম্ব য়োম্বোকনবা হাযরি।

জালপানা মথুৎ তাপ পায়রতুনা হায়রকই—হায়রিবা অসিদি য়াম্না হুংঙাইতবা বানি ইচে ইবেম্মা! ফিভম অসিদা থাদোক্লমলগা নহাক কদাইদা চৎলগে হায়রিবনো? ঐহাক্না চৎহল্লোই। মনিদা হায়রু বঙ্গলা য়োম্বোকচখো তৌইগুম্বম্লং ঐখোইয়গী অতুগী হোইনি-মাইনি অমতং থঙদনদি ঐহাক ইচেবু থাদোকপা ঙমলোই। ইচেনা চয়োল অমা মপান্দা লৈরুবা ঐহাক মিংকুপ অমমম ওইনা শনথবে। ঐহাক্না অস্নুক যাম্না নহাকপু করিগী হুংশিরুবনো ঐহাক থঙদে। হোজিক্তি শিব ফাওবা শিমিম্লগদৌরিবনি।

রত্নগী মমিংম্ন পীইরা চেনলক্লমই, হায়বকই ঐম্ন লৈবা ঙম্লোইদৌবিবনি, তশেংবনি। ঐদি হাযগনি, ঐহাক চৎলোই। জালপানা মথুৎ পায়বতুনা দালান মথক্তা কাখৎলমই অতুগা মঙকশমদা কোনশিল্লতুনা হায়বকই-বাশকউ, ঐবু থাদোক্তুনা চৎলোয় হাযনা।

রত্ননা মাবু কোনাশন্দুনা হাযরকই—বাশকলিবসিনি ঐহাক চৎলরোইঃ হুমিংনা নোংচুপলোমদগী থোক্লবম্ন। মফম অতুদা করি তৌরুনা চৎনুদনা। বাঙ্গলাম্ন কবিগী য়োননুগনি। লুপা চনি চনিয়াখৈদি কিবায়া লাক্লিবনি। ঐখোয় অনিগী হিংবদি য়াববনি। ঙসি ঐহাক মনদা হায়গনি—ঐহাক চৎলবোই।

ইথং থংহৌদনা লৈমাইদা শত্রং অমদি পো, নকশা ঊবগা হংলকই—শত্রংসিদি কনানা শাম্নবিব!

জাশপানা শত্রংগী নকশাদা মশাগী লাইবকী নোংদম য়েংম্নবা থনলম্বা বা অতু মঙোন্দা তাকলমই। তাবদা বত্ন হাযানংঙাই লৈতনা হুংঙাইরমই। হায়রকই—লুপা তরাদি য়ামনদে মনাসি। যাখৈ থমসি ঐহাক শিগে।

জালপানা চিংনবা ফোংদোক্লমই—মনা য়াম্নবদি মঙোন্দগী হেম্না হৈবা চোংথোক্লকপা য়াই?

রত্ননা লেপনমক হায়রকই—করিস্নু কায়দে? নখোয়গী বাবুনা উরবদি শোইদনা তৌরদ্বনি, মহাক্কী মমিংনা চাম্না লাক্কনি হায়বা ঐহাক থাজৈ। অতৈমক নত্রবম্নু লৈফমদি মথওলগনি।

"অহু ওইরবদি ঐহাক চিঠি ইরগে। কনাগী মনাত্তা থাগনি ? মফম অহুগী অফাওবা চেফোং অমদি চংই।"

'মফম অহুগীদি প্রজামিত্র যাম্না চংলৈ। লোইশংশিংদা অযাম্বনা মহু পানবা উই।'

'অহু ওইরবদি 'প্রজা মিত্র' দা ইরগে।'

'ঐগা লোয়ননা পুংথাই অমগীদমক্তা চংলুসি, ঐহাক শেল পিগে।'

জালপানা থায়াইনবা হায়রকই—মতম অমিদা কদাইদা চংকনি। হয়েং লাক্লগে।

মতম অহুদা মুনশীনা কৌরক্লমই—ইমৌ। ইমৌ!

জালপা খোংলৈ থুনা মাগী কাদা চংখিরমই অমন্নুং রাত্নুনা মপালদা।

(৩৩)

বমাগী চাগী হুকান হাংখবে। অহুবু সুপ্নগী মুমিদাং মুমিদাংদদা হাংলমই; মুংথিল চুপ্পা থিংহুনা লৈবমই। মুমিদাংদা অয়াম্বা মী দেবীদীনগী হুকান্দা ফম্নমই, অহুগা পোংশিংন্নু ফবমই। অহানবা মুমিং অহুদা লুপা কুপ্ত্রা শিংলমই, নিনি শুবদা লুপা মরি মক্তাগী হিংদা হেনগৎলমই। অমক্তী মতিক হাওবমই, থকলুবা খুদিংনা অশেপ্পা মফম অমা অমুক হোংনিংবগী বাখল লৈরমদে। বমানা পুক্নিং মুংওাইনবগী পোৎ-চৈ খরন্নু থম্নমই। লুপা খরা যামলকপদা মহুনা ফজরবা মেজ লোশিনলে। মৈ চুখৎলবগী মহুংদা সাগ সজী অহুক যাম্না চংতে। মহাক্না অহুগুম্বা খুমোকশিংদো থাংজিন্দুনা মমুংদা থমজিন-

লগা মাঙ্গোল মচি অমদা স্নেক্ত থাজিনলমই। মহুদা তাশকী শেট থম্লমই। চেক্কোং মরি মঙা অমস্থ থমজিনলমই। হুকাম নিংথিনা ওইবে, পুং অহুম-মবি অহুদা লুপা তরুক-তবেৎ লাকশিনলে অমস্থং পুম্নমক ককথোক-ককশিন তৌরগা লুপা অহুম মরিদি লেম্লমই।

হায়রিবা থা মরিসিদা মিং মাই থঙদনা নোম্বা অসিনা রমাবু ইথক ইরাং অমুক হেনগৎহনলমই। মখুঙা শেল পায়ত্রিগৈঙদদি মহাকমতু শোন্তরমই। থাও থোক্লবতুদদি কোয়নিংবা, চৎনিংবা পোক্লে। সিনেমা য়েংনিংলক্লে। অয়ুক মুংদাংগী শিজিন্নবা ইচম চম্বা পোৎ ফাওবা মহাক তাক্তনা পুবক্লবদি পুরক্লে. মহাক থঙলগদি নৈহনলমদে! দেবী দীনগীদমক্তা মহাক্তা ফজরবা কাত্রংগী ইমফি লৈরক্লমই। মতু উবদা জাগো নিংদোম পোম্লমই। নোংমা মনম মুংশিরবা থাউ অমা পুরক্তুনা মদোম্দা পিবমই। মশোয় অনি অত্ত হরাওবনা লুতোন যোবমই! হৌজিক্তি হন্নবীনা মকাক্তা পোৎ অরুম্বা পুবকপা উবদা মানু চৈবমই—ইন্নোল, হৌজিক্তি ঐহাক পৈশা মরিদস্থ থোক্লবনি. করিগী অহুক রাগদোাবরনো?

নোংমা মনোবন 'থিয়েটর'দা বাথেণ্ডামগী করিঙম্ব, ড্রামা অমা তোগদোরমই। ড্রামা অসি যাম্না এডভাটাইজ কনলমই। নোংমা মাংক্লৌনা মীশিংনা টিকেট লৌনবমই। বমাস্থ ফমফম অমা হায়, কননিংলমই। করিঙম্বা মুংদাংদা টিকেটকা ফংহৌদ্রবদি তকশি শোন্দুনা তোকাহৌবেদো। কুম্মৈ অতুদি য়াম্নমক মমুংঙ্গাই হায়নথরে। অতুনা মশাং অসিদদি পৈশা অমা পিবদা অনি পিগে হাযবন ফংলবাই। য়েংনিংবা অসিনা পুলিসকী অকিবা ফাওবা কাদুথোকলমই। য়ুমদগী থোকপদা পুলিসনা ফাগনি হাযবাস থনবু শনলমদ। কোকয়েং য়েংশিনলবদি শক অচি শঙবা হমংশাইদা, অম্মুম্ম মপ্তাক্লংদা থন্দুনা মহাক পুং তরা হাবদা ময়ুমদগী থোকলমই।

মতম অতু ট্রামগম্ফ ফংলমদে, তোংদুনা চংকদবস্থ। পংথাপ থাপনা চৎলমদরি—কনষ্টেবল অতম লাকপা উরমই। বমানা লম্বী থেতুনা বেলগী তাপিদা চৎলমই। অবেম্বদা লিলগী মথুলদা থুদে স্বী থিংদিনবদি থোনা ফবা শকলোইদকো। গাড়ী ময়াম থৈদোক-থৈজিন তৌবস্থ তাবমই। নমা

মনিংদোন থং থং চোংলমই। তালি অসিদা চৎপনা অমরোম্‌দা হেন্না নিংশা থিবমই। কবিগুম. লম্বী মচাগা নৈরবদি হেক্তা ফাওজিনখবগে হায়বমু। হৌজিক্তি য়ান্নমু নকশিনলক্লে। কবিনো ময়াম অসি ঐবুতা য়েংবোই তৌবিবিসিবো। ঐনা কে.কয়েৎ ফাওবা থোনা ফনা য়েংলবসিদা অতুগা মসিমু কান্নত্রবকো। নৈপুং অমগী মতৌগুম্না বাংখৎলিবসিবো কবিনো হায়রিনি, য়েংউ, মথোয় অহুম অসি ঐঙোমলোমদা য়েংলকলে। বাবীমু মথোয় মশেল চিবোন চিবোন শারিনে। রমা মথোং থাংবা থোক্তরে। ঐগী শকক। মান্নব শিরিব মানে হৌজিক্তি চেন্দুনা হিংলরোই।

ওইনবা র.থল অসিগুম্বা অসিনা মহাকপু তপথহনলমদে। সিপাইশিং অতুনা মনাক নকশিনলকপা অতুদদি মহাক কিথি-কিরুম তৌতুনা মমাই লোৎলমই অমমুং মমিৎ অমুম্না চিংনবমই, অতুনা মশাবু মীগী মমিত্তগী লোৎনবা. কম্নবগীদমক মীগী মরুম অমুম্না থিবমই, মরম অতুনা মহাক অচম্বা মীনা ফাওবা চিংনবা মহৌশা ওইবমই, অতুদদি পুলিসকী থৌরবা মমিত্তগীদি কবম্না শাহোক্নি ?

অমনা মরূপতা হায়বকই—ফোংনা উৎলেদা হুবানবা নকোক্তা নাপী পকলে। পুক্রিংনা মাংলবদি লোক্তুনা নৈবা য়াবা নত্তে।

অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রকই—ঐথোয়মু থবদি চিংনৈ। হেক্তা ফারসিরো হুরানবনি হাযতুনা।

অহুমগুবা মুপা পাওল ওইবমই. মহাক্না বমানাথদা লাওরমই—হো, কোয়েৎ চাওবা, সোমদা লাড্ডা নমিং কবি কৌই ?

রমানাথনা কবেম-কথাইনা হায়বকই—ঐগী ইমিং হৎলগা কবি তৌগে হায়বিবনো ? ঐবু হুবানবরা ?

"নহাক হুবানবা নত্তে নিংথৌনি কবিগী নমিং তাকনিংদরি ?"

রমানা মিংকুপমুক থনজ'নরগা হায়রকই—হীরালাল।

'য়ুমদি কদাইদগীনো ?'

'শাহজহানপুর।'

'করম্ব' নৈকাই ?'

রমা শাহজহানপুর অমুক্তা চৎলুদে, শাশিন্নবা মমিং অমতম্ম নিংশিংলমদে, কবিদি তাক্কনি। মতিক মপাদি ওইদনা হায়রকই—নহাক অদুক কুপ্পা ঐগী মবম থিজিনলিবা কবিগীনো ?

কনষ্টেবলনা শকফম হনজিন্দুনা হায়বকই—নহাক্কী শকফমদি হাম্না থমথরবনি। নমিংম্ম শেবান্নবা তাক্লে। লোইনা লাম্না হায়রে। লৈকাই হৎবদম্ম নমিং লোংথক য়েংদুনা লৈরে। থা কয়ামুক্তগী নংবু থিদুনা লৈরিবনি। ঙসিদা হেক ফংলৈদা। চৎলো চৎসি থানাদা। মসি হায়বদুনা মহাক্না বম নাথকী মথুং পাযবমই। বমানা মথুং নাম্থোকনবা হোৎনদুনা হায়বকই—বাবেনটি পুবকউ, অদুগা চৎকে।

কনষ্টেবলনা সিপাইদা হায়রকই—মথুংগো ফাজিনলু। অদা থানা লৌবগা বাবেনটি উপাক।

সংররশিংদা অসিগুম্বা থোদোক কযাশিং মদাবী। য়োং পুদুনা কুম্মৈ চৎপা ম্নী বুম্মৈদগী হেন্না ঙংঙাইনবি। মী ময়াম অমা পৈবে। দেবীদীন মসম অসিদা নিশা পুদুনা চনলক্লমই, মীযাম তিনবা উরদুনা চংলকলমই। কনষ্টেবলনা রমানাথপু চিংদুনা চৎপা উবে। মাৎদা চংশিনলদুনা হায়বকই—হে জামাদার, তৌবিবদা কবিনো? আত্মা অদুদি ঐগোযদা থুংলিবা মীনি।

কনষ্টেবল অহনদা দেবীদানবু থঙলমই, অদুনা লেপলে। অমনা হায়রকই—হাক্কীদা থুংলিবা মীনি হযব? কৈদোঙৈদগীনো?

দেবীদীননা মপুক্কিংনা হুনিং মাশং পাবদুনা হায়বকই—থা মবিদগী থরবু হেনলমলগনি। ঐহাক্কা প্রয়াগতা উনবনি।

পাঙল সিপাই অদুনা মপুক্কিংদা হনাওবদুনা হায়বকই—মাগী মমিংদি কারনিনা?

দেবীদীননা থযাযনলা হায়রকই—মামিংদি হায়দরো মহাক্কা?

সিপাইগী চিংলা মবা চেৎলে। পাঙলনা মমং লাপথোকলদুনা হায়রকই—থঙলে নতোয অনি মায়রে, করিগী মমিং হাক্তদি মাগী?

দেবীদীনন থভিক থোনা ফনা হায়রকই ঐ ভান্দবা অদুক যাম্না নমহায় নমজিন তৌবক্লুকো পাঙল। মহাক্কী অদুগুম্বা নমহায়-নমজিন্দা চৎকদবা মী নত্তে।

পাঙল সিপাই অহুনা তাইশিন্নবা মওংদা হায়রকই - অহল, নহাক করিন্নু কান্নদবদা শাওরে করিগী মাগী মমিং তাক্লিংজ্রিবনো ?

দেবীদীন্না মমিং তুকথনা রমারোমদা য়েংহুন হায়রকই—মাগীদি রমানাথ কৌই। অশেংবা মমিং ওইরিদরা নত্রগা অতোপ্পা অমা, মসি ঐখোয় হায়বা ঙমদে। পাঙলনা মমিং লাওথোক্লহুনা পুনশিব মথুং থাঙ্গৎলহুনা হায়রকই—হায়মু অ জ্ঞা নহাক্কী নমিং করি কৌই ? রমানাথরা, হীরালাল্লা ?

ঙহাক লৈরবগী মতুংদা পুলিস স্টেসন উরে। অয়েংবশিংগী মীয়াম বাংশিনলক্লে। রমানা অমুক্তং মাগী মাইকৈরোমদা ইকাইনা আশাগা লোইননা য়েংলমই। দেবীদীন উখিদরে। রমাগী মচিন্দগী নিংশা শাংনা হোন্দোকখিরমই। খুদোংথিবা অসিদা, মতেং অসিন্নু থুঙগী নাম্নোকথরবরা ?

* * * * *

# (৩৪)

পুলিস স্টেসনগী আফিসতা মগম অসিদা মেজগী মমাংদা মীওই মরি ফম্নমই। অমনা দারোগানি, কুচু ঙোবা, মশম নানবা, মাগী মমিং কোইরাওনরহুনা য়াম্না হুংশিরমই! মহাক্কী নাকলদা দারোগা নায়ব ফম্নমই, মহাক সিখনি, য়াম্না মমায় হুংশিবা, মশা খিং খিং লাওবা, কুচুনা লৈহাও লৈবেন, মরৈ মবৈ তাশিন্না ফংবা মশা, মশম বাই-বাই লাওরমই। মথুং কারক্তা চুরুট মচৈ অমা থারমদে। মেজগী নাকল অমদা ইনসপেক্টর মীয়াই চনবা, কুচু মুদং তোবা মীওইনি, লিককোনগুম্বা মিত্তা, খজাই চোনবা অমম্নুং থিক নেম্বা। ডিপুটি সুপারিনটেন্দেণ্ট মরেপ বাংবা, মশা পাবা নহানি, য়াম্না লৌশিং চাওবা অমম্নুং কয়া বা ঙাংগন্দবা। মাগী মনাতোন শাংবা অমদি মরাইবক তোংবা অহুনা শাগৈ-জ্বাং ফবগী খুদম তাক্লমই।

ডিপুটিনা চুরুট চিংলদুনা হায়রকই– মপালগী সাক্ষীনদি থবক ওইব য়াবা নত্তে, মখোযগী মমুংদগী অমবু 'এপ্রুবর' ওইহনবা তাই।

ইনসপেক্টরনা দারোগাগী মাইকৈরোমদা য়েংলদুনা হায়রকই– ঐ-খোয়না অঙম্বা য়েংলবনি, হোৎনদবা লৈতবে। বাশক্তুনা হায়রিবসিনি। লেল কয়া পিগে হায়রে, অদুদগী হেন্দোক্তুনা মখল কয়াগী অপাম্বা উৎলে, অদুফাওবা ঙমত্রবনি। মখোয চপ মান্নথরে, হায়দোকহনবা লুরবনি।

ডিপুটি—মবরারী অদুদা অমুক চাং য়েংবা তাবি। মাগী মপা কোৎখংলগা থরা কিহন্দুনা য়েংলগা ওইবসু য়াই।

ইনসপেক্টর– থাদি থাজবিবোই, বাশক্তুনা হায়জরিবসিনি। ঙসি অযুক্তগী ঐখোয়না হোৎনজবিবাস পাকপিবিবদুনি।

ফনা কুইনা মীওই মরি তুমিন তুমিন বাথল থন্দুনা লৈরমই। মমৈথংদা ডিপুটিনা নিংবা কায়বা মওংদা হায়রকই—কেস ফাইল তৌবা য়ারোই অরেম্বদা মিংচৎ থিদুনা তৌকনি।

ইনসপেক্টর– চয়োল অমা অমুক য়েংবিয়ু। কনানা থঙগনি কেমনসু।

মসি লেপনবদুনা মখোয় মীওই অনি মফম অদুদগী খোংথান-থরে। দারোগা অপিকপম্ব মখোযগা লোয়ননা চৎথবে। দারোগা বাবুনা হিদাক তাম্বক অমা হানলকউ হায়রিবঙদা থংহোদনা মুসলমান সিপাইনা লাক্তুনা হায়রকই—মরাল লৈবা অমত্তু চিংনবদা ফারে। এলাহবাদতা লৈবনি, রমানাথ কৌই। অহানবা মমিং অমদি লৈফম-মুংফম শেরায়না হাযবি। দেবীদীন থটিক হুকড়দা লৈবা মাগী মযুমদা লৈ। অমুক্তং চৈ-থাংদুনা মুক্রবদি মশানা হেক্ক, ওরো ওবো হাগ-দোকলগনি।

দারোগা– দেবীদীন হায়ববু অদু নত্তবো, মহাকী মচাম্নুপা ..... ।

সিপাই– অহোই, মদুনকনি।

থুদক অসিদা রমানাথপু দারোগাগী মমাংদা পুশিনলক্লে। দারো-গানা মাবু কোক্তগীনা খোং ফাওবা য়েংলদুনা শকফম মানব্রা য়েংব-গুমলমই।

অহুদগী শংদোক্তুনা অকনবা মিংযেংনা হায়রকই—হুম, এলাহাবাদকী রমানাথনিদনা ! য়াম্না মাম্নথরে । থা তরুক্তগী কোক শাহনলক্লিবসি ।

কনষ্টেবলনা রমানাথতা খেম্নমই—নরোল চুমও । তশেং তশেংনা হায়রবদি নঙোন্দা অহুক য়াম্না অকনবা চৈব ক শিজিন্নরে ই ।

রমানাথনা হরাওশন্নবা শাশিন্নহুনা হায়রকই ঐৌজিক্তি অদোমগী খুত্তা লৈরে, কোমথোকপিগে অমদি অকনবা চৈবাক পিগে । এলাহা-বাদকি মিনিসিপালিটীদা থবক ভৌজরম্মী । অপংবা হায়সিবা নত্রগা লাইবক খিবদগী হাযসিরা, ওক্ট্রাইগী লুপা চামরিথক ত্রৈনা শিজিন্নখরে । ত্রৈনা মতম চানা শেল অহু খমজিনবা ঙমজৌদবে । ইকাইবনা য়ুমগী ইয়ুং মহুংদা করিমত্তা তাকলমদে । নত্রবদি খোরাং ভৌবদা অহুক য়াম্না লুরোইদৌবনি । খোবাং ভৌবা ঙমগদৌবা উদবা অহুদদি য়ুম-দগী চেনলক্তুনা মফম অসিদা লাক্লিখনি ।

দারোগানা চিং-লেমনা হায়রকই—ব্রাযম অসি খদা লুরি ।

থংহৌদনা অহল দেবীদীন লাক্তুনা লেপলরে । দারোগানা অকনবা খোনফমদা হায়রকই—কারি থবক লৈ অসিদা ।

দেবী - বাবু সলাম ভৌজবা লাকচবিবনি । শনাইসিদা থোজালগী মিংয়েং তাবিয়ু । যাম্না চম্বা মীনি ।

দারোগা—সরকারগী মবাল লৈবা মী ময়ুমদা লোংলিবা অহুগম্ন অমুক ব্রানোমলিবা ।

দেবী—ত্রৈনা কবি ব্রানোমজগনি, পৈশা মরি মতেক পাম্নবা ত্রৈনা বাবু !

দারোগা—খঙদরো, মসি ঙেক শেংনবা মফমদা ফাও হায়বগী ব্রারেণ্ট লৈ হায়বা, সরকারগী শেল লাম্না শিজিন্নরমলে,

দেবী—বাবু সাহেব । মীওইবনা লান্দবা ঙম্বা লৈবা নত্তে । নহা-নিদনা অহুনা চাথোক থকভৌক্লমগনি । দেবীদাম্না গিম্নি মত্তা মথাং-দগী লোথোক্তুন মেজদা থম্নমই ।

দারোগা—শেল চাবা পাম্বোই নিংলিবরা ? কোক ফাজিন্দুনা খমজিনলুরা ?

দেবী—থমজিনবিয় ইবুংঙো বাবু! য়ুমগী মুপী শিবগী কাইথুমফি—শীংগী অবাবা কোক্লগনি। মফম অসিদা কমছুনা শকচা-শোনজবা অদোমগী মিংথৈ।

দারোগা—য়েংউ মাবু খাদোকউ হায়রবদি গিগি মাথৈ পুরকউ। মাবু ফাবগী মপা চামঙানি, মত্থু থওউ।

দেবী—করিগী অমুক যায়া মনা খঙ্গীরিবগে? মহাক্তি লংকৈ-দগীনি। অদোমনা তৌথিবা লমন কাউজরোই।

দারোগা—চবেং চরেং ঙাংগনু। মফম অসিদা পুম্ভ ঙানবা লাকপা নত্তে।

দেবী—য়ায়া বাবিবনি। চুকান ফঙ্গিবসিদি মমিংদনি।

দারোগা—গিগি অসি মপালদা পুথোকথো।

দেবী—অদোমনা হায়রবদি ফরে পুথোকচরে। করিগী ঙকশম শায়ছুনা ইনলিবনো?

দারোগা—মসি লাজোক্ত থমজিনগ্ন। মুনশীদা হায়য়ু, জবান লৌ হায়য়ু।

দেবীগী মচিনবাল শাওবনা ফিত্রিং-ফিত্রিং চোংলমই। য়মানা কৈদোঙৈদয় মহাক্তী মাইথোংদা অমুক য়ায়া লাংতক্লবা উথিদরি। উচেক মকোলদা কাক চংবদা খোইরাং খোইশাওবগুম্নমই। চংলমদাই অসিদা মমাই লৈশিন্দুনা সিপাই অমদা অমুক বা খরা হংলমই, অদুগা খে'ংলৈ থুনা লম্বী য়ৌথিরমই, অছুগা অমুক হু হনজিনলতুনা দারো-গাদা হায়রকই—বাবু, পুং অনিগী মতম পিবিরোইদরা?

বমা মাগী মুংশিবা মতৌ অসি উবদা কপলমই, হায়বকই—হৌ-জিক ইতোন নহাক কবিমক্তা থুবংলুরন, ঐগী ইরাইবক্তা তমলম্বা অছু য়েংলসি। ঐগী ইপামক্তা অসিদা লৈরম্নবদয় তৌরিবসিদগী করি হেন্না তৌগনি? ঐহাক শিববা ফাওবা নহাক্তী তৌবিমল……।

দেবীদীননা মপী তৈথোক্লছুনা হায়রকই—করিনো হায়রিবছুবো ইবুংঙো! শেলগী মথৌ লাক্লবদা দেবীদীন হন্না চেনগদবা মী নত্তে। অসিগুম্বা শেলসিদি জুবারদা লৌরিবনি-মাংলিবনি। হৌজিক য়ুম য়োহ্লোক্লবদয় মপা লিশিং তরাদি ফংগনি। মত্থু কোক্তা খোংছুনা

শিবদা পুগদরা ? দাবোগা বাবু। হৌজিক ইচাসে হাজোঙগা থম-খিগনু। ঐহাক শেলগীদমক্তা পন্দুনা অমুক লৈরকখিগনি নিংবরা।

দেবীদীন চৎথ্রবদা দারোগা বাবুনা পুকচেল চাওবগী খোঙ্হৌঙা হায়রকই—মুদি মুথ্রবনি অতুবু য়াম্না কবনি। নহাক্না কয়মনা য়ুবী থুজাইসি থেংনক্নবনো ?

রমানা হায়রকই—অতোনবা লায়রবা হায়বসিকি মীনা লোয়না মুংশিবী।

দারোগানা মোমোন নোঙ্গ্রবা হায়রকই—কদাইদগীনোদা পুলিসকী রাফম নত্তনা অতোপ্প মতাং অমদা হায়মু। মহাক্না গিন্নি য়াদৈঙ্খ পুথোরকথ্র-বদি ঐদি লৈথররোই।

রমা—পুরক্লবনু ফবে, ঐহাক মহাকপু অতুক য়াম্না পুবা-থাংবা ঙমলোইদবা অরাবা পীনিংদে। অদোম ঐনু হাজোঙা থমনিংলবনু থমজো।

দারোগা ঐহাক চামঙাগী মহুক্তা চাতরুক য়াদৈঙ্খ ফংলবদি অথোম-নরবনি।

দারোগা বাবু করিগুম্বা অকাওবা অমা ইথং থংজৌদনা নিংশিং-লকপগুমই। মেজগী দাবারদগী ফাইল অমা লৌথোক্লমই, মতুগী চেনা মথং মথং হাংদোক্লমই অতুদগী নোনলুকনা হায়রকই—ঐন অসিগুম্বা পাদৈম অমা তাকলবদি দেবীদীনগী শেলমু ফিংবা অতুগা নহাকী মথক্তা লৈবা মরালমু কোক্লবদি কবি তৌনি ?

রমানা থাজদবা মওংদা হায়রকই—অসিগুম্বা করিগুম্বা পাদৈমকামু লৈবরা ?

দারোগা—হেরা, ঈশ্বরনা শিনববু করিনো পাকচাওনা লৈথ্রবনি। থোরাং অমা শিনবা ঙমই। অদোম মুপ্পগী রাথোক অমদা সাক্ষী পীগদবনি।

রমা—অরানবা সাক্ষী ওইরিনি।

রারোগা—নঙ্গেদা, য়াম্না অচুম্বনিদা। তৌবদবু নহাক মী ওইহৌ-গদৌবিবনি। মিউনিসিপালিটিগী অফা-অপুনসিদগী কোক্লগনি। সরকারনা ফানবা হুনলকপা ফাওবমু য়ারিবনি।

দারোগা বাবুনা লুট তৌবগী বাবী লিরমই। রমা অসিগুম্বা বাথোক অসি চে-পাউদা পাখিরমই। চিংননা হায়রকই—ঐহাকপু সীঃ আইঃ ডীঃ ওইবু অসি নত্রা, হায়রিবা লুট অসিদা যাওই হায়বু হাযবা ওইবিনি ?

দারোগা—বাক্য অসি তশেংনা অশেংবনি। জেল চংগদৌবা মখোয় অদুনা জেল চংসনু! অহু ওইববদি মীনম্বা হায়রিবদো করম্বা ওইবিবা? ডাকুশিংবু কিবদগী মফম অহুগী মীশিংনা সাক্ষী ওইবা হায়বা য়াদে। বা হায়ববু অতৈ করিস্থু নত্তে। মুম্বা থন্নু। মুমিদাংবাই ফাওবদা পাওখুম পামই।

রমাগী মপুক্কি'দা বাক্য অসি যানি'ই। অমুক্কং মীনম্বা ডাংলু-রগা হায়গী অবানবু কোক্কাদ অহুগা ভুংসু মুংডাইগদবা ওইববদি করি অমুক হাযরুগনি। জেলদদি চংলরোইদনা! মহাক্কা মুং অনিগী মরক্কা হা ওনবদৌনা হায়বকই—ঐগী সাক্ষীনা মবাল নৈতবশিং লাংদা থ্ংগদৌবিদনা!

দারোগা—মহুগী ঐহাক্কা অদোমবু থাজহনলিবসিনি!

রমা—অহুদা হয়েং মিউনিসিপালিটিগী কাংবুনা ঐগী থৌরিচরম মেংলরবদি ঐদি কনাবু কোগনি।

দারোগা—মিউনিসিপালিটিগী করি মতিক নৈ। নহাক্কী নতু বামা ফাওবা তংকদবা নৈতে। ফৌজদারীগী মুকদমাদা আপীল তৌ-বদি সবক্বদনা তৌগদবনি। সরক্বনা অদোমবু ডাকপিরবদা করিগী অমুক মুকদমা তৌগনি। অহুদগীদি আইননা মরাল নৈতরে, ডাক-পিরে হাযবগী চে পিগনি সাহেব।

রমা অহুগা থবক্কি?

দারোগ—মহু সরকারনা মদনাই থৌবাং তৌজগনি। অহুগা অদোমগী সাক্ষী অহুনা য়াম্না ফবগদি অদোম তম্ফ, খুদোথ থাইগইবা ওইবেদনা।

দারোগা বাবুনা খুদক অহুদা গাড়ী কোবে অমসুং রমাবু পুহনা ডিপুটি সাহেবকা উনবা চংলমই। অদুক য়াম্না খুনা পাংথোক্কদবা অসিগীদমক্তি করিগী অমুক পম্বরুগনি? ডিপুটি মথন্তদা মহাক্কা শাগৎ-লমই। এলাহাবাদকী মিউনিসিপালিটিদা নৈ হায়এ, থৌদোক অসিগী

মখিদা সাক্ষী পিগনি হায়রি। মীওংমু লাইয়িক লাইগু হৈবা, মশক মতৌ কজবা, লেখা মাগি।

ডিপুটিনা চিংনবা মওংদা হায়রকই—হোই, মীওইসি হৈশিংবা মাগি।

অদুবু জবান পিদনদি মাবু ঐখোইনা খাজবা ঙমদে।

ডিপুটি—অদুমু ওইরগনি। গোভর্ণমেন্টকা মসিগী মরমদা বারী শাবা তারি। দারোগা বাবুনা টেলিফোন ডাইরেক্টর য়েংলে, নম্বর শেমজিন্নরে অমসুং বারী শাবা হৌরমই।

ডিপুটি—করি হাযবা ?

দারোগা—মফম অসিদদি অসিগুম্বা মমিং কৌবা মীওইদা কেস লৈতে হায়রি।

ডিপুটি—করিনো হায়রিবদুবো, করিমত্তা খনকমগা খোঙ্গুরেদা।

দারোগা—হায়রি, মিউনিসিপালিটিদা কনাগুম্বা অমত্তনা শেল মৎ-খিদুনা শিজিন্নদুনা চৎখিবা লৈতে।

ডিপুটি—মসিদি য়াম্না অঙকপা ব'নি। মী মশানা হায়রি, ঐ শেল লৌদুনা চেনলকপনি। মিউনিসিপালিটিনা হায়রি, কনামত্তনা শেল মৎখিবা লৈতে হায়বি।

দারোগা—ঐ খনফম থোক্তরে। তৌরিবনা মঙোন্দা নহাক্কী নথক্তা করি নয়াল অমত্তা লৈতে হায়রুবদি থোজুল ফাওবা উরয়োই।

'ফরে মিউনিসিপালিটিগী অফিসতা অমুক হংবিয়ু' দারোগানা অমুক নম্বর লৌরমই' বাহং পাউথুম তৌরমই।

দারোগা—অদোমগী আফিসতা রমানাথ কৌবা কর্মকা লৈরম্বরা ?

পাউথুম—অহোই, লৈরমই।

দারোগা—মহাক শেলকা পুদুনা মত্তুনা চেনখিবরা ?

পাউথুম—নত্তে, মহাক মমুমদগী চেনখিবনি। অদুগা শেলগদি থোইদোকপা পুখিবা লৈতে। দুপা অদু অদোমগী নাক্তা লৈবরা ?

দারোগা—হোই, ঐখোয়না মাবু ফারে। মহাক মশানা শেল পুরক্তুনা চেনকপনি হায়রি। করি বাফমনো হায়রিবসিবো ?

পাউথুম—পুলিস হায়বসিদি মথোক্ত মরম খঙদবনি। অমুক্তং যুদ্ধা খল্লবিয়ু।

দারোগা—অসিদনি থনফম থোক্তরিবসি।

পাউখুম—অদুদদা নত্তে, মফম অসিদস্থ থনফম থোক্ত্রবনি। মুন্না তাখিয়ু, রমানাথ হিসাব তৌবদা শোইবদগী কিদুনা চেনখিবনি। কাইন-থংদা মহাক্না করিমত্তা লানলমদে হায়বসি থগুলে। থগুবিরবরা বাফমসে ?

ডিপুটি-হৌজিক করি তৌগনি খান সাহেব। চেক্নাসিদি নান-থোকখ্রগনি।

দারোগা—হেরা, নাহোকপগী বাদি নৈতে। মদু শিন্দুনা লোই-রবনি। রমানাথত্তা বাসি থগহনবা য়াদরে। মপালদা পাউ য়ৌখিগদবা মীওইশিংগা মাগা উনহনব য়াদরে। করিগুম্বা বা অমত্তা অইবা ওইনা হায়দবা, চিন্না অস্থম থাজহনব। ইনসপেক্টর সাহেবকস্থ বা তান্নবা ফৈ।

সোমদনা মখোয় অনি তংম্নরমই, অসোমদনা পুং অমগী মনুংদা দেবীদীন হনলক্ত্না থানাদ, লাক্লমই অদুদা কনষ্টেবলন' হায়রকই—দারোগা বাবুদি সাহেবকী মনাক্তা চৎথরে।

দেবীনা মিপাইরদুনা হায়রকই—বাবুদি হাজোক্তা থমথরেদনা ?

কনষ্টেবল থমখিদে, মহাকস্থ লোইনখি। দেবীদীন নৈমাইদা ফমথখিরমই।

মফম অসিদা দেবীদীন ফমথখিবা পুংমুক ফায়মদবি, থংহৌদনা জাগো লাক্লমই। দেবীদীনবু থোংজিন্দা ফংম্বা উম্বগা হায়রকই—নহাক মফম অসিদা করি তৌরম্নিবনো ? ইচানুপানা কদাইদা চৎথরে।

দেবীদীননা মথম্বাই শোক্না হায়রকই—নচানুপাদো পুথরে সুপ-রীনটেন্দেণ্টকী মনাক্তা, উম্নবা ফংবনু ফংখিগদবা, অদুম প্রয়াগতা থা-খিগদরা থগুদে।

জাগো—অদুওইরবস্থ চে-পাউদি লাক্লিদনা। মফম অদুদা চত্তুনা য়েংলুসি।

দেবী—(মমিত্তা মপি ঈরা চেনলদুনা) চৈরাক ফংলগনি।

জাগো—শেল হাপচিনবদা করিগী চৈরাক ফংখিগনি ? সরকার শেলদি লৌনিদনা ?

দেবী—নত্তে অন্তাওবী। মদু ওইবা য়াবা নত্তে। হরানবনা পোৎ পিথোকলে হায়দুনা মাদু হেক্তা থাদোকলদরা।

জাগোনা আঙ্গাসি থরা সুনা থোকদমালে থঙ্গহনা হায়রকই— দারোগা বাবু ·······।

হৌজিক রা হায়বা লোইরম-লোইকাংলমদবি, মমাংদা লোটরদা দারোগা বাবু য়ৌরকলে। লোয়ননা ইনসপেক্টর সাহেবসু য়াওরমই। মমা মখোয় অনিবু উবদা গাড়ীদগী কুমথরকই অমসুং হয়াঙবা মাই-খোংনা হায়রকই—ইতোন নহাক মকমসিদা যরম্বা কুইরবরা? লাও কাদা চংসি। ইমা, নহাক লারম্বা কয়াম কুইরে?

দারোগা বাবুনা করেমরহুনা হায়রকই—চৌধরী, শেল পুররকবরা?

দেবী—ঙহাক লৈরগা লাকে হায়রম্লবদা অদোম ঙহাক্তংদি ঐগী লম্বী য়েংবিগদবনি। লেংশিনলসি শেল লৌশিনবিরো।

দারোগা—অহন মহাক্কী শেল পুখরো, মারে। অফিসার ময়াম্না থাদোকপা য়াদে হায়না হায়নরে। মসি ঐনা ঙম্বগী রা লৈতে।

ইনসপেক্টর সাহেবতি হায়া অফিসতা চংখিরমই। মখোয় অহুম রারী শাহনা খংনবা কাদা চংলমই।

দেবীদীনমা দারোগাগী রা তারগা মাগী পিশুম শুরমই। হায়-রকই—দারোগা বাবু, নিপাচাগী চিন অনি শুদে অহুমা শঙজে। ঐহাক শেল অসি অদোমগী য়াখং মতুংইনা পুবকপনি। অদোমনা রাশক ঙাকপিয়ু। হায়দোকখিবা বাবু ঙাক্তবা মী মচাগী থবক্তি।

অমুক য়ামা অকনবা অসি তারগা দারোগা বাবু পিং লাওগ-দবনি অদুবু থজিক ফাওবা মাই ঙাংলমদে। নোক্না হায়রকই—অহল, হৌজিক মী মচা হায়গে হায়মু, মমথাক তোই হায়গে হায়মু, অহুগনে মাবুদি থাদোক্নরোই।

দারোগানা নোকপা অহুদা দেবীদীন অমুক কেমা ইচং থোরমই—অদোমনা করিগীদি হায়রিবা?

দারোগা—হায়ববুদি হায়দোকথরে চুমই, চিনবু কনানা মেম্লবা ঙমই হায়বগে, চিমা থিনা চৈবসু চৈ, থাগংপদসু য়ৌনা থাগংলি।

দেবী—(পিং লাওখিহুনা) কোই থাক্লিবসু ককথংপিয়ু, থাকপি-রগসু!

দারোগা—মহুম্ব রাম্না হয়াওনা মাঙ্গরি। লমচৎপুদি কাইদে অমুবু ইকাইবনা কোই কোকথোক্লমদবনি। হৌজিক্তি মহাক্কা থম্মোই শোক্কা কোকথোকলো হায়রবনিনা মথম্ববা হায়বম্বনি।

দেবী—লোকশিগম্ব দারোগা বাবু, অদোমনা নোক্লগা ঐগী ঊ শা-রক্লোইদরা ? ঐহাক্কা কেপটেন সাহেবতা শোইদনা হায়গনি। মীদি মচানি-করিম্ব নৈতে হায়ববু অদোমগী থৌজালদগী অচৌ-অশাংশিংগম্ব শকথঙ-মাইখঙনক্তৈ।

দারোগা—অওইবমক অহল, হায়রিবশিবু ত্তশেংনমক কেপটেন সাহেবতা বাকৎকদৌরিবরা ?

দেবীদীন্না থল্লে, মহাক চানমক্লা শিংনবা মারে অহুনা শক তা-থৎনা হায়রকই—অদোমনা মীবু করিম্ব ওইনা খল্লবদি মীনা করিম্ব উদনা থনবা মশানা তাবনি।

দারোগা—অহল, নহাক্কা সাহেবতা ঐগী মরমদা বাকৎলবদি নহাক্কী মযুম ফুক্তোক্কনা লংথোকলগদবনি।

দেবী—ঐগী যুম ফুক্কনা লংথোকপা মুমিৎ অহুদা কোয়েৎ অমম্বুং থবক অসি নৈররোই বাবু।

দারোগা—ফরে খুৎকা খুৎকা শোক্লসি।

দেবী—নিঙমলোইকো বাবু, হায়জরিবশিনি নিঙমলক্লোইকো।

রমাগী বা হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দরি। মহাক মতু ইপোব পোননা দেবীদীনদা শাউনা য়েংহুনা নৈরমই। ফাক ফাক নোক্কনা হায়রকই—ইতোন, দারোগানা নহাকপু লক্লরিবনি। ঐথোয় বা লোই-শিন্নরে—শেল করিমত্তা তিংদনা থাদোক্লগনি, অদুগী মথক্তা থবকম্ব ফংলগনি।

দেবীদীননা লঙ্কী লম্মুকনরবা মী অমগী মতৌগুমনা হায়রকই--ইবুংঙো করি বানো হায়রিবসিবো ? পুলিসনা হায়জিনবা নহাকম্ব থাজরেদনা ?

রমানা চানমক্লা হায়রকই—করিম্ব নৈথা বা নত্তেদা, বাথোক অমগী সাক্ষী ওইগদৌবদনিদা।

দেৰীদীনগী চিংনবা লোইরমদে। হায়রকই—ঐহাক মরম অসিদা করিসু হায়বা ঙমদে, ইবুংঙো মুম্না তিল য়োংথরগা থবক তৌকো। ঐগী শেল তিংগনি হায়বগী চিংনবা ওইরবদি দেবীদীনসু কোয়ে: কোয়ো লাওরমরদবদি নহাললা লাথপতি ওইরমগদবনি, মসি থঙউ। নোংমদা থুং অসিনা চামা চামা ভানলিবনি, মতু পুম্নমক শিং নানবমথৈ মাং-হনলিবনি। কনাগী করিগী কেসতা সাক্ষী ওইগদৌরিবনো, থঙ-লাকপরা?

দারোগা বাবুনা রমাবু পাউথুম পিনবগী তাঞ্জা পিদনা হায়রকই—মসি লুট তৌরবা মরি লৈনবা থোদোকনি, মসিদগী লাইরবা মী কয়াশিং মথৱাই মাংথরে। হায়রিবা ডাকুশিং অহুনা লৈকাই অপুম্বদা ইরাং তৌদ্রনা কাং-থোং চাইহনলমই। মথোয়বু কিবদগী কনাগুম্বা মী অমতনা সাক্ষী ওইয়ু হায়বা য়ারমদে।

দেবীদীননা থওইদবা মওংদা হায়রকই—হায়রিবসিদি মহাক লোম্না পাউ পীবা ওইরেদনা? ঐহাক অহুক য়াম্না থঙবা মী নত্তে, অদুনা হায়রিবা বাশিংগী অরোনবা করম্না থঙগনি? অদুবু ঐঙোনদা অসুম অসি ওইদবা য়াদে হায়রবদি ঐদি হুকওই-ওইরোই, লুপা লাক্ষ অমা ফংগনি হায়রবসু। মপালগী মীবু কনানা থঙগনি, কনানা মরাল লৈবা, কনানা মরাল লৈতবনো। মরাল লৈবা অহুম মরিগী মমুংদা অমা অনিদি মরাল লৈজদবা শোইদনা য়াওরমগনি।

রমাবা কিনা হায়রকই—ঐনা মুম থম্লে ইতোম, মথোয়শিং অদো মরাল লৈতবা য়াওদে।

দেবীদীননা নিংবা কায়না হায়রকই—ওইরমগনি ইবুংঙো। থৱাইদি পাম্নু ইদনা।

মসি হায়দুনা মহাক মতুং ওস্থোকথিরমই। মশাগী ৱাথলশিংবু মসিদগী হেন্না নিংথিজন মহাক ফোংদোকপা ঙম্লদে।

জাগোনা হংলমই—ইচা লাক্লরোইদনা?

দেবীদীননা লৰীরোমদা য়েংলদুনা হায়রকই—ইবুংঙো লাক্লরোই। ইশাগী ফাওবদা ইশাগী ওইদরবদ মীগীনা করি ওইগনি। লৈপুংবা মণ শাবা মো থোংদবনি।

কপপদা কয়াদা মুংঙাইবা, কয়াদা অচিকপা, কয়াদা পাঙ্গল কল্লিবা। কৈদৌঙৈদা মথন্তা নাইতোম কমদুনা কনাগুম্বগী নিংশিংবদা, কনাগুম্বগী কায়নবদা, হিক্লা-হিক্লা অমমুং তেংথা-নাওইদুনা কপতবিবা, মহাক অদু পুম্নিগী অসিগুম্বা মুংঙাইবদগী তোঙানলবনি, মঙোন্দা মুংঙাইবা কয়া কথোকখিবা। অদুগুম্বা থোইথুম্নবা মৈচাক্কী মুংঙাইবসি ফংলিবা লাই-বক ফবা মথোয়মশিং অদুদা হংউ। নোকথববগী মতুংদা পুক্নিং অসি ৱাবমই, থৱাই মুংলাংলমই, ঐথোয়গী হকচাং চোকথবগুম্নমই, খুন্নম পুকচন চনখিবগুম্নমই। কম্লবগী মতুং নোংতৌবা থৌনা অমা ইহুনলকই। জালপাগী মনাক্তা 'প্রজামিত্র' লোয়শংগী চেকোং থুংলবদুদি, মদু পাবদা মহাক কম্লমই। মথুং নামদা চেকোং পায়বদুনা, নামা অমনা থোংজিল পাযদুনা মহাক কেংথৈ কপথোক্লমই। কবি থন্দুনা কপলি, মবমদি কনা'না হায়বা ওমগনি? মশাগী পান্থৈগী ওইনম্লবা মহৈ য়ান-বনা মাগী থৱাযদু লাংতকহনলম্বসু যাই, মুংঙাইবগী ইরোনমুং ফাওবা য়োংহনখিরমই, ঈশিং ফংলীবা মকমদা নত্রগা অৱাংবা মতোন্দা অশাবা উল ওন্দুনা মশী লাংথোক্নী। ওসি থা তরুক্কী মতুংদা মুংঙাইবা পাউ অসি ফংলমই। নুমিং অমুক য়াম্বা মহাক নমথাক্কী মশক ওইববা আশা অমুক তেম্না কনলবা নিংবা থ্ংদবগী শান্নপোব ওইরমই। অত। কয়ারক হন্না মাগী পুক্নিংদা ইথক হৌবমই, পুন্সি অসি লোইশিনলম-শিবা। ঐনা তশেংনমক থৱায থাবম্নবদি মাবু উবদি ফংলবোইদো।

থংগৌদনা বমেশবাবুনা থোংজিন্দা কৌবমই—গোপী, গোপী, সোমদা অমুক্তা লাও। মুনশীনা মশাগী কাদা লৈনা লৈনা নাহেবদুনা হায-রকই কনা ওইবিববনো, চংবিবকউ কাদা। এঃ বমেশ বাবুনিনা। বাবু, ঐদি শিরুবদগী তিংলক্লিবনি। অনৌবা পুন্সি অমুক ফংবনি থনবা যাববনি। ঐগী ইমৌনা থৱায কনবনি।

বমেশ বাবুনা মিমুংশি থঙবা শাবদুনা হাযবকই—অদোম অদুক কম্লা নাববা ফাওবদা ঐঙোন্দা কবিমন্তা থঙহন'বরক্তবা। ছুটি লৌ-দবা যাবরোইদো।

মুনশী—ছুটিগীদমক্তা দরখাস্তুতি থাখিবনি অহুদা সাহেব, ঐনা ডাক্তর সার্টিফিকেট হাপখিদবে। মুপা তবাতরুক কনাদগী লৌকনিদো। নোংমা সিবিল সর্জনগী মনাক্তা চৎলুই, চৌজিক মতমসি লুবিবনা চিঠি ইবিয়ু হায়বা য়াখিদরে। অদোম্না খঙজ্রবননি মঙাক্তি ফীস পিদনদি বা ঙাংনবা য়াখিদরে!

রমেশ বাবুনা বাখল খনজাননা হায়বকই—তায়বিবসিদি ইতোন ইবুংঙোগী মুংঙাইতবা পাউ ওইবে। অদোমগী ছুটি য়াবক্ত্ৰবদি কবি তৌগনি?

মুনশীনা মপাইবক শুবত্না হায়মই—কবিদি তৌগনি, য়ুমদা ফমত্না লৈবা হায়বত্নি। সাহেবনা হংলগা তাশংনা হায়দোক্নি। ঐহাক সর্জনগী মনাক্তা চৎলুই। মহাক্না ছুটিদি পিদবে। কবিগী সরকাবনা মাবু থবক হাপ্লিবা ঃ ঐ থবক তৌক্লগা তোকে, তৌবদদি সার্টিফিকেট পিববোই। মথোং ছুক্তবা অঙাং অমা লৈবত্নু মাংখবে। অদোমগীদমক্তা পানা মতপ অমা ফাওবা পুবিরক্লবা মী অমতা লৈগিদবে।

রমেশনা মোমোন নোক্তনা হায়বকই—ঐগীদমক অহুক য়াম্না খনবিক্লগনু। ঐ ঙসি বা চাবা লাকপা নত্তে, পুক থম্না অথুম-অহাও লাকপনি। (জালপাবু কৌবত্না) মো ইবেম্মা লৈববা? চাবা নহাক্কী মুংঙাইবা পাও অমা পুবক্লি। অথুম-অহাও পুখোবকউ।

জালপানা কাগী শেমপাক মমাংদা থম্নত্না হায়বকই—হাম্না পাউ তাহনবিয়ু। অদোম্নদি অনৌবনি হায়না খনবীবিবা, অরিবত্নুম ওই-রমগনিকো।

রমেশ—ওইদি ওইবরোইদা। রমানাথকী লৈফম খঙলে। কলকতাদা লৈরে।

জালপা—ঐহাক হাম্না খঙজবে।

মুনশী ফুক হৌগৎলমই। মাগী অরুম হৌবা চেনখিত্না খঙ-নিংবগী মরুমদা লোৎখিবগুম্নমই! রমেশকী মথুং পায়বত্না হায়বকই—করি হায়বা, খঙলে কলকতাদা লৈরে হাযবা? চে-পাউগা লাকপরা?

রমেশ—চে-পাউ লাকপগী মা নত্তে, পুলিস ইনকারীগী মানি। ঐমা হায়ক্সথরে মঙোন্দা করিমত্তা ময়াল লৈতে। নহাক করম্না খঙ-বগে ইবেম্না ?

জালপানা মশাগী থোৱাং হাযরমই। 'প্রজামিত্র' গী চেকোঙস্থ উৎলমই।

রমেশ—য়াবেনে তৌথোবক্লিবা অস্তু। কযাদি লৌশিং চাওথববা। ঐখোয় পুম্নমকপু ইনথ্ রম্নেদনা।

মাবী অসি শারিবৈদা রত্ন চৎলক্লমই। জালপানা মাবু উবদা থোক-লস্থুনা মগী মঙকশমদা কোনশিন্দুনা হায়রকই—ইচেম্মা, কলকত্তাদগী চে-পাউ লাক্লে। হাযনবা অস্তুমক্লি।'

রত্ন—মাশকউ, মাশকউ, ঐ পন্দুনা মাশকউদনা ?

জালপা—অহোই, অশেংবনি। চে-পাউসে য়েংউ!

নত্ন—অস্তুত্তইববদি ঙসিমক নহাক চৎলো।

জালপা—ঐস্থ মস্তুমনা থনলম্নিবনি। নহাক চৎলোইদবা ইচেম্মা ?

রত্ন—চৎতি চৎনিংই অস্তুু যুমসি কনাদা শিম্নবমগনি ইনাও, মনিভূষনমু ঐহাক চিংনৈ। মাগী মরমচৎসি চুমদে। বেঙ্কতা লুপা লিশিং বুনদগী তাদনা লৈবনি। পুম্নমক বদাইদনো লোযশিনথরে। সোবাৎতা লোইশিনথরে হায়রি। থিগৎলুববম্ন মমিৎ ঙাংই। অফিসকী শো মনাঙ্গা থমজিনলে'। পিরকউ হায়কববম্ন কনথোক্লকই। ঐ চৈরাপ কানবা থবক তৌবক্লি। ঐনা অসোমদা চৎলিবৈদা, নোংমাদি যুম বাকনা চেনলমগদবা হাযনা কিরিবানি। বঙ্গলা লৈগে লাকলে। ঐস্থ থনলবানি তুমিম্না থুঙ্গৎদা লৈরুবসিবা। বাঙ্গলা য়োনলবদি শেল পুন-লপনদি লাক্লগনি। ঐনা চৎথোক্লবদি লাক্লদোরিবা শেল অস্তু উবা ফাওবা ফংদবা যানা লৈরি। গোপী পুস্তুনা ঙসিমক চৎথবো। শেলগী থোৱাং ঐনা তৌগনি।

জালপা—গোপীনাথতি চৎলদবা যাই। পাজীগী হিদাক-লাংথকী মী অমদি লৈতবা যাদে।

রত্ন—মহ্ ঐহাক তৌগে। ঐহাক হুংতিগী অমুক্তা লাকনি অদুগা হিদাক পিজরম্নগা চংখিগনি। হুমিদাংবাইমু অমুক লাক্তুনা মেংলবা হায়বতনি।

জালপানা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই—অদুগা হুমিংচুপ্পা মনাক্তা ফমতুনা লৈবদি কনানা লৈগনি ?

রত্ন—ঐহাক ঙহাক ফমতুনা লৈরবমু লৈগনি, নহাক্তা ঙসিনক চৎলো।

হুংদাংগী পুং মাপল তাবদা জালপা চৎনবা থৌরাং তৌবমই। মনেম-মকুবু খুক্রমলমই, বিস্বভব কল্লমই, মাবু কোনশিন্দুনা থেমজিল্লমই অদুগা গাড়ী তোংলমই। রত্ননা ষ্টেসন ফাওবা থিন্দোক্লমই।

গাড়ী চৎলবদা জালপানা হায়রকই—ইচেম, কলকত্তাদি য়ামনা চাউবা সহরনি। মফম অদুদা করম্না থঙগনি ?

রত্ন—অহানবদা 'প্রজামিত্র' গী অফিসতা চৎলু। মফম অদুদা থঙবা ঙমগনি। গোপীমু য়াওরীদনা।

জালপা—কদাইদা থুংলুগনি ?

রত্ন—ধর্ম্মশালা লৈবনি। নত্রগনা হোটেলদা থুংলুচো। মেংউ, শেলগা বাংলরবদি টেলিগ্রাফ তৌরকউ। ঐনা থোকপা থৌরাং তৌদুনা থাবক্কনি। নথোয়গী বাবু লাক্লবদি ঐগীদি য়াম্না ফরিবনি। মনিভূষননা, ঐবু মাংহনগদৌবি।

জালপা—হোষ্টেলগী মী কত্তবদি তৌবমলোইকো ?

রত্ন—কনাগুম্বনা করেম কথাইনবকলবদি থোংপাক্তা কাওশিন্দু। করিমত্তা বা ঙাংদু থোৎলুগনু। থোংপাক্তা কাওববগী মতুংদা বা ঙাংউ ( মথুংদগী থাং মচা লৌথোক্লদুনা ) মসি থাগৎলুসে। নথবাংদা লোৎশিন্দূনা থমউ। ঐহাক্তা মপাল থোকপা মতমদা মসি ইশাদগী থাবা নত্তে। মসি লৈরগা থবাই চাওবনি।

জালপানা থাং মচা পায়শিনলে, তৌইগুম্বমুং বামত্তা হাযবমদে। মহাক্কী থম্মোয় তয়াং তশোয়রমই। বা কয়ামুক হংনিংবা লাকনিংবা লৈরমই, অদুবু মপুক্রিং হুংশিবকপদগী অদুম তোক্লে। ষ্টেসন য়োরক্লে। কুলিনা পোৎ লৌথরে। গোপীনা টিকেট লৌররে। জালগা হুংগী শক্তমগুম্না

প্লেটফোর্মদা লেপ্তুনা লৈরমই, নুংবংনবদৌনা লৈরমই। কবিগুম্বা অচৌবা চাংয়েংগী মমাংদা ঐথোয় তুমিন্না লৈগল্লি। ঐথোয়গী পাঙ্গল পুম্বা লালফম অতুগী থোৱাংদা লৈ।

গাড়ী লাক্লে—গোপীনা ডবৰা অমদা চংতুনা ফমফম কনহৌবমই। জালপাগী মমিত্তা পি চেন্থরক্লমই। হায়রকই—ইচেম্মা। শোইদ-ঙামদনা মহাক্তা লোয়নমনা হনলকপা লাই খুরুম্নীরমউ।

ইঞ্জিননা হুইশেল পিবক্লমই। মতারোই অগি লেংগোম্নরমই। জালপা গাড়ীদা কাথরে।

রত্ননা মখুৎ হাইরমই।

'ঐগী ঙঙাইফদনা চংগদবা লৈরবদি, তননা চে-পাউ ইরকউ। ঐহাক ফক হৌগত্তুনা লাক্কনি।'

জালপানা মকোক হাযবমই।

জালপা নোক্লমই। গাড়ী থোৱমই।

# (৩৬)

দেবীদীননা চাগী হুকান নুমিৎ অতুদগী থিংজিল্লমই অতুগা নুমিৎ চুপপা বামনাথনা মুকদমা লেপকদৌরিবা অসিদা সাক্ষী পীগদৌরিবা কোর্ট কোইথি থিদুনা লৈবমই। নুমিৎ হুমি বমাগী সাক্ষী চপ মান-নবমই অতুগা অহুমক অসি দেবীদীন কবিমতা চাবমদে, তুম্লমদে। ঙসিমু মমুমদা যৌবগা ফি হোংদোক্তুনা, হুমাই হুমতুনা ফমলমই। ফাইরেল চংলক্লমই অতুনা নুংশা খবা খবা হায়গৎপা কৌরকলমই, অতুবু অতুক যাম্নদি শারমদবি, মতুমক্তা হুমাং থোক্তুনা অমদি হুমাই হুমদব য় দে হাযবা অতুদি লৈবমদে।

জাগোনা খুজাইদা ঈশিং পুরক্তুনা থম্লমই অদুগা হাযরকই হি-দাক হানলবউ হাযবসা? ঙসি নুমিৎ অসিদগী অমুমা দেবীদীনবু লুনা-

চান্না তৌরমই। মসিগী মনাংদা হনুবী কৈদৌঙৈদসু হিদাক হানলক-উরা হায়না হংলমদে। মসি কবি হায়রিবনো দেবীদীন য়ুম্না খঙলমই। হনুবীবু খোজালগী মিংথেংদা য়েংলদুনা হায়রকই - যাগনি হানলক্লবসু হিদাককা থক্লিংদে।

চাক চথোম অমত্তংদি চাও। অযুক্কী করিমত্তা চা-থকখিদে। অথুম অহাও পুবকউবা? কদাই হুমাই অদু ঐ হুমলক্কে।

দেবীদীননা হুমাই পিবমই। হনুবীনা হুন্নমই। মিনিট অনি অহুম মরিং উইশিনলবগী মতুংদা দেবীদীননা হায়রকই—ঙসি ইবুংঙোগী সাক্ষী পিবা লোইথরে।

হনুবীগী মখুৎ চপ লেপ্লমই। হায়বকই—হয়েংদগী য়ুমদা লাক্লগদবা?

দেবী মসিনা লোইবা নত্তে, ছুটি ফংইবনি, অঙন্না হায়কে টঙা অমুক পিখিগনি। মহাক করিগী অসিদা লাকখিগনি। অফবা ফজবা য়ুম ফংথবগনি। অকা-অকুমদা শগোল তৌংথবগনি। ফংদি য়াই হায়বদু য়াম্না ঙইজবা থিবা মিচোপ মাল্লি। মনাল কৈজদবা ঙবা মহাক্ সং-জিনথবে। মঙা-তরুক্কি ফাসী তৌবনি, অমাপ্পা মথোংশিংবুনা চহি তরা-তরামাথোইগী চৈবাক্কি ফংলরগনি।

জাগোনা মুংশি-ভুক্কংচবা মিংগেংনা য়েংলদুনা হায়বকই—মানা মানা তৌব' মশানা ফংবনি। মশা মশাগী ঙইজবা ওনবা ঙাইবংনি, অদুনা কনানা কনাগীদমক্তা শিগনি।

দেবীদীননা অযাকপা খোনফমদা হায়বকই মশাগী ঙইজবগীদমক মীগী চরম মেৎলিবা মাবু হু পীজবদসু পাপ নত্তে।

থংহৌদনা মীওই অনি লাক্লুনা লেপ্লরমই। অমনা কুচু ঙৌবা ফজবা মুপামচানি, চহি তবামঙা-তককলোমগী মীওইনি। অমনা মশক য়েংবদা চম্পবাসী মানলম্মি।

দেবীদীননা হংলমই—কনাবু থিবনো?

চম্পবাসীনা হায়বকই—অদোমগী মিং দেবীদীন কৌবিবরা? ঐহাক 'প্রজামিত্র'গী অফিসতগী লাকচবনি। ইবুংঙো বাবু অসি রমানাথ হায়বা শত্রুংগী মনা ফংবা অতুগী মনাওনি। সম্পাদকন থাবকপনি। অদুদি ঐহাক চংচবগে?

মহাক চংখবে। দেবীদীননা গোপীন্ খোংদগী মকোক ফাওবা য়েংলমই। শকক্রম বমাগা মান্নবমই। হাযবকই—লাও ইবুংঙো, ফম্মু লাও। কৈদোঙৈ লাকই য়ুমদগী ?

গোপীনা খর্টিককী দুকান্দা ফম্বা মশা হুন্তবোই নিংলমই। লেপনা লেপ্পা হায়বকই—ঙসিদা লাকপনি। ইতৈমক্ত যাওবকই। ধর্ম্মশালাদা লৈবি।

দেবীদীননা লেপখংলজুনা হাযবকই—চত্ত্বুনা ইমোদো পুবকউ। মখক্তা বমাবাবুগী কা লৈবনি, মুংঙাইনা লৈম্মু, ধর্ম্মশালাদা কবিগী লৈরুগদগে নত্তে, ঙাইখো ঐক্ত চংকে। মখমসিদনা লৈবা খোংপা মুংঙাইগনি।

মহাক্কা ঙাংগোদা পাউ অমি তমম্মুংগা, মখক্কী কা শেংদোকনবা হাযবমলগ গোপীগা লোযনন ধর্ম্মশালাদা চংলমই। ককুবীনা ভুননা শুনংদৌং নিংলমই অখুম অহাও যোমসমদগী মিঠাই অমম্মুং শাঙ্গাম অফমন পুবক্রমই। মুখাদ ঈশিং লোকচিল্লমই। অতুদগী মাংৎ-মমাই খাখোক্ত, মচুগী মাঙৌ লৌংদোক্ত, লিক শিজিনলে অমম্মুং কে-মোত্থনা মমাগী নাথৌ নেহুম লৌবমই।

খুদক অতুদ মিনিম্মু (গাঙৌ থংলেম্রে। ককুবীনা ভাদপাবু থাংথবমই। ডালপা, ককুদি লেপ্তা নাপীগা তুকান উবদা ওঙ্গোইবনই অতু। ককুবাগী মাচান-মীওক ফজবা অতু উবদা মাগী ওঙ্গোইবা অতু ফবমই।

ভাংগানা খুজাইদা ঈশিং থমংলহুনা হাযবকই—খুম অসিদা ই,ংঙো লৈবমই ইবেম্মা, ঈংগোগী মমাদি নহাক্তা লৌজিক খঙলিদগনি।

ডালপানা মকোক হাইনদুনা হাযবকই অদুক মুম্মা খঙজদে। চেকোংগী আফিসকগী ভাবকপবু পুলিসনা ফাখবে হায়বকই।

দেবীদীননা হাযবকই—ফাখবে হাযবু হৌজিক্ক মহাক সবকাবগী সাক্ষী ওইখবে। প্রযাগবাজনা হৌজিক মতোম্দা মুকদমা তৌবকদবা লৈভবে।

ডালপানা নাপল চেৌনা হায়বকই—মতু কিনদগী মহাক সবকাবগী সাক্ষী ওইবিবনা ? অসোমদদি কবিগুম্বা মখলগী থোদোক অমতম্মু লৈতে। কবিগীদি মুকদমা তৌগদৌবিবা ?

দেবীদীননা কিনা কিনা হায়রকই—লুপ-শংবাগী বাকম নত্রবে ?

জালপানা মথবায় শোকপগুম্না হায়রকই—অতৈ করিসু থোই-দোকপা বা নৈতে। সরকারগী শেল থরা শিজিন্নখরে তাবগা ঐখোয়না খুদক অতুদা শেল অপুম য়োহনখরে।

দেবীদীনগী মাইথোং লংলমই, কবিগুম্বা অবাবদগী কোকপগুম্নই, হায়বকই—মতু ঐখোয়নদি কনানা খঙগনি ? কয়ারক হম্না হায়য়ু, য়ুমদা চে-পাউ থাউ, ইমুং-মনুংগী মী বানবমগনি, অতুবু ইকাইবনা করিমত্তা ইরমদে। প্রয়াগরাজদা মুকদমা তৌবগনি হায়না ওইদবদা কয়াদি চিংনরে। খঙববা করিগীদমক সবকারগী সাক্ষী ওইরিবনো ?

জালপানা চিংনবপন। হায়বকই—মফম অসিদমু করিগুম্বা.........
করিগুম্বা থৌদোকা থোকখিবরা ?

দেবীদীননা মাগী মপুক্লিং নুংঙাইতবগী মওং খঙলতুনা হাযবকই—করিগুম্বা অমতা নৈতে। অসিদা লাক্লিবসি মহাক ঐহাকা লোয-মনা প্রয়াগবাজদগী লাক্লিবনি। হেক লাকপদগী মহাক খুবৈ অমা ফাওবা চৎথোক্তে। মপালমু মুকচৎ চৎথোক্তে। নোংমা চৎথোক্ল-বদা পুলিসনা ফাবমই।

জালপানা মিনিট অমা বাথল থম্নগা হায়রকই—মহাক জবানদি পিথরবরা ?

'হোই মুমিৎ হুম্নি মথং মথং পিথববনি, ঙসিদা লোইবি।'

জালপানা লাংতক্লনা হায়বকই হায়বিবসিবো হৌজিক কবিমতা ওইথোক্লরোইদরা ? ঐহাক মাগা উনবা য়াগদরা ?

দেবীদীন জালপাগী বাহং অসিদা মোমোন নোক্লমই। হায়বকই—হোই, অতৈ করি ওইগনি ? চৎলগা অরোন-অথুপ্পা লোয়নমক হায়দোক্তুনা মখোয়না শিনজরিবা পুম্নমক থুগায়রুসি হায়বমু পুলিস যণমক্তি নত্তে। হৌজিক মতমসি মী অমতগা উনহন্দে। কম্না থোঙ ঙাকথরে।

মতম অসিদা, বাফম অসিদা করিগুম্বা বাবি অমতা শাবা য়া-রমদে। বাফমসি তরাই-তরাইনা থম্নবা য়াবা ওইরমদে। জালপানা

গোপীবু কৌরমই। মহাক যুমথক্তা লেপ্লচুনা লম্মী চৎথোক-চৎশিন তৌরিবগী কুম্মৈ য়েংলুনা লৈরমই।

জালপানা হায়রকই—নমিৎ-নমাই তাথোকলগা করিনো থবদি চাথকউ।

গোপী ইকাইচুনা অহুম মপালদা থোকখবে।

দেবীদীননা মোমোন নোক্তুনা হায়বকই—ঐথোযগী ইমাংদা চাবা ঙম্বোই। ঐথোয অনি থোকখবগে। ইবেম্মা, কঙ্গোইরুপমু অবাৎ-অপা হেক্তা হায়বকউ। নযুম্মক্তি হাযনা থনলু।

জাগোনা নাপলগা লোযননা হায়রকই—মগাক্তি ঐনা থোংবা চায়।

জালপানা মোমোন নোক্তুনা হায়বকই—হৌজিক্তি ঐ লাক্লবনিনা চাক থোংবা ফংলবোই, নথুংনা গামচুনা চাবগদবনি ইমা। হৌজিক্তি ঐনা থোংলগনি।

জাগোনা যাবমদে—ঐথোযগী শাগৈদি মীনা থোংবা চাক চান্নদে, ইমৌ। হৌজিক তুংগা মাংগা য়েংনবদা তুংনা শাংহৌববা মাংনা তেনলবা মতম অসিদা কবিগী শাগৈদগী ইম্নোকহলগনি।

জালপা—ঐথোযগী শাগৈদস্থ মীনা থোংবা চানদে।

জাগো—নহাকপুদি কনানা উগনি। অদুগা লাইরিক-লাইশু কন্না মীদি অদুগুম্বা বাথল অদু থন্নদবনি। ঐথোযগী শাগৈদি অপংবা লাই-রিক হৈতবা ঙহাক্তা লৈ।

জালপা—অদুদি ফবেদনা ইমানা থোংবা ঐনা চাদবে, ঐনা থোংবা ইমানা চাদবে। নামৌনি গাযবা মিংথোল অমা পিকববনিমা ঐহাকনা থোংবস্থ চাবা তাবে। চানাইদোবা ঙইরবদি কবিগী নমৌ ঙইকরিবনো?

দেবীদীননা জাগোবোমদা থাগৎপা মিৎয়েংনা য়েংলচুনা হাযবকই—ইমৌনা যাম্না থাগৎনিংঙাই ঙইবা বা হায়দোক্লকপদি তাবদা তুং-ঙাইদা। য়েংউকো পাউখুম নিংথনা পিযুকো। ঙহাক পোথাহনখোসে।

অচা-অথক তৌবগা গোপী মথাদা কুমথরে। মহাক সহর যামনা যেনিংলমই, জালপা চাক চথোম অমা ফাঙবা চানিংলমদে, মানী মমাংদা লুবব বাযম অমা লৈবমই—রমানু কবমনা লৈথোম অসিদগী

লৌথোকদগে। মীরা-মীশা, করেম্নবা অসি থল্লুবদা মহাকী নাপল কাথক্লমই।

মহাক্লা অমুক থনলমই,—মশাগী ফনবগীদমক্তা আহ। কয়াদা য়াম্না তোনথরবনো? মহাক্লা বাফম অসি করম্না য়াক্লবিবা?

কবিগী জবান হোংদোক্করিবা? মিউনিসিপালিটিনা মঙোনদ' কবিস্থ তৌবরোই থঙহনলবদি বা ওস্থোকউ হাযবস্থ য়াই। বাকম অসি মঙোন্দা করম্না হায়সিগে? করম্না মসি ওইথোকনি?

মহাক তহা তহানা কুমথবমই অতুগা দেবীদীনবু ইঙ্গিতনা কৌরতুনা হাযরকই—পাজী, মাগী মনাক্তা চেগা যৌবা ভম্বীগদবা?

দেবীদীননা মঙক হাইবকই—থাজদেবো। ঐহাক অনিয়ক চৎলু-রবনি। কোম্থোংদা ফাওবা লেপহনদে।

'বঙ্গলা অতুগী মাক-য়েত্তা কবিদি লৈ?'

'নাকল অমদনা বঙ্গলা অমা লৈ, অম'বামদ-া হৈনৌ পাম্বীগী হৈকোল লৈ।'

'মহাক তুমিদাং কোইনদি চৎথোক্লমগনি?'

'হোই মপালদা অরাম চৌক্রি থাবগা ফমই। মনাক্তা আফিসার অমা অনিস্থ ফমই।'

'কনাগুম্বা হৈকোল অতুদা লোক্লবা লৈরবদি করম তৌই? মহাক মথন্তা ঙাইববা মতমদা চে লংশিনবা ঙম্নবদি মহাক শোইদনা লৌ-থৎকনি।'

দেবীদীননা ঙক্লতুনা হাযবকই—হোই, মদু ওইগনি, মথন্তা উনবা ফংলবদি হৈফদকো।

থজিক মমথববা মতমদা জালপানা দেবীদীনগা লোযনবে অতুগা রমানাথকী বঙ্গলা যেংবা চৎলমই। চে অমস্থ ইদুনা ফুবিৎথাউদা হাপচিনলমই, ইথৎ থংহৌদনা মতোমতা চিংনবা ফাওরমই—কবিগুম্বা চে-পাউ অসি পারবা ফাওবদা অমুক জবান হোংদোক্লবদি করি তৌগনি নিংশিংবিরমগনি নিংশিংবিরম্মোইস্থ কনানা থঙগনি? ঐবু উরগা মম'ই লৈথিবা থোক্লবদি, চিংননা ঙাইহাক থঞ্জানরমই। দেবীদীনদা হায়রকই —পাজী, করিগুম্বদা মহাক্লা মুমগী বাগা হৌদোক লাক্লকপরা?

দেবীদীননা মকোক-মঙক হাইবদুনা হাযরকই—অমুক্তবু পন্দে।

হাযরিবা ৱাহৈ অসিনা জালপাগী চিংনবা অমুক হেন্না চেৎশিন-হনলমই। মথোয় অনি সহবগী মী তাবা লমদগী থাপতোক্লমই।

খঙহৌদনা লমীগী য়েৎথংবরোমদা মৈগী মৈঙাল অমা উরমই।

দেবীদীননা হাযবকই—মসি মাগী মৈফমনি।

জালপানা কিনা-কিনা মাইকৈ অদোমদা য়েংলকই তৌইশুম্বরুং পুমচিক চিক্লমই। মী পোং অমতা উবমদে। থোঙ্গাল সো লোনলমই।

জালপানা হাযবকই—কনামু উদেনা।

দেবীদীননা থোঙ্গান্দা মঙক খিংজিন্দুনা হাযরকই—উম, মফম অমুক তোংখরবমানে।

'কোইথোক্লমগনিদা।'

'কোইথোকখিবা ওইববদি থোংঙাকপা লৈগদবনি। বঙ্গলা অসি থাদোক্লমলে।'

'অদু ওইববদি কনলসিদনা।'

'খঙখিসি কদাইদা চৎখিবনা?'

বঙ্গলাগী য়েৎথংবদা তৌবিবা হৈনৌগী হৈকোন্দা মৈঙাল উবমই। খংইকনা হৈনৌ পান্নবিবমানে। দেবীদীননা হৈকোলদা লাক্লুনা কৌ-বমই—কনানো লৈবিবাসবো? কনানা হৈকোল অসি লৌবনো?

মী অমা হৈনৌগী মরুমদগী থোক্লকলমই। দেবীদীননা মাবু মশক খঙলদুনা হাযরকই—জঙ্গলী নং ওইবে, নংনা হৈকোল অসি লৌরবরা?

জঙ্গলীনা হাযবকই—অহোই, ইযাম্বা ত্রনা লৌবে। নহাক অসিদা করি তৌবা লাক্লিবা?

'করিস্ত নত্তেদা অমুম লাকপনি। বঙ্গলাদা লৈবা মী অদুদি করম তৌখরে?'

জঙ্গলীনা কিরুক কিরুক য়েংলদুনা হাযরকই—মসিদা সাক্ষী পিবা অদু লৈয়ে। ওসিদি ওম্নমক চৎখরে। মুমিৎ তবামঙা-কুনমুক্তি মমুংদা লাক্লনি হাযনা তাই, হাইকোটতা মুকদমা লেপকনি হায।

দেবীদীননা হায়রকই—মুমিৎ তবামঙা-কুনিদা লাক্লনি হাযবা, মাম্না মুম্না খঙলেকো?

জঙ্গলী—হোই, খোংজাকপনা হায়রমই।

'কদাইদা চৎখিবগে মুম্না হায়মুনে ?'

'খোৗদোক খোকখিবা মফম অদু য়েংবা চৎখিবনি।'

মখোগ অনি হনমিম্নবকপদা জালপানা হায়রকই—মী অসিদা হায়রম্নবদি ফগনিদা। মখোয়না হনলক্লগা পাউ খরা খরা পীরকউ হায়না ?

'হোই হায়রম্নে।'

# (৩৭)

খা অমা হৌজিনখবে। গোপীনাথ হান্নদি মুমিৎ কযানিমুক কলকত্তাদা কোইবমই অদুদগী মবি মঙানিদা মফম অদুদা লৈনিংলক্লবে অদুনা মুম চৎলসি হায়না তকশিনলক্লমই। মমৈখংদদি জালপাম্ম মাকু তলহনখিবা ফবে হায়না খনলমই। মফমসিদদি লোম্না লোম্না কপখোৎলমই।

জালপা কয়াবক হন্না বমাগী বঙ্গলা ফাওবা চৎলুবমই। মহাক তনলক্লরি হায়বা খঙলমই অদুবু অমুক্লং মফম অদু য়োজরগা মঙোম্না মখলগী পেনবা ফাওবমই।

জালপা লাইবিক পানা-পানা নত্রগা হিপনা-হিপনা চোকখরক্লবদি মিৎকুপ অমগীদমক্লা খোংনাওগী মমাংদা লাক্কুনা লেপ্লমই। নোংমা মুমিৎ অমা খোংনাওদা লেপ্লিঙৈদা মহাক্না গাড়ী পনেং লাকপা উবে। খঙনিংলমই গাড়ী অম্লক যাম্বসি কদাইদা চৎলিবনো। মুম্না য়েংলমই, গাড়ী তরুক শুবম্মী। পুলিস আফিসার ঙাক্তা তোংলমই। অমখক্তংদা সিপাই মযাম অমা তোংলম্মী। ইবোই লোইবা গাড়ীদা মহাক্কী মিৎয়েং তাক্লবদদি মহাক্কী মশা নোংথাং কুপ্লগুমথে। মহাক মিৎকম হোৎদনা খোংনাওগী কৈবাক কাফম ফাওবা চেনলক্লমই। মহাক গাড়ী থামনিংলমই। অদুবু মিকুপ অসিগী চৈবক অসিদা ঐনা মখা কুমথবিঙৈদা গাড়ী লানম্মোকখ্রগনি খঙনিং নিংশিংলক্লমই। মহাক্ অমুক হন্না খোংনাও

ফাওবা লাক্লে। বমা হৌজিক মমাং ফাওবা লাক্লে। রমা হৌজিক মমাংমক্তদা য়ৌরক্লে। মহাক্কী মমিৎ থোংনাওরোমদা য়েংলক্লমই। জালপানা ইঙ্গিৎনা খরা হায়বা পাল্লমই, ইকাইবনা মহাকপু ফাবমই। রমাগী গাড়ী খরা তপথবগুম মানলমই। দেবীদীনগী মখোল তাবসু ফংলমই। অদুগা গাডীদি লেপ্লমদে। ৱিৎকুপ অমগী মমুংদা গাডী থোগংখরে তৌইগুম্বম্নং রমা হৌজিক কাওবসু চিংনা-চিংনা থোংনাওরোমদা য়েংলমই।

জালপানা কৈবাক্তগী কুমথবগা হায়রকই—পাঞ্জী!

দেবীদীননা মমাংদা লাক্লগা হায়রকই—ইবুংঙো লাক্লে। মসি হায়রগা মহাক মথক্তা কাথংলমই।

জালপা লাংতক্লবু ইকাইবনা নমথরক্তুনা হায়রকই পাঞ্জীদা করি হায়রমই ?

দেবী—কবিবু হায়গনি, স্তপ্রগী কৌনবদনি। ঐনা করম পাল্লিবগে হংলমই। মখুৎনা মুংশা খিদমবা হায়বমবদনি। নহাক্লা উদরা ?

জালপানা মকোক জুকথবতুনা হায়রকই—উহৌই। থোংনাওদা লেপ্লিঙৈদনি।

'কৈদৌঙৈ মুকদম লেপকদৌরিবগে শঙ লাকপরা ?'

'হয়েংনিনে।'

'হয়েংনি হায়বা? অমুক থুন? অদুদি স্তসিমক করিগুমবা খরদি তৌবা তারি। ঐগী চেসি কবিগুম্ব যিতম অমদা য়ৌববাদি খবক্তি ওইরে।'

দেবীদীননা থবক অদো অহুক যাম্না লায়না থল্লিবদো। অহুক যাম্না লায়বা নক্তে হাযবা মতাগুম্না য়েংলমই।

জালপানা মাগী পুক্নিংগী মওং শঙলতুনা হায়রকই—মহাক্লা জন'ন ওগ্রোকউ হায়বা যাবোই এায়না দিংনবিববা?

দেবীদীন হৌজিক হোই হাযবা নত্তনা করিগুম্বা পাথৈ অমগা উবমদে। হায়রকই—হোই, ইবেম্ম, ঐসু খাজববুদি থাথৈজ অদুদ তশেংনা হায়রবদি যাম্না লুবা থবক্তি। মহাক্লা হান্নগী বা অদু হোংদোক্তনা

ঙাংলবসু পুলিসকী মথুত্তগীদি নাম্বোকপা ঙম্মোই। মাবু করিগুম্বা মরাল পিশিন্দুনা ফাবিখিগনি, অদুম কেশ তৌখিগনি।

অদুগুম্বদি অদুম তৌজৌ করিমতা কিবিদেদা হায়বা মতাগুম য়েংলমই। অমুক হায়রকই—পাজী, মাবু পুলিসকী মথুত্তগী নাম্বোক্লবদি খনবু খনদে, ঐনা খনলিবদি সুপ্নগী মাবু মিংচৎ থিবা অসিদগী কনবা। মহাক্না বাঙাং অসি হোংদরবদি ঐহাক ইশামক অদালততা চত্তু্না শিনলিবা খুজিল থৌরাং অসি তশেং তশেংনা হাযদোক্কনি—মতু অচৌবা থৌদোক অমা ওইরবসু চিংনদে। মহাক্না ঐবু খাইনরবসু, ঐগী ইশক হন্না য়েংবিত্রবসু ফবে। অদুগ, মসিদি ঐহাক খক পামদে, অদুক চাওবা মিংচৎ থিবসি ইন্নাইবক্তা হাপ্তু্না চৎপদি। মসি পুম্নমক ঐনা চেদা ইরবনি।

দেবীদীননা ম'বু ইকাইখুম্নবা মিংয়েংনা য়েংলদুনা হায়রকই—নহাক লোইনা তৌবা ঙম্নগনি। ঐহাক খাজবে।

'অদু ওইরবদি মফম অসিদগী পুং মাপল তাবদা চৎলসি।'

'হোই, চৎলসি।'

*   *   *   *   *

## (৩৮)

অদুগুম্বা রমানাথ পুলিস কিবদগী মপাল থোক্ল-দবা, দেবীদীনগী মমুমদা হুরানবগী পাংথক তাদুনা মপুক্সিগী হুমিৎ মপুং ফাহনলম্বা, ঙসিদি থা অনিদগী নি'খোগুম চাদুদা ইরাংদা লুপ্তু্না লৈরমই।

সেসন জজ্জগী কোর্টতদি খুদোংচাবসি ফংলবোই হায়বসি পুলিসনা খঙলমই। লাইবক ফবদগী হিন্দুস্থানগী জর্জ্জ ওইরমই অদুগা মহাক অসি মীচং মীখাই নাইদবগীদমক্তদি মমিং চৎলমই। মহাক্না কনা অমদা পুকচেল চাওনা অচুম্বা তৌরমদে। মরম অসিনা পুলিসনা রমাবু অমুক্তা থৌদোকখিবা থৌদোক অদুগী মরিদা মফম অদু অমুক্তং

য়েংহনখিংলমই। জমিন্দারগী নিংথিনা লৈতেংলবা শঙ্গাই অমদা থুংলমই। হুমিৎ চুপ্পা ময়াম শা তানলমই, হুমিদাংবাইদা গ্রামোফোন তাবমই, জুরাব শান্নরমই, লমহাং অমম্নং তুরেলশিং য়েংবা কোইনা চৎলমই। কনাগুম্বা নিংথোমচা শা তানবা লেংথোক্লকপতুমঙাই।

থা অমা থুঙ্গং কোইক্লরবগী মতুংদা রমা পুলিসকী মীগী লোয়ননা বঙ্গলাদা হনলক্লমই। লখীদা দেবীদীনগী য়ুমগী ময়াদা চৎলমই। থবা থাপ্লিভৈদগী মহাক্না মাগী কা উরমই। ইথং থংহৌদনা মহাক্না মথক-লোমদা য়েংথৎলমই। থোংনাওগী মমাংদা কনাগুম্বা অমা লেপ্পা উরমই। মহাক্না মিৎফম হোংদনা য়েংলমই। মসিদি হুপীনি। অদুবু কদাইদগী লাক্লিগব ?

গাড়ী থবা অমুক নকশিল্লগাদি হুপী অদুগী মমাই নিংথিজনা উবমই। রমা থংলমই, মসিদি জালপানি। চিংনবা লৈতনা জালপানি। হুম, নংঙ্ক নত্তে। জালপাদি মফম অসিদা করম্না লাক্কনি ? ঐগী লৈকম-হুংফম নঙাক্না কদাইদগী থঙগদৌরবা ? হুমুবনা চে-পাউগা ইম্বুনা থা-কোংপবা ? য়াম্না লোনল্লক্না ঙায়রকই—সবদার সাহেব, গাড়ী অদু মিকুপ অমুক্তংদি থাম্বয়ু। ঐহাক দেবীদীনগা রা অমতা শান্ন-জরমগে। নায়বনা গাড়ী ভপথরমই, অদুবু কবিঙ্গমবা অমা থনলকপদগী থোরমই।'

বঙ্গলাদা য়োবগা দমানা থনলমই, জালপা কনম্না উম্নসিগে। মঙাক শোইদ্রে জালপানি। মসি মহাক চিংনবা করিমতা লৈরমদ। মিৎ-প্পুদি করম্না নমথাক ভৌগনি। থম্মোযদ বাৈমেগুম্না হৌবমই, কবি ভৌসিগে। করম্না চৎসিগে ? মখাক ফি লৌথোক্কনি যাওবা নিং-শিংলমদরে। মিনিট তরামঙা যাওবা মঙাক কাগী থোংজিন্দা লেপ্লুনা লৈরমই। করিগুম্বা পাম্বৈ অমতা থোকলমদে। পাম্বৈ লৈকঙুনা যমুংদা হিপ্লুনা লৈবমই।

ঙাক অমুক ধক হৌগংলমই অদুগা মমাংদা লখীদা থোক্লমই। থোঙ্গান্দা চৌকিদার লেপ্লমই। বমানা মাং অস্তক য়াম্না শাউনিংলমই, নোংমৈনা কাপ্লুনা হাংসিবা হেক য়োরমই।

চৌকিদার অমনা লাক্তুনা হায়রমই— ইনসপেক্টর সাহেবনা কৌরি। অনৌবা বা থরা হংগে হায়রিমানে!

রমানা শাউনা হায়রকই—ঐহাক শংদে।

অসুম থনলমই, মকম অসিদা জালপা কয়া লাকইবা? মথন্তা লাক্লিবরা নত্রগা মী লোইনবকলিগত্রা? ফজবশিং অসিনা হমুবগা মিকুপ অমা ফাওবা বারি শানবগী মতম পিরমদে, তারানা থারিবা মপান্দা হৌরিবা উগী কক্কমদা কনাগুম্ব অমা লৈবগুম থনলমই।

হোই, কনাগুম্বা অমা মঙোন্দা য়েংহুনা লৈরমই। ইঙ্গিত তৌহুনা কৌবগুমলমই। রনানাথকী থম্মোই চোংলমই। লৌতুনবশিংনা মাগী মথরাই লৌগে শেংবা নত্তেকো। চিংনবসি মতম খুদিংমক্তা মঙোন্দা লৈরমই।

অহুন, মহাক মুমিদাংদা বঙ্গলাদগী পংনা মপাল থোকলমদে। অকিবসিনা মরম ওইহুনা মহাক মমুংদা চংলসিবা হায়হুনা মহাক থনলমই। মতম অদুদা গাড়ী অমা লম্বী লানথোকখিবমই। মহুগী মঙান্দা রমানা মুপীগী মশক ওইনা হাযেং উহৌবমই। অহুদগী মঙোনলোমদা মী অদু চংশিল্লকপগুম উবমই। কনানো অসিরু? মুপী শাশিল্লহুনা ঐরু লক্কবা ওইবিদবা? মহাকনা তুংদা অদুম হনদোক্লিবমথৈ মী অহু মহাক তম্না চংশিনলক্লমই। অহুদগী হেনলহুনা মহাক্না থারিবা তাবাগী মনাক্তা চংলক্তুনা কবিগুম্বা পোং অমা লংশিনলকই। রমানা লাউহুনা তুংদা থংহন হন্দে কই, য়েংলুবদদি চেথাউ অমা ওইরমই। মতম অহুদা মহাক নে তারমই। মহাক্না অমুবা মশক অমা উরম্বা অহু মাংখিরমই। রমানা চোংশিন্দুগা চেথাউ অহু লৌথংলমই। কিন্ন-কিরমই অহুগ লোয়ননা থঙনিংবনা হেনলমই। মিং থারিবহু উবমকতদা থম্মোইদা হবাও-তুজুংবা পোক্লমই। জালপাগী মথুংনি। মহাক্না থুনা চেথাউ অহু হাংদোক্লমই। জালপামক্তা ইবা ওইরমই। মুংশ স্বর অমুকতদা চে-পাউ অহু পারমই। অহুদগী নিংশা শাংনা হোনলমই। নিংশা অরগা লোয়ননা মুংনাংবগী অকিবগী মশক ওইবব পে'ংলুম, মহাক্না থা তরুক্তগী বাই শংলক্তবা, বাথল মুংঙাইতবহুনা মাগী পুম্নিগী ঈবু চুপ্পম্বা ঙসিদি তুখোন-

মানশোনবা, ইকাইবা-হুৎনাংবা পুম্নমক খাই মাংখিবগুম্নমই, পাইখোক-খিরমই। অঙুক য়াম্না থৌমা, অঙুক য়াম্বা পাঙ্গল, নাপল, পুক্রিং পুম্বা মঙোন্দা কৈদোউৈঙদম্ব পোক্লমত্রি। অহানবমক্তদা অফিং-অফ ই ওইনা হৌজিকমক চংলগা বাবুদা হাযরসির', মুকদমা অদু থোইদোক্লা পামদে। অদুদগী থঙনিং-নিংশিংলকলমই জাবান্দি হাম্না লৌথ্রবদা, মাই খুবা হাম্না খুশবে, হৌজিক মহৈ চাগদবা মতাং অসিদা কবিগী লৈথরুগমি, অদুবু মথোয় ময়াম অসিনা ঐবু মিত্রং তৌথবে।

ভুম যাদে। মংোযনা ঐঙোন্দা উশিত্তবা হৌরক্লবনিনা ঐহু থঙ-গনিদো তৌগে হাযবা। হায়বগেদো, নথোয়না অচৌবা থবক অমা হাম্লবদি ঐহাক সাক্ষী পিগনি, অদু নত্রবদি তশেংনা হেক্তা হায়রগে থৌদোক অসিগা ঐগা কবিস্ম মবি লৈনদে, অমুক্তং জালপাগা উম্ন-নিংবন' মথবাই চাক্লমই। মাবু অহুক থম্না হুংশিনা, চাম্না লুনা কৈ-দৌউৈঙদম্ব নিংখিদে। লাইনা ঙসিদি মহাক্কী বাথলসি মাবু ভাক শেম্ন-ংগীদমক্তা পিনগুম্নমই।

পুং ভব' তাখিরমই। বমানাথনা মৈ মুথংলমই অমক্সং মাঙ্গোলদ' লাক্তনা সিপাইশিংনা মাবু মমুংদা তুমদুনা লৈথবে হায়বা থঙসক্লু হায়বা মত্তাগুম থোং কম্না থিংজিনলমই। মহাক অমমবা মাঙ্গোলদা মিকুপ অমা লেপ্তুনা লৈবমই। অদুদগী ভপনা কুমথবমই অমস্থং তিংথংগী য়োংলি মনাক্তা লাক্লগা থনলমই, কবমনা ন হ্বোকসিগে? হৌজিক জালপা হৈকোন্দা লৈবমখিবা যাই। দেবীদীনস্থ মহাক্কা লোয়নবমগনি। হুপ্নগী ভাবা অসিনা মাগী লক্ষী থিংলমই! মদু লাম্বোকপা ওইথোক-লমদে। মহাক্কা ভাবা মবক্তা লিংথোকে হাযবসি চপ যুংনা থনলমই। মশাগী ফি পুম্নমক তাশিনলে অদুনা তিংথং মরক্তা মকোক অমস্থং মরেংবান লিংথোক্লমই, অদুবু কবম্ননো মফি পনলমই। মহাক্কা মখুৎনা ফি অদু লৌথোকে তৌবদা থৌববা তিংথংনা যুবমই। মফিস্থ লৌরমই।

অদুবু মতম অসিদা মহাক ফি শেগাইগনি হায়বগী থৌশারমদে। মহাক্কা মঙক অমুক লিংথোক্লমই: অদুগা ফি অত্তম শেগাইহুনা বাংমা লাম্বোক্লমই। ফি পুম্নমক শিংকুপ শানা শেগাইবে, মনগনস্থ থবা থে-বাংলে তৌইগুমমুং মতম অসিদা কনাগুম্বা নোংমৈ পায়বা অমম।

নিশান তৌদুনা মাগী মমাংদা লেপ্পুববম্ব মহাক তুংদদি মহনলরোই। শেংগাইবা ফুরিং অম্র অতুম হুন্দোক্লমলে, ইনলিবা ফি অতু খজিক শেংগাইরমই, মতু শেৎলে। হৈকোম অতু ইচিক-চিক্লমই। ভাকলিবা মালিম্ব চাক চাবা চৎখিবমানে। মহাক্না তপ্না তপ্না অমুক অনিবক জালপাবু কৌবমই, কনাগী শোৎ প্রেক ফাওবা ভাবমদ্রে। মহাক অতুম দেবীদীনগী মযুম তান্না চৎলমই। মতুদা মহাক খঙিকম্ব চিংনরমদে। খঙনিংলগা খঙজসম্বু, ঐহাক বঙ্গলা থাদোকলগা চৎখি হায়সম্বু। পুলিসনা করি তৌজরগনি ঐঙোন্দা। ঐহাক ফাদোপ তাবা মী নত্তে, মখোয়গী মিনাইরা?

অহিং নোংয়াই ওইখিবমই। দেবীদীনম্ব হনলকপা পুংথাই অমতা মঙাইরমই অমম্বুং চাক চাগে তৌবমই, খুদক অতুদা মফি-মরোল শেংগায়বা মী অমা উবদা মহাক থংপ্রেক থংলমই। বমা মকোক্না ফি য়েংলমই। মহাক দেবীদীনবু খংহনগে তৌবমই।

দেবীদীননা চিংননা হায়বকই- কনানো?

মশক খঙলদুনা মাগী মথুং হাপ পায়বদুনা হায়বকই—নশক খঙজদ্রে, ঘিজেৎ ওনলম্বা অতুদদি।

হুরুবী মথক্কা লৈখিবমই। দেবীদীননা কৈবাক্কা কাখৎলদুনা হায়বকই—ও, কদি তৌবিবনো? মৌদা হায়যু মী অমা উনবা লাক্লি।

মসি হায়রদুনা দেবীদীননা অমুক হন্না বমাগী মথুং পায়বদুনা হায়রকই—হৌজিক অমুক থানাদা পুবা তাবেদো। চেন্দ্রনা হিংখিগদবা। বারেণ্ট যাওদনা ফাবে। অতক লায়না পুলিস ফাওবনা যাবা ঙম্লোই।

বমাগী পুক্লিংগী অপাম্বা মহী চেনলমই। ইকাইবনা লৈক্রেক চংথরে। জালপানা হংলকপা রাতংগী পাউখুম কবিদি লৈবমই, মহাক জালপাগা মায়োক্নবা ওম্লমদে। মহাক্না মথুং নপ্তোকলগা কৈবাক্কী ময়াদা লেপ্পুরমই। দেবীদীননা হংলমই কৈদোবে লেপ্লবদি?

বমানা মকোক হোৎলদুনা হায়বকই—চংপিবম্লো ঐহাক লাক্লগে।

হনুবীনা মথক্কগী হায়রকই- কনানো লাকলিবদো, কদাইদগীনি হায়বগে?

দেবীদীননা লক্করত্তুনা হায়রকই-হায়বা তায়বসু ইমৌদা হায়গনি হায়রি।

তুমিন্না লৈনরমই। দেবীদীননা মিংকুপ অমগী মন্থুংদা হংলকই—হনগবো হায়বগে ?

জালপানা কৈবাক ফাওবা ল'ক্তুনা হায়বকই—কনানো হংলিদনা ?

'হায়রি, য়াম্না থাপ্পদগী লাকপনি।'

'হোই, ক'হনবিবকউ।'

বমা ফি ইনলত্তুনা থরা ইকাইনা, থরা চিংননা কৈরাক্তা কাবকই। জালপা তেক উবদা মশক থঙলে অদুগু খোংথাং অনি তুংদা হান্দারমই। দেবীদীন মফম অদুদা লৈবমক্রবদি মতাক খোংকাপ অনি মাংদ, চংশিনলমগদবনি। কৈদোইঙদসু মাগী মখুম্তা কাবিবা মথাই কাবা অসুম কাখিদবি, মশাদা অসুম্না মথুম মবাং কৈদোইঙদসু তৌখিদনি, অসুম্না শক্তাই কৈদোইঙদসু তাংখিদবি, থম্মোইদা কৈদোইঙদসু অসুম্না কনিক-শনিব চোংখিদরি। হুসি মানা নিংজবা-নোমজবা মইহ যানদে।।

## ( ৩৯ )

কায়ংবাংশগী উনবগী অতিং, লংৈফ চংপাশিংগী যারেকথমগী অহিনি, বাবিদা নোংক্লানাখবা শক্তাইদে। বমা অসুং জালপা মখোয় অনিমক মশা মশাগী থা শকপী বাদা লিনগদৌবনই।

জালপানা হিক হিক লাংলনা হায়রকই- নহাক্না অবাবা মথাম অসি থাংলিবানিকো। অসি যাওবদা নহাক্না চেপাউ অমশা থাবকনিংদে। করিদি ইনিংগনি, ঐখোয়গদি কনি থোক্নবদনা" অদুক শক অসি উনবগী লুংশিবনি। তুং ওম্মোকশিবদা পুমকাই।

বমানা থাংজমদবা মৈচাকনা থনলবা বাইনা হায়বকই—মতু নত্তে জালপা। থম্মোয়দা লৌবিবা মৈচাব অসি থম্মোয়দনা থঙই, অদুগু হনদবা মাইথোং লৈবগা ইগদবনি। ইমায় থিরুক পুংডনা

চেনলক্লবদা ইশাগী অবাবগী বারীনা কবি তৌগনি। শেল য়াম্না ফং-দ্রিবমথৈ বাহৈ অমতগী চেগা ইথোই হায়না ঐনা থংলমই।

জালপানা মণী ইবা চেমলবা মন্ত্রী করেম্নবনা থংলবা বাহৈনা হায়রকই—অচুম্বনি শেলনা মীদগী তেম্ন' লুই। ঐখোয়দি শেলনা মরুপনি, নহাক হুরানবা পামলবম্ন হুরাম্লো', শগুন তৌরবম্ন তৌ, জালী নোট শায়রবম্ন শাও, অরানবা সাক্ষী ওইরবম্ন ওইয়ু, নত্রগনা নিঙ্গনা পুবক-লবম্ন পুরকউ, ঐগীদি শেল পুবক্লগা লোইরে। নহাক্না ঐবু মুম্না থঙ-বিবে, ঐবু মুংঙাইনবা হোৎনবিবে যাম্না মুংঙাইজরে।

নমানা ইকাইরদুনা হাযবকই নত্তে, মুংশিবী, বাফম অদু নত্তে। থুং পং তৎনদি হনলক্লিংলমদে, তশেংনা হাযববদা নহাকপু থরাই পুম্নমক্কগী কিজৈ। নংনা ঐবু কয়'দা নমথাক, মীনম', মীচেলনি নন-লমগনি মসি থনজ্লবদা ঐহাক নৈবা যাবগদে। ঐনা থনজ্লরে শেলগী থাউ উরবদি মহাক্কী থম্মোয থবদা ওইববম্ন থোংকনি।

জালপানা মথবায় শোক্না হাযবকই—অদুমগা তৌবক্লবা ঐন' থাউ অদু মিংচিনা ফ'ও য়েংলমদবা যাই। ঙসিদি শঙলে নহাক্না ঐবু কয়াম হম্বনা. ফব্লনা, ওইজবা খিবী ওইনা, অমদি মীহৌবী, করাম-চাউবী ওইনা থনলি হায়বসে। মসিদা নহাক্কী কবিম্ন মবাল নৈদ্রে, পুম্নরক ঐগী ইরালনি ঐনা ফববদি ঙসিগী থোক্লিবসি থোকখিগদবা? থাদা লুপা কুম্ন্রা নিফু ফংবা লুপা অমগী লুপীনা লুপা অহুম-মরি মুংতিগী লোইথোক্লবদি অদুগী মথক্না লিশিং অমা-অনিগী লিক শিগ-নি হায়রবদ মশাগী অমদি মম্নমগী মাংনবা শিনবা নওনা কবি ওই-গনি। নহাক্না ঐবু অদুক য়াম্না সনা শিনিংবী, শেগ পামগনবী ওইনা থনলবম্ন করিম্ন তমথিবা তৌবা নত্তে। অদুবু মৈ অদুনা অমুক বাই-ক্লবা ঐহাক অমুক হম্না বাইহনজরোই। হায়বিবা থা থরা অসিদা ঐনা লংজখিবা পাপ অদুগী প্রায়শ্চিৎ তৌজরে, অদুগা পুন্সিগী অবোইবা ফাওবা ঙাক্লগনি। ঐহাক অপাম-মুংশিগী পুন্সি ওকচবে হায়বদি নত্তে, লিক-কোন শেং-চারোই হাযবদি নত্তে, কে-মোমা কোইবা তুক্কৎচৈ হায়বদি নত্তে। অপাম্বা পুম্নমক অদুম নৈ। লুপা অমনি হায়বগী নহাক্না নপাঙ্গলনা নোমদুনা ঐগী নিংবা অসি থুংহম্নবা করি অমুক

হাযরুগনি; তৌইগুম্বম্ভং মীওইবগী ওইবা লমচৎ মাংহন্দুনা, মাই থুনা লুপা লাখ অমা পুরক্লবস্থ ঐহাক খোংপাক্লা কাউথোক্ননি। পুলিস কিবদগী সাক্ষী ওইবনি হায়না কোর্টতা তশেংনা হায়দোকপিয়ু। থৌ-দোক অসিগা ঐগা মরি অমত্তা লৈনদে হাযদোকপিয়ু।

বমানা রাখল থন্দুনা হাযবকই—নহাক্কী চে-পাউ ফংবদগী ঐহাক রাখল অসি থনলুবনি। অদুবু কবি তৌগদবনো ঐহাক থনফম থঙদরে। হায়দে কখিবা বা অমুক হনজিনবগী থৌনা ঐঙোম্দা লৈতে।

করি কিবিবনো? হায়জিনবা মীনম্বস্থ নত্তে। মিনিউসিপালিটি নথক্তা লৈবা কেশ অদু অবানবনি থঙলবদা করিগী কিনিংঙাই লৈ?

"কিদ্রবা ওইরবস্থ ইকাইবদি ইকাইনিংঙাইনিদনা? ইচিল অসিনা হায়দোকখিবা রাপু অমুক লানলি হায়বদি ঙমদবে। অমুগী মথক্তা ফম কাগকৌদিবা থবক্কি। নুংঙাইনা পুন্সি লেনলগনি।"

জালপা কবিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পিবমদে। মীওইবদা মশাগী ওইজবা খিবগী শকক কযাদা হেল্লা লৈববা মহাক্লা থনলকই।

বমানা থঙইদনা হাযরকই—ঐগী সাক্ষীদনা রাযেন পুকলোই লোইবদি নত্তেদনা?

জালপানা পিশুম শুককংলহুনা হায়রকই—ইকাই থঙদবগী বা ঙাংবি-রিবদো করিগীনো? নহাক অসি অমুক যাম্না তোনথরববা—নশাগী নপুক থম্নবগীদমক্তা মীগী চবম মেংলগেবা? ঐহাক মসি থাংবা ঙমদে। ঐহাক মীগী থবক শুরনা, চারা চেন্দ্রনা শিজখিগে। যাম্না থুদোংথিবদগী থিনবা মওমদা তাইবংসিদা লৈবিব থুদিংমক ইকোম্বা থোংহুনা চৎপা ঙম-গনি তৌইগুম্বম্ভং কনাগুম্বগী ফত্তনব তৌবগা নিংথৌদোনা নিংথাইবয়ৈথ পানগনি হায়ববস্থ ঐহাক পামদ্রদে।

বমানা যিদমনিংঙাই ওইবা রাইৎ অসি লাবদা শাউবদুনা হায়রকই-ঐহাক মফম অসিদা কুলি ওইম্ন হায়নিবনা?

জালপা—নত্তে, মহুস্থ ঐহাক পামদে অদু। পুলিস ওইবনা ফবস্থ লৈ, মীগী ঈ তৈবা চাক চাহুনা হিংগদবগী শককপুদি।

বমানা ইংনা হায়বকই—জালপা, নহাক্লা ঐবু অহুক যাম্না তোননা থনল্বা? ঐহাক অমুক যাম্না তোন্দে! ঐগী ইথুক্তা মী অমুক যাম্না

শিরিবসি ঐহাক মুংঙাইতরিবনি। অতুবু মতম-ফিভমনা ঐবু তৌকম খঙহনলমদে। ঐহাক হৌজিক অমুক পনলেপফম খঙদনা অরাবা খাঙবগী পাঙ্গল লৈতরে। পুলিসতমু অমুক হঙ্গৎনা রাকৎপা ঙমদরে।

জালপানা অয়াকপা খোমফমদা হায়রকই— মী হাৎপা ঙম্বা মী অতু মী হাৎলোই হায়বগী খৌনা পাঙ্গল লৈবা-অঙকপগী বানি। ঐখোয়না থবক অমা তৌগে নিংলবদা মথন্তা থবক তৌবগী পাঙ্গল অতুম লাকচ-রকই। মসি লেপনমক খনবিয়ু, অদোম জবান হোংদোক্লনি, অতু ওইববদি বা পুন্নমক মথন্তা লাকচগনি।

রমা মকোক মুকথরতুনা ভাতুনা লৈরমই।

জালপানা অমুক হেন্না তিং শোক্লা হায়বকই— নহাক পাপকী ইংথোল অসি কে ইগে হায়না নিংলবদি ঐহাকপু ঙসিমক খাইনবিবল্লো। ইমায়দা অমুবা তৈবগা মফম অসিদগী চৎচখিগে। অমুক ঐগীদমক নাকোং বাইচিনহনজবোই।

রমাগী খম্মোয শোক্লমই। মকোক হোৎলদুনা হায়বকই— ঐমু মতৌ করম্না খুদোংখিবা অসিদগী খরাই কনগদগে খনলিবনি।

"করিগী কনক্রিবা হৌজিক যাওবা? নহাক্লা হাযবা ইকাইবগনা ঐহাক চৎকেনে হায়বা?"

রমা তুমাং অমপপা কাখরে। মশাগী মুপীনা রানোমই হাযবা অতুগী মুপা থোক্লবা অতুদি মহাক থোবহনিংলমদে। হায়বকই— চক্রবমু য়াগনি। ঐহাক্লা অতুম তাইনবা ঙম্বা পোৎনিদা।

জলপানা তকশিনলদুনা হাযবকই— নাথৈ অমা শেংবিবো, জবান ওস্থোকপিগদরা ওস্থোকপিরোইদরা?

রমানা শোম্বাংনা হায়বকই—হায়বেদনা ওস্থোককে হায়না।

"ঐনা হায়বনা নক্রগা নখম্মোযমক্লা পাম্বনবা?"

"নহাক্লা হাযবগী নক্তেনে, খম্মোয়না যাননিনে।"

অমুক রাবী শারমই। রমানা শেল হাৎখি হাযবসি কবম্না খঙলি-বনো? মীনা শেল লাম্না শিজিন্নখি হায়বসিগী পাউ শন্দোকখিবরা নক্রগা ইমুং মনুংদা অতুম নমশিনখিবরা? রত্নন কবম্না লেনলি? গোপী অমুক থুন করিগী চৎখিরিবনো? মখোয় অমি লাইনিক তমথরিবরা? মমৈথংদা

মমা অমম্মুং মপাগী বাম্নী শাম্রে। অম্নদগী পুন্সিগী অনিংবা কমা পাংথোক্লবা থম্রম্মই।

জালপানা হায়রকই—য়ুমদা চৎলগা ম্নম্নদগী লম থমা লৌরগা লৌউ-শিংউত্থনা লেনসি।

রমা নোং ঙানফুং-ঙানফুং তৌবদা বঙ্গলাদা মৌমমই। কনামত্তনা শোৎ-প্রেক ফাওবা থঙথিদে।

চাহুং থক্লগা রমানা কোই-হুং ফাম্নোক্লে, কি শেৎচিনলে অত্থুগা দারোগাগী মনাক্তা যৌরমই। মনাতোন কামম্নুনা লৈরমই।

দারোগানা হংলমই—হুংঙাইরিদনা, মিনাইকানদি উশিং থওইদনা তৌ লাকত্তেকে?

রমানা লেপ্পা-লেপ্পা হায়রকই—মিনাইনদি তৌদে, উশিং-থওইদনা তৌরিবা অদোমননি। অদোমগী নথাদা লৈরিবশিং অমদি অকিসারশিং পুম্নমক্লা তিন্দুনা ঐবু অপং শীম্নেদনা।

দারোগানা মিপাইরত্থুনা হায়রকই—কবিনোনে? হায়রিবত্থু অমুক্তা হায়থোনে?

রমা—ঐহাক থৌদোক অসিদা হৌজিক করিগুম্বা সাক্ষী অমতা পিরমোই। ঐগা মসিগা করিমতা মরী লৈনদে। নথোয় ময়াম লৌতুনত্থুনা ঐবু ৱারন্টগী অকিবা পিত্থুনা নমদ্নুনা সাক্ষী পীহনগদৌবি।

'মসি পুম্নমক নহাক্লা করম্মা থঙলিবা?'

'মসিদা অদোম কবিম্ন হংনিংঙাই নৈতে। ঐহাক সাক্ষী ওইরমোই পুলিসনা নমত্থুনা ঐবু সাক্ষী ওইহনবনি হায়বসি তশেংনা হায়রগনি। থোকথিবা তারিক অত্থুদদি ঐহাক এলাহাদতা লৈরি।'

দারোগানা মাগী ৱা অসিবু ফাগি তানবা হোৎনত্থুনা হায়বকই—ফরে সাহব, পুলিসনা নমথাক তৌই হায়বা অত্থুবু মত্থুগী ইকাইখুম্নবা ওইনা মনা পিগেম্ন হায়রি। ফম অচৌবা ফংবস্ য়াই, কারস্ তোংগদৌরি। অস্ম কোইঙাওনত্থুনা লৈরগা? ফংলবদা আফিসকী ক্লার্ক মঙাইদনা। মফম অসিদদি ফম্না ফম্না নবাইবক থমবাল শাৎকদৌরি।

রমাদা থাক্লিবা লাং অসি করিমত্তা মমি তারমদে, হায়রকই—ঐহাক ক্লার্ক ওইরবস্ ওইজবগে। অসিগুমবা থবক অসিনা চাওথৎপা পমদে। নপোয় অচুম ওইজরো।

তাপ্পা অসিমক্তদা ডিপুটী সাহব অমসুং ইন্সপেক্টব স হবনু য়োরকলমই। রমা উবদা ইন্সপেক্টর সাহবনা হায়রকই— ঐখোযগী বাবু সাহবতি হাননা থোরাংদা লৈবিরমলেদনা। মসিনা লানফমসিগী অবোইবা পালেপফমনি।

রমানা ইশাগী মাংবা-তোংবা ঐহাকসু থহই হায়বগী মতাগুম্বা হায়রকই হোই, ঙসি তাংদাংবা পলেপফম অমা থঙহনজবগে। নুমিৎ অমুক কুইবসি নথোয়গী খুদোনবীদা চংলুরে। হৌজিক্কি, ইশানা য়েংনা চংচবগনি।

ইন্সপেক্টবনা দারোগাগী মমাইদা য়েংলমই, দারোগানা ডিপুটীগী মমাইদা, ডিপুটীনা ইন্সপেক্টবগী। করিনো, হাযদিবসিবো ? ইন্সপেক্টব সাহবনা ঙকলহুনা হায়রকই কৈদৌবগে ? অদোম থব শাওবা মাল্লি।

রমা—ঐহাক লেপলে, ঐহাক ঙসিগী জবাব শুনলগনি। মবাল লৈতবনিংবু ঐহাক হাংলবোই।

ইনসপেক্টবনা থোজালগী মওংদা মাঙোনলোমদা য়েংশহুনা হায়রকই—অদোম্বা হাংপা নত্তে, নশাগী লাইবক উবোং য়ুংলিবনি। খাশকহুনা হায়রিবসিনি, অসিগুম্বা থোদোক পংনা থোকপা নত্তেকো। ঙসি করিগী অমুক য়াম্বা শাউদিবনো ? দারোগা সাহব অদোমদি থঙলিনি, মীনা করি করি হায়জিনবিনা যাওবগে ?

দারোগা—ঐহাক হৌজিক চংহুনা মরম পিরুগে।

রমা—অদোম অমুক খাবীকক্রনসু যাগনি ঐহাক ননাদা করিসু হায়বা লৈতে, মীনা ঐখোন্দা করিসু হায়বকপা লৈতে। ঐ মীনি, অফ-ফত্ত ইশানা থঙই। ইশাগী ঙহাক সুংছাইনবগীদমক ঐহাক ইথখায় য়োনবা ঙমদে।

মিকুপ অমুক উন-খাইমুক চিক্লমই। কনামতনা চেক-মোক লাওরমদে। দারোগানা করি লাং থাকসিগে হায়না থনলমই, ইনসপেক্টবনা করম্বা অতোপ্পা অপাম্বা উংসিগে থনলমই। ডিপুটীনা করি য়াম্ থাদসিগে খাথল শুংলমই।

খোলকং ওইনা হায়রকই— রমা বাবু মতু মথোং কয়া চায়রোইকো।

রমানমু ঙংলতুনা হায়রকই—অদোমগীদমক্তা চারমদবা য়াইকো ? ঐগীদমক্তদি মসিদগী হেন্না ফবা লৈতরে।

ডিপুটি—নত্তে, অদোমগীদমক্তদি মসিদগী হেন্না ফত্তবা লৈত্রবনি। ঐখোয নহাকপু থাদোক্লোই। নহাক্কা ইবাং তৌরবা, মথদাং ওনলবা অতু ওইরবদি ঐখোয নঙোন্দা করিনো অমা হাযজিনগনি। রিপোর্ট অমদা নহাক্কুম্বদি ( খুজেং মথক মথা ওনলতুনা ) আদা য়োগদবনি।

অসি হাযরতুনা মহাক্কা মমিৎ লাওখোক্লতুনা রমাদা হিংনা চাগদবগুম য়েংলমই। রমা চিংনরমই তৌইগুম্বমুং মহাক অত থুনদি তৌগদবা ওইবমদে। থোনা ফনা হাবরকই—অদোম্বা ঐবু নমতুনা সাক্ষী ওইহনগদৌরিববা ?

ডিপুটিনা মথোং থিনলতুনা হাযবকই—হোই, নমতুনা পিহনগদৌরিবনি।

রমা- য়াম্না নুংঙাইনা কাবম্নবেন।

ডিপুটি—নহাক্কা পুলিসপু নমথাক তৌবনি, কবেম্নবনি শনলি। তৌজিক সাক্ষী অনি পীবগা রাজবিদ্রোহীনি হাযবসি লেপাগুমই। অদুম তৌববদি চংলে চাহি অবেংতি।

রমা লেল চংবা নিবমই—লেলগী পুন্সি শনলুবদা মহাক মতু খাউ লাওলমই। লেল চংবা কিবদগী মহাক্কা সাক্ষী ওইবসি যানমবনি। অকিবা অতু মকম অসিদমু মাগু থুকংহনলমই। ডিপুটি মীতিক-মীবী শত্তবা মীনি। লৌ শত্তলে, হাযবকই—নহাক চেন্দনা হিংলবাই, মফম অদুদা অদুম শিবগদবনি। বা অমগা রাজরগী খোঙ্গী অমগা, খোংউপনা কাউগানি কারি শনলি।

রমাগী চেংলো মবশিনলমই, মিংকুপ খুদিগী মাগী ঈ কংশিনবোই নিংলমই। মশাগী মপাঙ্গল শোনবা অদুদা মহাক অতুকী মতিক কুংঙাইবমদে, অতুনা মহাক কপলমই। অনিকপা খোঞ্জেলদা হায়রকই —নখোয় ময়াম্না তৌ হায়ববনিনা ফবে, তৌবা হায়বতুনিদনা। থোকলবা অমা য়েংবা তারে।

মহাক্কী পুক্কিং শোংবগী মতাং অসি থিভম অদু ফাওবা যৌথিরমই, মীহুংশি থরা উৎপনা মশীং থিঙমক্রবা লাওহৎপা কয়াদগী হেন্না মমিৎ থোরমই। ইনসপেক্টর সাহেবনা তাঞ্জা ফংলে। মাগী মীচং ওইহুনা ডিপুটিদা হায়রকই—নখোয়স্থ মীশক থঙমমদেসা, হেক্তা ঙমই হায়হুনা তুহৎলি। অদুম্না সাক্ষী ওইবা লৌশিং লৈবা খুদিংমক্না য়া নিংদবা মশানা তাবনি। হেক্তা মহাক্না ঐখোয়গী মাইযোক্তা ফত্তবা সাক্ষী পীগনি হায়নস্থ থনবীরগম্মু। মযাম্না তৌগদবা থবক চৎথবিয়ু। সোমগী সাহেবকী মাইকৈদগীদি চিংনদনা লৈবিবো।

মহাক্না রমাগী মথুং পায়বহুনা হায়বকই—লেংলসি বাবু সাহেব, ঐগা রেকোর্ড মুংঙায়বা তাক্কসি।

বাবুনা ওইনবা অঙাংগী মরোইশুম্না মথুং কপ্তোক্তুনা হায়রকই—ঐবু ওংবস্থ ইনসপেক্টর সাহেব! হৌজিক্কি ঐহাক কৈরুমশংদা শিগদৌবনি। ইনসপেক্টরনা মাগী মবেংবান্দা মথুং থম্লগুনা হাযবকই কবিগী অহুম্না বা ঙাংলিবনো। শিসম্মু হেক অদামগী য়েক্নবা কৈশুমশংদাদি।

মতম অসিদা সরকারগী এডভোকেট অমদি বেরিষ্টর কায়দগী কুমথরকলমই।

* * * * *

(৪০)

রত্নলা চে-পাউদ জালপাবু পেমজিন্নবতা থংলমই, তৌইশুবস্থং মশাগী মরমদা করিমত্তা ইরমদে। মশা অৱাবনা লুপ্পবনা মশাগী মরমদা করিদি ইরক্কনি। শেলগী অশেংবা মদক থঙদবা গস্থ অহুনা থা অমগী মহুংদা করিনো হাযবা থঙলে। মাগী যুম্বান পুস্পি অহুক য়াম্না মুংঙাইত্রবস্থ মঙোন্দা কারিশুম্বা মথল অমগী অরাৎপা লৈরমদে। মথোৎ কারকপা হায়বসি য়োরক্কবদা মুংশি-ঈথৌ লাংবা ঙহাক্তস্থ নৎলমদে, মতুদগীদি

শেংহৌ-চাহৌবা, মশাবু মশক, তাকপনা মরম ওইরমই। নুংশিগী ঈথৌদি কায়নথংদা লাকপনি: রত্ন মশা মশক তাকপা শেংহৌ চাহৌবগী তাঙ্গা পাখৈ ফংলমই। মাগী মথোক কারকপা মথরায় মশাগী কে মৌবা অমদি মশক তাকপদা শুগ্নমই। নোকপা-খেবা, কোইবা-চৎপা, থকপা-চাবা মসি মাগী পুন্সি ওইরমই, অয়াম্বা মীপুম খুদিংমক্তা তৌমগুম্বা। অদুক য়াম্না ঈশিং অকুবদা খুমনিংলমদে, কান্নবস্নু লৈরমদে। বাঙ্গ-পাদবা, শেল পায়বনা থরাই নুংঙাইতবা কযামুকপু কোকহনলি। রত্নগী লাই-বক্তা অওনবা অমা ওইবক্নে। নুংঙাইবগী মং কাযবে অদুগা অরাবা অনংবনা মাবু হৌজিক শংতোক্ল' য়েংলমই।

অদুগা মসি পুম্নমকসি মশানা থাকচবা লাংনি। লৈথিদবা পণ্ডিতস্নু শিবা থওইদবা মীচাংশংগী মতুংদা অমনি। মশাগী লৌরি-ইংথোল পান-লম্বগী বাংল অসি শিবমদাইদা নিংশিংলক্লমই। অদুবু বক্তদা লৌরি-ইংথোল পানলম্বগী বাফম অসি নিংশিংদবা নত্তে, বাফম অসি তারগা শঙ্ক য়াম্না নুংঙাইতবা, বাবা অমদি কিবনা থনলমই অদুনা পণ্ডিতনা থনজানবা থয়মই। অদুদগীদি মঙোন্দা লৌরি-ইংথোল শিন্নরমবগী মীং-বোল অদুম লৈথিদরে।

পণ্ডিতনা থুপথবগী মতুংদা বক্ত মথরায অস্নুকী মতিক নুংঙাই-বমদে, মদুনা মরম ওইদুনা মহাক করিগুম্বা রা অমতস্নু নিংশিংলমখি-দরে। ময়েক্কীদি মতম অসি মরুওইনা থু শেনগদবা মতমনি। মহাক্না মনিভুষনদা পুম্নমক থাদোকলমই অমসুং কয়ামুক উশিন্তনা মথোই-শিক্তা মানিভুষননা ডপ্পা ডপ্পা মাগী লৌরি ইংথোল পাইশিনখিবমই। মহাকনা অস্নুক হৈ শিংনা খুজিল থোবাং অসি শিনলমই, মতু চমজববা রত্ন মাগী নমথাক তৌববা পুকচেল অদু খজিক ফাওবা থঙবা ফংলমদে। থাক্লিবা লাং অদুনা মথোং চেৎলবদা নোংমা মহাক্না লাকলগা হায-রকই—ঙসিদগী বঙ্গলা শংদোকপা ডাবে। ঐনা মসি য়োম্বোক্নে।

রত্ননা থোন কনলপনা হায়রকই—ঐনা নঙোন্দা হৌজিক বঙ্গলা য়োম্বোকশিবোই হায়খিবদুদি?

মনিভুষননা হায়জ লোনজবগী কুযোম থাদোক্লদুনা অমসুং পিঙম শুকতোক্লদুনা হায়রকই—অদোম রা থুনা কাওথোকপদি কাওজনথিরব-

মাবে ইন্দোমচা! কা অসিদা ঐনা অদোমদা নত্রা বাকম অসি হৌ-দোকপদা অদোম্বা য়ানিংবা উৎখিবতুদি। ঐনা য়োহোক্লবা অসিদদি কপ-লাওরকলি। বক্সলা ঙসিমক থাদোকদবনি। ইন্দোমচা ঐগা লোয়মনা চৎলগদবনি।

'ঐহাক অহুম লৈজহৌগে।'

'ঐহাক মকম অসিদা লৈহল্লোই'

'ঐহাক নঙগী থিমাই নত্তে।'

'ঐগা লৈখিল্লসি হায়জবনি।'

রত্ননা মথা চিক্লতুনা হাযবকই–ঐহাক ইশা ইথন্ত তিংবা ঙমই' মীগী মিংয়েং কারন চনলকপা ইশানা ঙাকচবা ঙমই। ঐহাক্ল মাদন' নহাক্লা মকম অসিগী পেংৎ মতিং অমা ফাওবা য়োনবা যাবোই।

মনিভুষননা অযোবা খোনফমদা হাযবকই ইতোম্না থন্নম্বা পোক্লা নহাক্লা ফংফম কবিস্ম লৈতে। মসি ঐগী লন-থুমনি, হোই. চুমনগী লৈজগে হাযবদি হায়বা য়াগনি।

রত্ননা ঙক্লতুনা হাযরকই—নহাক গঞ্জাকা থক্-লাক্লদেকো।

মনিভূষননা অয়াকপা খোনফমদা হায়বকই—ঐহাক মকোক মমৈ থঙদনা বা ঙাংনবা অতুক যায়দি গঞ্জাকাদি থক্তে। অদোমদি লাই-রিক হৈবীনি, অচৌবা উকিল অমগী তালোইনি। কানুনগী বা অগায়া থঙলবীনি। অপুনবা ইমুং-মনুংদা লুখ্রাবীনা মাগী মপুয়োইবগী লৌ ইঞ্জোলদা করিমত্তা থুং থিংজিনফম খোক্তে। ইতোননা মশাগী লৌরি-ইঞ্জোল ইন্দোমচাদা পিনিংলম্নবদি, শোইদনা নমিংদা পানলমগদবনি। মহাক্লা পানলমদবসিনা তাকপদি মহাক কানুনগী (বাযেন খোদা) চৎনবদা কবিগুম্বা অমতা থুং থিংজিনবা পায়মদে। ঙসিমক য়ুম অসি শংদোকদবনি। কাব অমদি অতোপ্পা পোৎশিং নীলাম লাও-খোক্লনি। ইন্দোমচানা ঐহাক্লা চৎনিংলগা চৎলু, লৈহৌনিংলবস্থ লৈ-হৌবা য়াগনি। মকম অসিদা লৈগে হায়রগনা থাগী লুপা তরা-মাথোই ফাওবা য়ামথরবনি। থাদা লুপা য়াঙ্খেমা লেনবা যারগনি।

রত্ননা করিমতা পাউথুম পীবমদে। ফনা কুইনা মহাক মমিং চপ-মুংনা যেংথত্তুনা লৈরমই। অতুদগী কার লৌহন্দুনা জুমিৎচুম্না উকিল-

শিংগী মনাক্তা চেন্নলমই। পণ্ডিতকী উকিল মরুপ কয়ামুক লৈরমই। পুন্নমকনা মাগী ৱারী তাবগা নুংঙাইতবা কোংদোক্লমই অমসুং উকিল সাহেবনা অইবা চে অমতা থক্লমদবসিদা শুক্লমই। হৌজিক মহাক্নীন্দমক পাক্তৈ অমথক লৈবমই। মসি উংপা শুন্নবগী হোংনরবা মতুংদি উকিল সাহেব অমসুং মাগী মনাও তোঙান চানথরবনি। মসি উংপা শুন্নবদি বক্লনা লৌবি ইঙ্খোলগী মপুনি হায়বসি উংপা য়াম্না লায়না থোক্লমই, অদুগা মহাক্না মসি উংপ. শুমদ্রবদি মাগীদমক্তা করিগুম্বা পাক্তৈ অমতা লৈবমদে।

মবাইবক থিবগী বক্ল ময়ুমদা হনলক্লমই। মহাক্না মসি লেপ্পমক শনলকই, ঐগীনি হায়বা করিমত্তা লৈবগীদমক্তা ঐহাক অবেস্বদা নমথাক কবিগী লোকথিগনি। অদুম্না লেমলস্ব কানুন (রায়েল পথাপ) কনা-নমো" তুপী হায়বসিবু অমুক যাম্না তোঙ্গনা, পিনৎ পাৎনা থমলিবা কাগীনে"

নুমিৎচুপ্পা বক্ল সুংনাংব র খলদা লুপ্তনা ভুমিল্লা যমতুনা লৈবমই। অদুক খুইনদগী মশাবু য়ুম অসিগী মবেম্মা ওইনা থন্দুনা লৈবক্লিবীনি। কপাদা চাওনা লাম্না থননুবিবা" মতুংবোইবা হিংলিঙৈ, মপাল ফনিঙৈ নংমদা মাগী যাবাক্ত ভাইবথা মীশিং অতুনা ভসিদি মাগী লাইবক্তী লোংনম্বা ওইবিবা। অসিগুম্বা চাওবৰা ইকাইবা পীবসি বক্লগুম্বী ওইন-চাব্নী নুপীগীদমক থাওমদবা হৈনমই।

ইথং পংজোনবা মাগী ৱাখলশিংদা অওনবা অমা লাক্লমই। ঐহাক ইশাগু কাবগী অদুক তোম্না শনাংবা" কবিগী মীগী থোংজিন্দা খুং লিংথোক্লগনি? লাইবং অসিদা নুপী পয়ামুক সুদুনা-নানতুনা চাবা, হংলি। ঐহাকপু কবিগুম্বা থবক অমা লৌবা শুমদবরা? ঐহাক ফাওবা শুবা ভমোন্দবা" কবিগুম্বা লিক্তকপা লোৎফম অমা ফম্বা হম-লোইদবা? অঙাং মচাশিং লইবিক তম্বীবা ওমই।

মীনা লোক্লগনি অসি নত্রা" মতুগী ঐতোন্দা কারমল্লা নাচুদে। মতু ঐবু লোক্লবা নত্তে, মশাক্নী খুনাইবু লোক্লবনি।

মুমিদাংবাইদা খোঙ্গাম্বা ঠেলাগাড়ী কয়া লাক্লমই। মনিভূষণনা লাক্‌লুনা হায়রকই—ইন্দোমচা করি করি পোংবো হায়রো খাথিনবা। ঐহাক্না যুম অমা বাইরমদে।

যম্মনা হায়রকই—ঐহাক করিমত্তা পামজদে। য়াগনি নহাক্না ঐগী যুম বাইকত্রবন্‌। ঐগী ওইবা মাদবা পোত্তা ঐহাক থুংনা কাওবা শোক-চরোই। ঐহাক্না যুমদগী করিমত্তা পুরক্তে। অদুম হনখিগনি।

মনিভূষণনা ইকাইরদুনা হায়রকই—অদোমগী ঙহাক্তমি। তাকপি-রিবহুবু করিমত্তা অদো·গী মাওদে হায়রিবহুবো। ইন্দোমচা যুম অদু যেংবিয়ু। লুপা তরামঙা কিরায়া (অবাইমন) নি। ঐদি অদোম করিমত্তা বারোইদরা হায়না থজি।

যম্মনা করেম্বা মওংদা যে—দুনা হায়রকই—নহাক্না অরেম্বদা শেল তিংনবা লুপা তরামঙাদা যুম বাইক্লরিবা। অদুক চাউবা যুম অদু ঐহাক করি তৌরগনি। ঐগীদমক্তি লুপা অনিদা কংবা কাখু অমা ফাওবা ফমনথররবনি।

মনিভূষনা মায়া নোনলুক্না হায়রকই—করিনো ইন্দোমচানা পাম্লিবসি।

যম্মনা মায়া ইশোলাংনা হায়রকই—ঐহাক করিম্ম পামদে। যুম অসিদগী ঐহাক শিংদুম মচেং অমা পুদুনা চংলোই। যুম অসিদা ঐগীনি হায়বা নৈত্রবা মীয়ানগা ঐগম্ম চপ মান্নে। ঐহাক থোঙ্গাল লিগদবা নৈত্তে। তাইবং অসিদা লুথ্‌রাবী কয়ামুক নৈ, মথোয়স্থু ঙ-দুনা-নোমদুনা মপুক্তি হিংই। ঐস্ম অদুম্মা নোমগনি অদুগা ঙমত্রে-দ ।করিগুখা কোম অমদা লুপ্‌লুনা শিরগা লোইয়ে। মশাগী মপুক-থিবা ঙমত্রবা মহাক হিংলুদুনা করি তৌরগনি, মীগী পোংলুম ওই-কদুনা করি তৌনি।'

'মসি হায়রদুনা য়ম্ম ইযুংদগী মপান থোকখিরমই। অদুম থোং-গান মৌখিরমই।

মনিভূষননা মাগী লম্বী থংলদুনা হায়রকই—ইন্দোমচানা য়াত্রগদি ঐহাক বঙ্গলা অসি যোনলরোই।

যম্মনা মাবু চাগদবমথৈ য়েংলমই। মাগী মাইথোং শাউবনা ঈমুক চাংললই, চেম্মরক্লিবা মপী ইরা তৈথোক্লদুনা হায়রকই—ঐনা হায়থরে,

য়ুম অসিগা ঐগা য়রি করিমত্তা লৈরদে। ঐহাক অমৈবা মীয়াইহূপীনা মীয়াইহূপীনি। য়ুমদা করি মশিল লৈ? করম্বা পাপীনা বায়েল পথাপ অসি শেম্মবনো। ঈশ্বর হায়বহূ লৈবা অশেংবা ওইরবা, মহাক্না অচুম্বা বায়েন শৌদাবা হায়বমতম্বু ওইরবদি নোংমা মাগী মমাংদা মীয়ুথাং অহুদা হংলগনি। নহাক্কী নয়ুমদা নমা-নচল লৈতবরা? নহাক মথোয়বু ইকাইবা পীরগা লেমজবরা? ঐগী ইচিল ইবা তাইবং অসিদা চংলবা অহূ ওইরবদি ঐহাক হূপী পুম্নমক্তা হায়নিংই—ইনাওশিং। ইমুং-মহুং অচৌবদা থক য়ুম পানগুগন্থু অহুগা পানবা তারবস্থু নহুম তোঙানবা হেক লিংত্রিবমথৈ থুয়া-তুশিংনা তুম্বা ফংলোই। নহাক্কী নপুরোইবগী মতুংদা য়ুম অহুদা নহাকপু ইকাই-খুম্নবা থমগনিদি নিংলুরগন্থু। নহাক্কী নপুরোয়বনা করিমত্তা থম্মমত্রবদি নহাক নথন্ত লৈরবস্থু, ইমুং মহুং পুম্না লৈরবস্থ চপ মান্নবা বানি। নহাক ইকাইথিবা ফংবা অমদি শুবা-নোম্বা চৎপদগী কনবদি ওম্লরোই। নহাক্কী নপুরোইবনা থরা থম্লবদি নথস্তা লৈরগা চাবস্থ মাই, ইমুং-মহুং লৈমিন্নরগদি নখুৎ হায়ে। শাগৈ-নাইন্তে, ইমুং মহুং, নহাক্কীদমক্তা শিংতেল-লৈরাংনা লৈতেংলবা ফিরাংজি নত্তে, তিংথংলক্কী ফিরাংজিনি। নহাকপু লাম্বোক্কদবা হিনাও নত্তে, নহাকপু য়োংকদবা হিয়াং-হিরেননি।

সুমিৎ লৈথখিদ্রনা য়াচংখিরমই। উফূল চেনলবা ফাইয়েলগী সুং-শিংনা মিৎ-মাই পাংবা ওমহললমদে। রত্ন ইনফি মতুপ কানা-পুম্না য়াংবীথক্তা চংলমই। মহাক খোংকাপ কম্না জালপাগী মযুম পাং-লমই। ওসি মাগী অশেংবা পুন্সি হৌরমই।

* * * * *

পুং তরা চপ চানা জালপা অমম্নং দেবীদীন চৈরাপ্তা থ্ংলমই। মী ফনা য়াম্না ত্তিনলমই। জালপা মথক্তা গেলরীদা ফমখিরমই। দেবীদীন মাঙ্গোল মচি অমদা ময়ামগী মবক্তা ফমলমই। চৈরাপতা জজ্জ সাহেবকী নাকল অমদনা পুলিসকী থবক তৌবা মীওইশিং লাক্লমই। মমাংদা তাংবল ( কচঘর ) গী মপালদা মাইকৈ অনিদগী লেপ্তুনা য়ারেপনবা য়েংনবগীদমক ঙাইহুনা লৈবমই। ফাবকপা মরাল লৈবা মীওই তরামত্তাথক ফম্লমই। পুম্নমক কোরগী নাকলদা লৈমাইদা ফম্লমই। থুদিংমক্কী মথুত্তা য়োংঙ্গিলং থাংলমই অমম্নং মথোংদা য়ে ংঙ্গিলং পুনলমই। থরনা হিপলমই। থবনা য়ারী শায়মই। মথোয়শিং অহু পুক্নিং হকা লাম্নমই। মিপাইবা অমদি নিংবা কাইবা অমদি অয়াবা কনাগী মাইথোংদা উবমদে।

পুং তবামথোই তারকপদা মনাল লৈবগী য়াফম পুথোকলমই। অহানবদা নিয়মগী ওইবা য়া হায়রমই, অতুদগী পুলিসকী সাক্ষী অমা অনি লৌরমই। মমৈশংদা পুং অহুম তাবদা রমানাথ সাক্ষী পিনবগী ক্রোরদা পুবক্লমই। য়েংবা লাক্লিবশিংদা মিপাইবা অমা শক্নোকলমই। জালপায় মহাক্না উনবা হায়দুনা মমাংগী পামবৈ থাবিবা অতুগী মনাক্তা লেপলমই। অমুক্তা মমিং হাইগংদুনা রমানা য়েংলক্লবদি হায়দুনা লৈবমই অদুগ রমা মঙক লুকথদুনা লৈখিরমই, মহাক মতৌ অতু মঙক্কা হাইগংদুনা য়েংবা কিবগুম্নমই। মাগী মাইথোংগী কুচু মাংখিবমই। থপ চিংননা, মিপাইনা লেপ্নমই। মানু ফাহুনা, পুন্দনা চেন্দনবা থম্বগুম্নই। জালপাগী নিংদোন চোংলমই।

রমাগী ভবান লৌবা হৌবমই। অহানবা য়াহৈ নাবদা জালপা মশা নিক্লমই, অনিশুবা য়াহৈনা মাগী পিগুম শুকহনলমই, অহুমশুবা য়াহৈনা মাগী মাইথোং শাংশিনহলমই, মরিশুবা য়াহৈ তাবদা মহাক নিংশা শাংনা হৌন্দুনা তুংলোমদা হন্দোক্নুনা ফালদা ( চৌকি ) ঙাবমই অদুবু অমুক নিংঙমলমদে। হৈবাদা ঙারদুনা নাকোং থাংগংদুনা

তারমই তাংলিবন্থ পুলিসনা তম্বীব তহাক্তা দেবীদীনগী মচিন্দগী তাথিবা অহু ওইরমই। চৈরাপ্তা উন-রাইমুক চিকখিরমই। জালপানা কয়ারক হন্না লোক থুরমই, মনিং অহু য়েংলক্কবা হায়হুনা অহুবু রমা অমুক হেন্না লুকথখিবমই। জালপাগী খোদেঙ্গী মখোল থঙবনরা নত্রগ: মথবাম্ন হুংঙাইতহুনা তৌরিবরা। মাগী খোঞ্জেলস্থ থরা নেমথখিরনই।

জালপা হৌজিক মফম অহুদা পনবা য়াদরে। বাহৈ অমমম মৈরিগী মতৌঙন্না মাগী থঙ্মোয়দা পোকলমই। খুদক আসদা হৌগংতুনা মসি পুন্নমক অসি মীনম্ব, অবানবা ঙাহ ক্তনি। হায়রিবশিং অসিগী খুদম-প্রমাণ থুদক অসিদা পীয়ু হাযসিবা হায়না মথঙ্মোয়দা চপঘুংনা য়োরমই। মহাক্না হৌগংলক্লিবা ঈহৌ আস কম্না নমথদুনা ফারমই। মাগী মপুক্লিংনা মশাগী অশোনবা, মিরক-মিচিনথি ওইবা অহুদা তুকৎচরমই, করিগী থুদক অসিদা বারী বা,থং পুন্নমক তমদ্রিবনো? পুলিসনা য়েকনবা ওইনা থনন্নবস্থ থনখবেদনা। থবদা ওইরবস্থ কোর্টনা থঙথিনিদনা। মপাল নৈলেজবশিংগী মথবাইদদি কনগনিদনা। অবানবা সাক্ষীনি হায়বসি নৈবাক মীয়ামনস্থ থঙহৌগনিদনা। মগী মচিন্দগী বা অসি হায়দোকসিরা হায়বস্থ থোক্লগদবা ফিভম কিবনা মাগী নৈয়েং ফাজিনলগই। মমৈথংদা মহাক্না মফম অদ্দগী চৎপনা ফৈ হায়না থনলমই।

দেবীদীননা মাবু কুমথরকপা উবদা মাঙ্গোল তান্না লাকলমই অমস্থং থোজালনা থনলনা খোমফমদা হাববকই—য়ুমদা চৎলবরা মো?

জালপানা চেস্থরক্লিবা পিরাংবু থিংলমহুনা হায়রকই—হোই।

চৈরাপ্তগী মপাল খোক্লগা দেবীদীননা জালপাদা হুংশা থিদনবা হায়রকই—পুলিসকী লাইবা স অমুক্তং থাজিনথরবদা অতৈ ভিদাক লাংথকনগা ফবগী বা নৈ'ত।

ফনা থাপন মখোয় আন বা মচেক অমতা ঙাংনদনা চৎলমই। থংহৌদনা জালপানা হৌদোকলমই—পাজী, অতোপ্পদা অমুক আপীল তৌররোইদবা? ফাদোবশিংগী মফম অসিদা বা অম্নম লোইরদবরা?

দেবীদীননা তাযরিবসি বা হায়রিবনো থঙলমই। হায়রকই—লোইদ, হাই কোর্টতা আপীল তৌরখিব যাই।

অমুক মখোয় অনি তুমিন্না চৎলমই। জালপা উক্নদা লেপখিরমই, অমস্তুং হায়রকই—পাজী, থোদোক থুদিংমক অসি জজ সাহেবতা হায়দোকসিন্না থনলি। হৌবদগী লোইবা ফাওবা অমতা চিথদনা হায়রগা লোইয়ে।

দেবীদীননা মমিং লাউথোকলদুনা হায়রকই—জজ সাহেবতা।

জালপানা মাগী মমিংকা মিংচানরদুনা হায়রকই—হোই।

দেবীদীননা সুং অনিগী মরক্তা হা ওনলদুনা হায়রকই—ঐহাক মসিগী মরমদা করিমতা হায়বা ঙমদে, ইমৌ! জজদা হায়জবা। পুক্নিং চংবিনা তাবিনি তাবিরোইদ্র থঙদে।

জালপানা হায়রকই—ইতোম নহাক্না পুলিস বাবুশিংদা হংবিব ময়োইদরা নখোয়গী সাক্ষী অসি শ শিন্নবরা, অচুম্বর?

"হংবা ঙমই।"

"থঙদোকসি; অতুদা মসি অক্নবনি।"

"করি অক্নবনো হায়বিগুনে?

"ইচাবু সাক্ষী শাশিনবগী মরাল পিশিন্দুনা চৈরাক পিশিবা থোক্নবদি?"

"করিন্ন গৈতবা রানি। চংজক্নরবনিনা অরাবা ফংজবা হায়তুনি।"

দেবীদীননা জালপাগী স্বুংশিহৈতবা অতুপা ঙকলদুনা হায়রকই—চিংনবা অমস্তু লৈ! থরাইদগী কিরিবতুদি মতুগীনি।

জালপানা থোশাদনা হায়রকই—করিনো?

দেবী—জজ সাহবনা পুলিস কমিশনরদা মসি পুন্নমক হায়গনি শোয়দনা! কমিশনরনা থনগনি সুপী অসিনা থুজিল—থোয়াং পুন্নমক কায়হল্লে। মসি ফাজিনসি। সাক্ষীনা ওনলক্নবদা অমদি অবোনবা হায়দোকলকদবা উবদা পুলিস কাংবুনা মাগী ইমুং-মচুংগী মীদা তাইনৈ। মখোয়গী হুৎ-ক্ষেৎ মপাল নাইদবনি।

জালপা থোতক চারমই। মশা ফাখিবগী মঙোন্দা অকিবা লৈতে: তোইগুম্বস্তুং পুলিস কাংবুনা রমাবু ওৎ-নৈবিববদি হায়বগী অকিবা অসিনা মাবু থোইহনলমই; মহাক মতম অসিদা লপী য়াম্না শাংনা চংলুরব.দানা শাখিনা চোকথবঙ্গমই। মাগী থৌনা উনগীদ্রমতৌ গুম্না শোদোকখিরমই।

থরা থাপ্পা চৎলবগী মতুংদা মহাক্না দেবীদীনদা হংলমই- হৌজিক মহাকনা উনবা ফংলরোইদরা ?

দেবীদীননা হংলকই—ইচাগী বারা ?

"হোই।"

"করিগুম্বা ফিভম অমদা য়ারোই। অমুক হেন্না চেকশিনলমলগনি। বঙ্গলা অদুম্ম ওন্থোক্লমলগনি। উটৈ হায়দুনা করি কাম্নগনি। হৌজিক করিগুম্বা মতুংদম্ম মশাগী বাঙাং হোংদোকপা যাররোই। বাঙাং শোইবগী মরালদা তারগনি।"

লম্বীদা মথা শাংথনা বারী অমুক শারমদরে জালপগী মপুকনিংদা মশা মাইথিগনি হায়ব'স মুকয়া য়ানিংলমদে। মহাক মাইথিরবম্ম কুটৈ য়েংবগী মতৌগুম্না শাংথেক অমি য়েংবনদি পেনলমদে। মহাক কুটৈ য়াওদুনা অমদি মশাগী অভিনয় উৎনিংবনা লাংতক্লমই। অমুক্তা বমাগা উম্নবা ফংখিগদরা ? মাগী থম্মোইদা অদুগুম্বা অচাকপা বাহৈ-শিংগী সমুদ্র ঈহৌবকলমই, মদু মহাক্না মতোন্দা হায়নিংলমই। মহাক মমাবু শজিক ফাওবা থোজাল নিংলমদে, মতোন্দা থোইদিং মন্ত্র অমা ফাওবা তৌবিমল উৎনিংলমদে। মহাক্না মতোন্দা হংনিংলমই, নহাককী লনথ,মনা ঐতোন্দা করি তৌগদৌরিবা ? নহাক মদুনা হুংঙাইজো। জালপানা মদু থোংয়াগী উফুলগুম্না থনলি। নহাককী ঈ তৈরব নথুং শোকলুরগা ঐগী হকচাং মথা মথা পোমগনি। লন অমদি ফমগীদমক্তা মশাগী থবাই য়োনলিবা মাবু ঐনা মীওইনা থদে। নহাক মী নত্তে, শাম্ম নত্তে, মীচেল, মীথিবোং ?

জালপাগী মাইথোং লাংশিনলমই। নাপলনা লুচেল কাবমই। মসি থনলম্বা মাই. জালপানা ঐবু নাচোম শারবা কোয়েং য়েঙুনা শগোলথক্তা পোংবা চরগা হুনাওগনি থনববা — জালপা অদুক য়ায়া পুকচেল পিকপা, তোনবা নত্তে। নহাক শগোলদা নত্তে, কোংমাদোলা পাইরবম্ম পাইজো, ঐগী মিতুদি মীহাৎপনি। ওঃ। কয়াদা লন পার-থরবা ? কদাদা কনাম চাওবিবা ? কবিম্ম কাইদে, জালপাম্ম ইপুক থাকচবা অমদি ইশাবু ঙাকচবা ঙমই. নত্তোন্দা য়েংকদবা লৈতে। হায়রিবা চাকথেকলবা বাথলশিংসিদা লুপলদুনা জালপা মমুম য়োরমই।

থা অমা হৌখরে । জালপ, কয়ামরুম্মী ফাওবা য়াম্না লাংতক্না লৈরম্মী। অহিং কয়া কয়ম্বা চেকোংদা বারি পুম্নমক অসি লাপকদগে হায়ছুনা কংঙাওনছুনা লৈরম্মী, অরোনবা পুম্নমক অসি হায়দোকলগা লোইরে । ওইদবা ইংখোলদা ওইদবা পাম্বী থারিবা অসিদা হেক্তা য়াম্নেক্লগা লোইরে, অদুবু হৌরকপা ঈহৌ পুম্নমক নেমথখিবম্মী।

থবাইগী ইরোলম্বু'দা লোৎলিবা পাঙ্গলনা মাগী লৈয়েং কাবম্মী। য়মাবু মহাক্না মথম্মোইদগী তানখোকলমই । মাগী মফমদা হৌজিক অশাওবা লৈরমদে, মুংঙাইত্রবমু লৈবমদে, থৌজানমু লৈবমদে, স্বপ্নগী নীংবা কায়রমই। মহাক শিবগী পাউ তারবমু মহাক কপ্পবা-ফাওবা য়ানা লৈরম্মী। মুংশিবগী অদুগুম্বা লৈপুন মাগী ডুকশমদা চত্তি অনি মথাইরোমগী মমাংদা হুকখিরম্বা, লংলা-লংজিল তত্তুনা তারমই, শিবম্বগী মমি তারম্বতা মঙাইরমই। মানা লৈরিবা য়ুমগী মমাংদা জিপ্তা বমা বাবু কয়ারক হয়া চৎপা উরমই মাগী মমিৎ কনাগুম্বা অমত্তু থিবা মানলম্মী। মমিৎ অদুদা থরা ইকাইবা, থরা হাযজা নোনজবমু য়াওরম্মী, তৌইগুম্বমুং জালপা মতু মিংচিনা হয়া ফাওবা য়েংলমদে । য়মাগী তুকৎচনিংঙাই ওইরবা লিংজেল পান্দবা অমদি ওইজবা তানবনা মাগী থম্মোইবু চগৎ-চগৎ থাংনা লেনবগুম্নমই। অদুবু ওইরবমু মুংশি লৈপুংগী লিককম অদুদি হৌজিক ফাওবা অদুম লৈবমই। য়ম'গী মুংশি খোয়া'লবা চেংলৌ অদুবু উরুরগা নোংমদি মহাক খোইদাজখিরম্মী ; করি-করিগুম্বদা মাগী থম্মোই লাইয়ুমদা শন্দোক্লিবা অমম্বদা মুশি-মুশিরবা, মকলবা পুক্রিং হুত্রবা থাবলগী মতৌগুম্বা চংলকলমই অমমুং মিকুপ অমগী মমুংদা অদুগুম্বা নিংশিংবশিং অদু তেংথা-মাওইখিবমই ।

অদুগুম্বা জালপা, ময়ুমদা বা অমগীমু ওইনজরম্মী, হৌজিক সেবা, ত্যাগ ( থাদোকপা ) অমমুং মিমুংশি চাউবীগী শকফম ওইরম্মী । জাগোনা থবক-ইংথাং লোমদনবা হায়রমই তৌইগুম্বং মহাক্না মন্ত্রিদৈদা হৌগত্তনা ইমুং-মমুং বাই শিচিন খোমজিনলমই । বাইরম-কোম্লিক

জালপানা হংলম্মী-মাগী লৈফম থিব ফংগদ্রা ?

'হোই, কয়ামলুবা পোৎনো ?'

দেবীদীন চংথরে। জালপানা অমুক চেফোং পায়খৎতুনা য়েংলম্মী। তৌইগুম্বসুং মাগী ম্বাখলদি দিনেশ্বর য়োমদা লৈরমই। মরাইবক থিরবা অমু ফার্সি তোবগনিকো। ফার্সিগী য়াথং পিবা মতমদা মাগী ফিভম করি ওইরমগনি ? মাগী হন্নুবী মমা অদুগা মাগী মুপীনা পাউ অসি তাবদা মথবাক ঙৈরমগনি।

মুনিদাং ওইখিরমই, তৌইগুম্বসুং দেবীদীন হনলকলমদে। জালপানা হমা হমা থোংনাউ মনাক্তা লেপ্লদুনা কোইয়েং য়েংলমই। তৌইগুম্বসুং দেবীদীন লাকপা লৈখিদবে। অদুম অদুম পুং নিপাল চাথরে অদু কাওনা দেবীদীন হনলক্লমদে। ইথং থংহোদনা গাড়ী অমা লাকদুনা কোনথোংদা লাপ্লমই। রমানা কুমথরকদুনা জাগোদা হংলমই—ইকোন থংগাইবিদনা, ইংগাগা কদাইদা চংথরে ?

জাগোনা অমুক্তং মাংজানলোমদা য়েংলমই অদুগা মমাই লৈথোক থিরমই।

রমানা সনাগী থুজি মরি ফুরিংপাউদগী লোথোকদুনা জাগোগী মথোংদা থম্মী অদুগা হায়রকই মসি ইকোনগী নহাক্কীদমক্তা পুরক-পিবনি, সিজিনগু চাবরা য়েংসি।

জাগোনা থুজি অদু লৈমাইদগী পাইথংলদুনা লৈমাইদা লংথোক-লমই অমসুং মরিং লাওথোক্লদুনা হায়রকই—পাপচেনবী ত্রিবোমনগু থুজি সিবা ফংই হায়রবা ?

রমানা লেনগবা থোক্লেলনা হায়রকই—ইকোন, ত্রৈনা অবানবা তোই, তৌরিবা অসিগীদমক্তা ত্রৈহাক সিবা ফাওবা ইকাইবা কোকলোই, তৌই-গুম্বসুং নহাক্কা ত্রৈগু অতুক য়াম্না লোম্না হদ্দনা থনলিবা, অতুম হায়নদি ত্রৈহাক ফওবা নড়ে। নহাক্কা ত্রৈঙান্দা থোকলিবা। পুলিসনা হায়জিন হায়জিন্দুনা ইয়াম পিরিবা অমদি লমকা লৌরিবা অসি খঙলবদি ত্রৈগু হিংচাবনি হায়নিংলোই।

জালপাগী নাক্লদা থোঙ্গাং অসি নাংসোনবা তাপিরমই। মহাক্কী কৈরাক্কী য়েংথরকলমই, ধনানাথ লেপ্লা উরমই। মকোক্তং বনমাসকি-

রমা গাড়ী মথক্তা অক্তুম উংখিবক্তুনা মহাক খনফম কবিমক্তা থোক-লমদে। কদাইদা চংখিবনো হায়বা ফাওবা থক্তলমদে। চংখিবা লম্বী মহাক মশক শক্তলমদে। মহাক জালপাদু শাউরমদে, খজিক ফাওবা জাগোদম্নু মহাক নুংঙাইতবা তৌবমদে। শাওজরমই মশা মথন্তা মশাগী অশোনবদা, মশাগী ওইজবা থিবদা, মশাগী লিংজেল পান্দবদা। পুলিসকী মবক্তা মাগী অশোংবা লৌশিং মাংখিবই। মহাক কদাই ফাওবা, কয়ম অবানবা চুমদবা লোকবানা মসি জালপানা হায়বা নুমিৎ অক্তুতদা বাথল লাম্বা ফংলমই। অদুগীদি অমুক চিংনবা অদু মপুংফংদা অমুক ফাওখিদরে। আফিসাশিংনা নুংঙাইতবা মফমদা পুলিসনা মাবু অফ-ডিউটি থক্তহনলমই। মরোমনা হায়বকই থেবা, লুপাগী অংক যাম্না থললুগনু। মহাক সনাগী লিক অমা পুশিনখিবগা অমদি লুপাগী খাউ অমা মমাংদা থমলুবদা শাংনবা মাই মাংখিগনি। নমুংদা য়োবগা নুংঙাইনা পুশিনজনলুরবদি কংশী শাবা। অশুম্না খুদম কয়ামুক লিবনই। রমা মকোক তাপলই। অক্তুদগী জালপাগা অক্তুম উনখিদ্রে। পুলিসকী খুতুম অদুম চনখাবে। অসি মহাক মনি খিনবা লিক ফখিখাইদা হাপলক্তুনা জালপাদা মাই-পাকপগী নুংঙাইবা পাওদমজাগ লাকচরমই। লিক অসি উবগা মহাক থোইদনা শাওবা লেমওগনি খনলমই। চয়েংমক সংযুক্ত প্রান্তকী তোম-সেকেন্দবীগী মনিংদা কনিশনর পুলিসকী চে-পাউ মাগী মথুক্তা থংলক্লগনি। নুমিৎ হুমনি-মনিনি লম কোইকরবী তুংদা য়ুমদা লৈগনি। দেবীদীন অমসুং ডাংপাকুম মযুমদা পুংগ হায়না লৈরমই। মংপায়গী তৌবীমক কদায়া কাউবা লৈগনি। হাগরিদা থোইথমবা বাজাশিংসি লনলক্তুনা মহাক জালপাগী মনাক্তা চংলুনমই। মশাগী মরোশিং লৌশিং মীৎয়োল তাবমই। হৌজিক মহাক মশাগী শাবমাংনন শক্তইবগী মশক অশোংবা লংক্নবে। মহাক্কা হান্না অসিদা কক্তী মনাক্তা চেংলুসিং, অদুগা বাবী সংশুদ্ধ তাকথোকলুসিনা হনলমই পানদ নৈগী য়েরুবা লইরগা ওইরে, তৃহাক কৈশুমশংদা পংলগ পংলে মংখী কবিমক্তা থোক্লারমদে। অরোবরা

পুম্নমক ফাংদোকখ্রবগে। জজনা মশাগী বারেপ তোংদোকপা যারোইদরা? গৌজিক মরাল লৈবশিং হাজোক্কা লৈরি। পুলিস বাবুনা ঐবু হিংনা চাবম্ম য়াই। হায়রিব, অশোনবাসিনা ঐগী ইমায থিবিবনি।

জেলপাগী শাওরব, ময়ায় কারবা শক্তম মাগী মমিংকী মমাংদ, অমুক লাকলমই অস। কযাদা শাওরিবা, মহাক্না অমুক য়াম্না অম্নমা শাওক্কনি খঙলমমলবদি তাইব না মথদ ৎ-থোক ও.ম্ব কথরবম্ব ইশাগী বাঙাং (সাক্ষী) ওলমগদবা। পুলিসনা ঐবু শাথিনা অঙাওবা শেমথবে। জজদা বা অসি তমথোক্তিরমথৈ অদুগ মবাল লৈজদবশিংবু মথাদে।ক খপ্রিমথৈ ঐহাক জালপাদা মায উংশবোই। কবি মায়বু পুন্থনা মনাক্তা চৎকনি, হিংজুতনা করি কাম্নগনি? কনাগী দমক্ত?

মহাক্ত গাডী থামলমই অমত্তুং নাক যংলোমদা লেংলমই। কদাইদা চৎসিগে হাযবা খঙলমদে। ইথং থংহৌদনা চৌকিদার অমা উবগই। মহাক্না জজ সাহবকী বঙ্গলা হংলমই। চোকীদারনা লোক্তনা হাযবকই— বাবুদি য়াম্না হেন্দোক্তনা লাকে। মং কি অসা। লমলোং মরি ফাংবদা লৈ। রম লমলোং মরি ফাংবগী লম্বী হংলদুনা অমুক লাকলমই গাড়ী মাইলদা কুম্থাগী থোংফেলদা চেনলমই। মিনিট তরাগী মতুংদা লমলোং মরি য়েংবে। থবা খজিক চংশংলগ লম্বী অথেকপা অমা লৈরমই। হায়রিবা লম্বী অসিদা জজ সাহব লৈবমই। লম্বীদা মী অমত্তা থেংনবমদে, রমা য়ুমগী নম্বর পারদুনা য়েংলমই। থংহৌদনা নম্বর অম উরগা মহাক লেপলমই। মীকা থোকলকপবা হাযদুনা মহাক লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈরমই। মতুংদ কেক চংবা থোনা লৈরমদে। জজন মহাক কবিগী মীনম্বা ফাংলিবনো, অয়ানবা সাক্ষী কবগী পিবিনো হায়বা থোক্লদি কব পাউথুম থুমগনি। মহাক্না থংনিং নিশিলক্লমই। পুলিসনা ঐবু নমদুনা সাক্ষী ওইহনবনি হাযনা হাযবদুনি। তাংকানি-তুপকনি হায়দুনা অপাম্বা পোং য়াম্না উত্তনা ঐবু লাং থাকলই হাযগনি, ইকাইনিংঙাইনি বাসি অদুগা মসি হংলবদি, নহাক্না চরি অনি-অহুমগী জেল চংবা কিবদগী কবিগী অমুক চাওবা মাইথুনিংঙাই ওইনবা থবক অসি কবিগী মাইয়োক- নরিবনো? অমুক যাম্বা মীশিংগী মথরাই লোগে কবি তৌরিবনো? মতম অদুদা নহাকী লৌশিং কদাইদ. শজিক চাবা চৎলুবে? অদু

ওইরবদি করি হায়না পাইথুমনি। অবেস্বদা ইকাইবা নংতুনা তোকগদবা ? অপংবা তাস্তুনা তোক্লগদরসে। অতুদগী মহাক হু অমুক হনলকলমই। ইকাইবসি মাইয়োক্লবগী মঙোন্দা পাঙ্গল লৈরমদে। ইকাইবন মতম লৈবা থিবিঙ্গা অকনবশিংবু মাইথিবা পি শিবা কিদবস্থ ইকাইবগী মমাংদা লেপ্পগী থোনা লৈতে। মৈস্কুংদা চোংথব, থাংগী মমাংদা লেঙ্গনা তেন্না লায়না থে কই। ইকাইবা শাক্লবগীদমক্তা চাওর চাওবব, লৈপাক কয়া তুমখিবনি, ঈগী ইচেল চেনখিবনি। থবায় থানখিবনি হায়বিবা ইকাইবা অসিনা চসি রমাগী পোংথাং তুংলোমদা হনলমই; মহাক জেলদা লৈগনি হায়ব অঙ্গক যাম্না কিবমদবা য়াই।

## (৪৪)

রম অহং নোংগাই চনবদা তুমলম্মী অতুদগীদি অমুক পুংগাপল কাবা ফাওব মিকপ থোকনমদে। মঙাক্কা মং মংলম্মী দিনেশ্বর ফার্স তোরমই। ইথং কংশোদন সুপী অমনা থাংশাং পায়বত্তুনা চেনলক্লুনা ফংসিগী থোবি ককলমই মাইকৈ মবিদা ইবাং লাংলমই। সুপী অতু জালপা ওইরমই কনা অমত্তা মাগী মমাংদা চংশিনবা গুমদে। অতুদগী অমুক চোংশিনলক্লনা রমাদা থাংনা যানলমই। রমা মিপাইদুনা মিকপ থোং থোক্লমই। থোংথাকলুবদা দাক্লগা অমদি ইন্সপেক্টর কাদা লেপ্লমই, অমুগা ডিপটি সাহব অমাম চৌক্রিদা কিপ্পলুনা চুক্লা থক্লমই।

দাক্লগানা হায়বকই ঙসিদি য়াম্না কুইনা তুম্লেদা বাবু সাহব। ঙরাং কয়া লেংনা হনলকপগে? রমানা চৌক্রিদা কল্পতুনা হায়রকই—পংখেং থেংলক্লে মুকদমা আপিলদি হাইকোর্টদা তোগদবা ওইরিনি ?

ইন্সপেক্টর আপিল করিগী তোগনি কানুনগী অপনবা ওইগানা। হেই, চৌকিক বাবেপ অনা তাক্রিবা ফাওবা অদোমগী ঙাক শেনবা পোংহাকপা অমা থমগনি।

ডিপুটিনা চুক্তটকী মৈথু কামথোক্লড়ুনা হায়রকই—অদোমগীদমক্তা ডিঃ ওঃ অসি কমিশনাব সাহবনা থাবকপনি। অদোম করিগুম্বা মথলগী চিংনবা পোক্তনবগীদমক্তনি। ইউ, পি গী হোম সেক্রেটরিগী মমিংদ থঙবিয়ুকো; মফম অড়ুদা ডিঃ ওঃ অসি উৎলুবদা অদোমগীদমক্তা অফবা ফম অমা শিনলক্লনি।

অসি হায়বড়ুনা মহাক্না ডিঃ ওঃ অদু রমাদা লানশিনলক্তৌ' রম'ন শিকাপা অড় হাংদোক্তুনা যেংলমই, অড়ুগা থংহৌদনা মচেংম'চৎ শেগাইবমই। মথোয় অড়ুম্না গুল্রা মাগী মমাইদা য়েংলমই।

ডিপুটি—কবি হায়রিবনে' তৌবিবড়ুদি?

রমা—মসিনা হায়বিবদি ঐহাক ডিঃ ওঃ অসি পামদে অড়ুনা থবাম্ব পামদে' ঐহাক ঙসিমক মফম অসিদগী চৎলগনি।

ডিপুটি—হাইকোর্টনা বাবেপ তাদিমখৈ অদোম মফম অসিদগী চৎপা য়াদোই।

ইন্সপেক্টর—বাবু রমানাথ, অদোম্না কবিগী অনক ফজনা শেমগৎলকপা খোবাং অসি খুদাইবিবনো? অসিদগী হেনবা তৌগ মুলিং মক্তা কবানিদ হাইকোর্টনা বাবেপ অচুম্ব হাইদাক্লিসত্ন। অদোমনি থাইফবদি দানবিব বাফম অসিদা য়ানবা কাইশিন্নবনা শক। ফংলিবা থবা অসিনা সংলগা মুংক্তাইনা পুক্নি লেনবদা পুক্রিং ইংগনি।

দারোগা—বাবু, যসি মাগী মুপাগী বাথলনা লমচৈক চংপনি। মথবাই য়াংকোক্লা হাপ্পুনা থপলমগনি হায়ড়ুনা তৌবিবা পইরিনি। মক্তোন্দ হায়জিনলা লাবরোই, যা কুমলগনি।

ইন্স.পক্টর—কবি কোরে, ভবাংগী লিক অড়ুদি, মড়ুনম্ন য়াদ্রিবব?

নমান কোর্টকী জেবতগী লিক অদু লৌথোক্লুনা লেস্তদা থম্লমই

ইন্সপেক্টর—হুম, মসি লৌ হায়বা যাদ্রিববা?

ডিপটি—থবা প্রাউদ ওইবী মুপীনি।

ইন্সপেক্টর—অড় ওইবব'দ মাগীম্ব চবান থাবা ওরি।

দারোগা—বাফম অড়ুদি বাবু সাহবতা লৈবে। কামদবদা ঐখোয়র অদোমগী তুং ইনলুবে, অড়ুমক ন লমদ্রবদি অদোমগী থুবো অড়ুক যাম্না থাংলোইদবনি।

ডিপুটি- খতিক অহলচুবুস্ত লেম্না থাবা য়াবা নত্তেকো।

রমানাথতা বা অসি লুনা থোকলে, হায়দগী হেন্না বাফম অসি লুরমই। মহাক মশাবু মথোদাংগী কন্বীথক্তা হান্নুনা কথোকপদা কিবা নত্তে, চহি অনি মরিগী, চৈয়াক ফাওবদা চিংনরমদে। মতম অসিদা মহাক আত্মা সমর্পন ( থবায় কথোকপা ) তৌগে খনলম্বস্ত যাই য়াই অদুবু মহাক্ত লোইননা জালপ চেন্নবসি পামলমদে। মহাক পুলিসকী মথুত্তগী নানথোকপা য়াহিদব ফিভমদগী তৌবনি। লিংজেল খংনখিরম্মী। পাম্বৈ নৈতহুনা চায়বকই—নখোয়না ঐখোক্কগী প মলিবসে করিনো ?

ইন্সপেক্টরনা দারুণারোদা মিংচিনা থংলমই, হৌজিক্তি যাবেদনা চায়বা মতাংগুম্রমই অমস্থং চায়বকই—করিবু পামগনি, অদোম ঐখোয়গী মী ওইবিবা অসিনি। ঐখোয়গী থুংলবা মী ওইনা লৈবিয়ু। অদুগা মুকদমা হাইকোর্টকী বায়েল লোইশ্নবগী মতুংদা মফম অসিদা কুইনা পনবিয়গনু, মরমদি ঐখোয় অমুক লেন্নবা ওয়বোই।

রমানা যায়, অতোনবা মওংদা হয়রকই—চুম্না কোইবা চৎপা অদু ফাওনা ওমগত্রা থঙ্ক্রি।

ইন্সপেক্টরনা মচেক্তা মন্নান ওইনা হায়রকই—য়াদবা থাবা নত্তে। ঐখোয় আফিসার অকম লোংশানলোকখরে। রমা চুরুট মচৈ অমা চম্মহুনা খুদোংথিবা ফিভম অসিবা বাহল থমলমই।

# (৪৫)

থং অম অমুক তৌখরে। মুকদমাগী হাইকোর্টতা লেপনবগী তাং লোং‌লে রমা হায়নী অতুংগুম্না কিথি-কিরিম তৌবা, থক ইচং থোদনা অতুম লৈবমই। অখিসাবশিংগী য়াকা মতুং ইনলমই। হায়দগী লেম্না মু পিথকাথিরমই। সুংক্তাইবনা মাবু থুবাম চাওনা পায়শিনখিরমই। কারি

করিগুম্বদা মাগী কাদা ৰেঙ্গা জোহরা থাক্লমই মান। শকপ ঙৈশৈ মাম্না মথৰাই তানা তারমই।

লোংমা হুমিৎ অমা মহাক্না মাম্না থম্মোয়শোক্না জে হরাদা হায়রকই—নহাকপু অওইনা চাননা হুংশিখিগদরা হায়না হুংশাথিদা। অহুম ওই-থরবদি কপনা কপনা থাংবা নম্ভনা করিদি তোগনি। নহাকপু করম্বদি থাজগনি ?

জোহরানা মথৰায় হুংঙায়না কোইরাওনরবা থ্মলবা মমিংনা মঙোনদোমদা য়েংলদুনা হায়রকই—হোই সাহব ! ঐখোয়না থাজবা হোংদবা পুকচেল মশক কয়মনদি থঙগনি। ত্তোনবদগী তোলবা ওক্ত-বীনিদনা। পুকচেল চুমদবী, ওক্তবীনা করিগুম্বদা হায়বা ইনবা, থাজনিংঙাই ওইবা থবক তৌখিবা তাবিখিবা মাওবরা ?

রমানা মানিংদে হায়বা মঙংদা হায়রকই—মঙ্গদা করি চিংনমিংঙাই লৈ ?

জোহরা—নত্তে; শক্তিঙ্গা নত্তে। ময়াম্না ঐখোয়গী নাক্তা হুংশিবনা থনলবা থম্মোই পুহনা লেংশিনবিবকই, অদুর ঐখোয মতুংগা শক্তিক কাওব ন'চু'দে। রাকম অসি ওইরান তাকপিরিবদো ?

রমা—অওইবনি ।

জোহরা—চিনথি হায়না মাৰোবিগনু ' অদোম হুপানি। হুপা মশেলতবু চিংখৎপা ওইনা তৌই। অলে'বমক্তি, হুপানিংনা মফম অদুদা মিকুপ থরগী হুংঙাইনবগী ওইনা চংলি। হুপনগী অবাব' কোক্লবগীদমক, পোত্থানবগীদমক। অদোম্না থম্মোয শেংবীবমক থিবীবা নম্ভবনা করম্না মহাকপু ফংগনি ? অদুবু ঐহাক্না থঙজবা অমদি লৈ। ঐখোয়না ঙসি বারিবা নংলিবা হুপাশিংনা থওইবীদবদগী নিংবা কাযদুনা ইশাগী পোৎ থাবা থু' তুসিংপা ফংঙমদনা লৈবিবানি, মসি লাইবংনা থঙবিরবদি মিৎ অসি পাংগদবা। ঐখোয়না অবানবা, অম্মবা কুম্মৈ তৌবা লাকপশিংদগী চেংনা-চাম্না থাজবা পামলুরে, উমাইবীগী মহুমদা শাদোং থিরুরে ; তৌইগুম্বম্ভং থৌরাংলিব' মীনা মমলব' ওহালোমদা চেনশিনলক্লবদি ঐনা থনজবদি মাগী মরান নত্তে।

মগ্নাইবক যিবশিংবু খুদোংথিবনা তত্তনা মঙোলোমদা চিংশিনলি। হুংশিবগী থৌরিক্ষ মথে য়ৱু মাইকৈ অদোমদা চিংশিনবদা খিংবা ঙমলোই। ঐনা ঙসিদি জালপাবু উক্কবা শকফম অদু ঐহাক লৈবা ঙমদে, ঐঙোন্দা তাশেন্না থিনবগা চপ মান্নথরে। মহাক ঙসি মোত্তাই-শুদাইনববা ফি শে লতুনা মকোক্তা ঈশিং পুল পুরতুনা চৎপা উক্কবদা ঐগী থম্মোয পুবা য়াথিদয়ে।

জোহরনা হংলমই - মহাক্কি হন্নুবা পোৎয়োনবা ২টিককী মগ্নুমদা লৈবদাই ?

বমা—তোই, লৈবনি অদুবু হায়বা ঙমদে কুরিগী মফম অদুদগী চৎলিবা ? ইন্সপেক্টরগা ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নরমই, মহাক য়াওবনা ঐহাক মঙোন্দা করিমক্তা বা হায়বা ঙমদে। নহাক ঐগী ইতেং পাংবীগেবা ? মহাক কদাইদা লৈ হাযবসিমক্তা খঙবিয়ু। করি তৌরি ? ঐনা মাবু কযাম থনবা, তৌজিক ফাওবা যুমদা কবি তৌদুনা চত্তরি। কয়াম কুইনা লৈখিগদবা। নহাক্না জালপাবু প্রযাগক্তা চৎপা য়াহনলবদি ঐহাক জোহরা নঙগী মিনাই পুন্সি চুপ্না ওইগে।

জোহরা ওক্কবীনি। মহাক মথল কযাগী অফ-ফত্তগী মীপই কয়া-কয়া থেংনবমই। মহাক্না মমিত্তনা হেক যেংবদা কয়ম্বা মীনো হায়বসি মশক খঙবা ঙমলমই। মহাক্কী মীৎমগী নহা পাখং অসিগা লমদম অসিগী মীশিংগা য়াম্না শেন্নবা উবস্নী। মফম অসিদগী মহাক শেলগী মনাই ওইদুনা লাকলম্মী তৌইগুম্বশুং হুমিৎ নিংল-হুমনিগী মমাংদা মাগী পুক্নিং য়ংাঙ্গো-বোমদা চংশিনখিবমই। বমা ফত্তবা, মবাল লৈবা ওইরবসু নহাকপু হুংশিবদি হুংশিবমই। লৌথ্রপ-লৌকোই থমদবা থম্মোয় শেংবা অসিগুম্বা মীওই অমা ওইনা ইহান হান্না জোহবাগী মমাংদা য়মা লাকুমই। অসিগুম্বা হুংশিবগী তাংলবা মনি অসি নহাক মাংহনবা পামলমদে। মাগী বা তারগা মঙোন্দা খজিক ফাওবা কলক মিহৌবা পোকলমদে, অতোইনহুম মাগী পুক্নিংদা খুদোংচাবা লৌবগী তৌদ্বীমল উৎনিংবা পোকলমই।

জোহরনা মাবু থৌনা পীবহনা হায়রকই নহাক অদুগীদমক্তা অদুক য়াম্না নথবাই বারিব করিগীনো, হুংশিখোইবা। জোহরা নহাক্কীদমক্তা

লেপকনি। ঐহাক হয়েংমক জালপাবু থিকগে। মহাক্না মকম অসিদা লৈগে হায়রবসু মহাকী মুংঙাইনবা শিনগনি, চৎকে হায়বসু য়েলদা থাগনি।

রমানা ওকথনা হায়রকই—অমসুং মাগা উনরবদি ঐগী পুক্নিং অসি যাংগনি।

জোহরানা বাথল থনলদুনা হায়রকই—"মতুদি লুইনে মুংশিথোইবা।

রমা—পাইগে অমদি শিনবুদনা।

জোহরা—ঐহাক মহাকপু পার্কতা ঙাইহনলমগে। নহাক ডিপুটি সাহেবকা মকম অতুদা চৎমিনবা শাদুনা মাগা উয়ৌ।

রমা হৌজিক করিগুম্বা থরা হায়গে তৌরিডৈদ দারোগানা কৌরক-লমই—ঐহাক অমুক্তা চংজরকপা যাগদরা?

* * * * *

(৪৭)

হুঙিং চুপ্পা রমা লাংতক্লনা কোইনা চত্নুনা লৈরমই। করিগুম্বা রমিত্তা নিংবা কাম্নবগী মমলবা চৌংলোন কযা উরমই, করিগুম্বদা অাশাগী জগৎ-জগৎ তেক্লবা অশং অমানশিং। জোহরা চৎপু চৎলিগদর? অসি-দগীদি বাশকপা তৌনবা শকলগা চৎশিরম্মী। মহাকীদি কবি কাম্নবা লৈবগেদো? লাকলগা হায়রগা লোইরে, উম্নগা ফংদে। নমথাক্নদি তৌরিরোইকো?

মুমিদাংগী পুং তরা তাথরে তৌইগুম্বসুং জোহরা উবা ফাওব ফংখিদরে। থোংগাল লোনখিরমই। হৌজিক মহাক লাক্লনি হায়বা থাজদরে, অদু ওইরবসু মনাকোংদি থাঙ্গত্নুনা লৈরমই। করি তৌববনে? জালপাগা উম্নবা ফংদতুনা তৌরিবরা নত্রগা থোশাদতুনা লৈথোক্লিববা? মহাক্না মবুক্লিংদা থনগমই—হয়েং অসিনা জোহবনা মবাক্তবদি মহাক্নী মনাক্তা কনা থাদিবা। মিং ফং-ফং অনিয়ক্তা চিংলমই, নোংঙানলে, অসুম লাংতক্লনা মোং ঙানখিবা থঙহোদে। মাবু কনানেো কৌহনগদবসিবু। মহাক মমুমদা লৈরমগনি লৈরমলোইদ্র থঙদে।